১১ শুবা লাইরিক

# দর্শনগী মরুওইবা

## লাইরিকশিং অমসুং লোজিকেল পোজিতিভিজম



Indian Science Congress Association গী Mysore Session দা
( 1982 গী January 3-8 কাউবদা ) ফমখিবা
ডা: এম: কীর্তি সিংহনা য়াওরিবা ।

অইব —


ডাক্তর এম: কীর্তি সিংহ
এম: এ:, এলএল: 'বি:, পি.এইচ: ডি:; পোষ্ট ডোক্টোরেল রিসার্চ স্কোলার
( পা কা ইউ'নভরসিটি )

দর্শনগী মরু ওইবা লাইরিকশিং অমসুং লোজিকেল পোজিতিভিজম
থনগৎলবা লাইরিক থরা অমসুং নো'চুপলোমলোমদা কম্না থঙনরক্লিবা
স্কুল অসি কুপ্না নৈনবা ]

অইবা—

ডাঃ এমঃ কীর্ত্তি সিংহ, বিঃ এঃ (ওনর্স),

এমঃ এঃ, এলএলঃ বিঃ, পিএইচঃ ডিঃ, সিঃ টিঃ ডিঃ এসঃ (ডাটন), জ্যোতিষ
রত্ন, বাইবল কোর্স ময়ামগী ডিপ্লোমা, হেলথ কোর্স অমসুং ক্রিয়টিভ
রাইটিংগী সার্টিফিকেট পায়রবা; সেনিয়র লেক, ডি; এম: কলেজ ওফ আর্টস
এণ্ড কমর্স, ইম্ফাল, পোষ্ট ডোক্টোরেল রিসার্চ স্কোলার, রাঞ্চি ইউনিভরসিটি,
ত মচাশিংদা ফিলোসোফি (মৈতৈ কলচর) গী অহানবা ডোক্টোরেত,
রেজী অমসুং মৈতৈলোন্দা দর্শনগী লাইরিক মঙাবোম লেংবা, রারল্ড
মসুং ভারতকি মীতিন কয়াদা মৈতৈ রাথনবু অহানবা ওইনা পেপরগা
কাননা লেকচর তৌরিবা; লাইফ মেম্বর, আই, পি, কুরা (পুনা), ইণ্ডিয়ান
সাইন্স কংগ্রেস এসোসিয়েসন, ইণ্ডিয়ান ফিলোসোফিকেল কংগ্রেস, ওল
ইণ্ডিয়া ওরিয়েন্টেল কনফরেন্স, ইণ্ডিয়ান এনথ্রোপোলোজিকেল এসোসি-
য়েসন অমসুং এসিয়াতিক সোসাইটি ওফ বেঙ্গল, বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পাঞ্জিকা
(কলিকতা), মেম্বর I.S.N.S. (India).

মৈতৈলোন্দা লাইরিক ৮, ইংরেজীদা লাইরিক ৩ ফোঙলবা, অহানবা
ওইনা লমসিগী পুথোকখ্রবা লাইরিক কয়াগী অইবা।

অহানবা ফোঙবা
২০। ৫। ১৯৮৪

মমল লুপা
ফিরা পানবা ৩৫.০০
চেনা পানবা ৩০.০০

# খুদোল তৌজবা

সংসার থাদোকতুনা তাইবং মপুগী মনাক চৎখ্রবা ঐগী

১। ইচে শ্রীমাইপাক দেবী

২। ঐ মচানুপী মেমতোম্বী দেবী

৩। ইমাকনিপা শঞ্জীবকুমার

৪। " অমৃতকুমার (মংলেমজাউবা)

নথোক্কনা মালেমদা হিংলিঙৈগী তেঞ্জব মতমবু কাউদবা ওইনবা লাইরিক অসি খুদোল তমলি।

নথোক্কগী

শ্রীএম. কীর্ত্তি সিংহ

---

"ঙৈফেবেংনবা বাখনলোন অমন' হৌজিক্তা মীওইবনু শি'নতুনা পোথাদবা, কাউথাক্কিনবা, নাকপাক তাম্নতুনা ঙৈহৌ অমসুং একতুন' থোম্ম ঙৈহৌ কয়া থোকতনলি। মথোক্কগী তৌফমদা ইশাগ চাওক্ত খঙ্গবা, লৌনিংবা অমগং ঙৈতনা মথক থোংজনী'বন'ন। মীওইন হিলিবা খুম্নাই অসি থুনমক মতীকশিংসিনা চাথৎলক্লে।

চুমদবা পাম্বৈ ওইরবসু খুদোংচাবদা লৌগনি অমগং ঙৈত্রবস্থ চাওগনি হায়বা 'অহু থাদোকত্রিমথৈ মাঙ তাকপা তেঞ্জ্রলগনি। মালেমগী সভ্যতা মশক মচু থোক্লরোই। লেংলি পাম্রিবা খিবিক্লি মাম্নবা পুনবহু পুরক্তনা মাঙলগনি অমসুং থিনররোই।

পুম্নমকসি মাঙতনগে হায়রবদি লেপ্তুনা লৌশিং তানশিনবা, ঐখোইনা খঙজবহু মগং তানা নৈনজবা অমগং ইশাৱ লাপ্পুহন্দবনি।"

শ্রীএম: কীর্ত্তি সিংহ

---

শ্রীরাজকুমার থম্বোসনা সিংহ

বি: এ: গোর্ভনমেন্ত কন্ত্রেকতর অমসুং সপ্লাইয়র, থাগৈমবন্দনা M. K. Foundation গী তরফতগী ফোঙদোকচবা।

# ৱাহৌদোক

ঐহাক বিষয় কয়াদা পুক্রিং চংলবস্থ খ্বাইনা পাম্নদ্রবা Philosophy Dept. কৌবদা থবক তৌরি অমসুং হিংনবগী লম্বী থিরি। লমদম অসিগী সবজেক্ট অসিদা লাইরিক ইতুনা ফোঙবা, Secondary Board অমসুং Manipur University গী মরী লৈনবা থবক্তা অহানবা খুৎ থাবগী থবক তৌরকই। মণিপুরী লোনগী লাইরিকশিং অমসুং সংস্থানশিংদা পৈশা থাদতুনা থবক কয়া পাংথোকপা, লোনসিগী মমিদা ইরা রাদনা কুপা ফংনবা মীওইশিংগা ঐগী লাইবক্তা চাংদম্নবা য়াদে। ইশানা মৈতেলোন্দা লাইরিক কয়া ইরবস্থ অমসুং All India গী ওইবা Conference কয়াদা Paper কয়া লৈরবা অমসুং ফোঙলবস্থ মণিপুরী সাহিত্যদা শকখঙলবা অমসুং মনা ফাবদি ওইদ্রি অমসুং মণিপুরীগা মরী লৈনবা থোদোক কয়াদা ঐ য়াউদনবা থোদোক কয়া ঐনু তাখিবা কাঙ্কনা হেক হেক শীনলি। "নংন মণিপুরী সাহিত্যদা করি থোদাং লৌখরে" হায়না মপাললমগী মীওইনা হংলকপদা ঐনা ইরিবা thesis অমসুং মতম চংনা পুথোক্লবা Paper কয়াবু পুম্নাং মাঙহনলি।

পামনদ্রবা ফিলোসোফি কৌবা বিষয় অসি শন্দোকপা, রিসার্চ তৌবা ম্নানবা হোংনবা অমসুং ভারতকি Philosophical Map তা মৈতৈগী রাথনগী শরুক কনানবসি কৌদবা য়াদ্রবা ইথৌনি। হীরমসিদা ঐনা খ্বাইগী মতেংদগী মাংজিন থানা চংশিনলি। লাইরিক ইবদা পৈশা মাংই, লৈবিনবা রাংলি। অফোঙবা লাইরিকশিং Bill পীদবা, মতমস্থ মাঙবা, পৈশাস্থ মাঙবা অমসুং হোংনমনস্থ মাঙবা অসি পুন্সিদা থোক্লি। পৈশাগী মতেং ফংনবা থাগংলুরবস্থ মাই পাক্তে। ওফিস পাইরীবা মীওই পুম্না সাহিত্যদা, ফিল্মদা পৈশা তিংহন্নীংই; অরুবা দর্শনগী পোংথোক্তি নমশিন্দুনা থম্নীংই। লমদমসিদা ফংলিবা মওং অসি ঙকই।

হোৎনমন হঞ্জিনলোইদবা থবক্তা করিগী লাইরিক ইরি হায়না হংলবদি ঐখোইনা হীরম অসি য়োকথৎপা, মী অমবা খোকহন্নীংবা অমসুং ইমালোনসু চাওথৎহনবা অসি পামই। ঐনা চহি ১৪/১৫ সিদা ভারত্তা চৎলিবা দর্শনগী খোঙথাং নৈনবদা হিন্দীলোন্দা Plato গী Republic, Wittgenstein গী Tractatus অমসুং Aurobindo গী Life Divine হন্দোক্ত্না বিশ্ববিদ্যালয় কয়াদা তমহনখ্রে। মসিগী মমাং ওইনা বেঙ্গলী লোন্দা লাইরিক হন্দোকত্না চাংয়েং তৌবসি শংশংনা থেংনরবনি। উরিয়া লোন, তামিল লোন, মরাঠী লোনশিংদসু নোংচুপলমগী মমিং চৎপা দর্শনগী লাইরিক কয়া হন্দোক্লে। মসিগা লোইননা লম লমগী রাখন, লাইনীঙ অমসুং ঈনাৎসু মাঙদনবা শেন য়াম্না থাদত্না শোগৎলি। ঐখোইগী লমদসু থরদি তৌদবা য়াদে হায়বা কয়া খনলকই। ঐগী অপাম্বসি Civil Supply Minister ওইরম্বা Shri Y. Irabot Singh, M. A. দা চৎত্না রারী শান্নরুই। মহাক Philosophy গী চংথোক্লবা ছাত্রনি। মৈতৈ ঈনাং অমসুং দর্শন চাওথৎপদা অঙম্বা মতেং পাংবা মীশক্নি। থিন্দনা মন্ত্রীনা মাগী ফ্রিৎথাউদগী লুপা ১০০০/- ( লিশিং অমা ) হরাউনা পীবিত্না পুক্নিং থৌগৎপিখি। ঐনা Study Leave লৌনা Ranchi University দা D. LITT. Thesis হোৎনগে হায়ত্না File হঙৎ হন্দা তানবদা মতম কয়া ছোথিত্না থা ১০ মুক্তি মতম মাঙহনলুরে। Press তা থুদোং চাদবদগী কুইনসু পনলুরে। অত্তুবু ফোঙদোক্তবা য়াদবা লাইরিক ওইবনা থাইদা লাম্থোকচরি। অংক য়াম্না Present তৌবদা মাই পাকই হায়বসু ঙমজদে; হৌন এনশাংনি। মথংদা Philosophy গী অচৌবা Dictionary অমা Anglo-Manipuri দা ফোঙনবা থৌরাং লোইজরে। Soso Larho, Cabinet Minister নসু শেনগী মতেং পীবিত্না থবকসি লেপ্তনবা পুক্নিং থৌগৎপিখ্রে। হায়া খোকহনখিবা মরী লৈনরা লাইরিক থরদা M. Ibotombi Cabinet Minister নসু ইকাই খুমবিখি।

ঐনা ইবগী থবক চথবদা থুদোংথীবা কয়া থেংনথি। নয়বা চে য়ুমদা থম্বদগী মাঙবা, ছাপা নম্বগী মমল অহম হেনগৎলকপা অহোংবা চে ফংবা ঙমদবা, মতেং পাংবিনিঙাই লৈতবা School অমসুং College থবদা লাইব্রিক য়োনলুবগা Bill শিংদোক্তবা ওঝাশিংগী দায় অমসুং Librarian শিং থবা থেংনবা অসিনি। মবী লৈনবা Type নম্বগী মতাংদা Shri N. Chaoba, Lisam Ibochou Singh, ( Manipur Secretariat ), P, Tomba Singh ( Industry Dept. ), R. K. Sanatomba Singh, B A LL. B., (P.W.D.) Devananda Singh, A. Shushilkumar Sarma ( Tourism ) W. Sarat Kumar Singh, Parmeswar Singh অমসুং Kamenthang নচিংবনা মখোইগী ওংজবা থাদোকতুনা হীরম কয়াদা ইতেং পাংবিথি। মখোইবু থবাম য়াউনা থাগৎচরি।

লাইব্রিক অসি Dr. M. K Foundation গী তরফতগী শ্রীরাজকুমার থম্বোসনা সিংহ, বি: এ: গোর্ভনমেন্তগী সপ্লাইয়র অমসুং কস্ত্রেক্টর ( হায়গী Asst. Master of High Schools) না ফোঙদোকপগী পোৎলুম পুবিথি। ঐগী মরূপসিগীদমক ঈশ্বরদা হকুমজরি। অরোইবদা লাইব্রিকসি ছাপা নমবিরিবা প্রেসকি প্রোপাইটর শ্রীহিদংময়ুম নিমাইচান্দ শর্মাবু থবাই য়াউনা থাগৎচরি।

লাইব্রিক লেংবা
শ্রীডাক্তর এম: কীর্ত্তি সিংহ
কোংবা উচেক্কোন
ইম্ফাল, মনিপুর।

ইম্ফাল
তাং ২১।৫।৭৮

# সাইন্টিস অমা ওইনা ডাক্তর এমং কীর্ত্তি সিংহ

থাইনা শকথঙনরবা ডাক্তর এম: কীর্ত্তি সিংহনা পাংথোকপা থবক কয়া নৈনবনা মহাক্না সাইন্স পাম্বা অমসুং ভারতকী সাইন্টিফিক ওরগানাই-জেসনশিংনা মারু শকথঙবগী মরমদা থরদং পনফম থোকই। মনিপুরগী অরিবা খিজনবা অমসুং দর্শন শাস্ত্রগী মীশক ওইনা থঙনরবস সাইন্সতা মানা পুথোকখিবা থরদি থাগৎনফম থোকই।

ডাক্তর কীর্ত্তি মেট্রিকুলেশনদা সাইন্স, মেকানিক্স অমসুং মেথেমেতিক্সতা লৌরকই। ভোকেসনেল ক্লাসতা Johnstone Higher English School গী উস্তবগী ক্লাসতা য়াউই। উস্তবগী থিউরি অমসুং প্রাকতিকেল অদু মতমতুদা ওইরম্বা ওঝাশিংদগী ফংখি। থিউরিগী অইবা বই হৌজিক লৈরি। ওঝা ৮থম্বোগী ঈশৈ ক্লাসস্থ তাশিনখি।

কলেজ অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়দা সাইন্স থাদোকপ্রবসু সাইন্সগী হীরম্না পুক্রিং চিংসনবা হৌরকখি। ইহান হানবা International Paper ওইনা পুথোকখিবস খৃঃ ১৯৭৮ দা দিল্লীদা ফমখিবা ১০ শুবা ইন্তরনেসনেল কংগ্রেস ওফ ইথনোলোজিকেল অমসুং এনথ্রোপোলোজিকেল সাইন্সেসনি। অরিবা বিজ্ঞানশিং মৈতৈগী লাইয়েং, অঙ্ক অমসুং পাঞ্জিগী হীরমদা চে ইদুনা অরাংবা থাক্কী সেসন কয়াদা পুথোকখি। খৃঃ ১৯৭৮ দা কটক্কী International Seminar on Folk Culture য়াউরুরগা হনমিররকপদা কলিকতাগী Anthropological Society গী ওফিসার Tushar K. Niyogi না সাইন্স কংগ্রেস য়াউনা Anthropology গী Section দা নৈনবিনবা হায়খি। Calcutta দা নৈবা কংগ্রেস এসোসিয়েসনগী address পীরকখি। হায়া দিল্লীদা য়াউবদসু Anthropological Survey of India দা য়াম্না হরাউনা ওকখিবনি। ইক্ষালদা হুংলরগা কলিকতাগী ওফিসতা চিঠি চৎনৈ। সাইন্স কংগ্রেসনা পুকচেন থোইবা নৈতনা মরী নৈনবা চে চাং থারকই। অহানবদা খৃঃ ১৯৮০ দগী সেসনেল মেম্বর, মথংগী চহিদা ভোট পীবগী

অধিকার লৈবা মেম্বর ওইখি। খৃঃ ১৯৮৩ দগী Life Member ওইনা লৌশিনখিদনা খুদোংচাবা পুখা ফংলে। বৈজ্ঞানিকী ঈ, পাউ অমসুং ওফিস পুনবা মী থনবদা অকনবা শক্তি লৈবা মী ওইরে।

ইণ্ডিয়ান সাইন্স কংগ্রেসকি যাদবপুর (১৯৮০), বেনারস (১৯৮১), মহীশুর (১৯৮২) বিশ্ববিদ্যালয়নচিংবগী সেসন্দা পেপর পুখোকতুনা পাক্লই। সরকারনা বেনারস, রাঞ্চি সেসনগীদি ডিপুতেসন্দা T. A/D. A পীখি। অতৈদি ছুটি লৌংনা মরনাই চৎপনি। খৃঃ ১৯৮২ গী টিরুপতি সেসন্দি কলেজ প্রিনসিপল পুরিবা এন: সি: শর্ম্মানা চত্তবনা হায়বদি য়োক্লদ্রে। চৎনবা থোরাং কয়াদি হায়না শেমশাবনি। মশাগী পেপরসু Present তৌরনবা বার্ত্তন পীরিবনি। সেসনশিং অসিদা অকনবা Participate তৌরুই। মরী লৈনবা চে চাং কয়া থোমজিনলকই। Focal theme নৈনবা অমসুং Planery session কয়া তাশনলি। Sectional Discussion অমসুং Symposium কয়াদা থোকতুনা তাওবদু তেপ রেকোর্ড তৌশিনখি। তাবা নুঙাই হায়দুনা ময়ায়া শোয়খি; তাবা চৎবদদা মতম পীগে Comment তৌ অসিনচিংবা হায়। সাইন্স হীরমশিংদা য়াউরিবা সেক্সনশিংদি—সাইকোলোজি এণ্ড ইদুকেসন, ফিসিওলোজি, মেডিকেল এণ্ড ভেটেনরি সাইন্সেস অমসুং এনথ্রোপোলোজি এণ্ড অরকিওলোজিনি। হৌজিকমক্তি এনথ্রোপোলিজি অমসুং আরকিওলোজিগী অকনবা চে পীবা অমসুং শক থঙবা ওইনা লৈরি। পুখোকখিরিবা পেপরশিং অসি মতম চংনা থিদনা মৈতৈ কাঙলুপ, মনিপুরগী ঈনাং, লনচৈগে কয়া অমসুং লৈরিবা কাঙলুপ কয়াগীসু ইদনা হৈশিংলবা মীওই কয়াদা থঙহনলি। Abstract ওইনা কয়ামরুম ফোঙখ্রে। চে মপুং ওইনা Research journal কয়াদা ফোঙদোকৰা য়ানখ্রে। মতুংদা লাইরিক ওইনসু থোমজিন্নগী ফোঙদোক্লনি। ভারতকি নোংপোকলমদা লৈবা বর্ম্মা নক্লরবা মনিপুরগী তোপ তোপ্পা শক্লোন কয়া চেদা পুখোকতুনা নৈনবদা মশক নাইরবা বৈজ্ঞানিক কয়ানা

হুণ্ডাই হায়নখি। লমদমশি য়ৌরকতুনা য়েংলবা পাম্নখি। ওবজারভেসন শীনবদা মাগী মত ফোঙদোকপস্থ য়াম্না কান্নবনি হায়দুনা পনখি। মনিপুরগী ওইনা লৈরি হায়রিবা সাহিত্য পরিষদ অমসুং কলা একাদেমীনচিংবদা মীহুৎ ওইনা য়াউত্রবস্থ ভারতকি মমিং লৈরবা সংস্থানশিংগদি য়াম্না চান্নবা ওইরি। মহাক্কি পেপর পাথোক্লগা নৈনবদা Dr. N. R. Banerjee President 68th Session of ISCA অমসুং Archaelogical Survey of India গী Director General না "one of the most interesting aspects of our culture" হায়না হৌগংতুনা লাউখি। অস্থম্না মতমগা চুনবা সাইন্স বোদি অমসুং হৈশিংলবা কয়াগী মমাংদা লমদমসিগী ওইনা মশক খঙহনলিবসি থোইদোক হেন্দোক্লা অরাবা থাক্তা চংশিনবনি। নহারোল কয়াবু বিজ্ঞানগী মহৈ মশিং তম্বদা ঈনোং হাপকৎপনি অমসুং বৈগ্যানিক ওইবা লম্বীদা থোঙ থাঙজনহনবনি। [ মহাক্না ইথিবা পেপরশিং অদু চপচানা সম্পাদন তৌরকপা, সেসন মনুংদা ইসিনখিবা ডাইরি অমসুং নোটনচিংবস্থ চপচানা ছাপা তৌদুনা ফোঙদোক্লনবা ময়ামগী মতেং নীজরি। ] ইকাই খুম্নগিবা থবা :—

(১) Executive Member—I. P. C.
(২) Council Member—A I. O. C ( Poona )
(৩) Founder President—M. S. S. ( Imphal )
(৪) President—O D U. ( Chingmeirong '83 )
(৫) Chief Guest—R H D ( Celebration '83 ) অসিনচিংবা

ফোঙদোকচবা কাঙলুপ
ডাক্তর এম: কে: ফাউন্দেসন
ইম্ফাল, মনিপুর ষ্টেট।

ইম্ফাল
২১।৫।৮৪

# দর্শনগী মরুওইবা লাইরিকশিং অমসুং লোজিকেল পোজিতিভিজম

## অহানবা শরুক

### (১) রিপবলিক

অইবা ঃ প্লেটো ( ৪২৭—৩৪৮ খৃঃ মমাং )

লাইরিক মওং—পোটিকেল ফিলোসোফি, মেতাফিজিক্স, এপিস্তিমোলোজি

দর্শনিক প্লেটোগী মমিং চৎলবা রিপব্লিক অসিনা অচুম্বা, লৈপাক ঙাকপা হায়বা ইনবা অমসুং অফবা পুলিশগী মতাংদা নোংচুপকি মীওই কয়াদা মতিক ময়ায় পীরি। প্লেটোগী পাওখুম অয়াম্বনা য়ারে। য়াদবনা অতোপ্পা পাম্বে থীনৈ। দর্শনিক প্লেটোগী ৱাখন খণ্ডনবগী ৱামাং য়ানবনি। লাইরিক অসিদা প্লেটোগী মত অতু লৈবাক অমসুং মীদা পীবদা নত্তনা ফাউরবা theory of forms ( মওংশিংগী মত ), জ্ঞানগী মত অমসুং সমাজদা ঈশৈ অমসুং কবিতানা কান্নবসু ইরি। অপাবনা ৱাখন খন্থনবা ৱাহং কয়াগী পাওখুমসু পীরি। Socrates অমসুং মাগী ফাউরবা ছাত্র Plato না দর্শনগী থবক উৎপসিদা ন্যায়গী ৱাহং অমসুং পাউখুম, কদাইবু কৌবগে উৎপশিংদা অচৌবা থৌদাং লৌরি।

রিপব্লিক Book ১০ থোক্লা খায়দোকই, সোক্রেটিসনা মপুং ওইবা করেক্টর ওইতুনা ৱারী শানবগী ওইনা লেংই। Plato গী ইবা হৈবগী শক্তি অতু ইংরেজীদা হন্দোক্লবা অফংবা পন্দুপ কয়াদা থেংনহল্লি। অশেংববু বুদ্ধিনা খণ্ডনবা ৱাহং পাউখুম ওইনা নৈনবনি। Hegelian

ন্যায়গা থেৎনে। লাইরিক হৌগৎলকপদা ৱাহং অসি হংলি, "Justice করিনো ?" Polemarchus না মপা Cephalus কী য়ুমদা বার্তুগ তৌহুনা Socrates অমসুং মী থরা ( মখোইদা Glaucon, Adeimantus অমসুং Thrasymachus নচিংবা য়াউই ) না ইচম চম্না পাউথুম অমা ফংনবা হোৎনখি। ময়েক শেংদবা Definition ( কদাইরু কৌবগে তাকপা ) অহু Cephalus অমসুং মাগী মচা Polemarchus না অহানবদা কন্থোকই —অচুম্বা হায়বসি কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পদগী ফংলকপত্ হজিনবদা লৈ। হায়রিবসিনা চুমবদি মরুপ অমদগী পুবা খুৎলাইশিং অহু মানা অমুক পীয়ু তাম্নবদি তশেংনমক মহাক ৱাখল অদু মপুং ফাদ্রে হায়না Socrates না হায়খি। মানা ঙাঙবসি কুপথনা য়েংবদা শন্নগদবা কয়া থোকলকই। অচুম্বা হায়বসিদা লন্থুমদা নত্তনা Sound mind ( অফবা পুক্লিং ) ইচম চমদবা ৱাখলগী ফিবম কয়া চংই।

অনীশুবা পাউথুমদি অচুম্বা হায়বসি মরূপশিংদা অফবা তৌবা অমসুং য়েরবদা মাঙনবা তৌবনি। তৌইগুম্বসুং মরূপশিংনা কনানো অমসুং য়েরূবশিংনা কনানো হায়বদু খঙবগী জ্ঞান দরকার ওই। খরা শেমদোক্লগা অচুম্বদা ফনা তৌ, অরানবদা মাঙনবা তৌ হায়। Socrates না অমুক য়েংপদগী অরানবা মাঙনবা তৌবনা হেন্না মাংলকই হায়বা উংলি। অফবা পুসিগী নৈনবদা মী অমদা মাঙনবা তৌহনা হেন্না ফংহন্দবসি কৈদৌনুঙদা চুমদে হায়।

মথংদা লাইরিকসিগী নৈনরবা মচি ওইবা কয়া লোইবা ফাওবদা পনলে। Threymachus না অচুম্বসি অকনবা পার্টিগী interest ( নুঙাইবা ) অমসুং কান্নহনবদা লৈ হায়বদা Socrates না মী অমনা মাগী কান্নবা করিনো নত্রগা কদাইদা মতু লৈবগে হায়বতু খঙদে হায়না পুথোকখি। অকনবা মীদুনা মাগী বিচার অদু শোয়রবদি কমদোবা ? Thrasymachus না লৈবাক ঙাকপদু শোয়রবদি ruler ওইদ্রে হায়।

(মসি হায়বদা মহাক্না মশাগী ফিবম থাদোক্তুনা Socrates রোমদা চংশিনলে। পাঙ্গলদনা চুম্বা ওইদে মরমদি পাঙ্গল অমস্থং অরানবা থিংলিবা লৌশিং থরনা অচুম্বা শেমলিবনি।) ঐথোয়না আর্ট অমা অমস্থ মতু থবক তৌনবা থনবদা খ্বাইগী কান্নবদা লৌনৈ ; আর্ট মশামক নত্রগা মতু উৎলিবা মীদুগী কান্নবা য়েংদে। কান্নবা ফংগদৌরিবা অনা-বশিং, লংফৈ চৎপশিং নত্রগা লৈবাক প্রজাশিংগীদমক থন্নৈ।

Thrasymachus না শাউনা লাউখি মদুদি Philosopher দনা শাওই—“শক্তি পায়বা মীদুবুনা শক্তি লৈতবদগী হেন্না সমাজদা ইকাই খুম্নৈ। অরানবা তৌবা মীনা রাওই থৌওইদনা Contract (য়ান্নবা) থুগাই, থাজনা থিদে। প্রজাশিংনা লোন্না অচুম্বগী মগুণ থাগংনৈ। তৌইগুম্বস্থং ওন্ন-তৈনবা তৌই. অমস্থং ইচম চম্নদি মিং শুক্রোকনবা থবক্তু থৌনা ফনা তৌবা মীওইদু ইকাই খুম্নৈ। অচুম্বমক tyrant (মীওৎপা) অদু খ্বাইদগী নুঙাইবা মীনি। মসিদা Socrates না Thrasymachus না হিংনবগী লমচৎ পুম্বা শিংনরে হায়খি।

Socrates না art হায়বসি সেবা য়োইহন্নীংবা মীশিংগীদমক পাং-থোক্লবনি অমস্থং Practice তৌরিবা মীদুগী নত্তে। আর্ট অমা তৌবগী পৈশা পীবসি আর্টকী পন্থুংগা লাপ্নে। লৈবাক ঙাকপসি মাগীদমক নত্তে; প্রজাগীদমক্তুনি। মী অমতনা হৈনিংনা লৈবাক ঙাক্তে; দায়িত্ব অদু মানা লৌই মরমদি ফত্তবা মীনা ঙাকপদু মানা কি। Thrasy-machus না থুমখি মদুদি ফিদম্নফম ওইবা অচুম্বা অদুদি লৌশিং লৈবা মীনা উৎপা ঙমদে। Injustice (অরানবা) অওইবমক অফবা Prudence (লৌশিং) নি। হৃংলবদা মানা য়াখি মদুদি অচুম্বা মীনা অতৈ অচুম্বা মীওইশিংদগী হেনগংনবা হোৎনদে তৌইগুম্বস্থং মাগী লম-চত্তা ওন্নতৈনবা অতৈ ফত্তবশিংদগী হেনগংনবা হোৎনৈ। “Get the better of (হেন্না ফগৎপা ফংবা) হায়বসি পাক্লবা রাহন্দোক্তা “take

advantage of ( খুদোং চাবা লৌবা ) হায়বনি। কনাগুম্বা অমবু তশ্বীবা হায়বসি advantage ( ওইজবা ) লৌবনি। Socrates না উংলি—জ্ঞান মথন খুদিংগী অমসুং ignorance ( থওইদবা, জ্ঞান রাংপা ) অথওবা মীতুনা থওদবশিংদ কান্নহল্লি। থওইদবা মীশিং অদু লাকশিনবদা art অদু থওদবদগী মদু করম্না থবক্তা উংকনি নত্রগা কনাদা তৌগ-দগে মথোই থওদে। অদুনা খ্বাই পুন্নমক্কী ফগৎনবা মথোইনা হোংনৈ। Socrates তদি কনাগুম্বগী আর্ট থওবা অমসুং কনাগীদমক মসি তৌগদগে থনবদু virtue ( ধর্ম ) গি খুদমনি। ধর্ম লৈবগী রাহন-দোক্তি "করিগুম্বা অমগী চপচাবা মথৌ" অসিনি ; পোং অমগী অচাবা মথৌ হায়বসিনা চপচানা থওবা অমসুং নৈনবা চংই। অচুম্বা মীনা চুমদবশিংগীদমক ফগৎনবা হোংনৈ, অতৈ মাউদে অদুগা অরানবা মীনদি লোইনমক্কী হেন্না ফগৎনবা ফংনবা হোংনৈ। অহানবগীনা লোশিং শিংবা অমসুং অফবনি। অকোনবগীনা ignorant ( থওইদবা ) অমসুং মথৌ পাংদবা মীনি। থরাইগী গুণ অসি মীগী চপচাবা rule ( নিয়ম ) দা ফংই। অচুম্বা মীনা জ্ঞানগী মতেংনা মশাবু অমসুং অতৈবু ওাকই, চুমদবা মীনা করি তৌগদগে থওদবনা, করি তৌরোইদগে থও-দবনা মশাবু অমসুং অতৈবু ওাকপা ওমদে।

অহানবা তাঙ্কক লোইবদা Socrates না য়েংনরিবা মীশিংদা অচুম্বা কদাইদু কোই। উত্তনা রারী শানবন্থ পংমনলি, মথোই মশেল হেক্লিন্না চৎমনলে হায়। অনীশুবা অধ্যায়দা Glaucon অমসুং Adeimantus না অচুম্বা পুন্সি অসি হিংবদা মতিক চাই হায়বা প্রমাণ তৌনবা তকশিনখি অমসুং Glaucon না মানা নীংবদু Gyges গী খুদোপকী রারীগী মতেংনা উংনবা হোংনখি। রারীদা অসুম হায়রি Gyges গী খুদোপকী রারীগী মতেংনা উংনবা হোংনখি। রারীদা অসুম হায়রি Gyges না

থুদোপ অমা ফংথি, থুদোপ অসি ওন্থোকপদা শিন্নিবা মীতুগী মশক উহনদবা ওমই। থুদোং চাবসি ফংতুনা থওইদনা মহাকনা ফত্তবা কয়া তৌথি। Socrates না Gyges গী থুদোংচাবা ফংবা অতুগা লোইননা মীগী মরম নৈনবা তাই অমসুং মসিগা পুন্সিদা ওন্ন তৈনবদা করি তৌবা হায়বদু চাংদম্নবা তাই। অচুম্বা মীগী পুন্সি অসি অরাবা কয়া নংলবসু হিংফম থোকই হায়বসি মানা উংথি। Gyges গী পুন্সিদগী হেন্না পামফম থোকই। অচুম্বদি মখাগী মনা অদুম ওইজে।

Socrates না উৎলি মদুদি মথোইনা থিন্নিবদু (Justice) ইরায় লায়না ফংদবনা মদু উংপা ওম্বা হীরমদা চংশিনলি। State হায়বসি মীগা মান্নৈ; State তা ফংবা অচুম্নদু মীদসু ফংগনি।

মহাক্না State হৌরকপগী মরম থিবা পীরি। মীওইবনা পুন্সিদা চংগদবা পোং পুম্বা লোইনা মথোইদা ফংদে; মশা মশাদা পরুগদবা থবকশিং তৌদুনা মথোইদা চংগদবা চিঙ্গাক, ফিরোল অমসুং য়ুমকৈ শেমগংলি। সহরদা পৌং পুথোক পুশিন তৌবা, কৈথেল লৌংবা হৌরকই। (মমাংঙৈগী গ্রীসতা লৈরম্বা State অরাম্বা হৌজিক্কী city গা মান্নৈ; চাউবা অমসুং মীশিংদসু অম্কানি। মনীংতম্বা মচল (unit) ওাকনি। অচম্বা দরকার লৈরম্বদগী মীওইবনা অকে অমোরোমদা চংশিনলকলে। পুন্সিগী চংগদবশিং অদুকোম্নদবদগী মথোইনা পোংচৈ থোমগংনবা লান তৌনরে। মসিগীদমক লান্মী চংলে অমসুং সিপাইগী মথৌ পোকলকলে। লান্মীগী মথৌদি হুইগুম্বা পোংচৈ য়েংশিনবা; মরুপ মপাংদা পুকচেল তপ্পা, য়েকুবশিংদা তমথীবনি। (State গী শরুক অমা ওইবা লৌংজেন পানবা কাঙলুপ অমসুং মসিগা চান্নবা মী মশাদা লৌংজেন পানবা শরুক চংই)। লান্মীশিংনা মথোইগী মরুপশিং অমসুং চাউথত্তবা তমথীবশিং মশক থওগনি। মসি অচুম্বগী মশক অমা ওইরবসু মপুংফাবা definition (মশক তাকপা) দি নত্তে। ত্তেতনা নৈবাক ওাকপা, মপী মপা ওইবা

চংই : মখোয় অদু মতিকচানা থনবা অমসুং তম্বীবা চংই।

প্লেটোগী মতা ঈশৈ অমসুং জিমনাস্তিকস অসি মখী মপা ওয়বগী training দা চংই হায়। অধ্যায় (ii) লোইরগা (iii) পায়খৎপদা রারী-শিং ( Hesiod অমসুং Homer ) অদু নৈনদনবা মরৈ পীরি। ধর্ম লৈবা অমসুং অফবগী থৃদম ওইগদবা লাইশিং অদুনা মীনম্বা, কল্পকনবা অমসুং তমথীবা ওইনা উৎলে। গ্রীক সমাজসি লৈখা তারকই থনলে। এথেনি-য়ানশিংনা নীতি চল্লে। হন্থবা লাইশিংগী রারীনা দায়িত্ব ওইরে। মহাক্রা ফত্তবা থৃদম অদুর মরম ওইনা লাগ্না লোরে। মী অমগী নীতি হন্থবদা মরম য়াম্না চংই ; মদুগী মনুংদা য়েশনবা অমসুং কান্নদবা সাহিত্য অমনি ; থিংলগা অপাম্বদু ফংলোই ; থিংনবগী মরম অদুগী ফত্তবা ফল কয়া লৈ। Plato না ফংলীংবা ফত্তবশিং অদুগা তারক্কদবা ফলশিংগা মাইম্রে। মতৌ তম্বা কলাশিংদগী থগুবগুম্না, নহারোলশিংনা মতৌ তমগনলি। রারীগী Hero শিংনা নীতি ফত্রবদি নল্লগা ত্রামাদা থোদাং মপুং ওইবদুনা নুপীগী মতৌ তৌবা নল্লগা মীনাই ওইরবদি অউবা অমসুং অতাবা মীশু মতৌ তম-গনলি। Plato গী মরী মতা লৈবাক্কী guardian শিংনা অসিগুম্বা মীশিং থগুগনি হায়রি। অদুবু মখোইনা তৌবগুম্না থবক তৌরবদি লমচৎ ফংলক্তে। অসিগীমথক্তা, মতৌতম্বা হায়বাস থবক তৌবা নল্লগা পোৎ অমদগী হেনবা হায়বনি মদুদি মতৌ তমগদৌরিবা পোৎ অমসুং মশাগী ও অনীমক য়াউ-বনি—অমসুং সমাজ অসিদা থবক অমা তৌবা নল্লগা পোৎ অমা ওইবসিনা মতিক চারে হায়না লোগনি।

লৈবাক্কী মীওইশিংগী থাজহন্নবা লৈঙাকপশিংনা "noble lie" (চীংলেম্না মীনম্বা ) হোদোক্কনি। মী অমনা শিনফম অমতক মতিক চাই—লৈঙাকপা (rulers) নল্লগা মখা তাবা লাম্নী নল্লগা থবক তৌবা মীওই অহুমগী মনুংদা অমতমক ওইগনি। ঈশ্বরনা অহুমসিগী মনুংদা চানবা অমতমক ওইনবা শেমখি। Plato না কাঙলুপ অসিবু সনা, লুপা অমসুং Bronze (শেঙ্গেৎ)

গা চাংদমৈ অমসুং পোক্লকপদা মখোইগী মশাদা থাক্লশিং অসি য়াউরক্লে। কাঙলুপশিংদা ওম্বগী শক্তি পুথোক্লবদি 'nobility' লোয়না লেংহনবা য়াবা) লৈগনি, তৌইগুম্বসুং মখোইসি লেপত্নুনা লৈগনলি।

অধ্যায় ৪ দা Socrates না সহর অদু য়াম্নম্ব ঈনাক খুনলোই অদুগা য়াম্নম্ব লাইররোই, চাউম্ব চাউরোই, পিকম্ব পিকলোই, মীশিং য়াম্নম্ব তারোই, রাংপক্তৌরোই: লমদম্দা নুপা অমসুং নুপীশিংনা চপ মান্নবা খুদোংচাবা ফংগনি অমসুং পক্লবা শিনফম পাংথোক্কনি। অসিগুম্বা সহর অদু লিংবা, থৌনা ফবা, খনচানা চাউখৎপা অমসুং অচুম্বা ওইগনি। মখোইসি Cardinal (মরু ওইবা) গুণশিংনি। সহরদা অমদি মী মশাদা গুণসিং অসি পুথোক্লবা ফজনা হোৎনগনি।

সহরদা, লৌসিং অসি Guardian (ঙাকপি শেনাবিবা) না লৈবাক ঙাকপদা ফংই। মীদনা লৌশিংনা ঙাকপদা উই। চপ-চানা থবক তৌবদা ধর্ম লৈবা ওই। মাগী ব্রাথন্দা মসি লৌশিং (wisdom) নি। চুম্না থবক তৌবদা জ্ঞান লৌই। থৌনা ফবা হায়বসি সহরগী মমনশিং অদু মহৈ তম্বদা মাঙহন্দনবা ঙাক্লবা লম্বীনি। করি কীগনি, করিগীম্ব কিরোই আইনগী মত্তুংইন্না খঙবা জ্ঞান অদু থৌনা ফবনি। Temperance (চাং-নাইবগী গুণ) মথং মনাউ নাইবা মখল অমনি। থরাইগী অফবা শরুক্লা ফত্তবা শরূক অদু খুদুম চনবনি। সহরদনা মথক থোংবা শরূক্লা হূম্বা সরূকপু ঙাকপনি। মতৌ অদুগুম্না লৌসিং সিংবা থরদনা ময়ামগী অপাম্বদু ঙাকই। মীগী লৌসিংনা will গী মতেংনা appetite (লাম্বা) খুদুম চনলি। অরোইবদা অচুম্বা হায়বসি মী খুদিংনা থাইদগী পক্লবা পাংথোকপনি। মসাগী মথৌ তৌবা অমসুং অতৈগীদা য়ৈথায়দবনা (মসাগী পীথোরকপা অদু তৌবনা) Justice নি। খুৎনাইবসিংদা থবক থরা তিনসিন্নরবসু উ শুবনা অতৈ থবক শুরবদু অতৈ কাঙলুপসিং হায়বদি সনা, লুপা নত্রগা Broze (পিথুইগা তিনগা য়াম্নবা) সিংগা

তিন্নদে। ভারতকী রাখনলোন্দা বর্ণ মরি থায়বা অমসুং চান্নবা সিনফম চংশন্নগা চান্নবা পনবা য়াই।

অধ্যায় ৫ দা Plato না মমিংচংলবা ঈথক অহুমথক (Three waves) ফিদম্নফম ওইবা স্তেত স্নমু ফংনবা নৈনরি। পীথোরক্লবা মগুণ য়াউবা মীশিং নুপা নুপীদুগী লৈবাক ঙাক্কদবা মীওই থনগদবনি। মসিনা অহানবা ঈথকনি। অনীশুবা ঈথকক্তি Communal (অপিকপা কাঙলুপ) পুন্সি অহু লৈঙাক্লিবা মীওই কাঙলুপ্না শরুক য়াগনি। লুহোংবা অমসুং অঙাং-শিং অসি থ্বাইগী ওইনা থমগনি। চহি কাঙলুপ থরদা লৈবা কাঙবুবু মপা মমা অমসুং নহা ওইবা কাঙলুপনা মচা থোনগনি। শাগৈ, রাজ-ভক্তি লৈবদ্রা পাক শন্না চথরবদা মমন কাগনি। ইমুংগী অশোয়বদু মাঙহনগনি। লৈঙাকপস্লিংনা lot (তাঙ্গা, লাইবক) তৌদুনা রারো-হনগদৌরিবদু থঙহন্দনা ময়ামগী ওইবা লুহোংবা সিনগনি; অদুম ওইনমক চিঠিথেলা তৌবদু eugenics (অকনবগা অকনবগা পানবা গী মরমদা মীনমদুনা সেমসাগনি। লৈবাকী কান্নবা রারী নত্রগা মীনম্বা অমা হায়রে। অহুমশুবা ঈথক্তা য়াম্না লুবা দর্শনিকসিংনা য়াম্না লৈবাক ঙাক্কদবনি হায়বদু লৈনৈ। অসুম তৌরবদি রাজনীতিগী শক্তি অমসুং জ্ঞান লৌশিং পুন্দুনা অচুম্বা ফংগনি অমসুং প্রজাদা কান্নগনি অসিনি। Philosopher করিনো অমসুং চংগদৌরিবা জ্ঞাণ অহু উৎপা মাগী মথৌ ওইরে। (বেদান্তদা য়াউবা চংগদবা গুণশিং—অধিকারী ভেদগা Plato না উৎলম্বা হায়ফেং চানৈ হায়না মত ফোঙনবি।)

অধ্যায় ৬ অমসুং ৭ তা অর্থ তারুবা মরুওইবা analogy (মান্নবা মতৌ) অহুমথক ভাকলি। অহানবদা লুরবা Theory of forms (মওংগী মত) নৈনৈ। করিগুম্বা পোৎসক অমগী কাঙলুপ্তুনা য়াউবা মচি ওইবদু Ideal নত্রগা form (মওং) কৌই। মচি ওইবা feature অদু থরায়গী মচাক্লা চপচানা উবা ঙম্বা জ্ঞানগী অসেংবনি। খুদম কয়া

ইন্দ্রিগী মতেংনা খঙবা অদু ওবনি। অফবা মশামক্তা খ্বাইদগী হেনবা মওংনি। দর্শনিকশিংনা থিনরিবা পোংনি।

মহাক্না অহানবা analogy দা Plato না অফবদু তুমিৎকা চাংদরে। তুমিৎনা মঙাল পীহুনা Physic object (উবা ঙম্বা পোংশক) পুম্বদু উহন-বগুম অফবনা মঙাল পীহুনা থরাইনা জ্ঞানগী মওং উবা ঙমই।

মহাক্না অনীশুবা এনালোজীনা (মান্নবা মতৌ) খঙহনবগী মতাংদা ইন্দ্রিয়না পীবগা থরাইগী বুদ্ধিনা পীবগা থেন্নবা উৎলি। লৈই অমা শাংবা মান্নদবা শরুক থরা খায়দোকলে হান্নবা ভাব তৌরে। অসিগীমথক্তা শরুকশিং অদু হান্নগী মওংগুম্বা অমুকন্না খায়দোকলে। লৈই অসি AE ওইনা লৌরবদি অহানবা ককফম বিন্দু অদু C অমসুং অতোপ্পা খায়ফম্বা B অমসুং D নি। অদু ওইরবদি মখাগী Proportion (থক চাবা) অসি ফারে:

$$\frac{CE}{AC}=\frac{DE}{CO}=\frac{BC}{AB}$$

অদুনা BC=CD. হৌজিক মককশিং অসি করি খঙহনলি। মশাগী লৈইগী হানবা মচেৎ অমসুং মসিগী মচেৎ অনীবু Plato না 'The world of opinion (মতগী জগৎ) কৌই। ইহান হানবা মচেৎপু (AE) বু conjecture (ভাবনা শাবা) থোনলি অমসুং অনীশুবা মচেৎ EC বুনা Belief (থাজবা কৌই। জগৎ অসিগী জ্ঞান ইন্দ্রিশিংদগী ফঙই। রাখন য়াউদবা ভাবনা শাবা মমি তাবদগী (conjecture) জগৎকী খন্থনীডাই ওইবা থাজবা হায়রবদি মসিনা পোংশক্না মহুৎ শিনবা (উ, নুংথং, য়ুমনচিংবা) চংলকই।

মশাগী ওইজবা লৈইগী অনীশুবা মচেৎ অদু বু জ্ঞানগী জগৎ কৌই, মসি লেকসন্না understanding (খঙবা) অমসুং thinking (খল্বা) কৌই; তুমিৎকা মান্নবা form গী সংসার অদু মসিনি। প্লেটোনা understanding গী মখক উৎপসি অক্তনি হায়রি। অক্তসি মসি পীজিন্নবা পুক্তিংগী খবক মতৌ অমনি। জোমিত্রিদা অক্তগী মওংশিং (Circle) ত্রিভুজ, লৈই

মরিনা কোইবা অসিনচিংবা কয়া শয়া ব্যাখ্যা তৌনবা হোংখৈ। (পাইথা-গোরসকি প্রভাব কয়া তাই। অক্কু অউবা অমসুং উদবা অনী তাইনরা ওইহনলি। সাইন্সকী মহারাণীদি Mathematics নি; Mathematicsকী মহারাণীদি Arithmetic নি। Mathematics অসি সাইন্স পুম্বা পুন-শনবনি। Russell অমসুং Whitehead না অক্কু Logic তা পুসনবা বিষয় পুথোকখি।) খল্লবদা পুক্লিংগী খ্বাইদগী থোবা মওং dialectical thought হায়বদি Idea (বাখল) গী মপাম্না খনলি। মশক নাইবা পোৎ-শকশিংগী বাখল হায়বদি হোংগদবা মওংদগী পুক্লিংনা মপুংফাবা ফজবা, অচুম্বা অমসুং অফবগী অচুম্বা মশক্তা চংশিনলি। মহৈ তম্বা হায়বসি চয়া খঙবা জগত্তগী থাজবগী নোংদা অউবা পোৎশিংগী অচুম্বশিং উবা অমসুং understanding (খঙবা) অমসুং thinking দা (খল্লবদা) চংশিন-বনি। মতমপুম্বগী ওইনা অচুম্বা অদু মসিদা খঙলে।

Plato গী অহুমশুবা analogy (মান্নবা মতৌ) মান্নবা মতৌদি গুহাগী মরমদনি। গুহা অমদা য়োংহিল্লিংনা পুনশিন্দুনা থম্লগা বন্দিশিং থম্না ত্রথোইনা ভাব তৌগনি। মথোইগী মমাংদা মৈবা ফরাং অমগী মতেংনা ত্রথোইনা উবা ঙমই। ফরাংদা অনেম্বা ফরাং অমদগী উবকপা shadows (মমি) তারে; মথোইগী মতুংদা মৈ চাকলে অমসুং পোৎ পুবা মীশিংনা মথন কয়াগা পোংচৈ পুরে। খায়দোক্লিবা মৈইগী A'ন ওইনা তাকপা মচেৎ অচুনা উংলিবা ইন্দ্রিয়না পীবা জ্ঞান হায়বদি মমিগী জগৎ অদুগা মান্নৈ। (নাপ্তোকখিবা বন্দিশিং অসি অজ্ঞানদা লৈরম্নি। ভারতকী দর্শনদা হায়রগা মথোয়সি লম্বেন অচুম্বদা থাদোকদবনি।) ওইথোক্তবা মওংদা, বন্দি অমনা মশা নাপ্তোকখ্রে অমসুং মমশিংগী মরম অদু উরে অমসুং মথোইদা তারক্লিবা মঙাল অদুসু খঙবা মতমদা মহাক Belief (থাজবা) গী জগত্তা লৈরে। গুহাদগী থোক্লবা অহোবা অমা মান্না খঙলদনা উপনা মঙাল, লোমদা চোংথোকলে, মদুদগী মওং (form) গী জগত্তা চংলে। মঙালনা,

থক্কমনখিবনা মসিং তাংলে। তৌইগুমসুং মওাকপা অসম চাশিন্নরে; অসেংবা মশক খঙলে, Ideas ( বাখনসিং ) গী মকম খঙলদনা মতম পুম্বা লৈনিংলে। তৌকম থোকপনা মহাক শুহাদা হঙ্গিলকহুনা য়োংহিলং চনবদু অমুক ওইবা তারে। বন্দিদা লৈরা পুম্বনা মানা তাকপত্তু থাজদে, মথোয়না খঙবদি মসি অমসুং চময়বা ঙাক্তনি। মথোই ময়ায়া মাবু ফাবী তৌরে, মচেং মচেং শেংলে। তৌইগ মসুং মানা খাঙবনা কনলে; মথোইদা তাকপিবগী পুন্সিদা থরায় কখোকলে। মরম অ সনা Philosopher, হায়বদি মওংগী জগত্তা পুক্নিং লুপ্পবা মীচনা নিংথৌ ওইগদবনি। অচুম্বা লৈনবা মথোগী ভাবতা লৈবাক ঙাকনি।

Plato না Philosopher King ( দর্শনিক নিংথৌ ) গী মহৈ তম্বগী থৌরমদি ঈশৈ অমসুং Gymnastic তম্বদগী হৌই ( guardian গী তমবদা য়াউই )। চহি তরাদি অঙ্ক, জ্যামিত, সোলিড জ্যামিতি, অমসুং এষ্ট্রোনোমি তমগদবনি। মহাক খঙবগী (understanding) গী মফমদা লৈ, অমসুং অঙ্ক তম্বগী মরমদি Ideal form ( ফিদমগী মওং ) খঙনবা থৌরাং তৌবনি। চহি মঙাখক Dialectical thought (লজিকী বাখন) তমহনা অফবগী মওং ( form of good ), Reason গী নিয়ম খঙনবা হোৎনগনি। চহি ৩৫ শুরকপদা নিয়মশিং অহু থবকশিংদা উংকদবনি অমসুং মতুং চহি ১৫ শুরে হায়বদি চহি ৫০দা সিংহাসন কাবা য়ারে।

অধ্যায় ৭ তা প্লেটো না state কী মওং লৈনরি। স্তেত লৈথা তারকপগা মদু শাগৎলবা মী লৈথা তাবগা চাম্না চৎলি। বুদ্ধিনা মশাক উৎপদা স্তেততগা ঐখোয়না লিংজেন য়াউবা ( মপী মপা ওইবা ) ওইবদা চৎশিনলি, মসিগী মরুওইবা মগুণদি ঈকাইখুম্নবনি; লিংজেন য়াউবা মচাক অহু appetite ( লাবা ) না থ মহৎপদা লম্বুম পামলকই অমসুং Oligarchy (মী খরখী লৈঙাক) পোকই। Wealth তগী ঐখোইনা খরবু লংখোকপা ময়ামগী সরকারদা চৎই; কাঙলুপকী মগুন ঙাংগৎলে। জ্ঞান য়াউদবা

Republic অসি থবাই শিগে হায়রবা মরৈ অমনা লোইশিনলে। থবাইগী অনাবদি চুমদবনি তৌইগ, অমসুং চুমদবতুনা থবাইবু শিংনদে। অচুম্বা তৌতুনা বুদ্ধি, লিংজেল অমসুং অপাম্বা অদু থনচানা থমদুনা মীনা থবাইবু মশা ফংনবা ওমই অমসুং থরাম অদু মতম পুম্বদা চাওখৎলকনি।

প্লেটোগী ক্লাসিক্স অসি Ethics অমসুং Politics অনীমক নৈনৈ। হীরম অনীসি থেয়দে। Metaphysical dualism (মতুংগী কাংলোম্বা অনী থোকপগী) থাথন কয়া পীরি। মাগী দর্শন অসি Idealistic (ফিদমগী ওইবা) ওই মরমদি Mind (পুক্নিং) অমসুং Spirit (লিংজেল) গা Matter (পাংশক) গা থেংনরে হায়রবা ভাব অদু Historian পুম্বনা য়াদৈ। মাগী mental (পুক্নিংগী) হায়বসি spiritual (অধ্যাত্মিক) ওইনা লৌরবদি শক্তরগী জগৎ অসি অহোংবা নাই; শেংদে হায়বদুগা চাংদমবা য়াই। বেদান্তগা নক্লে।

---

## (২) ARISTOTLE গী ETHICS NICOMACHEA

অইবা : এরিস্তোটল (৩৮৪—৩২২ খৃঃ মমাং)

লাইরিক মওং : ইথিক্স

ইহান হায়া ইবা : তারিক থওজ্রে ;

এরিস্তোটলগী লেকচরশিং অদু মাগী মচানিপা নিকোমাচিয়না রেকোর্ড তৌখা অমসুং থওনরকপা

এরিস্তোটল মাগী মমাংদা কাউথিবশিংগী থাথন মমুৎ তানা থওই; দর্শনগী কাওবুশিংদা শাফু পীবদা প্লেটোগা মাগা অমতা ওইনা তৌই। Etheia Nicomachea দা অতোপ্পা দর্শনিক কয়াগী থোদাং মপুংফানা

উৎলি ; তুংদা পোল্লকপবা দর্শনিকশিংগী মুক্তম ওইবা নীতি ভাব কয়াসু মাগী অচৌবা লাইরিকশিংদা ফংই। লাইরিকশিংগী মরমদা পণ্ডিতশিংগী মরু ওইরবসু মাগী নীতি শাস্ত্র থমখিবসু মচানুপা Nicomachus না থনখ্রা version (হাতাত) নি হায়বদা খাদৈ। মাগী ছাত্র Eudemus না লৈংলখ্রা Ethics না লাইরিক অসিমু মতেং পাংই।

Nicomachean Ethics অসি পন্থুংদা চংশিনবা জগৎকী নিয়ম অতুগী শরুক মতেং অমনি ; পোৎলম পুম্বা Purpose (পন্থুং মাইবা) অসিগী মতুংইন্না থওনগনি, মথোইনা চংশিনলিবা পন্থুং, মওংশিংদা যাউরিবা পন্থুংসিং পুম্না থওগনি। পন্থুং নত্রগা অকবা হায়বদু মী অদুগী nature (মওং) খংলগা define তৌই ; অদুনা মাগী ethics অসি naturalism মথন অমনি তৌইগুমসুং অরাংবা ভাবগী নেচর অদু অচম্বা ভাবতগী (করিগুম্বা অমা ওইবা নত্রগা থোকপা) থন্দোকপা হৈতবা reductionism (ওস্থোকপা) নত্তে। ফিদমগা অওইবগা চপচানা খেন্নবদু মপুংফানা উত্রবসু অদুমক থমই। ফিদমগী ওইবা (Oughtness) অদু virtue থওনবা অফবা নত্রগা পন্থুংনা মসক উৎলি। Obligation (ওইবা তাবা) গী হেন্দোকপা হৌরকফম লৈতে, তৌইগুমসুং মাগী Psychology অমসুং metaphysics তা মুক্তম ওইবা Ethics তা মসিনা করিস্থ মাঙহনদে হায়বা থওই।

Aristotle গী মনবিজ্ঞানগী ওইবা খোঙচৎ অদু মহাক্না খ্বাইদগী ফবদু মীগী অমসুং শাগী লমচৎকি অতুমনি হায়বদা হৌরকলে। পোৎ থুদিংমক্না পন্থুং তানবদু অকবনি হায়বগী রাঙাঙদা মমাংদা লৈরম্বশিংগী মতুং ইনলি। Aim হায়বদি মথন যামই, ময়ামগীদমক পামনৈ, থরনা মরুমনীদমক পামনৈ। লৌইবা লাইদবা অদু মুখংনবা ত্রখোইম্না মথন্তনা ওইজরবা Intrinsic good (মশা মথন্তনা ফবা) অদু থনগনি ; অমসুং অমনা অতোপ্পা অমদগী হেন্না ultimate (অরোইবা) ওইরবদি অদুমু

অচৌবা অফবা ওইনা লৌগনি। মদু য়েংনবদি Finality ( অরোইবা ) অমসুং মথন্তা মপুং ফাবনি - মশাগীদমক মমল লেপকনি অমসুং মসিনা ঙাংখোকপগী করিগুম্বা বাক্তে। লুঙাইবা হায়বসি final ( অরোইবা ) অমসুং মথন্তা মপুং ফাজে, মাগীদমক অতৈ পামই তৌইগুম্বসু অতৈগীদমক মাবু পায়বা নত্তে হায়বদা খ্বাইনা মাবু য়াই। তৌইগুম্বসু খ্বাইনা য়ানবসি মীগনি ; লুঙাইবা মগুং নৈনবদা মথন মথেন কয়া লৈ অমসুং হেন্না থিজনবা চংই। ইচম চমদে।

Pioto গী য়াথন্দা good ( অফবা ) হায়বসি মচ', য়াথন, খ্বাইগী মগুং, মথন্তা ওইবা, অথবশিংনা মঙোন্দা participate (য়াউশনবা ) তৌই হায়। মসি Aristotle না য়ানীংদে। মগুং অসিদনা অমদি অতৈনা ফল্লবদি অফবা অসি content (মচাক ) তা পুমহাং হাংলে অমসুং ফংবা ঊয়রোই। কলা অমসুং বিজ্ঞানশিং নৈনবদা অথবা অফবশিং তানবদা খ্বাইগী ওইনা ফবা (universal good ) গী জ্ঞান লোইনা চংদে। অদুনা Aristotle না অথবা মীওইবগী ওইনা ফবদা থিজনবা পামই।

মসি মীগী মগুং অমসুং থবক্তা ফংই। মতাং অসিদা Aristotle গী Matter ( মচাক ) অমসুং form ( মগুং ) করিনো খঙগনি। Plato দগী ফালবসু থীনা খেন্নে। অশেংবা matter অমসুং অশেংবা মগুং নত্তনা পোং অমগী মগুং মচাক অমসুং মগুং হায়বসি Potentiality (ওইরকপা য়াবা ) অমসুং Actuality (চপ না ওইবা) অনীগী মচেৎ অনীনি। থুগাই-রগা খায়দোক্কবা য়াই। মাগী নিয়মদা অশেংবা matter অমসুং অশেংবা form অসি terminal limit ( মতোন অমীগী পংথৈ ) নি [অশেংবা মগুং অসি unmoved mover হায়বা বেদান্তগী ফিভমনি। আধ্যাত্মিক ওই।] Matter না মচাক, Form (মগুং) না শাগংলিবা ( structure ) নি ; matter না thatness ( মহ ওইবা ), form না পোংশকশিংগী what ness ( করি ওইবা মগুং ) য়াউদবা পোং অহথনবা য়াদে, মচাক য়াউদবা

মওং অছুম মশক উদবা ভাবনা শাবনি। মওং হায়বসি অচম্বা structure (শাগংলোন) নত্তে; অদুম ওইনমক পোৎ অমা ওইবা নত্রগা ওইরকপা হায়বদু (Potentiality অদু চপচানা ওইবদা) মওংদদা নত্তনা মথৌদমু ভাংই। হায়না চংনরকপা ৎবমদা উ ওক ওইরকদৌরিবা অদুগী মরু অদু য়েংউ। পাম্বীগীদা য়েংলবদি মহৈ। মরু অদু matter নি; ওকউপালগী মওং ওইরকত্রি। মওং ওইরকপা মাবগী ফিবমনি। তৌইওম্বসুং উ অংনা অমুক হেন্না বাংবা মওং হায়বগি পোৎচৈ শানবশিংগীদি matter (মচাক) ওইরকই। Acorn মহৈ অদুমকমু oak পাম্বী মরুগী মওং লৌরকতুনা তুংদা উপাল ওইরক্লীবনি। অদুনা মহৈগী telos নত্রগা পম্বুং অদু মশাগী nature দা য়াউই অমসুং মসিগী অফবদু মসিগী মওংগী থবক ফজনা পাংথোকপা—অকনবা, মওং ফজবা উপাল অমা ওইবনি। মসি মাগী তোপ তোপ্পা নৈনবনি।

মীগী পম্বুংমু মসিগুম্না মওংদা ফংই মওং অদু মঙোন্দদি থবায়নি। থবায় হায়বসি Christian tradition দা চংকবা অদু নত্তে; পোৎশক নত্তে তৌইগুম্বসুং অহিংবা হকচাংশিংগী থবক্লী থাকনি। পাম্বী মচাশিং য়োকথৎনবা মথৌ নত্রগা vegetative soul (মনামশিংগী থবায়) লৈ; হম্বা শাশিংনা মসিগী মথক্তা Sensory (ইন্দ্রিনা ফংবগী) অমসুং appetitive (লামগনবা) নত্রগা কম্না নীংবা থবায় লৈ; মীওইবগী থবায়দি অবাংবা থাক্তা Rational (জ্ঞানগী) ওই। পোৎ খুদিংগী মগুণ নত্রগা খাংদগী ফবদু অওকপা মথৌ ফজনা তৌবনি; মীওইবগী অফবা হায়বসি virtue (ধর্ম) গা চান্নবা থবায়গী মথৌ পাংথোকপনি, অমসুং virtue অদু অমদগী হেন্নবদি অফবা অদু খাংদগী ফবা অমসুং খাইদগী মপুং ফাবা অনৌগা থবক চান্নবা তৌবনি।

মীগী থবায় Irrational (জ্ঞান লৈতবা) অমসুং Rational (জ্ঞানগী) অনী থোক্নে। অহানবদা vegetative হায়বসি reason না

থিংনবা অমসুং appetitive (লানিগনবগী) বুদ্ধিগী মশক্তিংদা লৈবা অনীমক য়াউই। বুদ্ধিনা লাকপা ওয়া শক্তা য়ুম্বা অমসুং বিজ্ঞানগী ওইবা থবক-শিং য়াউই। মথোইশিংগী চায়না মথম কয়াগী গুণশিং লৈ—মথম অনী লৈ moral (নীতিগী ওইবা) অমসুং Intellectual (বুদ্ধিগী ওইবা)।

অহানবা মথনগী অসি কদাইবু কৌবগে হায়বগী মতাংদা Aristotle না থনলি well-being (অফবা) ফংনবা ময়াম চৎকদবনি; হেনজিনবা মাঙহনলি; শায়রোয়গী মতিক চাবা হায়বদু মতিক চানা চাবা, হেনসু হেন্দবা অমসুং তাসু তাদবনি। ময়াম হায়বসি অফগী চপচাবা নত্তে; মুক্তা শায়গদবা মীগী চপচাবা চিঙ্গাক অহ কারবার তৌয়া মীগীদগি হেনমনলে। ভাব অসি মিৎয়েং, লমচৎ অমসুং পুক্লিংগী ঈথক ঈপোমলোমদা পানশিন্দুনা Aristotle না মখী লৈনবা নীতি শাস্ত্র অমা (হন্থবা মওংদা relativistic ethics ওইবগী ভাব নত্তে।) শেমগৎলি। virtue (ধর্ম) হায়বসি লমচৎকী মশকনি। .... ....vice (পাপ) ওইবা অনী হায়বদি হেনজিনবা অমসুং অশোয়বা অনীগী মৈ। থবক অমসুং মিৎয়েংগা মরী লৈননা পুন্নগী খুদম মথাগী অচুম ওই।

Activity (থবক তৌবা) নত্রগা Attitude (মিৎয়েং)

১। শিবা মায়োকপা

২। অপেনবা নত্রগা অবাবা থেংনবা

৩। পৈশা পীবা অমসুং লৌবা

৪। ঈকাইখুম্বা অমসুং ঈকাই খুম্মদবদা মিৎয়েং থম্বা

৫। Assertion (কয়া হায়বা)

৬। নুঙাইহনবা

| হেঞ্জিনবগী পাপ | Virtue (গুণ) ময়াম | অশোয়বগী পাপ |
|---|---|---|
| ১। থৎমনবা | খৌনাকপা | পাংদবা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২। | মশামথন্তুদা পেলহনবা | চাং নাইবগী গুণ | পুক্রিংদা কাওগন্দবা |
| ৩। | থরচ তৌবা (ক্যাদোকপা) | পুকচেন চাওথোকপা | পুকচেন শীকপা |
| ৪। | অহাংবগী নাপম | চপচানা নাপন তৌবা | কাহেম্না নোল্লুকপা |
| ৫। | চাউথোকপা | অচুম্বা হায়দোকপা | করেম্নবগী নোল্লুকপা |
| ৬। | ফাগীগী মওং উৎপা মী | থৌরাং তৌবা | ব্যবহার য়াওদবা |

পাইরক্কী লৌশিং

পুথোকপা

গুণ হায়রবসি মতম, পোৎশক, মী, পুক্রিং অমসুং চৎনলোবগা চান্না থবক তৌবা অমসুং পুক্রিংদা ফাউবনি। Mean হায়রবসি variable ( হোঙগনবা ) ওই মরমদি থরনা হেনদোকপগী মনাক্তা লৈ, থোদোক খুদিংগী ময়ায় লোইনা লৈ - ময়ায় ওইবা লম্বী অসি অশিংবা অমসুং অফবা মীনা চৎনৈ। মথক্কী অস্মা পাপ পুন্নগী হিসাব পীবসি মপূং ফাদে হায়না Aristotle নস্থ মত পী। থবক থরা অমসুং অপাম্বা থরদি মশানা ফত্তে—কল্লকপা, নূপী ভাঙনবা, মী হাৎপা, য়েংথিগনবা থবক-শিং অসি তৌবদা অফবা নৈতে।

মথক্কী মত অসি অথোইবা গুণ Justice ( অচুম্বা ) তস্থ পানবা য়াদে। অথন্নবা গুণ ( Plato গী Justice হায়বদি গুণ পুম্নমক য়াউরে।) অচুম্বা হায়বসিদা মপানগী পোৎথোকশিং হায়বাদ ঈকাই খুম্বা নত্রগা পৈশা য়েন্থোক্লবা য়াউই ; ময়ায় ওইবনা য়ামস্থ য়ামদবা থজিক্তস্থ নত্তবনি। হেনদোকপা থিবিক চুমদবনি। Distributive justice (য়োক্লবগী অচুম্বা) য়েন্নগদোরিবা পোৎ অদু মীয়ামদা merit (অফবা শক্তক) মতুং ইন্না জ্যোমিত্রিগী মতুংইন্না য়েন্থোকপনি। ক অমসুং খ দা মীওইরবা গ অমসুং ঘ না পোৎ ওইরবদি অচুম্বা অদু অস্মা য়েন্থোক্লবদা ওই ঃ ক ঃ খ ঃ ঃ গ ঃ ঘ ঃ মসিদা মাম্নবা হায়বসি মীদা নত্রগা পোৎতা নত্তে ; Proportional Representation ( থনচাননা উৎপা) নৈগদবনি।

Rectificatory ( চুমথোক্লবা ) অচুম্বদি অরানবা চুমথোকপা হায়বদি কাঙবু অমনা মাঙবহু কাঙবু অমনা তোঙবনি। মীশিং অড চপমাদ্রে। Aristotle না virtue অসি mean ওইনা লৌবা থাই পুম্বগী ওই হায়-থিদ্রে। মাখোসি লানলি হায়না ময়াম্মা য়েৎনদ্রনা কায়রোই। হীরম-সিদা অকণী পাম্বৈ লেপই। Pythagoras কী নিয়ম অড় লৌবনি।

পাপ অমসুং পুন্য মথন্তুনা কুইজবা মশকনি; মচৎকী মশক অসি থবক অড়গী মরম অমসুং ফলনি। থবক অমসুং character হায়বসি voluntary ( মশা মথন্তগী ) ওইরবসু থবক তৌত্রিবৈগী মমাংদা অখন্নবা লৌবা রাথনশিং অ:দি শেংনা থঙই, লমচৎ চাওখৎপদি তপ্পা তপ্পা ওইরকই অমসুং য়াম্না অশেংবা ওইদে। অহম ওইনমক অনীমক্তা ঐখোইগী দায়ীত্ব লৈ; শেরাম্না ফহনবা ( false good ) গী পুক্লিং হুবহ মীগী লমচৎননি; মশা নাবা মীদদি ফত্তবস্ত ফবোই নীংই। মসিদা অফবা মীগী খঙ্গোক্লীওাই ওইবা মচৎ লৈ। লমচৎ থুদ্দিংগী হুঙাইবা অমসুং পুকচেন চাওবগী ভাব লৈ। অফবা মীনা পোৎ থুদিংগীদা অচুম্বা উই; মথোইবু থন ওনবা অমচং ফীদম ওইবহু অচুম্বনা ওই। গুণ অসি থবক্তা ওনশিন্নবঃ অকনবা মত পী। virtue মুম্না থঙবহু, মঙাল ফংলবা পুন্সিনি। মাগী নীতি অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মগীগা চা দম্নবা য়াই।

Aristotle গী ethics অসি deontological (থনুং কাংলোন নত্তবা) ওইবা নিয়ম নত্তে, অচুম্বা নিয়ম্মা তাকপা মী অড়গী ম’ক উৎনবনি। চাং নাইবা মীনা মানা তৌগদবা পোৎ পুম্বা পামই। মসি Rational principle ( বুদ্ধিগী নিয়ম ) না তাকই। ধর্ম্ম লৈবা মীনা অথীংবা, অকনবা obligation ( লমন তোনহনবা ) দা করিস্থ পোংলুম ওইহনদে; মসিগী মহুত্তা মীগী মশাদা য়াউবা অহেনবা Potentiality ( মনুংদা য়াউবা গুণ ) পুথোকহুনা থাইদগী হেনবা শুঙ্গি লেনলি। নাপন কাবা মী অমা দুগম ওইনা উত্তুনা মহাক্না থৎইনদি; Pride (নাপনগী মত্তৌ)

হায়বসি হেক্না চাউথোকপা (vanity) অমসুং মোমুকপা অনীগী মরক্তা লৈ। অপা পুরবগী লুহংবনি ; মসিনা মথোইবু হেন্না চাওহনলি অমসুং মথোই খাউজবদি মফিত্ত ফংদে। মাপল কাবা মী অমা মশাবু অচৌবা পোৎশিংদা মতিক চাই খনলি। মহাক থৌনা কৈ, ঙকাই খুরুম ওই, ঙকাই থুন্নে। পুকচেল চাওথোকই, পোৎ মচাদা

লেমই, অপাম্বা অমসুং পামজবহ্ শেংনা হায়দোকই, তা কয়া ওাওদবা, থবক য়াম্না তৌবা মীনি। মহাক মনীং তমই অমসুং মরুপ মপাং নত্তনা অতৈদা তাংজবা পায়দে।

য়াম্না শাংনা মরূপ ওইবা হায়বসি অকবা পুক্তিদা চংই হায়বা ঙৌবলি। মরুপ ওইবা মথম অহৌনি ; কায়বদা মুক্ষম ওইবা মরূপ, Pleasure (হন্নবগী নুওাইবা )দা মুক্ষম ওইবা অমসুং ধর্ম্ম লৈবা মীওগী অকবদা নুংশিবা অকোনবগীসি খাইদগী হেনবা হেন্না তাংবা অমসুং কুইনা চংবনি। খাকমসি থাংনা য়ানরে।

মরূপ ওইবগী হীরম নৈনবদা benevolence (চানবিবগী পুকচেল) অমসুং self love (ইশাবু নুংশিবা) গী মরী নৈনবগী য়াহং থোক্লকই; মসিদা Aristotle না তুংগী অইবশিং Hume অমসুং Bishop Joseph Butler থোইনা ইরিবহ্ আশা তৌখি। ইশাবু নুংশিবা 'self-love' হায়বসি ঐথোইনা থনবদা মাগী মতৌ অরাংবা অমসুং হন্নবা অর্থ অনী চংই। ইশাগী লম্থুম নত্রগা হকচাং পেলহনবদা থমগদি চৈনীওাইনি, তৌইগুম্বসুং মশাবু শেংনা নুংশিবদি মশাগী থাইদগী য়াংবা মওং—অচুম্বা, চানাইবা অমসুং পুকচেল চাওথোকপা অসিনচিংবদা চপ চাহনবনি। মথোই মশাগীদমক্তা থাইনা থাংদগী হেনবা অকবা থৌ, অসি থিরবদি মশাবু নুংশিবনা থাইগী ফগৎহনবা ওইগনি। অশেংবা মশাবু নুংশিবনা থাইগী কায়বা অমসুং মরক মরক্তা মরূপ মপাং অমসুং মতৈবাকীদমক ময়ম মথুম অমসুং মপুক্তি কথোকপসু য়াউহনকই। মরম

অসিনা অফবা মীনা গুণ অহু মসুং ফানা চলাইনবা অফবা মরূপশিং চংই। মরূপকী কান্নবা থমই

অফবা মীনা অনীশুরকপা গুণহু চংই : (Intellectual) মরমদি নীতি হায়বসিদা choice ( ফিরেপ ) চংই ; মতিক চানা থনবা হায়বদি desiderative ( কন্না নীংবা ) বুদ্ধি নত্রগা Ratiocinative (মরম উৎপন্নী) অপান্বা তাকই। নীংথিনা থনবা অসিদা শেংনা পান্বা ( desire ) অমসুং অচুম্বা অহুমান চংই। Rightness ( আইনগী অচুম্বা ) অমসুং truth ( মশা মহুংগী অচুম্বা ) মহাক্না শীবা subjectivism ( ইশাগী নত্তবা ) থাদোকপা আইননা লেপই। অশেংবা, contemplative (বাখন তৌবা) intellect না অচুম্বা ওইরিবা পন্থ্ুংদা হাকথেংননা motivate ( পুক্নিং ইনশনবা ) তৌদে ; থবকী নত্রগা পোংথোক্কী লৌশিংনা চুম্না পাম্বগা চান্ননা অচুম্বদা পন্থ্ুং তাননি। থবকী ওইবা লৌশিংনা moral virtue ( নীতিগী অচুম্বগা ) মরী লৈনবা Intellectual virtue ( বুদ্ধিগী গুণ ) নি।

"মীগীদমক অফবা নত্রগা ফত্তবা ওইরীবা পোৎলমশিংগী মশক অহু থগুনা তৌনবা অচুম্বা অমসুং বুদ্ধিগী ওইনা তৌবা গুম্বহুনি। অফবা পুক্নিদা অফ-ফত্ত থন্দোক্নবগী মওংনি ; অহুনা বুদ্ধি, মাউদবা থবায়, ঈথক ইপোম অমসুং অপাম্বশিংবু নমথবা পোথোক লৈবা বুদ্ধিগী মথৌনি। Practical wisdom ( শিনফমগী লৌশিং ) থম্বরবা থাক্কী গুণনি। থাক অসি থবায়গী বুদ্ধি মাউবা শরূক অনীগী মহুংদা হুম্বহুনি। মসিনা পাষ্বে অহু থম্বদা নত্তনা পন্থ্ুং অ৩ শিল্লাংই, "শেংনা হায়রবদা শিনফমগী ওইবা লৌশিং নত্তনা অফবা ওইবা ঙমদে, moral virtue (নীতিগী গুণ) মাউদনা থবক্তা অশিংবহু ওইদে।" মরম অসিনা বুদ্ধিগী গুণ (Intellectual virtue ) অসি ইচম চম্বা লৌশিং শিংবা নত্তে।

থবকী লৌশিংবা Intuitive Reason ( হুনা শগুনবা বুদ্ধিবু

ইন্দ্রিয়গী নুঙাইবসি মথক পুম্না খুৎলো শক্তোদনা পা থোকপগী নুঙাইবদা লৈ। Happiness (চপচানা নুঙাইবা) অসিদু থবক খরা নত্রগা থবক লোইনমক অং পাংথোকপগী pleasure কা লৈ। মাগী Happiness (চপচানা নুঙাইবা) অসি মপুং ফাবগী থাক চংশিন্নলি। তৌইশুমক্তং Pleasure মশামক্তা অমত্তং অতৈ কাবিংবা য়াউদনা chief good (অথোইবা অফবা) নি হায়বদি যারোই। ইন্দ্রিয়গী নুঙাইবা মথক থেংনৈ; থবক্তা চান্নমনা নুঙাইবা কয়া লৈ। পাপকি থবক্তা পাংথোকপা Pleasure সু লৈ। থম্না অহেনবা কান্নবা থবক পাংথোকপদা অপনবা নী। Pleasure (মখানগী ওইনা পেনবা) পাম্নসি লোইংনিংবা অতৈ হাপচিন্নগা ওই। অরোইবা অফবা (Final good) গী য়েংগন্নবদি মথক্তা মপুং ফাবনি। অদু ওইরম্নদি Pleasure হায়বদি Happiness (মনুংগী নুঙাইবা) গী মচেৎ অমত্তনি।

হৌজিক্কি লাইরিক পাবা মীনা মসিগী নুঙাইবসি থকৎপগী নত্রগা মপুং ফাবগী মওংগী নুঙাইবদা লৌবা য়াদে। মসি activity অমনি, ধর্ম লৈবা থবক অসি মশাগীদমক্তা পাম্বনা Happiness (চপচানা নুঙাইবা) অসিদু থাইদগী চাওবা ঙমনি। ধ্যান তৌবা/নিংবা (contemplative) ওইবনা থবক অতৈদগী হেন্না চথগনি, মচাকী ওইবা দরদার য়াম্নদে, মসিগী নুঙাইবশিং শেংই অমত্তং কুমনা চৎলি। অথুবা Practical ওইবা ফল মাসিদগী লাক্তে। মশাগীদমক্তা পামনৈ। থাইদগী হেনবা মীগী থবক ওইবনা মসি লাংগীংম তৌই। ত্রেথোইদা য়াউবা থাইদগী হেনবা authoritative (মকোক থংনিংবা) ওইবা মওংনি: "পোৎ থুদিংমক্তা চপচাবদু মশাগী ওইনা থাইদগী ফৈ অমত্তং Pleasant (অপেনবা) ওই; মীগীদমক্তি বুদধিগী ওইবা পুন্সিন্না থাইদগী হেনবা অমত্তং থাইদগী পেনবনি, মরম্নদি বুদধি হায়বসি অতৈদগী হেন্দোক্নবা মীদম্ন রাজকনি। পুন্সিন্না অসিনা থাইদগী হেন্না নুঙাই।

মায়া Rationalistic (জ্ঞানগী ওইবা) ওইনা লৌরবসু মহাক্না মুওাইবসিদা হকচাংগী দরকারসু য়াউই হায়রি। মী থবদনা হকচাং থওইদবা য়ান পাবনি। অনীশুবকপা থাক্কী মুওাইবদি নীতিদা চুম্না পুন্সি লেনবনি; মসিদা মীগী বুদ্ধি অমসুং অমসুং appetite (লাবা) গী শরক অনীমক য়াউরে। মসি ঐথোইগী ঈবংনি। বুদ্ধি অমসুং ইশা ইথক্তগী discipline (নিয়ম) না legistation (আইন চংহনবা) গী মতেং লৌরকপা তারে। বাথন অসিদগী মহাক্কী অনীশুবা লাইরিক Politica থোকলকই।

মাগী মত অসি মতমংগী বৈগ্যানিকশিংদা য়ায়া speculative (ভাবনা শাবা) ওইরবদি মানা হায়রিবা পুবা থৌদোক্তা পরীক্ষা তৌবা প্পামই অমসুং থৌদোক্তা চানত্রবদি মসি অচম্বা theory নি হায়না লৌগনি হায়। মত অসি মাগী নীতি অপুবগী থাদোক্তবা য়াত্রবা মচেৎ অমনি। বুদধিদা মীগী খ্বাইদগী হেনবা গুণ ফংলবা অতুম ওইনম্ন ইন্দ্রি অমসুং লায়গী শরকসু থুংহল্লবা অমসুং অনীমক মীগী মশাদা য়াউবা গুণ ওইনা লৌরবা অমসুং বিশ্বগী ওইবা শক্তা মসিনা actualise তৌরবদি দর্শনগী খ্বাইদগী মুওাইরবা ethical conviction (নীতিগী চেৎনা থাজবা) ওইগনি।

---

# এনিয়াদস

(৩) পোকইবা : প্লোটাইনস (খৃঃ মতাং ২০৪ – খৃঃ মতাং ২৭০)

খুৎহৈ মশক : মেতাফিজিক্স

ইহান হায়বা লিংখোকপা : খৃঃ মতাং ২৫৩

হৌজিক্তদা Plotinus কী কান্নবদু মফম খুদিংদা খণ্ডনরক্লে। মমাং-ঙৈগদি মহাক্কা খাইদগী চাওবা মীহুৎ ওইরিবা Neo-Platonism গা Platonism হায়রবসিগা থোইনা খেন্নরমদে। চাংদম্নবা মহৌশাগী ওইনা ইবহু হাংপনিনা ময়াম ওইবা যুগতা বাখল অনী অসি ইতোং তোংশিনৈ; তোপ তোপ্পা মশুঙশিং অদু খণ্ডনখিদে। ইতিহাসকি ওইনা রিসার্চ তৌবা অমসুং মচাকশিং ফংবদগী মাগী বাখলগী তোপ তোপ্পা মংক অমসুং এননিয়াদস লাইরিক্তা মানা পীবা থোদাং খণ্ডনরক্লে। বাখল অসিগা Plato গী বাখল চংনরকপগা মরী লৈনবদু Plotinus মশামক্কা য়াই, তৌইগুম্বসুং হৌফমদা নকশিন্নবসিনা মান্নবে হায়বদি নত্তে হায়বসি প্লেটোগী অফাউবা সেবক এরিস্তোতলনা ময়েক শেংনা তাকখি।

কুপথনা য়েংলবদি এননিয়াদ কৌবা লাইরিকসি চাং নাইদে। চাইনা লৈবা অইবশিং অদু Porphyry না মথং মনাও নাইনা খোম-জনবা নত্রগা অহান অকোন নাইনা য়াবমথৈ খোমজিনলবসু অইবশিং অসি য়াম্না কনবা logical order (ন্যায়গী মথং মনাউ নাইবা) দি নত্তে। Plotinus না মাগী ছাত্রশিংগা মরুওইবা দর্শনগী সমস্যা খর নৈনখি। লাইরিকসিদা মরুওইবা হীরম খরা চাওখৎলকপা মতাংদা মচাকশিং চান্নবা, মওংদদি চান্নদবা কয়া থেংনৈ।

Plotinus দি খরায় য়াউবসি One and many (অমা অমসুং ময়াম) গী সমস্যাদনি হায়বসি খাইনা খঙনৈ। Ethics দা মানা মপুং ফানা চাওখৎহল্লবা ফজবগী থিউরি মতম পুম্বদা খাইনা পংখং খণ্ডনদে। অ‌ংম ওইনমক খাইদগী মরু ওইবদি প্লোটাইনসনা পুথোক-খিবা philosophical psychology (দর্শনগী মনবিজ্ঞান) নি। Soul হায়বসি Platonian দা য়াম্না মরু ওই অমসুং খরায়বু কুপ্পা নৈনংনা দর্শন ওইনা নৈনবসি মহাক্কা অহানবা অমসুং অচৌবা অইবনি। Bheda—abheda গী জীবগী ভাবকা চাংদম্নবা য়াই।

প্লেটোগী জগত্তা থরায় অসি অচোবা মফম লৈ অমসুং প্লেটোনা মাগী রিপব্লিক অমসুং Phaedrus তা মতম চংনা মঃ শন্দোক্লা তাকই। অদুগ থরায় অসি "form" (মওং) গা metaphysical principle (অদুসুং কাংলোনগী নিয়ম) ওইনা তাইশিল্লদে। থরায়বু ময়ায় ওইনা লৌবসি প্লেটোনা হন্দোক্লমই, প্লোটাইনসনা মারীগী ওইনা থনম্ব দগী মানা নৈনবনা পাকপা অমসুং হাকথেংনবা ওইবা হেনলি। সমস্যা নৈনরকপা প্লেটোগী ওইবা কয়া থম্লবম্ব হৌই মইদদি Aristotelia-nism (এরিস্তোতলগী মত) অমসুং মথন মথেন কয়ায় থেনৈ। করি-গুম্বা মতা দা প্লোটাইনস না প্লেটোনিক Problems (প্লেটোগী সমস্যাশিং) দগী হোরকই, তৌইগুম্বসুং মতুদা নৈনবা মাউবদি মমাংঙৈগী দর্শন লোঃনমক চিংশিনলি।

প্লেটোনা Sense—perception (ইন্দ্রিনা থেংনবদগী থওবা) দা মায়া পুক্লিং চংবগুম্বা প্লোটাইনসসু থরায়গী মরম নৈনবদা sense perception (ইন্দ্রিনা থেংনবদগী থওবা) পায়থংলি। থরায় অসি হকচাংগা মায়া মরী লৈনৈ অমসুং ময়েক শেংনা পুনশিল্লে। থরায়গী মমিং চংলবা মত কয়া থম্লরগা প্লোটাইনসনা থরায়না অহেনবা unity (অমতা ওইবা) নৈবনা হকচাংদগী হেম্না মপু ফাই হায়রি। থরায়না থওবা (perception) অদু মখায়দা থমই অমসুং হকচাং অসি থায়-দোকপা মাবগুম্বা থরায়দি মাদে।

প্লোটাইনসকী দর্শনদা sensation (ইন্দ্রিনা ফংবা পোংকি জ্ঞান) দনা গ্যান হোরকফমান। মথক্তা থরায়না Intelligible form (গ্যানগী মওং) থওবনি। ইন্দ্রিদগী ফংবা গ্যান অসি থরায়গা হকচাংগা কয়া মকশিন্নবদা তাংই: তৌইগুম্বসুং থরায়না হেম্না পুনশিনবা ওইবনা হকচাংদগী হেনগংপা থাক্তা লৈ, অশিংবা মওং অদু মালা থওবই ontological order (থকুংগী মথং মনাউ) উংলি। মসি intellectual

principle ( বুদ্ধিগী মওং ), অশিংবা মওংগী লৈফমনি ; রাথনগী নিয়মসু ওইরি। থরায়দগী হেনবা principle ( „ ) অদু Divine mind (লাইগী ওইবা পুক্নিং ) হায়না তোয়না কৌই। ময়াম খাইগী রাথনগা রাথনগী অশিংবা মওংগা পনশিনবা উংলি। থরায়না লৈজরিবা অতদগী হেনদোকপা পুনশিনবগী থাকনি।

হকচাং অসি থরায়গা লাপথোক্লবদা মচোই মচোই তাবা পোংশক ওই ; অমরোমদা হকচাংনা থরায়গী লমজিং ইনবদা harmony ( তিন্নবা মতৌ ) ওইবা অমসুং খাইদগী হেন্না ওইবা ঙম্বা মথং মনাউ অদু উংলি। থরায়গী পুক্নিং চংবদু পোংশকশিংনা চুপশিনবনা মথন্তা কাউজদুনা মশাদগী লাপথোকপা অমসুং পোংশক ময়াম থিরকই। তৌইস্নসুং থরায়না মথক্তা লৈবা intellectual principle ( „ ) অসি খল্লকপা মতমদা পোংশকা নরবদগী লাপথোকই ; মহৌশাগী ওইরম্বা মখুম ওইবদু অমুক ফংলকই। cotemplation (ধ্যান তৌবা) দা লুপ্লকই। Intellectual principle ( „ ) অসি হায়রগা মরী লৈননা খল্লবদা জগৎকী মথং মনাউ নাইবগী অশেংবা শাগৎলোন ওইনা উই। তৌইস্নসুং মথন্তদা মসি শেংলবা intellection ( বুদ্ধিগী ওইবা ) নি। মসিদা রাথন অমসুং object ( পোংশক ) কি খেন্নবা নত্তনা অতৈ লৈতে, অহোংবসু লৈতে। মহাক্কী metaphysical scheme ( থনুং কাংলানগী থোয়াং ) দা থরায়দগী হৌরকভুনা পুনশিনবগী মতুংইন্না মথং মনাউ নাইনা লেংথৈ। বুদ্ধিগী নিয়ম ওইনা পোংশকশিং-দগী মখল মথেন্দগী লাপথোকই, রাথনগা পোংশকা খেন্নবা অমসুং তোঙান তোঙানবা intellectual form ( বুদ্ধিগী মওং ) শিংগী মরক্তা খেন্নবদবমক থমই হায়বা উংলি।

Unity ( অপুনবা ) না তোঙান তোঙানবা শাগৎলোনশিং শেংনা থাদোকপদা চংশিনবনা, প্লোটাইনসনা রাথন অমসুং পোংশকী

থেম্নবতুগী ৱাংমদা অপুনবা মশামক থিন্নবা চংশিনলি। অসি-গুম্নবা অহানবা নিয়ম অতু প্লোটাইনসনা 'অমতমক' (করিগুম্বদা অফবা) কৌই; মসিনা অংনবগী মতোন্দা লৈ। অপুনবগী থাক কয়া মসিদগী হোৱকই। মরুওইবা নিয়ম অংম — অমতমক, বুদ্ধিগী নিয়ম অমসুং থৱায় হকচাং অসি চপ মান্নবা থাক পীদে) লাইরিকী মফম কয়াদা কদাইবু কোবগে তাক্তে, ভৌইগুম্বসুং মাগী অইবা খুদিংগী মফম পুম্বদা মথোইসি য়াম্না তোয়না পন্দুনা ফজহনলি।

ফত্তবা হায়বসি প্লোটাইনসগীদমক নীতিগী অমসুং থনুংকাংলোনগী সমস্যা ওইরে। জগৎ অসিদা মীনা ফংবা অৱাংপশিংনা মাবু মসিদগী হেন্না ৱাংবা order of existence (লৈবগী মথং মনাউ) অমদা থিহল্লি। থাইনা লৌনবা মতকি ৱাংমদা প্লোটাইনসনা জগৎ অসি হন্থনা চৈদে। অহোইনতুম, মহাক্না জগৎ অসি ফজবগী মপুং ফানা ফোঙদোকপা লৌই। মহোশাগী জগৎনা মথাংগী মথং মনাউ নাইবা (order) না থম্বা মপুং ফাবতু কাইহন্দে, অমসু অতুনা অৱাংবা হোৱকফমগী সাক্ষীনি। জগৎ অসি মতম পুম্বগী ওইনা লৈ হায়বতু মানা মরৈ য়েংতে। মথা থংবা শক্কা অৱাংবা মথক্কীদা হিংনবা শক্তিগীদমক তাংজবা অতুগী ভাবতা "origin" (হোফম) হায়বসি লৌই।

Metaphysics কী ওইনা য়েংবদা ফত্তবা হায়বসি মঙোন্দা লুই। মশাদা শোয়দবা priciple অমগী মতেংনা অসুক য়াম্বসি ব্যাখা তৌরকপা ভাবনা, মপুং ফাবনা করিগী ফত্তবা ওইরক্লিবনো হায়বদু উৎপা লুই। প্লোটাইনসনা মসি মমথরকপা মঙালগী মমি অমসুং ময়াম ওইনা হেনগৎলকপনা ব্যাখা পী। অমতা ওইবা মপুংফাবা ( Divine unity ) মশাদগী হন্থবা order শেম্নবা থোক্লকপদা ময়াম ওইরকপা অমসুং মপুং ফারত্তবা ওইরকই। মমৈদা পন্থুং ওইনা পোৎশক ঙাক্তা ঙায়বা (being গী ওন্নতৈনবা) অমসুং নীতিগী মাম্নবনা ফত্তবা ওইরকই।

তৌইগুমবসুং মওং অসি মথক কাখৎপনু লৈ। থরায়না মথন্তদা য়েৎহনা অমসুং হকচাংদগী থেন্নবা অহু পুখোক্তনা পোৎশক অমসুং পোৎশকী মপুংফাবা অমসুং অপুনবা হৌফমদগী থায়দোকই। মথন মথেনগী থাক্তা উৎপা unity ( অপুনবা ) অহ উরুবগা থরায়না লৌশিংগী মতেংনা intelligible world ( লৌশিংগী ওইবা জগৎ ) হায়গৎলকই অমসুং মহৎগী হেন্দোকখিহুনা বুদ্ধিনা উৎপা থেন্নবগী বাংমদা লৈবা অমতা ওায়বহু মিৎকুপ অমতং ওইরবসু য়োই।

অয়থক অহু মশক শেংনা তাকপদা হেন্না মাগী দোং থীবা ওই। মতম পূম্বগী ওইবা জগৎ অমসুং মসিগী শাগৎলোন্দা necessary (দরকার) ওইরগা করম্না ফত্তবা লাক্লীবনো হায়বা লুই। তৌই স্বসুং অমথক অহু মশক তাকপসি মাইথীনীঙাইনি। Plotinus অমসুং মাগী ব্যাখ্যা তৌবশিংনা মসি মুন্না থওই। অমথক অহুদি ময়াম ওইবা অমসু' থেন্নবগী মথক্তা লৈথে। তৌইগুম্বসুং বুদ্ধি লাম্বা ফংবদদি থেন্নবা খরদা ওইরবসু লৈগনি।

অহুনা অমথক অদূ থগুবদা হাকথেংনবা নত্রগা বুদ্ধিনা লাম্বা ওইদে। Negative ( য়াদবা ) ওইবা নিয়ম য়াম্না শীজিন্নরকই। অমদূদা গুণ মতিক চাদনা হাপ্ল য়াদবা য়াই। নাকোইননা য়াদবগী ওইনা অমথক অদূ থরা থগুবা ঙমই, তৌইগুম্বসুং মসি ময়াম্না থগুনরিবদু নত্তে। অসিগুম্না থগুবসি রারী শানবা য়াদে, অমসুং Plotinus গী মত্তা অমথক অহ হায়নবা তারবদি, অহৈবা মশক মতৌ পনবা তারবদি তুমিন্না লৈবনা তেন্না থুদোং চাই। বেদান্তগী মুক্তি অমসুং একিভাব হায়বদ নী শিংহনলি। দোংথীবসিনা Plotinus গী Mysticism লাইথোং হাংবা ) হায়বদূদা নৈংশিনলি। বাহৈ অসি চেকশিন্না শীজিন্নরবদি প্লেটোগী মত্তা পানবদা চাবৈ। Plotinus না বুদ্ধিগী মমল অদূ হন্থহন্দে। ভাব লাকশিনলিবা পুম্বা বুদ্ধিগী মঙালনা ঙমহনলি। অদুবু বুদ্ধিগী মথক্তা

ভৌশিংগী হৌরকফম অথোইবা মফম নৈ, মতুদি যুদধিনা থবক চথবা distinction ( থেন্নবা ) অমা য়াউদ্রে। অমত্তা ভায়বতু পুমহাং হাংদে; অমত্তা অতুনা মথাদা লৈবা পুম্নমক্কী হৌরকফমনি। থাইগী শক্তি অমংদা য়াউই। ( ভেদা অভেদগী পরিনাম বাদকা হায়ফেৎ চানৈ। )

প্লোটাইনসকী নীতিগী পল্লুং য়াংই। পোৎথোকশিংগী মথং মনাউ লেংথবসি অমংদগী লাপথোকপগী মতুং ইনলি; পল্লুদি থরাই অমা খাইদগী য়াংবা থাক্তা থাঙ্গৎপনি। অমরোমদা মপম তৌবসি থঙলিবা মী মশামক মানা থনলিবা থাক অমা য়োবনি। থরাইনা মথাদা লৈবা মশক লেপ্তবা multiplicity ( মরামগী ওইবা ) অমা ওইবা লেপ্পান অমসুং চপচানা মথক্তা ফংবতু ওইবনি। মরম অসিনা থরাইনা পোৎশক্তগী লাপথোকপদা ফরকই : ঈশ্বর মানলকই। অদুনা থরাইনা "essential man" (চংগদবা মী ) অমা হৌজিন্না ফংবনি।

ফজবনা হন্থবদগী হেনগৎপদা ওনবদা থোদাংলোই, অমসুং Plotinus না মতাং অসিদা Plato না মাগী লাইরিক Phaedrus দা ফজবা কুপ্পা হংগাইদুনা নৈনবদা তাংজে। ফজবা থঙলবদি থরাই অসি মথক লোমদা চীংথংলি। আত্মাগী অশেংবা মশক নিংশিংই। ফজবনা অশেংবগী মহুৎ শিনলি, অমসুং চপচানা নুংঙাইবা অমসুং ধর্ম লৈনবা পুন্সি অসি য়ানশিন্নবা পোৎশক নত্তে, হোংবা লৈতবা মওংনি। মশাগী মওং ওইনা ফজবা অসি চোইনা তাবা মরাম্মা অপুনবা ওইরকপদা ফংই। অসংবা ফজবদগী ফ লকপা অপেনবত্তা অশেংনা অহোংবা নাইদে।

মওং অপুম্বা ইচম চমদে। থকসি খাসি অমসুং ভম্বা চংই। ঐথোর পুম্বা multiple ( অমদগী হেনবা ) ওইনা মরী থম্বদগী লাপথোকপা তমগনি। মকোৎশাগী মশন মথেন নাইবদু ফজ্জে অমসুং মদুদা ফজবা ফংদে হায়বা নত্তে, তৌইঙমং থরাইনা হেক ভগমনৈ অহাংবা অমসুং মপুং ফাবা তমগনি। চপচানা ভরবদি থরাইনা অরোইবা

খোঙথাংদা লমজিং চংদে, ফজবা উনিংলিবা থরাই অদু মখং মনাই অমসুং থকসি থাসি নাইবগী মতেংনা ম'াবু ফজহনগনি। থবক্কী রাংমদা হেনগৎপা থাক অমা ফংগে হায়রবদি থবক অমসুং হোৎনবা শেমগা- গনি। Plotinus কীদা অমগী অকোঙ্গা মমিংদি অফবা( he good) অদু মথক্তা মপু ফাই অমসুং ধর্ম লৈনা হোৎনবদগী মরুওইবা পোৎথাবা ( rest ) কী থাক য়োবা ঙমই।

মহোশাগী শাগৎলোন্দা অকনবা determinism ( পুম্নমক ফিবমনা লেপই থনবা ) অসি মতমপুম্বগী ওইরবসু Plotinus না মীগী থবক্তা নীংতম্বা লৈহনলি। Causation ( মরমগী নীতি ) থরদি অকোয়বদা লৈবা মচলশিংনি তৌসুম্বাং মরম থরদি থরা দগী হেৎরকই, মসি self-Determinism ( ইশা ইথন্তনা লেপচবা ) গী মফমনি। Plo- tinus না মাগী মতুংদা লাকপা Spinoza গুম্না মনীতম্বা থবকপু মীওইবা মশাদগী হোৎরকপা, মপালগী শক্তি য়েংলুদবা অমসু কায়দবা মচল কয়াগী মংৎ শিন্দবা ওনা লৌই। মসি থরাগী অচুম্বা মতৌ অদু শেংনা উজবনি। মসিদা থরাই অসি মথক্তা লৈবা বুদ্ধিগা ওম্ন- তৈনরগা Fate ( লাইবক ) হায়বদুনি; নীতম্বা হায়বদু ইথক্তা লেপচ- বনি; পোৎশকশিংগী শাগৎলোন অদু ময়েক শেংনা থঙবনা ইথক্তা লেপচববু লমজিংই।

থরাইগী মথক্তা লৈবা Intellectual principle ( )দা মকমগী থেম্বা ফংদ: থায়দোকপা অমসুং মপু ফাদবা কাদে। অনবদা লৈবদা থবক অমা ফোঙ ফোঙ শানা জ্ঞান তাবনি। থরাইগী Intellection ( বুদ্ধিগী ওইবা ) অসি হেয়া মতমগী ওইবা অমসুং mul- tiple ( কয়াগী ) ওইবনি। মসুং কাবগী ভাবকা চান্নবা করিঙম্বা শাক্তা শঙ্গোকপা থবক পুম্বা মাইপীরকই। মথল মখা কয়াগী outological level ( থাক্কুংগী থাক ) পুম্বা অমা ( one ) অদু নরবা অমসুং লাপ্পবগী

মতুং ইন্না থবক হেন্দোক হেক্লিন তৌই। Activity ( থবক তৌবা) অ'মুবা মাঙই হায়বা নত্তে ; তৌ'গুম্বসু মসিনা মপু ফানা পাংথোক্লবা থবক ওই।

মহৌশাগী জগত্তা মায়দবা অমসুং ontological order ( " ) শিংগী মায়দবদু লোইনা দরকার ওই। মথোই পুম্বা অমদগী শক্লোন ওইবা মাবদা ফোঙদোকপনি। খ্বাইগী মকোক ওইবা One অদুগী মপুং ফানা ফোঙদোকপদুনা মকোক্কী মতোন ফাউবা, খ্বাইদগী ক্ষরদগী খ্বাইদগী ফত্তবা ফাউবা থাক থাক নাইনা উৎলি। মসিগী মপুং ফাবদুনা ফোঙদোকপা চংই; অমসুং খ্বাইদগী পাকপা ওইবা মাবা variety ( মথল মথেল ) অদুনা চপচানা খ্বাইদগী হেন্না মপু ফাবা ফোঙদোকই। মতৌ অসিগ্না প্লোটাইনসনা জগত্তা ফত্তবা লৈ হায়বা হায়বা য়াহনলি। পোৎ মশাদু ফত্তবা য়াই, তৌইগুম্বং মপুং ফাবা দৃশ্য ওইবগী মচেং ওইনা লৌরবদি মথোইগী মফম অফবা মথং মনাউ নাইবসিদা উই।

Timaeus দা Plato না উৎপা অদু ইনলগা, প্লোটাইনসনা মহৌশাগী মথং মনাও অসি organism ( অহিংবা জীব ) অমনি হায়খি। পুনশিনবা অদু চেকথায়রকপদা মসিনা পোৎশক্কী অরাপ্পদা য়োরকই অদুম ওইনমক নীয়ম অমদা পোৎ পুম্বা মসিনা চুপশিনাল : Differentiation ( থেন্নরকপা ) কয়া লৈদুনা মসি ফজনা মশারবা অহিংবা পোৎ অমা ওইনা লৈখি। খুদিংমক চপ মায়বা নত্তে ; খ্বাইদগী হুন্থবদা থাক কয়া লৈরি, তৌইগুম্বসুং অকোম্বা ওইনা য়েংবদা মহৌশাগী মথং মনাউ অসি অহিংবা মথন্তা হি জবা থরাই পানবা মওংনি।

Love ( নুংশিবা ) অসি শনবদা, Plotinus না শেংনা উৎলি মংদি ontology ( থমুং কাংলোন ) গী থাকশিং অসি কনা খনা পুথোক্লবা অমসুং থকসি খাসিগী মতুংইন্না মশাগ্দুম চল্লবদি মহৌশাগী মথং মনাউগী ফজবসি উরোইদবগী মরম লৈতে। চপচানা য়েংলবদি

অহেনবা মথং মনাউগী চাদ নাউদ ওইনা মহৌশাগী ফজবসি য়াম্না খওহনবা অমসুং থাদোকফম নত্তবা ওই। প্লোটাইনসনা লাইনীংবা মী ওইনা অমসুং নুংতিগী ওইরিবা জগৎপু য়াদনা লৌনরিবসি চুমদে। মী খুদিংনা নৈনগনি অমসুং metaphysical insight ( থমুং কাংলোনগী মনুংদা উশনবা ) গী থকসি খাসি থমগনি, তৌইগুম্বসুং থরাইগী মথক্তা লৈবা থাকশিং হেন্না পাম্নবসু মহৌশাগী জগৎ অমসুং মীওইবগী পুন্সি অসি অরাংবা নিয়মশিংগী ওইবা য়াবা অফবা শকলোন ফোঙবনি হায়দুনা নুঙাইফম থোকই।

Matter ( পোৎশক ) হায়বসি মাগী রাথন্দা মহৌশাবু 'One' ( অমতা ওইবা ) গী খাইদগী হেন্না ফনা শক্লোন ফোঙবনি হায়বদা খদোং চাহন্দবা থেনৈ। Matter অসি অমতা ওইবগী মঙালগী ওম তৈনবা, লুদবা, অমসুং মমি লাদবা ওই। ভৌইগুম্বসুং ফত্তবা অমসুং ফৈরেংনহনবদু মসিনা নোকহল্লবসু অমতা ঙাইবগী মসিনা থোকহল্লবসু অমতা ঙাই-বগী অফবা পোৎথোক্তি মানা ওই হায়না মহারা উৎলি। Form ( মওং ) অমা ছাপা তৌনবগী মুক্ষমদি matter না ওই। মসি য়াউদ্রবদি জগৎ অসি মচাক য়াউদবা ওই। মথং মনাউ নাইবদা চংবনা ভাব অসোমদগী মসি ফৈ হায়না লৌগনি। Matter মশামক্তা অফবা নত্রবসু মপুমদা মা চংদবা য়াদে অমসুং নাকোইনবা ভাবতা ফৈ হায়বা য়াই।

মতম নৈনরকপদা Plotinus না Confessions কৌবা লাইরিক্তা Augustine না মমিং চংনা নৈনবদগী হেন্না নৈনৈ। মতমনা মশক লোৎতুনা Intellectual Principle দা লৈরবসু মসি মতমগী নত্তে। মশাগী ওইনা থরায়না লেংই অমসুং পোৎথোক উৎলি, অমসুং থরাইগী থবক অসিনা মতমগী হৌরকফমনি। বুদ্ধিগী নিয়ম্না খদক্তা থোকহনবা বিশ্বগী নিয়ম অদুগী থরাই অদু মসি নত্তে; হৌফমদগী লাপথোক্লবা মখাদা লৈবা পোৎশক্কী শাগৎলোন অদু থোকহনবা থরাই অদুনি।

মথাদা লৈবা মথং মনাউশিং থোকহনবদা থরাইদা মতমনা য়েমিশিনবনি। থরাইনা লংংে ক্লগা মশাগী হায়গী primal unity ( অহোবগী অপুনবা ) দা ওনশল্লবদি, অমুক হন্না শদক্তা মতম মাংজখিগনি।

মতমগী রাথন্দা প্লোটাইনস তা Augustine না তংজবসিনা ময়াম থংবা মতমগী দর্শন অমসুং লাইনীঙদা মগাক কয়ামুক মরু ওইবগে হায়বা উৎলি। প্লেটো মশামক্তা ইরম্বহু থীবা ফংদবনা প্লোটাইনস অসি প্লেটোগী মতুংইনবশিংগী মধ্যে শিনবা ওইনা লৌই; প্লেটোনিজমগা নিও-প্লেটোনিজমগা করিম্থু থেন্ননা থমদে। Augustine না প্লোটাইনস ভগী পুবসি য়ামই। থনা চাওথংলক্লিবা Christian গী নিয়ম কয়াগী ঙাকলো ওইবদগী মাগী মতেংনা নিও প্লোটোনিজম অসি য়াম্না মরু ওই- রকই। খুদম ওইনা প্লোটাইনস কি ontology ( " ) অসি trinitarian concept ( অংমগী অপুনবা পোৎকি ভাব ) তা য়ুক্ষম ওই, Christianity গী রাথন থনবশিংনা চাওথংহল্লকপা নিয়ম অংমশিগা থরদি থেমৈ। ( অমা, spirit অমসুং soul অসি ভেদা ভেদগীগা চাংদম্নবা য়াই। ) Spinoza অমসুং Hegel অনীমক প্লোটাইনস তা লমন তোনলি, অনৌবা রাথন কয়া মাগী মতুং ইনবনি।

থরাই অসি দর্শনগী থুগাইদ্রুনা নৈনণনা কনশিনবা পীবদা প্লোটাইনস কী মত নকশিনলকই। বুদ্ধি অসি য়াম্না কনবা তোইংম্বসুং লোইরম- দাইদা হেন্দোকপা তারবদি, Rational mysticism ( বুদ্ধিগী ওইবা লাইথোং হাবা ) হোরকই অমসুং প্লোটাইনসতা লমন তোনলকই। মীওইবসি নশাগী ওইজবা অহিংবা মতৌ থিবা তারকপা অমসুং চোংনা তাবা কয়া হঙ্কেকপা তারবদি প্লোটাইনসকী মনবিজ্ঞান অমসুং থমুং কাংলোন অদু লাপনদ্রে।

ময়ামনা থনবদগী লাপথোক্লনা প্লেটোনা চপচানা দর্শন শাস্ত্র অসি থবক্তা ওহোকক্তুবা বুদথি লোশিংগা থবকী হৈশিংবগা পুনশিনবা পামই।

প্লেটোগী মিংকুপশিংদা visionary ( ভাবনা উশনবা ) ওইবসু লৈ, তৌই-গুম্বসুং ঐথোইনা প্লোটাইনসতা পুক্লিং চংশিনবা মতমদা মাগী রাখন অসি মসোমদা চংশিনবা ফংই। প্লেটোনা মাগী realm of forms ( মওংশিংগী মফম ) অসি মপুং ফানা মশক তাকই, তৌইগুম্বসুং প্লোটা-ইনসনা মাগী বুদ্ধি নিয়মগী অশেংবা অচু ইশৈ ওইনা শকপা য়াবা খাগংলম্বসি খিংবা নাইদে। মিংয়েং অসিদা রাখনপুম্বা পুনশিনজি অমসুং প্লেটোদোনা থবক্কী জগত্তা হঞ্জিনবগী দরকার ওইবদু মঙোন্দদি ওইদে। প্লেটাইনসনা মাগী মিংয়েং অসি শাংথহনবা ভুমদে হায়বা ময়াম্না খঙই, তৌইগুম্বসুং sense world ( ইন্দ্রিনা থেংনবগী জগৎ) দা হনজিনবসি ইচম চম্বা অচংবা অমনি; কৈদৌনুংদা পন্থুং ওইদে।

নীতিশাস্ত্রোমদা য়েংবদা প্লোটাইনসগী মাইকৈ অমতমক লৈরম্মী: জগৎকী শাগংলোনগী রাংমদা অমসুং মথক কাবরোমদা। মহুৎ শিনবিনিংঙাই লৈত্রবা পন্থুং অসিনা মহৌশাগী জগৎপু মশক থীহল্লি হায়বদি অরানবনি। অচম্বা থবকশিংনা মহাক্না তুকচবা নত্তে; মহৌশাবু নুংশিরম্মী মহৌশানা পোৎলম খুম্বগী হৌরকফম পীবা ভম্বা অমসুং মঙোন্দগী হেন্দোকখিনবা লমজিং উৎপগীদমক মহৌশাসি কান্নবা ওইরি।

মরম অসিনা ফজবা মশক থঙবসি প্লেটোনিয়ান অমদা য়াম্না কন-শিনবা নৈনরোননি। থরাইনা খিরিবা মশক মওং অমগী মহাও উৎনবা চংবা থেংনবনি। মহৌশাগী মনুংদা অরাবচু হন্থবদগী থায়দোক্কবা অমসুং মশক থঙদোক্কবা ফজবগী ভাবনা মহৌশাগী লমজিংনি। মথং মরাউ লেংথবদা মসি ভাব তাবসি য়াম্না দরকার ওই, থাক-থাক নাইনা লিংখৎপনা পুক্রিংনা মশাবু হিংগৎহনবা অমসুং মহৌশাগী জগৎকী রাংমদা লৈবদু শেংনা থঙবা ভমই।

মরম অসিনা নুংশিরবা ( lover ) মীহ দশনিক অমগা য়াম্না নক্কে অমসুং দর্শনবু লৌশিং মুংশিবা হায়বা কৌনবদুগা Plotinus না মপুং

কাবা য়ানা চাসিননৈ। Plato গী Phaedrus মতাংসিদা য়াম্না মরু ওই। মাগী মমাং থাবা মীগী মহাক্না নুংশিবগী মশক্তা দর্শনগী শোইজে কংলম্মী। দর্শনিক অহ নুংশিবনা ওংথাই অমসুং ফজবনা লেহনলি; থেংনরিবা অনীসিনা মঙোন্দা মহৌশাগী মফমদা অরাংবরু হন্নুবদগী খন্দোকপা তম্মী। মতাং অসিদা ফত্তবসি য়াহং নত্তে। ফজবগী প্রভাবতা লৈবতুগী মচত্তি ফত্তবগী ময়ুম (পোংশক) দগী লাপথোকপা অমসুং ফজবগী হৌরকফম, বুদধিগী মফম নকশিনবনি।

বুদধিনা মপুং ওইবা যুগসিদা শাগংলোন অপুন্বা য়ুমফম মান্নবা অমসুং মান্নবা খাইগী ওইবা ফিবমনা লাকই হায়না লেই। Plato না মওংগী জগৎ অসি জগৎসিদগী থেৱৈ হায়বা উৎলম্মী, তৌইগুমসুং হেন্দোকথিনগী মাইকৈদা চংলকপসি Plotinus না কন্না পুখৎখি। ফজবা মশক থত্তবগী কাথংপদা থাক খুদিংগী মশাগী আইন লৈজে হায়বা ঐথোইনা খুনা ফংই। মশাগী আইননা ভাকপসি Law of Identity (চপ মান্নগী আইন) না ফাউবা চংদ্রবা খাইগী মপুংদা লৈবা অমতা ওবা (one) অহ য়ৌদ্রিফাউবা ফংই। মসিগী মথাদা বুদধি নিয়ম অসি থেন্নবা লৈতে, খায়দোকপা অমসুং য়েন্থোক্নবা হায়বসি মথা থংবা order খুদিগী চংদবা য়াদ্রবা মচলনি। Plotinus পাবা তম্বসি মহৌশাগী ওইবা পুকনিংগী লমচৎ অদ পাকথোকহনবা অমসুং অনৌবা মওংদা তম্বা অমসুং ভাবনা শাবনি। contrast (চাংতম্বদা থেন্নবা) না চপচাবা য়েথোকনি; হুকচাংশিং অসি ময়ামনি: অথোইবদি অমতনি।

অশেংবা মরম খরদা Plotinus অসি evolutionist (বিকাসবাদি পরিনামবাদ) অমা ওইরম্মী। মরুদি মাগী মত অসি অমনা অমদগী থেন্নবা থাকশিংদা য়ুম্ফম ওই, মপুং ওইবা মাগী মথৌদি থবকশিং অসি কয়ম্না মরী লৈনৈ; অরাংবা নিয়মদগী হন্নবা নিয়ম খুদিংমক করম্না চোংথোরকই হায়বা উৎপনি। Succession (মথং মথং লাকপা পরেং)

অসি মতমগী থবক নত্তে হায়বা মাগী মত অসি হৌজিক্কি অনৌবা Evolution (বিকাস) গীগা থেৱৈ। জগৎ অমস্তুং মসিগী মথং মনাউ পুম্নমক মঙোন্দদি মতম পুম্বগী ওই। তৌইগুম্বস্তুং মথং মনাউ থুদিংমক মথক থোংবদগী লাকই। Ontology গী থাক খুদিংনা অনৌবা মগুণ উৎলবদি Evolution গী মত অমনা থাক অমদা করিগুম্বা অনৌবা অমা লাকপা অমস্তুং মওংদা হায়গীতৃদগী থেম্বব হায়বদু প্রমাণ তৌবা চংই। অনৌবা Evolutionist (বিকাসকী মরম নৈনবা) দি সমস্যানি।

ভাব থরদা চথরকপা মাগী evolutionary cycle (থরা থরা চাওথৎপগী কোয়শিনবা) হৌজিক কাথৎপা, হৌজিক হায়থরকপা উৎপা মহোংনা Enneads কি মরুওইবা মচংনি। থরাইদগী হৌরগা মসিনা করম্না থেম্ববা অমস্তুং হস্তুবা পোংশক থোকহনলিবনো হায়বসি প্রমাণ তৌনবা কন্না হোংনখি। মদুদগী নৈনবসি মথক কাথৎতুনা থরাইনা Intellectual principle (বুদ্ধিগী নিয়ম) গা মতে না থোকহনবগী মওং উৎলি। অরোইবদা ঐথোইনা মথাদা লৈবা কয়ানা চংবা ন্যায়গী terminus (লোইফম) ওইবা অমতমক অতু য়োরকই।

হৌজিক পানরিবা মীনা প্লোটাইনসতগী ফংবদি মগুণ তোংঙাম্বা realm (মফম) শিংদা ংবা dialectical movement (ন্যায়গী খোঙচৎ) গী ঈথক ঈপোম চবদুনি। অমদগী বুদ্ধিগী জ্ঞান্দা চৎপা লেংদবা লম্বী, মথংদা থরাইদা চৎপতু নৈনবদা হান্না চৎনরকপা নীতিগা জ্ঞানগা থিউরিগী বাহং কয়া নৈনৈ। অতুবু হান্নগী যুমফম ওংবাসগী মথাদা Platonian world গী শকফমগী চংলবা মণিগুম্বতুদি চোংথোক্রক। শম্না হায়রবদা মাগী মত অসি contemplative (ধ্যান তৌবা) ওং। মাগাসি বুদ্ধিনা থবক্কা পুনশিনবা জ্ঞানকর্ম সমুচ্চয়া কৌবংগা চাংদম্নবা য়াই। মাসগী মথক্তা মহাক ভাবনা শাগৎহনবসু ওই। মাগী নিয়মশিং অসি মপুং ফানা থওনে থক দাবী তৌরমদে তৌইগুম্বস্তুং

দর্শনগী মচি ওইবা সমস্যা কয়া থৎবা হোৎনরম্মী। মীনা তৌবদা থওইনত্রবা যুগসিদা মানা ঊশিনলম্ছনা পুন্সি অমসুং শক্তিদা দর্শনগী থিবা পীবসি পুন্সি তেখৎনিঙাইনি।

[ Prof Caird না মহাকপু ব্যাখা তৌবমছু ইনলবদি মাগী মত অসি শঙ্করাচার্য্যগী ব্রহ্মণগা চাংদনবা য়াই। Dean Inge অমসুং Frank Thilly না নৈনবমঃ য়েংলবদি ভাস্করগী ভেদাভেদ কৌবা বেদান্তগী স্কুলগা নকশিন্নৈ। করিগুম্বদা রামানুজগী ভিসিষ্ট অদ্বৈতগী মতকা চানবস থেংনৈ। থরায়গা ঈশ্বরগা মান্নবা, জীবনু নুপী ওইনা লৌবা, ugly soul ( অর্থীবা থরায় ) অমসুং Ecstatic conciousness ( য়ায়া হরাওবগী জ্ঞান ) গী মতাংদা Plotinus না লাইরিকসিদা ঊৎলিবগা ভারতকী উপনিষদশিং অমসুং মহারাষ্ট গী ফাউরবা জ্ঞানেশ্বরনা হায়রবগা য়ায়া মান্নৈ লম লমগী থাজনরমছু চাংদমনরকই।]

---

# ৪। এ ট্রিতাইজ ওফ হুমেন নেচর (বুক ১)

**অইবা : ডাভিদ হ্যুম ( খৃঃ ১৭১১—১৭৭৬ ) ; লাইরিকী মওং— জ্ঞানগী মত ( Epistemology ), ১বা ফোঙবা খৃঃ ১৭৩৯।**

বুক ১ গী title ( মিংথোল ) লামাইদা Hume না মাগী লাইরিক অসি নীতিগী হিরমশিংদা Experimental Method of Reasoning ( ময়ামগী নিয়ম ) শানশিনবনি হায়। মাহোৎদোকী লামাইদা Sio Issac Newton গী চাংয়েংবা নিয়ম কয়া মীগী পুক্কিংশিংদা শানশিনবা মীগী বিজ্ঞান অমা চাওখৎহনবা পামই হায়। ইংলিস অমসুং Scott কী নীতিগী দর্শনিকশিং অমসুং French Skeptic Peirre Bayle গী মচুং

ইমগা মীওইবগী গ্যানগী পংথৈ অদু অদু, Physics অমসুং Social Science নচিংবদা পুথোকপা পামই। মীওইবগী পুন্সি অসি কুপ্পা য়েংলপা মী-ওইবগী বাথব অমসুং নমচত্তা ঙাকপা করিগুম্বা general law শিং লৈ হায়বা খবলম্মী। হৌগংলকপদা মানা খনথি মচিদ "মীগী মচংক্কি অরোইবা মগুণশিং অদু হাংদোকপা ওইথোক্কে তৌইগুমসুং ঐথোয়না খঙগে খনলিবা অদুগী মওং খরদি তম্বা ওম্বা য়া"।

মহাক্না ইরি ঐথোইগী খঙবগী পাউপুম্বা impression (অকনবা) হৌকম) অমসুং Idea (অসেংবা " ) না শেমই। অনীসিকী থেরবদু অহানবগীনা শক্তি কনবা vivacity (হরাউবা) লৈবা হেনন্নি। অনী-মক অচম্বা নত্রগা complex (য়ানশিন্নবা) ওইবা য়া, অচম্বদুদি মচেং নত্রগা aspect (শরুক) থোক্না থায়বা য়াদে, Complex (য়ানশিন্নবা) ওইবদুদি অচম্বা মরাম্না শাগংপনি। ভাব অমসুং Impression (অকনবা হৌকম) অনীমক য়াম্না মাইৗ। অচম্বা Idea না অচম্বা Impression গা মাইৗ। অকোনবগীদা শক্তি লৈবদনি। পুক্কিংদা থোক্লকপদা অচম্বা impression না অচম্বা idea দগী হানন্নি (Hume না পুথোকপা মহৌশাদগী তোঙানবা থৌদোক অমা নত্তনা)। Complex idea (য়ানশিন্নবা ভাব) অসি অচম্বশিংনা শাই; মসি complex Impressions (য়ানশিন্নবা ভাবশিং) অসি অচম্বশিংনা শাই; মসি Complex Impression (অকনবা জ্ঞানগী হৌকম) গী copy দি নত্তে। ভাব অনী অসি hume পুথোকপগী মরমদি ঐথোইগী idea অপুম্বা Experience (impression গী জগৎ) তগী থোক্লকপনি, ঐথোইগী পুক্কিংদা পোকমিন্নরকপা বাথব হায়বদি ঐথোইনা খঙবদা মুক্কম ওংদবা ভাবশিং লৈত্তে।

Treatise গী অহানবা শরুক্তা Hume না ঐথোইগী গ্যানগী মুক্কম উৎলি। ঐথোইনা faculty (শক্তি) অনী, নীংশিংবা অমসুং ভাবনা শাবা হায়বা লৈ। মথোইনা ঐথোইনা ফংবা ভাবশিংগা লোইনৈ। পুক্কিংদা

চংলকপা পুম্বা মথং মনাউ কাইদনা নীংশিংবনা preserve তৌই। কল্পনাদি মসিনা অপাম্বা মওংদা মথং মনাউ শেমই। তৌই শ্বং, ঐথোইনা থনলম্বগী মায়য়োক্তা কল্পনা অসি অরেম্বদা থবক তৌবা নত্তে। মতুংগী মতম্তা ভাবশিং অসি মথং মনাউগী sequence (মথং মনাউ লেংথবা) না কল্পনা তৌই। অকক্নবা ভাব অমা পুক্নিংদা লাকপদা মরী লৈনবা ভাব কয়া মথন্তুনা চিংশিনলকই। মসিবু Hume না Association of idea কৌ না। মহোৌশাগী জগত্তা অকনবা প্রভাব তাহনবগুম পুক্নিংগী জগত্তসু তাহনলি। ইমান মান্নবা, নম্নবা (মফম অমসুং মতম) নত্রগা cause অমসুং effect কি ভাবতা শম্নবদা ভাবশিং অসি লোইন-নক্রগা রকই। মহাক্না শরক (II) দা causality নৈনবদা Association গী কান্নবা কয়া পুথোকলি।

ঐথোইনা থনবগী মরমদা চথোক্নকপশিং অসি পানশিনদ্রিবৈদা Hume না রাহং কয়া পায়খৎলি। হান্না Bishop Berkeley না পুথৎলম্বা সমস্যা অদুমক হান্না পুখৎলি. মতুদি Abstract General idea (খাইগী ওইবা ভাব) হায়বসি ঐথোইনা লৈতে, ঐথোইনা লৈবা হায়বা অথন্নবা পোৎশকশিংদনি। খাইগী ওইবা রাহৈশিং "মী" নত্রগা "ত্রিভুজ" হায়বসি ঐথোইনা থেংনবদগী কংবা অথন্নবা মান্নবা রাহৈ কয়া পুন্নশিন্নি হান্নবা উংলি।

Hume না Mathematics অসি অথন্নবা থেংনবা গ্যানগীনি হায়না প্রমাণ তৌই। অমগী মরমদা পংথও থওদ্রে অমসুং মাগী মত অমুম্বা Pierre Bayle গী Dictionary ১৬৯৪ ১৬৯৭) দা comment পীবদা মুকম ওই। মাগী Empirical Mathematical Theory অসি মাগী লাইরিকী খাইদগী অশোনবা শরুকনি; অক্ক হায়বদি অওকপা অমসুং ওম তৈনবকা থনলি হায়বা উংলে হায়না মানা নাশন কৌই। মহাক্না অক্ক অসি চাং উৎপগী মরী নৈনবা অমসুং জ্যোমিতিবুনা উবা ওম্বা লৈই

তাকপা empirical Science নি হায়রি। বিন্দুশিং অদু ঐখোইনা উবা অমসুং মশাং থীবা ওমদবনা জ্যোমিতিগী theorem অসি মতম পুম্বদা চাং থরদি শেংদে।

বুক ১গী ৩শুবা শরুক "জ্ঞানগী অমসুং ওইবা য়াবগী মতাং নৈনবদা খাইদগী ফাউবা ওই। অশেংবা গ্যান হায়বসি রাহৈ অনী নত্রগা মহুদগী হেনবহু অথয়বা মরী লৈনবরা হায়বহু থুনা খঙবদা লৈ। রাহৈ অনীথক অমগা অমগা মাদৈ নত্রগা মায়দে নত্রগা পুমখেন থেদৈ হায়বহু ঐখোইনা থুনা খঙই। অমনা অমদগী হেন্না মুই হায়বসু খঙই। রাহৈ অনী নত্রগা মহুদগী হেনবহু কল্পনানা পুরকপা মতমদা ঐখোইনা উবদগী মসিগুম্বা গ্যানশিং অসি চুমই। তৌইগুম্বসুং মসিনা পাউ খজিক্তমক মী। Intuition মখৈ শমাজনবদা অঙ্ক অমসুং Algebra দা থোকপা Demonstration (থিন্দুনা তাকপা ভম্বা) ওইবা গ্যান থম্বা ঐখোইনা থেংনৈ। মপু ফাবা অশেংবা অমসু খঙব দমক্তি ntuition (অথুবা) গ্যাগ) অমসুং Demonstration (থিন্দুনা তং ংনা উৎপা) অসি গ্যানগী হোৎককমনি হায়বসিনি।

Causality (মরমগী নিয়ম) গী ভাব অসি ঐখোইগী ভাবশিং অহু থুনা খঙবদগী লাক্কে; ঐখো না অ বা ওইনা থেংনবা গ্যান রাংমদা লৈবা গ্যানমখৈদি causal reasoning (থোকহনবগী মরম) দা য়ুক্ষম ওই। ভাবশিং অসি করম্না মরমদা মরা উৎলিবনো? ভাব অনীথক নত্রগা impressi n অনীথক পরীক্ষা তৌবদা মরী লৈদৈ হায়হুনসু necessary (চংদবা য়াদবা) ওইদে; ভাবশিং অহু নকশিন্নবা অমসুং মথং মথং ওইনা উই। ইচম চম্বা মথং মনাউদগী হেনদি হায়বদি খঙই। ঐখোইনা থাজবদা ভাব অমনা অমা থোকহনকনি অসিনি। মসিনা থাজনবগী সাক্ষী করিনো হায়না Hume না হংই। Necessary connection (চংদবা য়াদনা মরী লৈনবা) উত্রবদি থোদোক অমগী মরম লৈগনি ১সুং

অথয়বা ময়ম অমনা ফল থয় শোয়দনা লৈগনি হায়রিবা করিগীনো ?

খোদোক খুদিংগী ময়ম লৈগনি হায়বসি ঐথোইনা থাজয়বসু রাকয়সি intuitive (অখুবা গ্যান) নত্তে নত্রগা demonstrate (থিন্দুনা তাকপা) ঙ্গোবা ঙমদে। খোদোকশিং য়েংবদা ময়ম ওইনা উদে। কল্পনানা মনীং তয়না খোদোক খুদিংমক তোঙানা অমসুং মনী'তমা থনবা য়াই। খো-দোকশিং uncause (ময়ম নত্তবা) ওইনা থল্লবদি মথোইসি ময়ম য়াউদনা থোকই। হায়বসু য়াই। মসি শেংনা ওইথোকপা ঙারবদি থবক ঊংপগী ওইথোকবসু ঊংনবা অপেংবা demonstration (থিন্দুনা তাকপা) লৈত্তে। মমাংগী দর্শনিকশিনা demonstrate তৌথিবসু Hume গী মত্তা পেন্দে। প্রমাণ তৌগদৌরিবসু assume হায়না তৌশিনলে —খোদোক খুদিংগী ময়ম অমা লৈ - মথন্তা চুমজবা নত্তবা ময়ম নিয়মসি ঐথোইনা থঙদবদগী য়াম্না মরু ওইনা লৌরে।

ময়ম অসি হেম্না পুথোরুবা Hume না অকোয়া সমস্যা অমদা চংথৈ। অথয়বা ময়মশিংনা অথয়বা ফলশিং থোকহনলি হায়না থাজ-বদা করি য়ুক্তম লৈ ? অমদগী অতোয়া অমদা করম্না চংলিবনো ? causal (ময়মগী) অনুমান চথবগী চপচানা শাগৎপদি sense (ভাব) নত্রগা নিংশিংবগী হৌজিক ওইবা Impression (অথোবা হৌকম) ময়ী লৈনবা খোদোক অমগী কল্পনাগী ভাব অমসুং মথোইগী থঙবা ঙমদবা ময়ী অসিদি। করিঙ্গা থোক্লেল অমা ঐথোইনা ভাবদা কনাঙ্গা অমনা খোংগী শরিক থিংলমগনি হায়বা ঐথোইনা থনলি। করিগীদমক অমসুং করম্না impression ( " ) অসিদগী থনলবা ময়মদা চংলিবনো ? অতোয়া ভাব কয়া পুক্রিংদা লাকপা য়াই। থোক্লেল ভাবদা ময়ম অহুমক ঐথোয়না থেংনদে, অহুবু হায়রিবা ময়ম অহুনা ঊরিবা ফল অদু থোকহনলিবনি হায়বা তপ্পা থাজে। মসিগুম্না থবক্সি মাগী মত্তা logical (ন্যায়গী) ওইদে, অথনবা থেংনবা অমদা অতোয়া ভাব অমা লৌদনা অমতমক চানবা য়েংলিবদ, ঐথোইগী logic নত্তে।

বুদ্ধিনা মরম ওইনা থোদোক শমজিনবা য়াক্রবদি experience না দায় লৌবা ওইবা য়াই। ঐখোয়না থেংনবদা থোদোক পরেং অমা হন্না হন্না থোক্লবা অমসুং মথোইদ্ শন্নরবদি পুক্নিংনা থোদোককশিং অদু অমগা অমগা শম্নিনিংঙকই। মদুদগী ঐখোইনা মথোই মরামগী মরক্তগী অমা থেংনরকপদা অতোপ্পদু থনলকই। অমবুনা ঐখোইনা cause (মরম) অতোপপনা effect (ফল) কৌই। মমাংদৈঙদা থোদোক থরা লেংদনা শন্নরকপদগী মথোইদু মরী লৈনৈ হায়বা করিগীনো? Hume না হায়রি -Process নিয়ম চৎথবা) অসি মরম চারবদি Principle of uniformity of Nature (মহৌশাগী লেংদবা নীতি) অসি চুমই নীংগনি। মহৌশাগী থোঙচৎ অসি মতম পুম্বনা uniform (লেংদবা) ওই।

মথংদা Hume না নিয়ম অসি চুমলবরা হায়বদুগী মরমদা ঐখোইগী সাক্ষী লৈরা হংনি। তুংদা মরম অশান্বদা জগৎ অসি হোংলকপা য়াই হায়বা ঐখোইনা ভাবনা শাবা ঙম্বনিনা মহৌশা অসি uniform ওই হায়বা তাকপা ঙমদে। তুংগী করি ওইগদগে হায়বা ঙমদে য়াম্না চীংননিঙাই ওইরি। হৌজিক ফাউবদা মুমিংনা নোংপোক্তা থোকই হায়বসি চুরবসু হয়েংসু থোকনি হায়বগী প্রমাণ লৈতে। মহৌশা অসি মতৌ লেংদে (চাংমাইয়ে) হায়রবদদা ঐখোইনা তুংগী থঙগনি। ঐখোইনা থেংনবদি তুংগী করিঙমবা লংলা লংজিন শীনবা থেংনদে। য়ারা মরু ওইরবা নিয়ম অসিদা ঐখোইগী মরম অয়াম্বা তাংলবসু ঐখোইনা থেংনবদগী প্রমাণ তৌবা নত্রগা উৎপা ঙমদে।

নিয়ম অসি য়াবা Hume গী মতা মীওইবগী হৌনশা ওইবনি। থঙদবা অমসুং থঙবা ঙমদবা মরমদা ঐখোইদা থবক শাংহন্নকপা লমচৎ নত্রগা চৎনলোন লৈ। অপুনবা থোদোক কয়া হন্না হন্না থেংনবদগী অমা থেংনবদা অতোপপা অমদা থনবা (,,)খোইগী লমচৎনি। অমা থনবদা অতোপপদা য়ান্না শক্তি লৈনা অমসুং শরায় য়াউনা থবনি মনবিজ্ঞাননী আইনা তোইননি। শন্নরিবা পুবা চপচানা থোক্লকনি

হায়বসি ঐথোইগী থাজবনি। ব্যাখ্যা অসিগী মতুং ইন্না মহোৌশাগী মওং কায়দবা আইন অসি জগৎকি থৌদোকাশগী মথং মনাউগী মরম ওই-বদগী ঐথোইনা থনবা অমসুং ফাউবগী নিয়ম্মা হেনলি।

মহোৌশাগী লেদবা ঐথোইনা থাজবগী পুক্কিংগী ওবা হৌরক-কম শীজিন্নরি। শোয়দবা মরী লৈনবা অসি ঐথোইনা উদে, হন্না হন্না থুদম অহু থেংনরবহু থক চপচানা উদে। অদুবু থৌদোক থরা লেংদনা থেংনবদা অমনা অমবু থোকহল্লকই হায়না থাজে। পুক্কিংদা ফাউরক-পসি থৌদোকতুদা য়েংবা মনবিজ্ঞানগী মিংয়েংনে। ( )থোইগী কন্না অনিবসি থৌদোক অনী থানদবা মরী লৈ হায়বগী য়ুমফমনি। থৌ-দোকশিংগী মশক নত্তবা (,,)থোইনা থন্নবা মরমগী মশকনি। অদুনা cause ( মরম ) হায়বসি অস্নুা কৌবা য়াই "পোৎশক অমা অতোপপা অমগী মমাং থাবা অমসুং নত্তবা, কল্পনাদা পুনা য়বা মতুংদ অমগী তাব না পুক্কিংদা অতোপপা অমগী ভাব লেপপা, অমসুং অমগী impression (অকনবা জ্ঞানগী হৌফম ) না অতোপপগী হেন্না ময়েক শেংবা idea ( ভাব ) লেপহনবা অসিনি।"

Casuality ( মরমগী নিয়ম ) হায়বা মাগী মত অসিদা তশেংবা মরী লৈত্তে হায়বসিদা Father Nicoles Malebranche গী মতকা চাটৈ। Habit ( হৈনবী ) ওইনা তুংগীনা মাংগীহু মানগনি অমং থৌদোক থরা উকবদগী মথোইগী লেংদনা শম্নবহু থোক্লকনি থনবনি। চপচানা কন্নি থোকপগে হায়বহু (,,)থোইগী জ্ঞান লৈত্তে তৌইওবসুং থাজবদা মরৈ। (,)থোইনা থাজন্নিবহু চপচানা থোকই হায়বা শেংনা থওদবনা (,)থোরগী causal information ( মরমগী পাউ ) অসি মতম পুম্বদা Probable ( ওবা য়াবা ) নি।

Science শিংগী মথৌদি মীওইবগী থেংনবা জাদা চপচানা con-stant conjunction ( হোংদনা শম্নবা ) ওইন্নিবদু থোমজিনদুনা

"Reasonable Belief" (ময়ম চানা থাজবা) কি য়ুম্ফম চেকশিন্না লিংখৎপা, অমসুং মসিগুম্না data (খুদম) শিং বিজ্ঞানগী আইন ওইনা শেমশাবনি। আইনশিং অসি মরমগী expectation (পাম্বা) গী ওই; হৌজিকমক থোক্লিবসিগী অকুপপা পাউশিংনা ভাকলো ওইদুনা তুংগীদু লাইফাউ তৌবা ঙমহনলি। বৈগ্যানিক অতুনা মাগী লমচৎ অমসুং চৎনরকপদগী তুংগী থোদোক্না মাংগীদু মানগনি। Hume না Science হায়রবসি 'অশেংবা cause' খিবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী থোঙ-চৎনা থোদোক কয়ামা নকশিনবদগী মরী চৎনবা অমসুং মীওইবগী মনবিজ্ঞানগী লমচৎনা ওইবা য়াবা লাইফাউ পীবনি। (মাগী মত অসি বৌদ্ধশিংগী Idea (বিজ্ঞানাজ) অমসুং ভাসনাজগা অমগা অমগা causation (থোকটৈন হায়রবদুগুম্বনি। মরুপা sprout (মতোন চোংবগা) মরী লৈমবদুগুম্বনি। Dependent origin গী মতাংদা বৌদ্ধশিংগা খেন্নৈ। Hume গী মাঙতাক্নবা মওংনি।]

পাউগী লিখন ব্যাখ্যা পীরবা জগৎ অমসুং বৈজ্ঞানিক ওইবা জ্ঞানগী মচৎতা ঐথোইনা থাজগদবা লৈনরগা Hume না মাগী Treatise গী শরুক IV দা মাগী Skeptical views (চীংনবা মত) ময়েক শেংনা তাকলে। Reason না খঙবা য়ারোইশিংদা ঐথোইনা চীংনগদবা কয়া পীরি। ইন্দ্রিয়গী খঙবা অমসুং মহুদা ঐথোইনা মেংগদবদুম্ব নৈনরি। বুদ্ধি অমসুং ইন্দ্রিশিং অনীমক্তা খুদোংথীবা লৈরবসু ঐথোইগী Psychological structure (মনবিজ্ঞানগী শাগৎলোন) দগী পোৎশক য়ায়া থাজহনলি। লাইবক থীবদগী ঐথোইনা থাজবদু ভাকপা ঙমদবা নত্রগা ওয়ৈতেনবা ওইরকই।

বুদ্ধিনা চীংনরিবদি মসিদগী ভাবা য়ারোই পুম্বা খুদম য়ায়া লৌদুনা য়েংবদা ওইবা য়াবদমক পী। ওইবা য়াবগী চাংদসু য়েংলগা হয়রকই। ঐথোই পুম্বা অশোয়বা ওইবনা ঐথোইনা থমবা খুদিংমক্তা লানবা

য়াবা নৈ। ঐখোইগী বুদ্ধি অসি চোক তৌবদা য়েংবসু লানবা য়ারকই। বুদ্ধিগী মগুণ অদু ঐখোইনা বিচার তৌবা পুম্বা ওইবা য়াবা ঙাক্তনি। বিচার অত য়েংল য়েংলগা Probability ( ওইবা য়াবা ) পুনসমবগী চাং পিকশল্লকই। পংথৈ নাইদনা check তৌরবদি ঐখোয়না অঙ্ক নত্রগা Algebra দা Reasoning পীরিবা অয়াম্বা থাজবা নৈরকলোই।

ঐখোয়গী sense ( ভাব ) পাউদা Hume না হায়– ঐখোইনা উবা পোৎ পুম্বা ঐখোইদগী নীংতম্বা নৈ হায়বা থাজৈ। তৌইগুম্বসুং থাজবসি ঐখোইনা চাংয়েং তৌবা চুমলমদ্রে অমসুং ঐখোয়না খঙলিবা Impression শিংগা কল্লরে। থেংনবগী পাউ নত্রগা অচুম্বা Reasoning না মনীংতম্বা অমসুং continuous ( চৎথরকপা) ওইবা object নৈ হায়বা য়ুক্ষম পীদ্রে। কল্পনানা থাজহল্লবসু Experience (য়েংনবা গ্যান ) কদি ওন্নতৈরে। ঐখোইনা উবা পুম্বা impression ( ময়েক শেংবা হৌফম ) ঙাক্তনি, ঐখোয়না হায়বা ঙম্বদা মথোয় তশেংনমক („)খোইদা তাংই। ইন্দ্রিগী কায়াংশিং হোংবা নত্রগা হকচাং মনুং ফিবম কায়রবসু ঐখোইনা খঙলিবতু হোংলকই। মরম অসিনা ওইংনা („)খোইনা খঙলিবতু ঐখোইদগী মনীংতম্বা নৈ হায়বা থনলোইদবনি, („)খোইনা উদ্রবসু অদুম নৈ থনলোইদবনি। তৌইগুম্বসুং Hume না হায়রি–(„)খোয়না External world ( মপানগী জগৎ ) অমা নৈ হায়না মহৌশানা থাজবদু মরৈনা থাদোকহনবা ঙমদে।

(„)খোই ইশাগী গ্যান নৈবদা Hume না মায়বা পোইন্ত অমা পুথোকই। („)খোই পুম্বনা পুক্নিদা লেংদনা চথবা ইশাগী শক্তম (Personal Identity ) অমা নৈ থাজৈ। তৌইগুম্বসুং Ourselves ( („)খোই ইশাগীদমক ) হায়বসি („)খোইনা পুথোক্লবা হোংনবদা থেংনবা হায়ববু Impression ( অচেৎপা গ্যানগী হৌফম ) অমসুং Idea ( অথেংবা গ্যান লাকফম ) মথং মনাউ নাইনা লেংথবদনি। মনবিগ্যানগী লমচৎ

অমসুং পুক্লিংগী অপাম্বা মতুংইন্না (")খোইনা থাজনা শেমজিনলি অমসুং মখল মথেনগী থেংনরকপা কয়াদা লেংদনা লৈবা মাম্নবা আম্মা অমা লৈ থাজে। মসি লমচৎ ওইরকই।

মসিদগী মীগী মওং নৈনবদা মপুংফানা চীংননীঙাই ওই উংলি। Theory (মত) দা জগৎকি মরমদা (,,)খোয়না থাজবা bulk (মপূন) লৈ হায়বা প্রমাণ রাংলে। (,,)খোইগী বুদ্ধি অমসুং ইন্দ্রিশিংনা থাজবশিং ঙাকলো পীবা চমদে; থাজবশিং অসি মনবিগ্যানগী মওং অমসুং মরম চপচানবা ওইবা মওং নত্তবনি। মহোশানা (,,)খোইনা থাজনরিবসি অমগা অমগা ককনৈ। (বৌদ্ধগী নীতিনা চাংদম্লো) থাজনম্লিবসি অমগা অমগা শম্নহনবসি মচলশিং লেংথদবা অমসুং মনীংতম্বা sense object (ইন্দ্রিগী পোং) লৈ হায়বা থাজহনদে। মীওইবগী মচল অসি অহুপকী মতিক চাংয়েং তৌরগা মীগী মতশিং অসি থাজবা য়াই থনলি। Treatise গী বুক (I) (one) গী অরোইবদা মাগী চীংনবনা মশাগী psychological পুথোকপা ফাউবা শোম্নহনলি হায়।

মাঙতাক্লবা রারোই পীবতু মহোশানা লাইরেম্বীনা থিংই। খুদোংঙ থীবা কন্না থওইদনা ঐখোয়না তাইনবা য়াদবা পোৎ কন্না থাজৈ। জগৎসিদগী কংথোকপদা চিংনরম্বা পুম্বগী শক্তি মাঙথি; মহোশাগী থাজবনা মপাঙ্গল কনথৎলকই অমসুং মদুদা (,,)খোয় লৈ। অরোইবা মাগী পাউতাকতি কনাগুম্বনা মানা ওইগদবদু চীংনগনি, মানা ওইকম থোকপদুদা মহোশাগী থাজবা মী ওইগনি: মিংয়েং অনীসিমক থাজবা মী ওইগনি; মিংয়েং অনীসিমক অরোইবা ওইনা চুমদে। চীংদবদু কন্ন: লোদবা মতমদা কনাগুম্বনা মীওইবগী জগৎকী শরুক থরদা চৎপা ঙমই (Treatise গী বুক II অমসুং III গা Hume না তৌবা) অমসুং মীওইবগী অপাম্বগী মরমদা আইন থিগমি। (মানা পুথোক্লম্বা অমদি বুদ্ধি অসি অপাম্বগী মনাইনি অমসুং ওইগদবনি)।

# ৫। ক্রিতিক ওফ পিয়র রিজন

**অইবা : ইমানুয়েল কান্ত ( ১৭২৪ – ১৮০৪ )**

**লাইরিক মওং : মেতাফিজিক্স**

**অহানবা কোঙবা : খৃঃ ১৭৮১**

ইমানুয়েল কান্তগী ক্রিতিক ওফ পিয়র রিজন Epistemology (গ্যানগী ময়ম মৈনয়োন) ইতিহাসতা মফম লৈরবা অবাংবা লাইরিকনি। খৃঃ ১৭৮১ দা অহানবা কোঙই অমসুং খৃঃ ১৭৮২ তা চাউথোকহনলি, মাগী লোইরমদাই মতমগী মিৎয়েং অমসুং লৌশিং মমিতায়ে। মাগী মতমদা চৎলম্বা ওয়তৈনবা মত অনী British Empiricism ( ব্রিটিশকী পাম্নবা স্কুল ) দা Locke, Berkeley অমসুং Hume না উৎপা অমসুং continental Rationalism দা Descartes, Leibniz অমসুং Wolff না উৎলম্বা অহু তাইশিল্লবনি। Rationalism ( স্কুল অমা ) গী মতা হৃদয়গী মতেংনা ইন্দ্রিনা থেংনবা নত্তনা মহৌশাগী অমসুং মসিদগী হেন্দোকখিবা পুম্বা শঙই অসিনি। Empiricism (গ্যান অসি থেংনবদগী লাকই খনবা) গী মতা ইন্দ্রিনা থেংনবা গ্যানদনা ঐথোইগী অচুম্বা ভাব অমসুং জগৎকি অচুম্বা পী অসিনি। কান্তগী মতা অনীমক নামলি অমসুং মাগী Critique of Pure Reason দা খুদিংমকী অরানবদ, হন্দোক্লগা অচুম্বা মথৌ লৌশিনলি। মাগী অচৌবা লাইরিক অসিদা পীরিবা মথৌ নৈনহনবা মহাক কয়ামুক মায় পাকখিবগে য়েংশি।

জগৎকি থৌদোক পুথোকপদা অঙ্ক অমসুং মহৌশাগী বিগ্যানা চাওখৎপমুক metaphysics না ওইদবগী ময়ম করিগীনো হায়বহু মানা থিজনখি। Kepler না তরাতয়েংগুবা চহি চাদা নোংথকী মেকানিক্স চাওখৎহনখি অমসুং গেলিলিয়োনা চহি চাসিদা terrestrial মেকানিক্স চাওখৎহনখি। মত অনীমক Newton না চাওখৎহনখি। অসুম্না

চাওথংপসি মহৌশাগী বিগ্যানশিংদা থমথেংখি তৌইগুমসুং Kant না মেতাফিজিক্সতা মসিগুম চাওথংপা থেংনখিদে। তশেংনমক মেতাফিজিক্সতা লেপ্পা ঙমদবা থেম্নবা কয়া থেংনখি। মেতাফিজিক্স অসি বিগ্যান অমা ওইবা য়াব্রা হায়বদু মানা হংখি।

মেতাফিজিক্স অসি বিগ্যান ওইবা য়াই হায়না মরম পীরি - kind (মথন্দা) থেম্নবা অচুম্বগী কাঙলুপ অমা লৈরবা - sense experience (ইন্দ্রিগী থেংনবা) না পুখোকপা মহৌশাগী চুমদ্রিং চুম্বা Synthetic truth (পুন-শন্না চুম্বা) নত্রগা Predicate term (থৌবুগী মরম তাকপা ৱাহৈ) অদু judgment কী subject term দা য়াউবা চুমদ্রিং চুম্বা analytic truth (খুগাইবগী চুম্বা) ওইরবদি মথক্কী অসি য়াগনি। হায়বদি ৱাহৈশিংগী অর্থ মতুংইন্না চুন্নবা নত্রগা definition (কদাইবু কৌই উংপা) না চুমলবা হায়বনি। অস্মা উৎলি—ঈংনা থি'বা হায়বসি মহৈ য়ানলি" (synthetic) অমসুং "ঈংনা থিংলিবা মীশিং অঙ হিংসা থাদোকই (analytic)।" অস্না থেম্নবসি Hume না য়ায়মই; লানবা নত্রগা চুম্বগী মথন তাকপা পুম্নমক মপুং ফারে হায়রমই। তৌইগুমসুং Kant না empirical (থেংনবদগী গ্যান লাকই হায়বা) সু থওইদবা analytic (খুগাইবা) সু ওইদবা synthetic a priori judgement (পুনশিনবগী হায়া লৈরবা বিচার) হায়বা অমা লৈরি হায়। sense experience কি মতেং য়াউদনা চুমই হায়বা থঙই; অদুনা মখোইবু apriori (থেংনবদগী নঙবা নিয়ম) কৌই অমসুং ইন্দ্রিগী গ্যান্না ককপা ঙমদবনা মখোইবু দরকার ওইনা চুম্বা কৌই। অঙ্কগী ৱাহৈ পরেং খুদম ওইনা "তরেৎ কা মঙাগা তিন্নরগা তরানিথোইগা মাপৈ।" Synthetic apriori (পুনসনবা থেংনদ্রিবৈ মমাং) Newton গী বিগ্যানগী শাগৎলোন্নী হায়না মহাক্না থাজৈ। তৌইগুমসুং অসিগুম্বা অচুম্বশিং লৈরবদি করম্না মখোইসি ওইবগে হায়বদু মথন্তনা হংদে।

মীগী গ্যান অসি ইন্দ্রিদগী ফংবা গ্যান্দগী হৌদনা Human understanding ( মীওইবগী খঙবা ) দগী ভাবশিংদা তাংলবাদ মখোইসি য়াই। অসিগুম্বা ভাবসিং লৈ হায়বা ফোঙদ্রবৈদা Critique of Bure Reason গী অচৌবা শরুক ransceodental AEsthetic ( লাইরিক্কী শরুক অমনি। ) তা মহাক্না উৎনবা হোৎনরি "Apriori ( থেংনদবা গ্যান ) খনবসি মীওইবগী খঙবা নত্রগা en ibility ( পুক্লিংদা খনবা য়াবা গী য়ুক্ষমনি। মত অসি গ্যানগী মত্তা Copernican লালহৌ লায়না য়াউই। গ্যানগী হৌরকফম অনী sensibility (পুক্লিংদা ফাউবা) অমসুং understanding ( খঙবা ) অনীমক খায়দোরদনা পুন্না লোমরৈ। লাইরিকসি হৌরকপদা গ্যান পুম্বা Fxperience তগী হৌরকই, তৌইগুম্বসু মসিনা দরকার ওইনা থোরকপা (arise ) তৌবা নত্তে।

Sensibility ( পুক্লিংদা পানবা ফাউবা ঙম্বা ) গী apriori ( থেংনদবা গ্যান ) ওইবা য়ুমফম কদাইনো ? কান্তনা মখোইবু মফম অমসুং মতম কৌই। ঐখোইনা খঙলিবা পোৎ পুম্বা মফম অমসুং মতমদা লৈ। অসিগুম্বা পোৎশিং অসি মতমগী মনুংদা মচু, মওং, পাকপা চাউবা থেন্নবা য়াই, তৌইগুম্বসু মফম অমসুং মতম লোথোকপা য়াদে হায়বা খঙবা ঙমই। ঐখোইবুনা খঙলিবা মী অমসুং অকোইবদা লৈরিবা পোৎশিংবুনা খঙনবা পোৎ ওইনা খঙনবা মফম অমসুং মতমগী ভাব চংই। খঙলিবা পোৎ অচু ঐখোইদগী লাপই নত্রগা তোঙানলি হায়বা খঙই অমসুং মপানগী পোৎ নত্রগা বাথন অমসুং পুক্লিংগী ঈথক ঈপোম কয়া মতমদা মথং মনাউ ওইনা লাকই। মতাং অসিদা মফম অমসুং মতম ঐখোয়না খঙনবগী Pre-supposition ( হায়া খনবা ) নি। ঐখোইনা থেংনদ্রিবা অমসুং খঙলিবা পোৎ পুম্বা মফম অমসুং মতমদা লৈবা ঙাকলি। মরম অসিনা Kant না মফম অমসুং মতম্ব sense experience গী মচাক্তগী থেন্নবা forms of Intuition ( থুনা খঙনবগী মওং ) কৌই। মফমগী মচেং

অমসুং মতমগী মিংকুপ ঐখোইনা খঙই; তোইগুমসুং মচেৎশিং অসি continunm of space অনসুং time ( মফম অমসুং মতমগী চৎথরকপা ) গী মচেৎ ওইনা লৌই। ( মসুম্না মফম অমসুং মতম্ ভাব তোবসি British Phenomenalist থরা হায়বদি Berke ey অমসুং Hume খোইনা লৌদে তোইগুমসুং করিগুম্বা অমা খঙবদা মতম অমসুং মফমদা তোই হাঃবসিদি ঐখোইনা য়াবা ঙমই।

মৌগী গ্যান হায়বসি ইন্দ্রিনা খেংনদ্রিবৈগী মমাংগী condition ( ফিবম ) দা তাংই হায়বা উৎলগা মহাক্না মৌগী খঙনবগী apriori (খেংনদবা গ্যান ওইবহ করিনো হায়রি। মাসি মত্তা মৌগী খঙবসিনা sense experience (ইন্দ্রিদগী খেংনবা) তা apply তোবগী ফল অহ গ্যাননি। খঙবনা মশাগী আইন মতুংইন্না ইন্দ্রিগী খেংনবহ শিন লাংব্রা? মসিগী অতোপ্পা আইন থরা লৈ অমসুং মহাক্না মখোইবু categories of understanding (খঙনবগী কাঙলুপ) কৌই। জগৎসিগী মরমদা ঐখোয়গী বিচারগী ন্যায়গী মওং য়েংবদগী অসিংবা category ১২ লৈ। ঋদম ওইনা হায়রবদা ঐখোয়গী শোয়দ্রবা বাহৈদা গ্রামারগী থৌবু ( subject ) অমসুং মশক উৎপা Predicate হু য়াউই। Bethoven অফবা ঈশৈ লেংবা মী অমনি। হায়বদা সবজেক্টনা Bethoven অমসুং মাগী মরমদা তাকপা Predicate না অফবা ঈশৈ লেংবা অসিনি। ঐখোইনা ঙাঙনরিবা কয়া মসিগী মওংদা লৈ। Kaut কী দমক্তি substance (দ্রব্য) কী ভাব অসি Category of knowledge নি। ভাব অসিদা বাহৈ থরা হায়বদি চৌকি, উ, থা, য়োংপী অসিনচিংবা ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা material object কয়া য়াউই। পোৎশিং অসিদা sub tantiality (মচঙ ওইবা হায়বা অমা খেংনৈ।

Causality ( মরমগী নিয়ম ) অসি মহাকী কাঙলুপ মরুওইবা অমনি। অমগী মথক্তা অমনা ননবা Hypothelical ( ভাবনা শাবা ) নত্রগা

conditional ( অমদা অমদা নবা ) ওইবা বিচার মতৌদগী থোরকই। যদি ( - If then ) হায়বদি মন্ত্রী লৈনবা উংলি। বিচার অদিদা মমাংদা থোকপা অমসুং মতুংদা থোকপা হায়না অনী থোকই। "ঈশিং অসি ফাইরেনহাইট ২১২ দা লুমদা শোগনি অমসুং "কনাগুম্বনা মশাগী অরাব ঈথক ইপোম অতু নমথরবদি মহাক neurotic (ভাউরকপা) ওইরক্নি ॥ মসিগুম্বা রাভাঙ অসি য়াম্না মরু ওই অমসুং ঐখোইনা থেংনবতু তম্বদা তোয়না থেংনৈ। ভাব অসিদা অসিগুম্বা রাহৈশিং শেম্বা, থোকহনবা, পুরকপা অসিনচিংবা য়াউই। থোকহনবা রাহৈ ( causal term ) ভাকনি। মরম থোকপা হায়বা রাহৈশিংগী root (মরা) নি মসি category অমনি। Causality গী কারবা Kant না তশেং তশেংনা উথি। ( Kant কী মত্তা category অসি Thing-in itself তা পানবা য়াদে। অশেংবা মশকপু খাইগী ওইবা রাভাঙদা Things in them elves সু থোনথি। Sankar নদি মসি One without a second নি। মহাক্না পাক্না লৌই। অরা নুংভাইবা ফাউবদা মশক থঙই হায়রম্বতুনা Kant গী থঙবা ঙমদন। থম্বদগী য়াম্না ফজনা থেম্নহনলি।]

ফিলোসোফর অয়াম্বনা category মশিং অমসুং থনবতু য়ানীংদে; করম্না পুশিনলকপনো হায়বতু য়ানদ্রবসু গ্যান শাগৎপদা মখোই দরকার ওই হায়বসিদি য়ানৈ। মখোইনা মাগী মত হায়বদি substance (দ্রব) অমসুং causality ( মরমগী নিয়ম ) অসনা গ্যান শাগৎলি হায়বদু য়াদে। অথুবা ইন্দ্রিগী থেংনবা গ্যানদা মখোই য়াউদে হায়না Hume গী মত লৌই। হীরমসিদা Kant না Hume গা থেন্নদ্রবসু ঐখোইনা থঙলিবা গ্যানগী জগত্তা মখোই চংদবা য়াদ্রে হায়না অকনবা মত পী। মাগী পোইন্ত অসি করিংম্বদা অশম হায়রতুনা উংলি কনাগুম্বা অমগী বিচারনা উৎপা, মওংসি অংনা মতমদা অনম কনদ্রবা অমসুং অথম্বা Percipient (থঙবা ঙমলিবা মী) অতুদগী মনি তমদ্রবদি অচেৎপা বিচার অমসুং গ্যান লৈতে;

অচম্বা পোইন্ত অসি গ্যান শেমগৎপদা category শিং চংই হায়না মহাক্না কোঙদোকপদা য়াউরে।

Sub tance ( লেংদবা মশক ) অমসুং causality ( মরমগী নিয়ম ) নচিংবা cate ory শিং অসি ইান্দনা থেংনবা গ্যান্দা নমদুনা হাপচিনবা নত্তে। মসি হায়রবা মচোই তাদনবা মখং মনাও শুম্বা য়াম্না কাম্নবা ভাবশিংনি। মথোইগী মতে না মথং মনাউ নাইবতু শাইনা উবা ঙমই।

Kant কি মত্তা category অপুম্বা মথং মনাউ নাইনা থম্বা ওইহনলি। মহাক্কী তঙ্খাই চংপা henomenalistic Theory of knowledge, দা মথোইনা পুন নলিবতু থেংনবগী item ( খেরম ) শিং—মচুশিং মওংশিং, থোঙ্জেনশিং অমসুং শোক্রবগী impressions (অচেংপা গ্যান তৌফম ) শিংনি। মাগী সমস্যা হায়ববু করম্না apriori নিয়মশিং অসি empirical data ( থেংনবগী হৈদমশিং ) দা পানশিল্লিবনো অসিনি। মানা থনবদা পাউথুমদি মতমগী mediatory ( ময়ায়দা ) লৈবা ) ওইবা শক্তিদা ফংই ; থেংনবা গ্যানশিং দা চংদবা য়াদ্রবা apriori ( থেংনদবা গ্যান ) মথং মনাউ নাইবনি। Category পুম্বা মতমগা মরী লৈনৈ। Substance, causality অমসুং মতম পুনশিন্নবসিনা Newtonian science গী Presupposition ( হান্না থনফম থোকপা ) অপুম্বা লৈনহনলি। Kant কী মত্তা Presupposition ( হান্না থনবা ) অহুম লৈ : মথোইসিদি conservation of matter ( পোৎশক্কী শক্তি মাঙদবা ), universal causality ( খ্বাইগী ওইবা মরম ) অমসুং মহৌশাগী জগৎ অসি শেমগৎলিবা খ্বাইগী পোৎশিংগী মরী লৈনবা Newton গী মত্তা object পুম্বা material ( পোৎকি ) মচেৎশিংনা শাই অমসুং মথোই পুম্বা motion ( অরেংবা ) অমসুং চীংশন্নবগী খ্বাইম্না ওহুম চন্দুনা থমই অসিনি।

অসিগুম্বা নিয়ম থুগায়বদগী লাকপা অচুম্বা নত্তে মরমদি মথোইবু য়াম্রবদি self-contradictory ( মথন্তা ককপা ) ওইদে; চপচানা চুমই খঙলবনিনা থেংনবদগী generalise ( খ্বাইগী ওইরকপা ) তৌবা নত্তে। মথোইশিং অসি অশেংবা synthetic apriori ( " ) অচুম্বনি, মথোইগী ওইবা য়াবসিদি মথোই শীজিন্নবদা মীগী গ্যান্দা য়াউদবা য়াদ্রে। ঐথোয়না খঙবদা শীজিন্নবসি থেংনবা পোৎশিংগীদা ওই।

কান্তগী মরৈ অসি থর circular ( কোয়শিনবা ) ওই তৌইগুম্বগং Basic ( য়ুক্ষম ) ওইবা নিয়ম পরীক্ষা পীবদা তোইনা লৈবসি তৌগনরি হায়না অথঙ অহৈশিংনা হায়নৈ। অমগী মওংদা অমা ফোঙদোকপা তাই। তৌইগুম্বগং মাগী অশোনবদি ময়ামদা পেলহনদে। মাগী মতমগী বৈগ্যানিক ওইনা থনবগী মরুওইবা Pre-supposition ( হান্না থনবা ) মথৈ অহু মাম্না তুংলোমদা থমই ; presupposition ( „ ) মথৈ অহু synthetic apriori ( „ ) নি হায়দে। য়েংলিবা মীওইগী মম্তা ভাব থর থেংনবদগী হেৌদে হায়বনা অমনি অমসুং মথোইনা য়াউরিবহু apriori (হান্নমা থমবা ) নি হায়বনা অমনি। Substance ( „ ) অমসুং মরমগী ভাব অসি জগৎকী মরমদা থনবদা য়াউদবা য়াদ্রে অমসুং লৌশিং তানা থরবদা হুন্দোকপা য়াদে: মতমগুম্বদা ubstance অসি চুমই ; Physical ( পোংশক্কী ওইবা ) হোংদোকপদা চাইদনা চংই হায়বদি ঙমদে। বিগ্যান থিজনবদা লমজিং মৈরা পী, অচুম্বা নভ্রগা অরানবা বিচারদি ওইদে, ইচম চম্বা heurastic ( লোজিক্তা পুথোকবগী নিয়ম ) রুলনি হায়বা Kant মশামক্না ময়েক শেং না উংখি।

পোইন্ত অসিরাই ফাউবা কাউবা কান্তনা বৈগ্যানীক ওইবা গ্যানগী য়ুমক্ষম পুথোকপা অমসুং গ্যানসিনা নিয়ম থরদা তাংই হায়বা উৎপনি। মসি পুথোকপদা মহাক্না করিগুম্বদা হাকথেংননা করিগুম্বদা মতাই ওইনা British empiricist ( ব্রিটেনগী দর্শনিক কাংলুপ অমা ) গা কাউনৈ।

তৌইগুমসুং মাগী মারোই তাবদুসু continental Rationalism (মহা-দেশকী স্কুল) গসু য়ানদে। Substance (দ্রব) নত্রগা causality (মরমগী গ্যান) অসিদগী করি তারকপগে? কান্তগী মত্তা মথোই অসি শীজিন্নবদা থেংনবা গ্যান্দগী মনীং তমই হায়বদি চুমদে অমসুং ঃুদোং থীবা অমসুং অহাংবা মীনিম্নি। কান্তগী হায়া দরকার ওইবদি মীশিংনা মহৈ য়ায়া metaphysical speculation (থনুংকাংলোনগী থনবা) তৌবা অদু লেপ্পনি। মাগী মতমদা অসিগুম্না থনবদি অসিগুম্ব সমস্যা হায়বদি থরাইগী শিদবা, ঈশ্বর লৈবা আসনচিংবদা লৈদুনা য়াউই। অসিগুম্বা য়াহৈশিং অসিগী বিগ্যান লৈব্রা? মানা থিবগী অহুমগুবা অমসুং অরোইবা শরুক 'Transcend ntal ialectic (মহাক্রা Transcendental Analytic তৌবা মিয়মশিং অমসুং category শিং) শাগৎনরিবা য়াহংশিং পাউথুম অদু 'No' (য়াদবা) ওইনা অরোইবদা খুমলে।

Kant না metaphysics কী য়াফমগা মরী লৈনবা মথক্কী ভাবশিং অসিবু মনবিগ্যানগী য়াথন নত্রগা থরাই, বিশ্বগী য়াথন নত্রগা world (জগৎ) অমসুং লাইনীংবগী য়াথন লাই (God) অহুমা কোই। Kant কী তাব অসি Sankar গী আত্মাবু পুনসনবগী ফিদম ওইনা লোয়গা চাংদম্নবা য়াই। মাগী মত্তা ভাবশিং অসিবু লেংলিবা মীওইশিং অদু মীগী বুদ্ধিনি। মীগী understanding (খঙবা) নত্রগা sensibility (পুক্রিংদা পানবা) নত্তে। মীগী বুদ্ধিনা য়াথনশিং অসি বৈগ্যানিক ওইনা নত্রগা নাতৈ পুথোকপা ঙমদ্রিবসি করিগীনো? মানা মরুওইনা ব্যাখ্যা পীরিবদি sense-experience (য়েংনবগী গ্যান) না ওইরিবসিগা অশেংবা Reason (মরম) গা করিসু চানদে অদুগা থনবগী মওং অসি থিংবা ঙমদে।

Descartes অমসুং Leibnitz গী মতুং ইনবশিংনা থরাই অসি material (পোৎশক্কী) নত্তে, চমই, অদুনা মাঙবা নাইদে হায়: Empiricist (থেংনবগী গ্যান পাম্বা) শিংনা মতুং য়ানীংদে। মথোইনা পীরিবা

মরমতু Kant না শোয়না থনলি। মথকী দর্শনিক কাণ্ডবুনা "ঐ থনলি" নত্রগা cogito – হায়বসি থওবগী থবক পুম্বদা Presuppose ( হান্না থনবা কৌই বিচার তৌবা পুম্বদা Logical ( ন্যায়গী ) থৌবু ওইনা থমই। Kant না ককলিবদি থওবদা থৌবু, য়াই হায়বসি ঽগায়রগা চুম্বনি। তৌইগুম্বসুং অথওবা মী অমা লৈ হা বসি ঽগায়রগা চুম্বদগী অনুমান তৌবা য়াদবা empirical question ( থেংনবগী ৱাস ) নি। থরাংগী লৈবা অমসুং মসিগী মগুণশিং অদু থেংনবদগী লৌবা গ্যানগী ৱাকমনি। অমসুং substance ( " ) কি ভাবতি self তা পানশিল্লি। Empirical Psychology ( থেংনবগী মনবিগ্যান) গী ভাবনি।

Kant না universe ( জগৎ ) কী অচৌবা ভাবতা চংলকলে। মতম পুম্বদা মীশিংনা মথোই মশাদা হংজরি। মতমদা মসি হৌরকপরা নত্রগা মতম পুম্বদা লৈরা, অমসুং মসি শেমরা ? অসিগুম্বা ৱাহংশিংগী অকরবা পাউং মশিং লৈতে। অসিগুম্বা ৱাহংশিংগী ওন্নতৈনবা পাউং মশিং Reason না পীবা ঙমই। মথন্তা করুবা অমসুং থনুং কাংলোনগী থৌদোকশিং অসিদা Kant না উৎলিবদি কনাগুম্বা জগৎ অসি substance ( দ্রব) নি, ফাল অমদা ঐথোইনা লৌরিবতুগুম অপীবা entity ( পোৎশক ) অমগুম্বা লৌবা ঙমদে। কাল অমা করম্বা মতমদা শাই, কৈদৌঙৈ শাই অমসুং কপ্পাম পাক চাউই হায়না হংবদি অর্থ য়াউই। থেংনবগী গ্যান্না লেপ্পা ঙমই। মথোইাস জগৎসিগী মনুংদা য়াউই। মথোইদা তৌরিবতুগুম universe ( বিশ্ব ) অসিনা ওইনা হংবা য়াদে। বিশ্বগী মরমদা ঐথোইনা থনলিবতু থিংবা ঙমদে ; Reason ( বুদ্ধি ) না হীরমসিদা ব্যাথা পীবা ঙমদে। অতুবু মথন্তনা হংজরকই।

Theological ( ঈশ্বরগী মরম নৈনবা ) থন্থবদা মীগী বুদ্ধিনা করি ফগৎনা তৌবা ঙমই ? থেংনবা গ্যান য়াউদনা মসিনা ঈশ্বর লৈ হায়বগী প্রমাণ পীবা ঙমরা ? ঈশ্বরগী মতিক মন্নাইগী মরমদা করি প্রমাণ

পীবা ওবই? ঈশ্বর লৈ হায়বগী প্রমাণশিং অদু মানা নৈনরগা অশেংবা শক্তি নত্তে হায়রে। য়ুক্তম য়াউদনা অথঙবদগী থঙবদদা চোং-শিনবা ঙাক্তনি। অসিদগী Saint Anslem, Descartes অমসুং Leibnitz থোইনা পীরম্বা Onotological ( থনুং কাংলোন ) গী প্রমাণ নৈনৈ। অশেংবা জগত্তা লৈবনা রাথব্দা লৈবদগী হেন্না কৈ অদুনা ঈশ্বর লৈফম থোকই, মরমদি মহাক্না লৈত্রবদি খাইদগী চাউবা থঙবা ওম্বা entity ( পোংশক ) অদু ঈশ্বরনা ওইরোই।

মহাক্না Ontological ( থনুং কাংলোন ) মরৈ ককলিবসি অসিদা হায়রি—"X" লৈ হায়বা existential ( লৈবগী ) উংপসি Synthetic a posterori ( পুনবা থেংনরবা ) নি অমসুং থেংনবগী য়ুক্তমদা লিং-খংলি। মরৈ অসিগী major premise ( মথক-অহানবা রামাং ) অদু analytic ( থংগাইবা ) ওইরবদি লৈবা হায়বসি "God" গী definition দা য়াউরে। ঈশ্বর অসি লৈবদা define ( উংপা ) তৌরে। তৌই-গুম্বসুং Kant না হংলি, কদাইবু কৌই হায়বসিগী মতেংনা existence ( লৈবা ) তা করিগুম্বা অমা define কদাইনো তাকপা ) তৌবা ঙম্লব্রা নত্রগা পোং অমা চপচানা লৈ লেপনবা ঐথোইনা করিগুম্বা অমগী ভাবতগী ঐথোইনা হেন্দোক্লা য়েংগদ্রা? মহাকনা মথা তানা হায়রি। Existence ( লৈবা ) হায়বসি অতৈ Predicate ( থোবুগী মরম উংপা ) কুম্না লোবা চুমদে। Referring expression ( উংলিবদু ফোঙবা ) God ( ঈশ্বর ) হায়বসিনা Subject term (থোংগী রাহৈ) ওইনা য়াউবা statement অপুম্বদা তাকলিবা object (s) লৈ হায়বদু assert ( কম্না হায়বা ) তৌদে তৌইগুম্বসুং তাক্লিবা object (s) অদুদা চুম্না নত্রগা লাম্না attribute ( গুণ পীবা ) তৌরিবদু য়েংনবা চুমই হায়না লৌই। তৌইগুম্বসুং existence অদুবু চুমই হায়না মসুম্না লৌরবদি ontological ( থনুংগী বিদ্যা ) মরৈ অদুদা হংলিবা Point অদু assume তৌরে

অমস্থং মরৈ অহ্ question begging ( বাহং অহ্ হঞ্জিনবা ) ওইরে।

মানা থিজনবদগী থঙবদি মরুওইবা ভাবশিং অসি মীগী গ্যান্দা constitutive ( শাগৎলোন ওইবা ) ওইবা মকম লৈ অসিনি। মসিগুম্বা ভাবশিং অসি জগৎকি ভাব লাকসনবদা category (কাঙলুপ) গুম্বা দরকার ওইদে। অহ্রু Hume গুম্বা মথক্কী concepts ( ভাব ) পুম্বা মৈদা থাসি হায়দে। ওম্বা ভাবতা মথক্কী concept শিং অসি মীগী থঙনবদা Regulative ( চাং নাইহনবা ) ওইবা থবক তৌই মরমদি জগত্তা systematic ( চাং নাইবা ) ওইনা পুনবা, বৈগ্যানিকশিংবু মহৌশাদা মরী লৈনবা হায়বসি কোয়রিবা গ্রহশিং অমসুং হৈতুপ তারকপনচিংবা থীহনলি। ঈশ্বরনা শেম্বা জগৎ অসি rational (গ্যানগী ওইবা) ওইনা শেমই অমসুং বুদ্ধি লৈবা মীদা থীহন্নবগী মহৈ পী। মীগী শক্তিনা অসিগুম্বা মিৎয়েং পীবা ঙমদে।

মমিং চৎলবা বারোইদা Kant না pure reason (অশেংবা মরম) গী কান্নবা পীরি, Rationalist শিংগা মাগদি থেন্নৈ। মানা মথোইবু পেলহনদে (মাবুম মসি কোব য়াউনৈ)।

Rationalism ( বুদ্ধিনা গ্যান পীবা ) অমসুং Empiricism (থেংনবনা গ্যান পীবা ) অনীগী ময়ায় চৎলিবা মওংসি মাগী মতমদগী হৌরহ্না দর্শনিক কয়ানা ইনলি। দর্শনদা থিজনবা য়াবা সমস্যা কয়া ফোঙদোকপগীদমক মাবু থাগৎনৈ। তৌইগুমসুং দর্শনিক কয়ানা মানা মমাংগী স্কুল অনিদা মানা চৈ থাংনম্মু য়াত্রবম্ মাগী মিৎয়েং পাক্লা হোৎবহ্ থাগৎনৈ। Pure Reason (অশেংবা মরম) গী ন্যায়গী ওইবা মওংদা Hegel না ইতিহাস অমসুং জগৎকি মপুংফাবা অয়েকপা অমা পীথি। থেংনবা গ্যানবু ককথি। মমৈদা লাকপা J. S. Mill অমসুং Bertrand Russell থোইনা sense-data দা গ্যানগী য়ুম্ফম থীথি Formal logic কি মতেং লোই। Kant কীগা মথোইগা থেন্নৈ। মমিং চৎপা দর্শনিকনি হায়না শিংথাই।

## ৬। লোজিক

অইবা : জর্জ বিলহেলম ফ্রেদরিক
হেগেল ( খৃঃ ১৭৭০ – ১৮৩১ )
লাইরিক মওং : লজিক, মেতাফিজিক্স
অহানবা ফোঙবা : ১৮১২ – ১৮১৬ খৃঃ

হেগেল অসি জর্মনীদা খৃ. চহিচা· ১৮ অমসুং ১৯ শুবদা Idealist ( আদর্শবাদ ) গী বাখল হৌদোক্লম্বনি। Kant অমসুং মাগী মতুংদা লাকপশিংনা Hume না পুথোকপা বাখন অসি মতিক চারমদে ; পুক্লিংনা Intuition ( থূনা থঙবা ) থঙবা অমসুং বুদ্ধিগী মতেংনা Apriori Categorical ( থেংনদ্রিবৈঙ মমাং শোয়রব্রা ) শাগংলোন নত্রগা Experience ( থেংনবা ) মশামক্তদা Experience কি য়ুমফম পুথোকপা ঙমই। Experience অদুদি মপুং ওইনা বুদ্ধিগী ওইনা য়েংগনি। Kant কী মত্তা মথোই মশাদা থোদো পুম্বা থঙবা ঙমদে ( Hume গী চিংনবদু মচেৎ অমা থমই ) অদুবু ঐথোয়না থঙবা Phenomena ওইনা মথোইসি থঙবগী category অমসুং থুনা থঙবগী মওংশিংনা শাগংলি। মপানগী জগত্তগী লাকপা empirical content ( থেংনবগী ফংবা মচাক) লৈবদু মথোইগী থঙবা য়াবা য়ুমফম পুকনিংদা লৈ। Hegel না category ( কাংলুপ ) অমসুং form ( মওং ) অপুম্বা অশেংবা মশক্তী শরুকনি ; পুক্লিং অমসুং মসিগী পোৎশকশিং অনী থোক্লা থায়বদু মীনম্বনি, অমসুং অদুনা অশেংবা মকোক অদু thought ( বাখন ) কুম্বা Rational ওই। মাগী ফাউরবা মত অসি মহাক্না অস্থা ফোঙদোকখি, "What is real ( actual ) is rational ; what is rational is real (actual)." ["চপচানা অশেংবা ওইবদু বাখম্না অচুম অয়ান থিবা ওই, বাখম্না ওইবদু চপচানা ( অশেংবা ) ওই অসিনি।]

রাখনা করম তৌনা অশেংবা মশক্‌কী মওং ফোঙদোকই ? দর্শন অসি Hume দগী Kant ফাউবনা ( অমসুং ঙনথংনা ) রাখনগা অশেংবা মশক্না চাম্নরগা অচুম্বগী criterion (অচুম চুমদা য়েংবা ) নি থনলি। তৌই-গুম্বসুং Hegel নদি রাখন্দগী মতেংনা পোৎশকশিংগী মশক উৎলি; রাখনগী অচুম্বা ভাবক্না অশেংবা মশক্না চানৈ।

Idealist শিংগুম্না Hegel না থনলি মতুদি অশেংবা মশক Idea ( ভাব ) শিংগী মতেংনা থঙবনা, অমসুং ভাব অমা য়ানবা পোৎশক মথন্তদি idea মানবা ওই, অশেংবা মশক অদু mindlike ( পুক্নিং মানবা ) ওইকম থোকই। Reflection ( খন্থবা ) গী মতেংনা পোৎশিংগী মওং থঙনবা হোৎনবদ; মীনা পোৎশকশিংগী universal ( খাইগী ওইবা ) ওইবদা পুক্নিং চংই। অসিগুম্না চৎথবদা মী অমনা অচুম্বা থীবা মী অতৈগুম্না রাখন খন্থ। তৌইগুম্বসুং মসুম্না চুমন্ত্রিং চৎথবদা মীগী তোপ তোপ্পা শকলোন মাঙই। খন্থবা রাখন অদু মশাগী ওইবা শরক মাঙই অমসুং objective ( পোৎকী ওইবা ) ওই ; রাখন অমসুং অশেংবা মশক অমতমক ওই। খাইনা খঙনরবা ওইনা Hegel না ফোঙদোকখি মতুদি রাখননা triadic ( অহুম থোক্না চৎপা ) ওইনা চৎলি ; খুদিংমক্কী শাগৎলোন অহুম চৎপী ওই। Logic কি stage ( মতাং ) অহুম থক লৈ ; থায়দোক্লীবদু অহুমনি, অমসুং মথোই খুদিংগী অহুমগী ওইবা শাগৎলোন লৈ। Hegel গী মফম অসি খাইনা য়াম্না চৎনরিবা "thesis—antithesis-Synthesis" [ নৈনবা অমা—মতুগী ওন্নবা অনীসি য়ান্নবা ] মানা শীজিন্নরমদে। অমরু ওইরবস অমরু ওইরবস রাখন অসি মসিগী negation অমসুং থেন্নরিবা অনীসু মথংদা তাইশিন্নবদু Socrates অমসুং Plato না তৌরম্বা Dia-lectical procedure ( ন্যায়গী থোঙচৎ ) অদুগা চাংদম্নবা য়াই। মাগী মত অসি য়ামা নুজগী মতকা অয়াম্বা নকশিনহনলি। য়াম্না হেন্না মান্নবদি

ভেদ অভেদ থাদনি। মাম্নবসি মুপ্না থঙহনা মানা মাগী দর্শনবু 'Dialectical' (ন্যায়গী ওইবা) কৌই।

St John না "logos" তা শীজিন্নবা ভাবকা মান্ননা Hegel না "logic" হায়বা ৱাহৈশি শীজিন্নৈ। হায়বদি ৱাহৈ অসি লোন খুগাইবা অমসুং মরৈ য়েংনবা ওইনা শীজিন্নদনা চাং নাইবা Creative Process (শেমগৎপগী মওং) ওইনা উৎখি। মঙোন্দদি লোজিক্কী stage (মতাং তাংক) অহুমথক লৈ: (১) মশক উদবা মতাং খণ্ডবগী তাংকক্ (২) Dialectical (ন্যায়গী ওইবা) গী মতাং, নত্রগা Negative reason (ওইদবা মরম) গী মতাং, অমসুং (৩) ভাবনা শাবগী মতাং নত্রগা positive reason (অওইবা মরম) গী মতাং।

অহানবগী মতাংদা ৱাহৈ নত্রগা ৱাখনগী পোৎথোক পুম্বা অমগা অমগা থায়দোকনৈ। মশাগী মপাঙ্গলদা মখোই লৈ হায়বা understanding না থাজৈ। মহাক্না হায়ৱিবদি মী অমনা খঙ্বদা মাগী ৱাখনগী মচাক পুম্বা experience (থেংনবা) কী ৱাফমদগী লোথোকই অমসুং অতৈদগী মনীংতম্বা মথন্তা লৈবঙুম্বা অমা লৈহনলি। ৱাখনগী ইতিহাসতা মতাং অসি ফংই; দর্শনগী চাওখৎলোন্দা মীনা abstraction (ভাবনা খঙনবা) না হোই। মতাং অসি মথংগী মতাংগা চাংদম্নবদা abstract (মওং লৈতবা) ওইনা উগনি।

খুদম উৎপা ওইনা দর্শনগী মত empiricism (থেংনবদগী জ্ঞান লাকপা) কৌবাসি থনলু। মসিগী মশক উদবা মতাংদা খুদক্তা হৌজিকমৰ শীৱিবা অতু অশেংবা মশক ওইনা লৌই। মসুম্না খুদক্তা পীবসি মরী লৈনদবা, তোঙানবা, তোপ তোপ্পা মথন্তদা লৈজবা পুমহাং হাংনা পীব impression কৌবহন। মত অসি পুৱিবা মীহুনা মানা হায়ব ঙমদবা reality অহুদগী মানা হায়বা ঙম্বা idea (ভাব) দা লাম্ত্রোরকই তৌইগুম্বসুং মাগী ভাবশিং অতু গ্যামগী থাক অমদা লৈ; নীংশিংব

অমসুং খন্থবা য়াউই, অমসুং Empiricist অদুনা মশক উদবা তাক্কতগী dialectic গী মতাংদা চংশিনলি। মসিদা হাকথেংনদবা রাথয়া নৈনগদ-বগী হীরম ওইরকই।

Dialectical stage দা খনবনা মচাকপুম্বা তোঙাননা উই। Hume গী লাইরিক্তা তাক্কক অসি মাগী চীংনবা অমসুং necessary connection তঙাইফদবগী মরী) য়াদবা মতাংদা উই। Dialectic গী positive ওইবা শরুক অমা মখাগীসি উৎপদা ফংই মতুদি থায়দোক্লা অমসুং তোঙাম্না উবদা finite (মচেৎ ওইবা) পুম্বা অমসুং অমগা অমগা মরী লৈনদবা মতমদা লৈবা লেপই। অতৈ অতোপ্পা য়াউদনা লৈবা হায়বসি ওইথোক্তে। Existence (লৈবগী মওং) হায়বসিদা entity (লৈবা) অনীথক্তি য়াউদবা য়াদে। (মাগী অর্থসি মুপ্পা থঙজিনগনি।)

Logic কি অরোইবা মতাংদি speculative ওই; মতাং অসিদা বুদ্ধি অসি মপুং ফানা positive (শেংলবা) ওই। Hegel গী মতা থনুং কাং-লোনগী নীতি থবা অমগা অমগা করুরমদু তায়শিনলি। Causation দা কল খুদিংগী মরম লৈগনি, cause খুদাংগী মরম অমগা মুক লৈবনা effect (ফল) ওই হায়না য়েংলি। অহানবা মরম অদুগী মরম অমসু অমুক লৈফম থোকই। Causation গী পংথৈ লৈতবনা দর্শনগী নিয়ম খুদিংমক মপুং ফাহন্দে। মতম হায়বসিগ থোদোক কয়াগী মথং মনাও নাই; হোৎনা অমসুং লোইবা নাইরে তৌইগুম্বসুং অনীমক লৈফম থোকই। Hegel গী মতুং ইমা করুরবা সমস্যা কয়া Speculative Reason (রাথন থনবগী বুদ্ধি) না তাইশিনলি; মথোই ওয়্রৈনবা Category কয়া পুন-শিনবদু বুদ্ধিনা উংলি।

মথক্তা হায়বগুম্বা লোজিক অসি শরুক অহুম থোকই। মথোই অদুদি the Doctrine of Being (লৈরিবগী মত), the Doctrine of Essence (মচংগী মত) অমসুং Doctrine of Notion or Idea (ভাবকী

মত ) নি। তেম্না মখোই খুদিংমক নৈনসি। মথক্কী চাওথংহনবা মওং অসিমক মসিদসু ক'ই। খুদিংমক ময়েক শেংদনা য়াউবহুনা মথংগী য়ুক্তম ওই। খুদিংমক মথন্তদা নিয়ম ওইনা লৌরবসু abstıaction (লৌথোরকপা ওই অমসুং মপুংফাদবা অমং চুমদবা ক'ই।

Being ( লৈবগী মওং ) নৈনবদা য়াম্না শুনা পীবা অহু নৈনবা তাই। দর্শনগী ইতিহাসতা Being ( " ) গী ভাব কয়া মরুওইবা মচাক পীনখ্রে। Parmenides কী one ( অমা ), Aristotle গী মরুওইবা substance ( মচঙ ), অমসুং Hume গী impression ( অকনবা রাখন ) মচিংবা Being গী থাক য়োনবা মীরেপ লাম্না তৌথি। নীতি অসিদা Hegel না থুনমক পীবগী মপুংফাবা অর্থ অমসুং কল থুগাই অমসুং মামা কদাইদা লানবগে হায়বহু উৎলি।

Essence ( মচং ) কি নিয়ম অসি Being গী নিয়মা মায় পাক্তরবা মতমদা লৌথংলি। পোৎশকশিংগী অথ্বা মওংনা রাথন্দা অশেংবা মশক পীবা ঙমত্রবদি, মখোইহু থীবনা mediate knowledge ( খুদক্তা থঙবা নত্তবা গ্যান দা পুম্নরুবদি—ময়াইদা চৎপা মওং মতৌদা ঐখোইনা য়েংলবদি given ( করিগুম্বা অপীবা ) অহু মশাদা ওইরিবহুরা হায়বদা ঐখোই ঙকই—অহু ওইরবদি অপীবা অহু মথন্তদা ওইবহুগুম্না থনদ্রে, তৌইগুম্বুং অতৈ অতোপ্পগা মরী লৈমনা থনলে। অতোপ্পা অহু খুদক্তা পীবগী মথক্তা হাপচিনবা entity ( পোৎশক ) ওইদবা য়াই ; Hegel না থাজবা খুদক্তা পীবগী রাংমদা লৈবা Recognition ( হান্না থঙথিবহু অমুক থঙবা ) ওইবা য়াই ; মসিগী ঙমথৈ লৈ। মসিদা Doctrine of Essence ( মচংগী মত চংলকই ; পোৎশক অমগী মচং ওইবহু রাথলনা থঙনবা অতৈগা মরী নৈনবহু উগদবনি। Essence গী নীতি অসিহু mediate ( হাকথেংনদবা ) ওইবহু মপুং ওইনা নৈনবনা মপুং ফাদে।

মথক্কী অমিহুগী মতিক চাদবস্ Notion (অৱাংবা ভাব) নত্রগা Idea (হন্থবা ভাব) গী নিয়মদা তাইশিন্নে। Being হায়বসি মথন্তগীদমক নত্তনা অতোপ্পা অমগীদমক তৌইগুমসুং in-and-for-itself (মসিগী মসুংদা অমসুং মসিগীদমক) গীদমকস্ থগুগনি। "For an other" (অতোপ্পা অমগীদমক) না অনীগুবা অফবা অমা উত্তবা য়াই, অপীবদু পংথৈ তাকই। মসিগী immediacy (হাকথেংনবা) দা Being গী মরমদা করিস্ হায়দে। তৌইগুমসুং মসিগুম্না উবদা Being অসি Notion নত্রগা Idea না শক থগুই, অমসুং অপীবগী অচুম্বদু বুদ্ধিনা ভাব লৌশনলি।

Being গী নিয়ম নৈনবদা Hegel না পোংলম অনীথক পাংথোকই। Being গী মপুম উৎপা অমসুং Being গী করিমত্তা থন্দবা, ৎদক্তা ওইবদু মুথংলি। Being গী থাক অহুমথক: quality (গুণ), quantity (চাং, মশিং), অমসুং Measure (চাং ওনবা) নৈরি। মসিদা দর্শনগী রাথনগী ইতিহাসতা মরী নৈনবদা নত্তনা রাথন মথন্তগী অহুম অহুম চাও-থংপদুস্ নৈনবা তাই।

রাথন অসি হুমকোক কোয়া হৌগৎপদা মশক লেপ্পা থৱবু হৌইল্লকপা Indeterminate (মশক লেপপা ঙমদবা) ওইবা অমা ঐথোইগী নৈজে। Hegel না অহাংবা অহৌবসি "Being" কৌই। ভাব লাকশিনদ্রিবা রাথন অদু করিস্ রায়ী শানবা য়াদে। মসিবু here-now (মফমসিদা-হৌজিকমক) হায়নৈ, মসি রায়ী শানবা, থম্নবা, করিগুম্বা অমা হায়বদা here-now দগী করিগুম্বা থৱা লৌথোক্লগা মশক লেপপা ওইনা লেমই, তৌইগুমসুং মশক লেপপা করিগুম্বা অমা ওইবদা মসিগী মগুণ নৈগনি। অহাংবা datum (থগুনবগী অপীবা মচাক) অসি থেম্নবা নৈতে, মতম য়াউদে, অথম্নবা মওংদা নৈতে, কুপ্পা থনদ্রিবৈগী মমাংনি। মসি নৈ হায়বসি Immediate (হাকথেংনবা) ওইবদুদগী লৌথোকতুনা মশক লেপ্পনি।

মথংদা অহাংবা অহোবদু তাক্কক অমদা চংশিনলি, অপীবদু মগুণ হাপই, করিগুম্বা অমা ওইনবা শেমই ; Anything ( করিগুম্বা অমা ) ওইবদগী কনলি। মসি অতোপ্পা নত্তে, করিগুম্বা অমনি, তোপ-তোপপা মগুণ লৈজে .হায়বসি অহোংবগী মথা পোনলকই। Being মথন্তদা ওইবা মশক লেপপা ঙমদবা নত্রগা করিসু ওইদবা (Not-being) অনীমক ওইদ্রে, ওইরকপা জগৎ ;হায়বদি অনীগী মরক্তা লৈবা ওইরকই। দর্শনগী খুদম পীরবদি Hegel না নৈনরিবর্সি লাইনা খঙগনি। Impre-ssion ( অকনবা ভাব ) অসি মশক লেপপা ঙমদবা Being গা অমহানি। শ্যানগী মথাদা লৈবা sensation ( ইন্দ্রিনা ফংবা গ্যান ) মথননি, তোম্বনা হোংগনবা অমসুং মচোই মচোই তাবনা মথোইগী মরমদা করিসু হায়বা ঙমদে ; রাম্বী শানদ্রিবৈঙনা মথোই হায়না চংথ্রে। Idea ( নীত্তিগী গ্যান ) পোক্লকপদা Consciousness থোকলকমিয়রে। মথোঙ মাংবা Impre-ssion ( অকনবা ভাব ) শিংদগী পুক্লিংনা থনদোক থজিন তৌরে, কৃপনা য়েংলে অমসুং মশক লেপলে অদুগা Idea শিং পোকহনলে। Idea মথৈ নৈনবদা পুক্লিংনা গুণশিং, মতম, মরম ; অহোংবা থেংনৈ। অদুনা Hegel গীদমক Being অসি quality নি—মশক মঙৎ উৎনবা অসি লৈত্রবদি অপীবা অদু করিসু ওইদ্রে।

মশক লেপপা পোৎশক অমা ঐথোইনা থম্নবদা চাং হেনগৎ হেস্থ তৌবদগী মনীং তমই হায়বা ঐথোইনা উই ; qualitative ( গুণগী ওইবা) ওইবা মশক মতৌনা মসি কদাইরু কৌবগে তাকই। Quantity (শরুক) চাং, মশিং হায়বসি তোঙাম্না তাবা অমসুং চংথরকপা ওই। Exclusive (মনুং চন্দবগী ওইবা ) অমসুং চপমান্নবা Unit construction ( কাঙলুপ অমা শাগৎপা ) অমদা যুক্ষম ওই। মশিংশিং, খুদম ওইনা মসিবু উৎলি অমসুং তোঙানবা অমসুং চংথরকপা চাউবগী মঙংনা মশক তাকপদা মশিং শীজিনৈ। অদুবু quantity ( মশিং, চাং ) অসি মথন্তদা ঙমথৈ থমদ্রবা ভাব ওইনা থনবা য়াদে মরমদি পোৎশক অমা তাথরকপদা মশিং থেরবনা মগুণ থেম্নবা ওইহল্লকই।

Hegel না মশিংদা হোংবসি Absolute কিদা লৌই হায়বসি হেনগৎপা অমসুং তাথবসি চাউমন্দুনা ঙমথৈ লৈতবা নত্রগা পিকপদা কুপমনবগী ঙমথৈ লৈতবা পান্দূনা ভাব লাকশিনলি। অর্থনা জগৎ অপুম্বদা, Absolute (ঙমথৈ নাইদবা) তা চংশিনলি; অতোপপনা করিস্থ লৈতবা Not-being (হিংবা ওইদবা) দা চংশিনলি। য়ুম অমা পিকলবস্থ চাওয়বস্থ য়ুম অমা অতুম ওই; করিস্থ বেয়া লৈতে। মসি relative (মরীগী ওইবা) ওইবা ভাবতা লৌনৈ; য়ুম অমা করিস্থ ওইদবা নত্রগা পুমওই ওইবগী ভাবতা লোবা য়াদে। Hegel না মসি মশিংদা Dialectical না থবক তৌবগী ভাবতা লৌই। Quality (মগুণ) ওইদবা থঙনৈ।

অতুনা Being গী অহুমশুবা থাক, quantified quality (শরুক্কী ওইবা গুণ) নত্রগা ওনবা হায়বসিদা ঐথোই য়ৌরে। ওনবদগী ঐথোইনা থঙলে মতুদি খুদিংমক অসি ৺দক্তা থঙবা গ্যান নত্তে, তৌইগুম্বসুং relative (মরী লৈনবা) নত্রগা mediate (হাকথেংনদবা) ওই। খুদিংমক্কী চাং, চপচাবা মগুণগী অমসুং চাংগী পংথৈ লৈ। পোং অমগী চপচাবা measure (চাং ওনবা) থঙবসি Essence (মচল) থঙবনি।

Hegel না তৌনিংবতু পাংথোকথি; হায়বদি থাক অহুম মগুণ, চাং, অমসুং measure („) খুগাইদুনা নৈনরগা Totality of Being (লৈবশিংগী মপূম) খাইদা উংথি। Being গী immediacy (হাকথেংনবা) অতু মুথংতুনা মসিগী মচং অতু থূনা পীবা মশক্তা য়ুম্ফম ওইদে, তৌইগুম্বসুং mediate ( „ ) ওইবা measure ( „ ) দা তাংই। অপীবতু অতোপপগী ভাবতা লেপই। থূগাইবসি খুদক্তা পীবা অতু ইচম চম্না থঙবা নত্তে তৌইগুম্বসুং থম্বা রাথন্দা তাংবনি। রাথন অমসুং মসিগী পোংশক পুম্না চাওথংমিন্নৈ। Being (লৈবা, সত) হায়বসি অশেংবা মশক্কী অথূবা মশক্লি; Reflection (থম্বা) গী মতেংনা দর্শনিক্কা অশেংবা মশকি থূজনদবা মশক হায়বসি Essence (মচ) চংথমকই। Being গা Essence গা অনীসি অমনা অমদগী হেন্না শেংবা

ওইদে ; থস্বা রাথলদা অমদগী অমদা চৎতুনা ঐখোইদা অশেংবা মশকী হেনজনবা মিংয়েং উৎলি।

Essence („) গী নীতিদা ঐখোইনা থাক অহুমস্ত ফংই— Identity (চপ মান্নবগী মতৌ) diversity (মান্নদবগী মতৌ) অমসুং ground (য়ুক্ষম) অসিনি। পোৎশক অমা থুগাইবদা মসিস্ত ফীবম থয়না মশক লেপ্পা অমসুং অতোপপা থরবু মসিনা মশক লেপ্পা থেংনৈ। মশক লেপ্পা ওইনবা পোৎ অমগী পংথৈশিং চংবদা নত্তনা মসি কদাইবু কৌবগে তাকপদা মসিনা ওইদবা কয়া উত্তুনা থেন্নবা থঙহনলি। মান্নবদা মথন্তগা মসিগা মরী উৎপদা নত্তনা থেন্নবদা পোৎ অতৈগা মরী উৎলি।

Hegel গী মরৈ অসিনা Plato না Parmenides কৌবা লাইরিক্তা 'One and the Many ( অমা অমসুং ময়াম ) গী মরমদা থুগাইবত্ নীংশিংহনলি। Plato না অমগী paradox ( ওইথোক্তবা রা ) মতুদি মসিনি অমসুং অতুবু মসি নত্তে হায়বত্ ঐখোইনা—Identity ( চপ মান্নবগী মতৌ ), Difference ( মান্নদবা ) অমসুং other than ( অসি নত্তবা ) অতোপপা ) কি ভাব হাপচিল্লগা কোকহনবা ঙমই। অমথক অতুওই ( মথন্তগা মশক চপ মান্নৈ ) অমসুং ওইদে ( অতোপপনি ); হায়বদি অমত্ থেন্নৈ। Hegel গী অইবশিং অসিদা মান্নবা মওংগী ( মথল কয়াদা থেন্নরবস্ত ) থুগাইবা কয়া য়াউই। পোৎশক অমগী essence ( মচং ) অত্ থঙননবা ঐখোইনা Identity ( মান্নবগী মতৌ ) Diversity ( মান্নদবগী মতৌ ) গী করুবা মানবা মওংশিং অত্ unity ( অপুনবা ) অমদা লৈবা থঙগনি। Unity অসি য়ুক্ষমগী ভাবতা ফংই। পোৎ অমা লৈনবা মসিগী self-identity ( ” ) দগী হেনবা অমা লৈক্ষম থোকই। Self-identity ( ইশা-মান্নবা ) অসি self ( আত্মা ) না ওইদবগা থেন্নবগী চাংদম্নদবা কালদা মশক লেপ্পা ঙমদবা abstract being পুশিন্নকই। অমরোমদা মরক্তা লৈবা মরী লৈনবশিংগী নত্তবা থয়া লৈহ্না আত্মা

নত্তবা নৈ হায়বা উৎলি। ঐথোইনা পুক্লিংদি চংদে। Ground (য়ুক্ষম) গী ভাবতা Hegel কি Essence (মচং) না চপচাবা অর্থ ফংই, মরমদি পোৎশক অমা মসিগী মনুংগী মরী লৈনবা (মশক মশক মান্নবা) অমসুং অতোপ্পগা মরী লৈনবদসু উই; তোইশুমসুং মসি ground গী ভাবনি।

Hegel গী লোজিক্তা অরোইবা ওইনা Notion (অরাংবা ভাব) নত্রগা Idea (হস্থবা ভাব) গী নিয়মনি। মহাক্না জর্মন লোন্দা রাহৈসি "Begriff" হায়না থোনলি, রাহৈসি অর্থ তোঙান তোঙান লৈ, খুদোং থীবনা থনলি)। নীতি অসিগী থাক অহুমদি Uuiversal (খাইগী ওইবা), particular (থরগী নত্রগা অথন্নবগী ওইবা) অমসুং Individual (অমতা নত্রগা মশক নাইবগী ওইবা অসিনি।

অশেংবা মশক্কী শরুক অনী খুদক্তা ওইবা অমসুং মরক থনবা মশক, Being (সত) অমসুং Essence (মচং) থন্নরগা Hegel না অশেংবা মশক্কী totality (মপুম) লৈননবা থোরাং তোরে। Beingদগী Essence তা চৎপা অসি dialectical Process (ন্যায়গী চৎথরকপা) নি, মসিদা অপীবতুগী মশক উৎপা থম্বা চংবা নিয়মনি। Ideal (ভাব) গী নীতিনা পোৎশক অমগী মশক মওংপুথোক্লবা অমতা ঙায়রবা পান্থেদি মসিদনি হায়বা কনশিনহল্লি। চাওথংলকপদা পোৎশক অমনা মথক্কী থাকশিংদা থম্বা রাথন্দা ফোঙদোক্লকই। Immediate Being (খুদক্তা লৈবা) ওইনা ইহাং হাংনা হোৎলকপদা মসি মশক লেপ্পা ঙমদে, Kant না হায়বা thing in itself (মথন্তদা লৈবা পোৎশক) ding an sich অহুনি। চাওথংলকত্রিবা universal নি। খুদক্তা পীবদগী কনাশু-মনা মশক তোপথোক্লবা করিশুম্বা অমা ওইনা থনবা হোৌরকই। Hegel না মতাং অসিবু অথন্নবা ওইরকপা কৌই। অরোয়বদা পোৎশক অমগী হেন্না চাংথংলকপদা খাইগী অমসুং অথন্নবগী ওইবা থেন্নবা অমসুং মান্নবা

থাক অনীমক ওইবদা Individual অদু ফংই। Individual মশক খঙগে হায়রবদি খেন্নদবা খ্বাইগী ওইবা মওং অমসুং খেন্নরক্লবা অথন্নবা অনীমক চংই। মচেৎশিং খঙলবদি Process অদু মপুম ওইনা খঙগনি। Hegel দদি জ্ঞানগী মওং অমসুং খঙলিবা অদু, Being অদু লোইবদা অমতনি। Reality(অশেংবা মশক) অমসুং Rationality (বুদ্ধিগী ওইবা) হোৎদোক্লদে

---

# ৭। এপিয়ারেনস এণ্ড রিয়েলিটি

অইবা : ফ্রান্সীস হর্বার্ট ব্রেডলি

( খৃঃ মতুং ১৮৪৬—১৯২৪ )

লাইরিক মওং : মেতাফিজিক্স

অহানবা ফোঙবা : খৃ ১৮৯৩

খৃঃ চহিচা ১৮৭০ দগী ১৯২০ ফাউবদা ব্রিটিশ ফিলোসোফিগী মরুওইবা ঈচেলগী মকোক ওইনা মশাদা থাজবা য়াউনা F. H. Bradley না ইথি। মাগী য়াথন অসি Hegel গী প্রভাবনি। জগৎ অপুম্বগী ওইনা অয়োইবা অচুম্বা অদু ফংবা মাগী পুক্রিংনি। মাগী মেথোডতি discrete (তোঙানবা) ওইবা পোৎশিংনা শাবা জগৎ অসি মথন্তা ককনৈ অমসুং appearance (আভাস, মশক) গী জগৎনি উৎপনি। Real (অশেংবা) অদু অমতনি। মসিদা তোঙানবা পোৎশিং নৈনবে অমসুং খেন্নবা পুম্বা মাঙথি। মায়! ঙক্লীবনা অশেংবা মশক্তা মানা পীরিবা য়াবোই অসি মতমসিগী দর্শনিকশিংনা পাম্নদে। মশকী জগৎ অসি মাঙহনবা মাগী critical (অক কত য়েংবা) ওইবা নিয়ম অদুদি পামনৈ। মখিং অসিদা থরৈ।

Appearance and Reality গী রাময়াং ইবদা Bradley না metaphysics পু অসুম্না থোনলি "Instnict (হৌনশা) দা ঐথোইনা থাজবদুদা ফত্তবা মরমশিং পুথোকপা, তোইঙুমসুং মরমশিং অসি পুথোকপসিসু হৌনশানি।" মানা পুথোক্লিবা ভাব পুম্না তশেংনা লানবা য়াই; তোইঙুমসুং করম্না মথোইদু লানলিবনো হায়বা মানা পুথোকপা ঙমদবনা অতৈনা মাগী রারোই অদু য়েংকনি হায়রি।

মেতাফিজিক্স অসি লানলবদি Bradley না মসিগীদমক লামাই ৬০০ কপিগী ইরিবনো? পোংশক্তী ওইবা জগৎ অসিগী রাংমদা কয়িগুম্না অমা লৈ হায়বা ঐথোই লুম্না থেংনরে অমসুং থেংনরিবশিং অদু খঙবা ঙম্মথৈ খঙনবা ঐথোইনা metaphysics দরকার ওই। Metaphysics তা ঐথোইনা ভাব তোবসিনা শেমগৎপা অমসুং মাঙহনবা মওং অনীদা অপঙবা Materialism অমসুং dogmatic orthodoxy (নঙনা থাজবা হায়নগী মওং) অনীদগী কনলি। মেতাফিজিক্স তম্বদগী ঐথোইনা খঙই মতুদি কোক্লবা পাৰৈ অনীগী মরক্তা অমা চম্নগনল্লি। অনীমক হায়া লৈবগী অহেনবা অধিকার (preemptory) ওই। "Philosopher অমনা য়াম্না ভামথরবসু পাপ লৈতে Bradley না হায়রি, "Philosophy না spiritual pride (আধাত্মিক্তী নাপন) ওইনা থজিক্তং চুমহনবদা।" লাইরিক অসি শরুক অনীথোক্লা থায়দোকই। অহানবা শরুক্তা 'Appearance' (মপানগী মশক) তা Bradley না ফিলোসোফিগী হম্না হম্না থোকপা সমস্যাশিং হায়বদি quality (মগুণ), relation (মরী লৈনবা), space (মফম) অমসুং Time (মতম), causation (মরমগী) অমসুং self (আত্মা) নচি'বা নৈনৈ। মসিদা মানা উংপদি মথোইগী সমস্যাশিং কোক্লবা অয়েঙ্গা পাৰৈ লৈতে, মিংয়েং অসিদগী য়েংলকপা জগৎ অদু অমগা অমগা কৈক্লে অমসুং appearance (মশক) নি। (শেংদবা principle (হৌকম) লৈতে লোইনমক অহোংবা নাই হায়না মানা উংপদি

ভারতকি শঙ্কর অমসুং বাচস্পতিনচিংবগী মতকা থেরে।)

অরানবা সমস্যাদি Bradley না পোংকি মগুণ অসি Primary (অহানবগী ওইবা) অমসুং Secondary (অনীশুবগী) হায়না অনীথোক্না থায়দোকই। থায়বা অসি থাজবা মীনা মগুণশিং অহানবদি ঐথোইনা থঙবা অমসুং উবা ঙম্বগুনি। অতৈ অতোপ্পা গুণশিং Secondary ( „ ) নি। অথোইবা মগুণশিং অদু লেংদে। মতম কুইনগী ওই। মথন্তদা তাংই অমসুং অশেংবনি। অনীশুবা মথনগী মগুণশিংদি মচু, অশাবা ফাউবা, অইংবা ফাউবা, মহাউ, মনম অসিনচিংবসি য়েংলীবা মীদুগা মরী লৈনৈ। মতমপুম্বগী ওইনা চুমদে।

মত অসিগী মায়য়োক্না Bradley না উংনি—Secondary ( „ ) মগুণশিংবু মশক্তি হায়রিবা রারম পুন্না Primary ( „ ) ওইবদসু পানবা য়াই। অথঙবা মীদুগা মরী লৈনবদগী পোংশক অমা Secondary রি হায়রবসু পোংশক্তুদা মথোইগী য়ুক্ষম থরা লৈ। মরী লৈনবগী term (ন্যায়গী রাহৈ) শেংলগা পোং অমা relative (মরী লৈনবা) নি। থুদম ওইনা রাহৈ পরেং অমদা, "তেবল অসি চৌকিগী ওইদা লৈ," ওইদা হায়রবা মরী অসি চৌকি অমসুং তেবল অনীদদা লৈ। গুণ অমা মরী লৈ হায়বসি মদু পোংশক অমদা য়ুক্ষম ওইবনি। মরী অদু লৈনবা য়ুক্ষম অদুসু শেংগদবনি। অদুনা Secondary (অনীশুরকপা) ওইবা মগুণশিং অদুসু পঙলিবা মীশিংনা থনবগুম শেংদবা নত্তে। অমুকসু হন্না Secondary ( „ ) গুণশিংদা ওইরিবা পুন্না Primary ( „ ) গুণশিংদসু হায়বা য়াই। পোংশক অমা গুণ অনীথোক্না থায়বসি কুপথনা য়েংবদা লানলে। দর্শনিক অরাম্বদা অশেংবা ওইনা মসুমা থায়বসি অচম্বা মশক্তি।

লাইরিকশিংগী শক্তক্তা তোয়না য়াউরিবা Bradley গী মরৈ শাগৎ-লোন অসুম্না পনবা য়াই: থরনা হায়রি মতুদি x অসি y দগী মওংদা থেরে, তৌইগুমসুং x অমসুং y না a দা তাংই। য়েংলিবা মীদুনা a অসি

x গি মশক তাকুবা মগুণনি হায়না লৌই। Y গী defineing ( মশক তাকপা ) মগুণনি লৌত্রবস্থ মহাক শোয়। অতুনা x অমসুং y মথন্দা করিস্থ থেন্নদে। য়েৎলিবা মীতুনা তোঙান তোঙানবা মিৎয়েংদগী মশক তাকই অমসুং মশক তাকপদা থেন্নবদগী মগুংদস্থ খেন্নৈ হায়না লৌই। খেন্নরিবগ্র মশক্তা চুম্না ওইবনি। Metaphysician শিংনা মফম অসি শেংদে হায়নৈ। মানা পীরিবা মরৈদি space অসি শেংদে হায়বদা মসিগী অরোইবা লৈত্রা হায়বস্থ য়াউই। কনাগুম্বা অমনা মফমগী অপিকপা মচেৎ অমা থনবদা মসি কোয়শিনবগুম নীংই। টেবলগা চৌকিগগী মরক্তা লৈবা মফম অতু টেবল অমসুং চৌকিনা কোয়শিনলি। তৌইগুম্বসুং space অতুমক্তি কোয়শিন্দে। মসিগী মপান্দা করি লৈ। থদোংথীবদি মফম অতবু চৌকি অমসুং টেবলগী term ওইনা মরী লৈনহনলে অমসুং মতুবু ওমথৈ নাইদবা quality ওইনা লৌরে। মফম মরী ওইনা লৌবা য়াদে মরমদি মফম অমা অপিকপা space ওইনা খায়দোকপা য়াই। মফম পীবসি মরী অমগা অতোপ্পা অমগা term ওইনা লৈপ্পনি। "Space" (মফম) মরী লৈনবদা মাঙলবা মরী লৈনবা অমনি হায়না Bradley না হায়। মথোয়গী term গীদমক অরেম্বদা থীবনি। ঐথোইনা করিস্থ ফংবা ওমদবা অশাংবশিংগী অশাংবশিংনি।"

Space অসি মগুণ ওইনা করি? মসি মগুণ পইরবদি মাগী পংথৈ লৈফম থোকই মরমদি অতোপ্পা মগুণ অমগা ওন্নতৈনবা মগুণ অমনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা অমা লৈতে। মসি লৈরবদি মফম অসি মরী অমা ওইনা লৈগনি। Bradley গী মতুংইন্না space পু অশেংবা ওইনা লৌরিবা Philosopher শিংনা মসিবু Infinite ( ওমথৈ নাইদবা ) অমসুং Ideal ওইনা থনবা পামই অমসুং পংথৈ লৈবা অমসুং শেংনবা ওইনস্থ লৌই। মতশিং অসি মতিক চাদে, তৌইওমসুং অতোপ্পগী চাদিংদা অমা পুথোকপনি। মতসি মান্না য়ানীংদে।

মরৈ অসিমক মতমদসু apply তৌই। মতম অসি unit শিংনা শাগংলি; অদু ওইরবদি মসিগী duration (লেংদনা লৈবগী মতম) লৈতে। মসিগী duration লৈরবদি মসিগী মচল অমসুং মমাং নত্রগা মতুং হায়বা লৈতে। মহাক্না তশেংনা হায়রি "মতম ... .... .... শেমগদবনি অমসুং অচুমওইনমক মচেৎ মচেৎনা শাগংপা য়ারোই।

জগৎ অসি পোৎশকশিংনা শাবনি। তৌইগুম্বসুং পোৎ অমা করিনো? পোৎ অমা ওইবগী চংদবা য়াদ্রবা মগুণশিং করিনো হায়রবদি করিগুম্বা মফম অমদা লৈগদবনি অমসুং করিগুম্বা মতম অমদা লৈগনি। লৈবদা নত্তনা মগুণশিং লৈগদবনি; মসিদসু অকক্লবা অর্থ পীবা ঙমদবা ভাব ওই। Bradleyগী analysis তা মসিগী নত্রগা মতুগী জগৎ হায়বদু মাঙখ্রে।

মপালগী জগৎনা মশক ওইরবদি self (আত্মা) তি করিনা ওইরে। লেপ্পমক মসিদা Reference কি লেংদবা পোইন্ত অমা লৈরে। অচুম ওইনমক self হায়বা রাহৈসি অর্থ য়ায়া লৈ। Self অসি মা নত্তবা মপালগী জগৎনা ব্যাখ্যা তৌনবা হোৎনরবদি মপানগী জগৎ অসিবু অর্থ থর লৈ। Self অসি ইশাগী চাংয়েংনা খঙলবদি মসি Subject সু object সু অনীমক ওইরে। মসিদি ওইথোক্তবনি।

পোৎশিং অমসুং selves ( " ) পুম্বা মশকশিং ওইরবনিনা Bradley না things-in-themselves তমক তাকপা তারে। তৌইগুম্বসুং মখোইসি খঙবা ঙমদে, অচুনা মখোইনা লৈবসু খঙদে; Things-in-themselves অসি খঙবা ঙম্বতুমক মখোই things in themselves ওইদে।

মসিদা মানা appearance (মশক) তা তাকপা section মথে লোইরে। Appearance and Reality (মশক অমসুং অশেংবা) গী শরুক অসিদগী করম্বা রারোই ঐখোইনা তাবগে? ঐখোইনা শরীক্ষা তৌরকপা মশক (appearance) ওইরে, মথন্তনা inconsistant (চানদবা ওইরে। তৌইগুম্বসুং—মথন্তনা করুবা entity (লৈবা) অপুম্বা Real গা

মরী লৈনদে। Appearance ( মশক ) তগী থারদোক্লবা অশেংবা মশক অতুগী অর্থ লৈতে। অনী শন্ননবা লম্বেল ঐখোইনা ময়েংগদবনি। হীরম অসিদা লাইরিকি অনীশুবা শরুক অহু লৈনরি।

Bradley না অশেংবা মশক্কি মগুণ অহুমথক লৈ হায়রি, অমনা Logical, অমনা epistemological (গ্যানগী হৌফম লৈনবা) অমসুং অমনা metaphysical (থবুং কাংলোন) নি। Logical ওইবা মচন্তি মসি মথন্তা করুদে। মসিনা খুদক্তা appearance তগী Reality থারদোকই। Metaphysical ( " ) ওইবা মচন্তি মসি অমথক্তনি—appearance তগী করুনিঙাই ওইবনি। Epistemological ( " ) মচন্তি মসি Experience ( থেংনবা গ্যান ) নি। মরুওইবা তত্ব 'অশেংবদি Rational (বুদ্ধিগী ওইবা) নি হায়বহু উৎনবনি। মঙোন্দদি Rational ওইবসি mind অমদা লৈবনি। Rational ( " ) ওইবা; পুক্নিংগী নত্তবা জগৎ অসি ইচমাম্মা Potentially Rational ( " ) ওই। তৌইগুম্বসুং পুক্নিংদা লৈবা হায়বসি Experience ( " ) নি। নিয়ম অহুম অসি Bradley না চাওথোকহনলিবসি Reality গী শাগৎপগী মচাক্কি অমসুং অহুনা Metaphysical ( " ) তত্বনি।

লৈরিবা পুম্বগী totality ( অপুনবা ) অহু অশেংবা মশক্কি। মানা Absolute ( " ) কৌই। Reality ( অশেংবা ) লৈফম থোকই মরমদি মশক ওইনা লৈবসি অশেংবা মশক্কী নকলনি। সমস্যাদি মশক, ফত্তবা, মচেৎ ওইবা পোংশিং, অরানবা, মতম অমসুং মফমচিংবসি করম্না মরী লৈনরিবনো অমসুং Absolute কা করম্না compatible (য়ান্নবা) ওইরিবনো ? বাহংশিং থোরকই।

Absolute কি বাহং লেপ্পদ্রিভৈদা অচুম্বা করিনো ঐখোইনা খঙগনি। অশেংবা object করিনো? Bradley না হায়রি অশেংবা পোং অমগী মগুণ অনী য়ামদ্রবদা লৈগনি, existence ( লৈবা ) অমসুং characteristic (মশক উৎপা)। পোংশক করিনো হায়বা ঐখোইনা হায়বা ওখা তাই

হায়বা ঙম্বসি ভাব লৈবনি, অমসুং Judgment কী মতেংনা ভাব অমা অশেংবা subject তা Predicate (থোবুবু হায়বা) ওই। Existence (লৈবা) subject কি ভাবতা, য়াউই অমসুং Predicate না অশেংবা subject কা মরী লৈনবা ফীদময়ফম ওইবা character য়াউই। Bradley গী অচুম্বা অসুম্না পীরিঃ "অচুম্বা খল্লবগী object নি, অমসুং অচুম্বগী পন্থুংদি existance ( " ) অদুবু ফীদম ওইনা quality (মগুণ) তৌগনি। অসিগী মথক্তা "অচুম্বসি অসিগুম্বা predicate কি context নি মহৃদি Predicate (থোবুগী মরম তাকপা) উৎপদা খনমাম্নবা অমসুং করুবা লৈতবা অমসুং মহৃগা লোয়ননা unrest ( " ) লৈতবনি তৌইগুম্বসুং অচুম্বা করিগুম্বা মপুং ফাদে। Predicate অসি Ideal (ফীদম) দনি, ফীদম নত্তে। অদুনা অচুম্বা অপুম্বা মচেৎ ওইনা চুমই অমসুং পাকথোকপা য়াই; হেন্না চুম্বদা ঙমথৈ নাইদনা শন্দোকপা ঙমই।

কনাগুম্বনা অচুম্বগী একাউন্ত পীবা ঙম্লবনি অরানবগীসু পীগদবনি। Absolute লৈ অমসুং Absolute কি শরূক অমা নল্লবদি লৈতে। অরানবা অদু excep ion (য়াউদবা) নি। মথন্তনা করুবনিনা Absolute কি শরূক অমাওইনা লৈতে। মীনা য়াম্না অশোয়বা নাই; অদুনা লৈতে হায়বসু য়াদে। জগত্তা ফত্তবা লৈতে অমসুং অরানবা লৈতে হায়বদি অভাংগী মতনি। অরানবা হায়বসি তঙ্খাই ওইনা অচুম্বনি হায়বগী ভাব লৈ। থোবু অমসুং থোবুগী মরম তাক্লিবা অদুনা অশেংবা পোংশিংদা refer (মরী উৎপা) তৌই অমসুং মথোইগী মরমদা খনলিবদু চপচানা লৈ। তৌইগুম্বসুং মচেংকি ওইবসিনা অরানবা পুম্বগী হৌরকফম্নি। অচুম্বা ওইরকুবা মচেৎ ওইবসি মতেং পাংশিনগদবনি। মসিগী অরানবসি তঙ্খাই অমতা ওইবনি তৌইগুম্বসুং মসিনা Absolute কি মচেৎ অমদা কনশিনবা উৎলি।

Solipsism (মথন্তনা লৈবা রাখন) অসি চুম্নবদি মসি Absolute কী

মায়য়োক্লা অকনবা argument (ন্যায়) অমা ওইগনি। Solipsism গী মরৈ অসুমা পনবা য়াই: ঐনা জ্ঞান তাবা পুম্বা experience ( " ) অমনি। তোইগুম্বসুং experience ( " ) খুদিংমক ইশাগী private (ইশাগী ওইবা) experience নি। মরম অসিনা ঐনা খঙগদবা পুম্বা ঐগী পুক্লিংগী মথন মথা অয়াম্বা মওংনি। মত অসিদা Bradley না খুমলিবদু 'experience' হায়বা term অসিগী definition (কদাইবু কৌই তাকপা) দনি য়াহৈ অসিনা অর্থ অনী পুবা য়াই। অমনা experience হায়বসি মরী লৈনদবা পুকিংগী মওং কয়া মথং মথং তাকপনি। অর্থ অসিনা solipsist তা মপুংফাদে মরমদি মহাক্না থেংনরিবা পুম্বগী থৌরু ওইরিবা self নত্রগা পুক্লিং অদুগী মরমদা য়ারী শাবা ঙমগদবনি। মসিনা খঙনরিবা experience শিং অদু কয়িস্থ লৈতবা পুক্লিংগী ফিদমদগী হেনলি। Feeling (ফাউবা) গী মিংকুপ্তুগী হেনলি। মঙোন্দদি হৌজিক্কী মিংকুপকি য়াংমদা চংলিবা experience অদু self নত্তে। অদুম ওইনমক self অসি মমাং অমসুং মতুং লৈবা, হৌজিক্কি self তগী অনুমান তৌবা মখননি। মশাগী পুক্লিংগী মথন মথেন লৈবগুম অতৈ self ময়াম লৈ হায়বসু ঙমই। Solipsism ( " ) গী অচুম্বদি মশানা থেংনরকপা কয়াদগী কনাগুম্বনা জগৎ অসি খঙবা ঙমই। মাগী অয়ানবা experience পাকথোকপদু লেপ্লিংবা বিন্দু অমদা লেপলে। Experience পাকথোকপদু অমুক হৌরবদি Absolute য়োদবা য়াদে। মসিনা পন্থুংনি।

পোৎপুম্বা অথোই অহেন নায়না চুমব্রা? নত্রগা শেংব্রা? Bradley না হায়, "Absolute তদি degree লৈতে; মরমদি মপুং ফাই অমসুং মপুং ফাবদা অথোই অহেন নাইদে। Absolute না মপুং ফানা চুম্নবা অমসুং মাগী মরমদা তাক্লিবা statement না মপুং ফানা চুম্নবদি Absolute নত্তবা মথৈগী মরমদা তাক্লিবমথৈ লোইনমক চুম্বদি য়ায়রোই। অতোপ্পা পোৎ অমনা অমদগী হেন্না শেংই হায়বসি মরিং ময়াংবনি। পোৎ অমা

অশেংবা নত্রগা শেংদবা অনীগী মরক্তা লৈরে হায়বা কনাগুম্বনা হায়নীংবা য়াই : চৌকি অসি অশেংবনি ; ভূতশিং শেংদে। তৌইগুম্বসুং Bradley গী খুদোংথীবা উবা য়াম্না লাই। Statement অপুম্বা Absolute কিদমক ওইবা নত্রগা করিগুম্বা অতোপ্পা অমদগী হেন্না চুম্বা য়াই। হায়রিবসিমক existence তা পানশিনবা য়াই। চপচানা হায়রবদা Absolute তমক লৈরি, অমসুং নং, ঐ অমসুং লম্বীগী উথোং পুম্বা মচেৎ ওইনা লৈবনি। [ Bradley না Absolute পু self ( আত্মা ) নত্তে হায়বসি শঙ্করগী মতকা চাংদম্নবা য়াই। মহাক্না self পু ubject হায়। Absolute অসি self নত্রবা অমসুং co scious princip e নত্রবদি Kant কি thing-in-itself অচু ওইরে। Direct Awareness হাকথেংননা খঙবসি আত্মা নত্তে হায়।] ৱাহৈদা চময়বা থোকহনলকই।

Absolute (ওমথৈ নাইদবা) তদি Proposition (ন্যায়গী ৱাহৈ পরেং) অমতা মপুং ওইদে ; অমসুং Bradley না হায়, "পুমচুমচুম্বা হায়বা অচুম্বা লৈতে ; পুমলান লানবা হায়বসু লৈত্রে। চপচানা লোরবদা চাং হেন্দোক হেঞ্জিনগী ৱাতনি।" তৌইগুম্বসুং মত অসিগীসু Provisio ( সর্ত্ত ফিদমনবা ) অমা লৈগনি : "ঐথোইগী ৱাখনশিং করিগুম্বা থবক থরগীদমক পুমলান লানলি হায়না লৌগনি, নত্রগা অমুকহন্না য়াম্না চুমই হায়গনি ; তৌইগুম্বসুং অচুম্বা অমসুং অরানবা হায়বসি Absolute ( " ) না ওনবদা চাংনা লেপই।

খৃঃ ১৮৭৬ তা ফোঙবা Ethical Studies কৌবা লাইরিক্তা Bradley না morality নৈনৈ। Appearance and Reality দা মানা অফবা হায়বসু metaphysical category ( খনুং কা'লোনগী কাওলুপ ) ওইনা লৌই। কনাগুম্বনা হংবা য়াই, "Absolute ( " ) অচু অফবরা ? পাউ-খুমদা অফবা ( good ) হায়বসি মপুং ফাদবা category নি, মপুং ফাবগী মশক অমতনি। কজবা, অচুম্বা অসিনচিংবা কৈ, মসি নত্তবা কয়াসু লৈরি।

অফবা হায়বসি scope পি; Absolute কি মঙ্গল ওইবা য়াদে। "অফবা হায়বসি মশক্তি; Absolue তদি মসি হেন্দোকই। অওইবমক Absolute অসি God (লাই) ওইগনি। তৌইঙম্মসুং ধর্ম্মগী লাই অদু মীদা object (পোৎশক) ওইগদবনি। ধর্মগী লাই ফংগদবনি। তৌইঙম্মসুং মানা গুণশিং অসি লৈরবদি মহাক appearance (মশক) ওইরে। মাগী ন্যায় অসি ঈশ্বরদা ফাউবা পন্থুহনবা য়াদে। ঈশ্বরনা Absolute (") কি অতোপ্পা মমিং ওইরবদি মহাক উনবা ফংলোই। মহাক্না Absolute নত্রবদি মহুগী মথাপোনবা তাই। ধর্ম্মগী লাই মশক্কী থাক্তা লৈগদবনি।

অসুম্না গ্যান্দা ধর্ম্মনা করি তৌবা ঙমদে। ধর্ম্মগী মরুওইবা মচলদি গ্যান নত্তে। Bradley না হায়, "অফবগী খাইদগী শেংলবা মশক ঐথোই ইশা ওইবগী শরুক পুম্বদা উংনবা হোৎনবত্ত ধর্ম্মনি।"

ঐথোইনা Bradley দা পীখ্রিবা পুম্বা negative (ওইদবা) ওইরে। ঐথোইনা চেৎনা থাজরিবা পুম্বা তঙ্গাই চুম্বা মশক তাক্তনি। তৌইঙম্মসুং Absolute মথক্তমক চুমই। মাসিগী মরমদা ঐথোইনা করি হায়বা ঙমই? Statement (ইতুনা ফোঙবা) অপুম্বা মচেং ওইবনা ঐথোইনা ঙম্বা হায়বদু description (শন্দোক্না হায়বা) পীবদমক ঙমই। ঐথোইনা উৎলিবদু মপুংফাবদা নকশিনলিবমথৈ ঐথোইগী statement (শেংনা ফোঙবা) পুম্বা অচুম্বদা নকশিনলি। Statement অমগী ওন্নতৈনবা খনবা য়াদ্রবদি মপুংফাবদা নকশিনলকই। মসিগী অচুম্বনা অচুম্বগী নিয়ম অদু লানহল্লিবমথৈ মদু খনবা য়াদে। মরম অসিনা অচুম্বা statement অমা নিয়ম অমদা অতৈ অতোপ্পা অচুম্বগা মরী লৈনরবা অমসুং নিয়ম অদু comprehensive (পাক শনব') ওইরবদি অচুম্বদা নকশিনলক্লে। Absolute কি অচুম্বদু Absolute মশামক্তি শরুক অমথক্তি। অচুম্বনা abstract (মশক উদবা) ওইবা statement দা মশক উৎলি; তৌইঙম্মসুং Absolute মশামক concrete (মশক উবা) অমসুং অশেংবা মশক্তি। Philosophy

হায়বসি অচুম্বা নৈনবনি মচেৎ ওইবদমক নৈনবা তাই। লোইনমক নৈনবা ঙমদে। Bradley না হায়রি। "অচুম্বনি Reality গা চাম্নবদি করিগুম্বা থম্না মতেং পাংশিনগনি—অচুম্বা নত্তবা অতৈনা পাংগনি অমসুং ঐথোংনা ফংবা ঙমদবা করিগুম্বা থরম্ব চংই।" তোইগুমবসুং অচুম্বগী চাং লৈ: অমসুং মথোইগী পংথৈশিং লেপলিবমথৈ, অচুম্বড়ু মশক চুমই।

Appearance and Reality ( মশক অমসুং অশেংবা ) গী অঙনবা তাঙ্কক্তা Bradley না হায় "ওইবা য়াবা অমসুং থ্বাইগী ওইবা নিয়ম অমনা ঐথোইদা হায়হনবড়ু ওইগদবনি মড়ু চপচানা ওই।" বাঙাঙ অসিনা মাগী Appearance অমসুং Reality দা তোরমবড়ুগী শোঢৈ ওই। মাগী অথোবা, মরৈ লৈবা পুক্রিংনা থ্বাইনা ঙাওনরিবা কয়ামক্রম ককই। মানা য়ারিবা থরসিদি মাগী মত্তা লাকখুবা য়াদ্রবনি থনলি। মানা থনম্বা মচাক থরসিনা করি শাগৎপা ঙমগনি? হ্যায়গী চংদবা য়াদ্রবনা ঐথোইপুম্বা হৈনদ্রবা জগৎ অমদা মাবু থনমলে, মাগী জগৎ অসিদি Philosophy অমসুং লোম্বগীস্ব হেন্দোকপা ওইরে।

---

## ৮। রিজন এণ্ড একজিস্তেনস

অইবা : কারল যাসপর (১৮৮৩— )

লাইরিক মওং : একজিস্তেনসিয়েল মেতাফিজিক্স

অহানবা ফোঙবা : খৃ: ১৯৩৫

Reason and Existence কৌবা লাইরিক শাগৎলিবা লেকচর মঙা অসি হোলণ্ডগী Groningen University দা খৃ: ১৯৩৫ গী বসন্তগী মতমদা লেকচর পীখিবনি। মথল মথেন কয়া মানা ইথিবড়ু লেকচরশিংদা মওং

নাইনা থোমজিনলি। অইবগী দর্শনদা অফবা বাহৌদোক অমসুং মতেং ওইবা তেনসনরা (summary) অমসু ইরি।

Jaspers না দর্শনবু Existez শব্দোক্না তাকপা কৌই। Existenz হায়বসিগা English রাহৈ Existence লৈবগা থেট্নে। মসি শেংনা তাকপগা Existenz অসি থাইনা খঙনবা চংনবা অমসুং ন্যায় গী ওইবা category দা conceptualise ব্যাখ্যা তৌবগা থীনা থেট্নে। Existential Reality (ভিংবগী অশেংবা মশক) গী মচাক অদু অপুনবা perspeetive (অমগা অমগা নৈনবা) অমা উৎপা মানা ঙমদে। অদুমওইনমক শেং-দোকপা নত্রগা শেংনা হায়বগা হায়বদি মশক উবা situation (ফিবম) দা ফোঙদোকপদি মহৈ রান্না উৎপা ঙমই। Jasper গী মতুংইন্না philosopher হায়বসি মসিগুম্না শেদোক্নবা হোৎনবা মীনি।

Keirkegaard অমসুং Neitzsche গী মশক উবা রাথন্দা মানা ফংথি। ম্না ফজবা দর্শনগী মিৎয়েং অমা মনুংদগী Existential Reality (") খঙনবা interest তা মথোই অনীনা মশানা তাজবা নিয়মশিংদগী অমতা ওইবা অমসুং মপুংফাবা system অমা পুরকপা ঙম্বা প্রোগ্রাম অমা লৌথংপদা থাক্না থমই। মপুং ফাবা Existential system গী দাবীদি তাং তৌবনি। Existenz কি অয়োইবা মচাক লৈ; ওইরকপা রাবগী contingency (চপচানা থোকপগী মরম খঙদবা) না পিক থনবা মতমপুম্বদা চাওথংলকপগী লম্বীদা লৈবনি। Kierkegaard অমসুং Neitzsche না মনুংগী কুপথবা খঙনবা হোৎনবদা Hegel গী system of Logic তা মরী লৈনদবা কয়া পুথোকই। ভাবনা শাবা রাথন অদু Keirkegaard না চৈ থাংই। মহাক অমসুং Neitzche না দর্শনশাস্ত্র হায়বসি Existenz অদু ময়েক শেংনা attitudinal (শেমশাবা ফিভম লৌবা) দা তাকপনি। পুন্সিগী সমস্যাদা অনৌবা বুদ্ধিগী মিৎয়েং পুরকই। মথোইনা থনবদগী মনীংতম্বা অমসুং মপুংফাবা formulation (শম্না হায়বা) থোকহনবা

করিমতা পুথোকথিদে। বিজ্ঞানগী মীশিংনা গ্যান পুম্বা অচম্বা অমসুং quantifiable ( শঙ্কী ওইবা ) data দদা ওস্থোকপত্ মথোইনা চীংনৈ। ইশাগী গ্যান্দা থরাই লুপই। মথোই অনীনা মশাবু খস্থবনা অচুম্বগী লম্বীনি হায়। Self ( আত্মা ) গী লুথবা অতুদা কাউজিম্নগা অশেংবা মশক কোংদোকই। মথোই অনীনা হাকথেংনদনা communication (খওহনবা) তৌবা অমসুং objectivised (পানমফমগী) ওইবা নৈনবগী অরানবা উংজি। অককুবা type অমদা থায়দোকপা পামদে অমসুং মতৌতকী থবক য়াদে। মথোইনা তৌরম্বা অতু অমুক্তমক ওইবা য়াই। ঐথোইগী সমস্যাদি Exception ( নত্তনা য়াউদনা ) ওইদনা খম্বা তৌইগুম্বসুং exception ( " ) তুদা ঐথোইগী মিংয়েং থম্বনি।

Jasper গী ৱাথন খনবগী মরুদি umgreifende হায়বা ভাবসিনি। খরনা মাগী মরুওইবা ভাব অসি ccmprehensive (পাকচাউবা, খওবা ওম্বা) কৌই; খরনা জর্মন লোনগী ৱাহৈ অসি Encompassing (কোয়শিনবা) থোনলি। Encompassing হায়বসি determinate being ( মশক লেম্বা ওম্বা হীংবগী মওং ) গী ৱাংমদা লৈ, অমসুং মাগী মশক অতু লেপ্পা ওম্বা গ্যানগী পোংশক ওইনা থোকহন্দে। Kant গী noumenal ( অশেংবা ) ওইবতুগুম মসি phenomena ( মশক্কী ফিবম ) গী ৱাংমদা লৈ। Jaspers না Kant কুম্না Encompassing ( " ) হায়বসি অশেংবা মশক্কী মিংথোল অমনি অমসুং পোংশক অমগুম্না খওবা ওমদে হায়বদা হায়। অককুবা পোংশক ওইনা নত্রগা পোংশকশিংগী totality (অপুনবা) ওইদে। মীগী ভাবনা ওইবা category নত্তে। Thought ( ৱাখন ) জা thought মশামক্তগী হেন্দোকপা মতমপুম্বদা লৈ। Encompassing থেংনবসি Existential decision ( হিংবগী লেপ্পা ) অমসুং দর্শনগী খাজবদা ওই। Modal differentiation ( নিয়মগী খেন্নবা মমং ) দা য়সি ঐথোইনা উহনলি। Encompassing গী মরু ওইবা mode অনীথক্তি "Encompa-

ssing as being in itself" ( মথন্তদা হিংবগী মওং ওইনা কোয়শিনবা ) অমসুং Encompassing which we-are ( ঐখোইনা ওইরিবা গী কোয়-শিনবা )"। মোড অনীসিমক Existenz তা য়ুক্ষম অমসুং পুক্রিং থোগৎপা ওই। মহাক্কী মোড অনীমক শেংনা থগনি।

Jaspers গী Being গী অর্থ অমসুং মওং শেংদোকপা অসিনা নোং-চুপকি চংনরকপা অচৌবা metaphysician গা মরী লৈনৈ। মহাক্না Plato, Aristotle, Spinoza, Hegel অমসুং Schelling দা তৌবিমল থগবা উৎলি। তৌইগুম্বসুং দর্শনগী খিজনবগী মতাংদা হৌরকফম লেংবদা মাগা অতৈগা মত থেনৈ। হান্নগী দর্শনশিংগা Being-in-itself ( " ) অসি Nature, the world, নত্রগা God ( মহৌশা, জগৎ নত্রগা লাই ) ওইনা লৌহনা চংনবা বিন্দু ওইনা থমই। Jaspers না Being-which we are ( ঐখোইনা লৈবগী মওং ) দগী চংশিনলি। মচংশিল অসি Kant কি critical philosophy না হোদোকখি। Jaspers দগী দর্শন শেংনা তাক্লবা অচুম্বা হৌরকফম ওইনা লৈ।

Encompassing ( কোয়শিনবা ) অসিনা Being-which-we are ( ঐখোইনা ওইরিবা হিংবগী মতৌ ) ওইনা অনক হেন্না মনুংগী শেংনা হায়দোকপা শাগৎপগী mode ( মওং ) তা চংশিনলি। মসিদা Empirical ( থেংনবগী ) লৈবা ( Dasien ), অশেংবা গ্যান অমসুং spirit ( Geist " ) মশক উরকই। Empirical existence (হিংবা) না ইশামকপু পোংশক ওইনা লৌহনা মথল কয়াগী হীরম কয়ানা হায়বদি biology, psychology, anthropology, অমসুং sociology নচিংবনা খীনবা datum ওইহনলি। মসিগুম্বদা মীনা মশাবু ইচম চম্না পোংশকশিংগী মরক্তা অমা ওইনবা লৌই অমসুং মচল কয়ানা মশক লেপই। মীবু মীওইনা চপচানা থগদে। খীজরবা item (তোঙানবা মতেক) মচা অমথক ওই। Being which we are ( " ) গী অনীগুবা শাগৎপগী মওংদি consciousness

as such ( " ) নি। গ্যানগী অর্থ অনী লৈ। অমদনা empirical ( থেংনবকপা গ্যান ) অশেংবা মশক্তা মরী লৈনৈ। মতম খোঙচত্তা অথম্বা অহিংবা গ্যাননি। অমদগী অমা থায়দোক্লবা অথম্বা consciousness ( গ্যান ) দি ঐখোই ওইদে। ঐখোই অমগা অমগা মরম থরদা মান্নৈ অতুনা consciouness as such ( অসিগুম্বা গ্যান ) হায়দুনা ফোঙদোকই। মসিনা লে'ওৎপদগী মীনা মশাবু খ্বাইগী ওইনা চৎপা য়াবা ভাবতা খঙই। Empirical ( " ) হিংবনা মীগা জগৎকা মরী লৈনবা ফোঙই। Consciousness as such ( " ) না মীগা ভাবগী জগৎকা মরী লৈনবা উৎলি। ভাব হায়বসি মতম পুম্বগীনি। মীনা মশামকপু মতমপুম্বদা খঙবা ঙমই। Jaspers গী রাথন্দা Plato গী প্রভাব তাই। খ্বাই পুম্বগী ওইবা অচুম্ব গ্যানদা মতম লৈতবা মচং ( timeless essence ) লৈ ; মসিগী মতেংনা Encompassing দা ঐখোই য়াউই। অচম্বা empirical consciousness ( থেংনবগী গ্যান ) ওইনা ঐখোই অসি অকক্লবা reality ওইনা মচেৎ থায়দোকই ; অশেংবা গ্যান ওইনা ঐখোই গ্যান অমখক্তা লৈশিনবা কোক্তুনা মীওইবা পুম্বগী মচংদা য়াউই। Spirit ( আত্মাগী ওইবা ) না Encompassing which we-are ( ঐখোয়না লৈরিবগী কোয়শিনবা ) গী অহুমশুবা মশক ফোঙবনি। spirit না মপুংফাবা অমসুং মপুম ওইবদা মশক উৎলি। অতুনা গ্যানগী অচুম্বদা মসিগী মশক লেপই। মতমগী রাংমদা লৈবা খ্বাইগী ওইবা ভাবনা পুম্নমকপু শেংহনবা অমসুং শমজিন্নহনবা ওইবদা মসি চিংশিনলি। অথম্বা পুম্বনা মপুমগী মেম্বর ওইবা মওংদা অথম্বা পুম্বা পুনশিনবা মহিং অমা মসিনা থি।

Spirit না empirical existence ( থেংনবগী হিংবা ) অমসুং consciousness as such ( " ) অনী পুনশিন্নৈ। তৌইগুম্বসুং synthesis অসি থক মপুং ফাদে। পোইন্ত অসিদা Jaspers না খঙলিবসিগা Hegel গীগা থেন্নৈ। Hegel দর্শি spirit না মশা মপুং ফানবা মশাগী রাংমদগী

চংশিনলি। Jaspers দদি মসুম ওইদে। অমরোমদা spirit না রাথনগী মকমদা চংশিনলি, মসিদা consciousness as such ( " ) না partici-pate তৌই অমসুং ইচম চম্বা empirical existence ( " ) তগী থেরে। অতোপ্পা অমদনা spirit অসি মতমগী বাংমদা লৈবা গ্যানগা করে অমসুং মসিনা মরম ওইদুনা empirical existence কা নরে। অকোনবগী নকুবসিনা হুন্দোকপা মাদ্রবা temporality ( মতমগী ওইবা ) উংলি। মসি লেপ্পা নাইদবা মথন্তনা থংনবা থবক মথল অমনি। মশাগী ওইবা অমসুং লৈবগী বাংমদগী হেন্দোকই। Empirical existence ( " ) অসি un-conscious ( গ্যান য়াউদবা ) ওইনা পোং অমসুং পুন্সিদা অশম্বা ওইবগা পুনশিন্নে অমসুং মশক লেপ্পা horizon ( মঙথৈ ) দা object ওই। Empirical existence ( " ) ওইনা ঐথোই অমগা অমগা থায়দোক্নে অমসুং বিগ্যানগী থিজম্নবগী পোংশক ওইরকই। Spirit না objectizisa-tion ( পোংশক্কী ওইরকপা ) দগী হেন্দোকই অমসুং empirical ( " ) ওইনা থঙবা ঙমদে। মহৌশাগী পোংশক অমা ওইনা থিজনবা ঙমদে। Empirical existence ( " ) তা য়ুক্ষম ওইনা তাক্লবসু মসিনা শক্তি হায়বদি অর্থ অমসুং মপুম ওইবদা চংশিন্নবা থংনবতুগী হৈনীংবদা থিন্দ্না শেংনা তাকই।

Eneompassing which we are ( " ) দগী Encompassing in itself ( মথন্তদা কোয়শিনবা ) দা কনাগুম্বনা চংজিনবা তাই। Being-in itself না থঙবা ঙম্বা পোংশক অমসুং থাঙ্গৈশেংবা ওইনা মনীংতম্না থোক্কে। Being-which-we are ( " ) দা মশক মতম পুম্বদা উংলি। মশক অসিদা শকলোন অনী ফোংদোকপা পংথৈ উংলকই : (১) জগৎ অমসুং (২) transcendence ( " )। Being-which-we-are ( " ) অসি থেংনবা জগত্তা মসিগী পংথৈ অমা লৈ। Jasper গী দর্শনদা world ( জগৎ ) অসি মহৌশাগী পোংশকশিংগী totality ( অপুনবা ) ওইদে;

পোংশকশিং অসি য়াউবা মফম মতমগী continuum (তোৎথবা) শু নত্তে। ঐখোইনা থিবদা লাক্নবা লোইবা নাইত্রবা horizon (উয়বা ঙমথৈ) কয়া উৎলি। উয়বা ঙমথৈ অসি নাকোইননা অথন্নবা মশকশিং অমসুং empirical existence ( " ) তা উৎলি। থেংনবা গ্যান্না মশক লেপ্পা ঙমদে। perspective (লাইয়েকপা) শিংসিদা মশক মপুংফানা ফোঙদোক্তে। Enconpassing which we are ( " ) গী transcendence ( " ) তা অতোপ্পা পংথৈ অমা লৈ। হেন্দোকপা শক্লক অসি Being-in-itself ( " ) কি মওং অমনি ; জগৎকী ওইবা মহিংনা থঙবা ঙমদে। নাকোইননা ফাউবা মশক ফোঙদোক্তে। জগৎকী মশকী য়াংমদা লৈ। Philosophical faith (দর্শনগী থাজবা) তা existentially (হিংবগী) লৈ হায়না লৌই। Enconpassing গী মওং পুম্বা Existenz না হায়গী লৈফম্নি। Existenz অসি mode (মওং) নত্তে তৌইগুম্বসুং mode পুম্বগী অর্থ পুই। Enconpassing গী mode পুম্বগী য়ুম্ফম্নি। Jaspers গী দর্শনদা মরুওইবা Point ওইরিবা Existenz দা ঐখোইগী পুক্নিং থিংজনলি। মসিদা ইশাগী ওইবগী অমম্বা য়ুম্ফমদা ঐখোই থুংই। মশা মসুংদা Irrational (গ্যান য়াউদবা) গী মচাক য়াউই অমসুং consciousness as such ( " ) তা পীরক্তে। গ্যানদি খাইগী ওইবা ভাবকা মরী লৈনৈ, তৌইগুম্বসু existenz দি ভাবনা থঙবা ঙমদে। সাইন্স অমতগী object ওইদবনা কৈদৌউদসু লৌশিং তাদে। মশক উবা শেংনা তাকপগী মতেংনা ভাবনা শাবা ঙমই—অতুনা Jaspers গী programme হায়বদি Existenz-erhellung হায়বসি থোক্লকই। Existenz লেপ্পবা ওইরক্লবনি, মতমদা হৌরকই অমসুং মতমদদা থঙই। গ্যান অমসুং spirit না মপুম নত্রগা মপুমগী শক্লোন ফোঙনবা হোৎনবগী য়াংমদা লৈ। Existenz না মীগী তোপতোপপা হায়া ওইরবা অমসুং তোপতোপপা তুংগী ওইবতু লেপই। মতমপুম্বদা তুংলোমদা চংসিন্না Existenz ওইনা

মীনা তুংগী রাথন লেপপগী দায়িত্ব লৌই। থোদোক অসি ইতিহাসকি ওই। Existenz অসি মতুং শিন্দোকপা য়াদে। Historicity গী মনুংদা মশকউবা ঈহৌশিংনা মাবু রাথন পী। অচম্বা empirical existence ওইদে; কাওলুপ্পা ওন্থোকপা য়াদে; তোপতোপই। অরোইবদা existenz অসি নীংতম্বা ওইনা ফোংদোকই। মসি ওইবা য়াবা (Possibility) হায়বদি নীংতম্বনি। মী হায়বসি মাগী নীংতম্বদা ওইরক্লিবতুনি।

Encompassing (কোয়শিনবা) গী মওং মতৌ ওইনা existenz (") দা ময়া তাই, অতুনা Reason দা মথোইগী ফাতুনা থমবা মরী ওই। Reason না মওং মতৌ পুম্নমক মনুংগী ওইনা পুনশিনলি অমসুং মরী লৈনদবা Plurality (ময়াম) দা তাবদগী কনলি। Reason অমসুং Existenz অনীসি মওং মতৌগী মফমদা শিন্থুংবা অচৌবা Pole শিংনি। অনীমক্তা at rest (লেংদবা) লৈতে। Reason গী অর্থ লানথিদনবা মানা চেকশিনলি। অচম্বা, অশেংবা খ্বাইগীদা ওইনা থনবা ওইদনবা থঙহনলি। ভাব অসিদা Reason গা consciousness কা থেরৈ। Kant না শীজিন্নরম্বা vernunft অতুগা চানৈ। অচম্বা থনবদগী হেনলি। খ্বাইগী ওইনা চুম্বা অতু থঙবদা নত্তনা Non-rational (গ্যান য়াউদবা) ওইবতু শোকই, মসিগী Existential (") অর্থ পুথোকই। মতমপুম্বদা পুনশিনবা, খ্বাইগী ওইবা, আ°ন অমসুং চাং নাইবদা ইনশিনলি, তৌই-জসুং Existenz গী ওইবা য়াবা মনুংদা লৈ। Reason অমসুং Existenz অনীমক থাইদোক্নবা য়াদে। অমনা মাওথিবদা খুদিংমক মাওই। Existenz য়াউদবা Reason অতু পুমহাং হাংবা ওই; Reason য়াউদবা Existenz অতু মমিং তাংব লেপ্পবা, গ্যান য়াউদনা ইনশিনবনি। অনীমক মরূপ ওাক্তনি। অমগী মতেংনা অমা লেপই। অসুম্না চাওথংনিন্নবদগী মরেক শেংলকই। অনীসিগী মতেং পাংনবদা Apollonian (গ্রীকী ভাব) অমসুং Dionysian (") গী Polar union (চিদাই অনী উনবা) উই।

Apollonian নত্রগা শেমগৎলোনগী নিয়ম্না গ্যানগী অচম্বা movement, spirit ( থবাম ) কি Dialectical movement দা য়োত্না Dionysian নত্রগা লেংওৎপা নিয়মদা তিনশিনখি। অমরোমদা Dionysian না গ্যান য়াওদবা অপাম্বদা চৎখিত্না মশাগী অমাংবা পুরকই অমস্থং Appollonian গা মরী লৈনবত্ন মাঙলকই।

Communication গী অশেংবসি Jasper গী দর্শন্দা অচৌবা thesis নি। দর্শনগী অচুম্বা Existenz অসি মওং মতৌ কয়াগী যুক্তম অমস্থং Reason বুনা অনী পুনশিনবা ওইনা উৎলি। Historical communication ( ইতিহাসকি থঙহনবা ) দা মত্ন ভাব তাই। মীওইবা পুম্বা পুনশিন্না লৈমিন্নবদগী communication অসি ওইবা ঙমই। তোথাইনা লৈরগা ওইদে। ময়াম থঙনবদগী Existenz গী অচুম্বা ওইরকই। অচুম্বা communicability ( থঙহনবা য়াবা ) দগী থাম্নদোকপা য়াদে। Communication ( " ) দা ফোঙদোকপা অচুম্বত্ন অচম্বা নত্তে; Encompassing which-we-are ( " ) মওং মতৌগী য়াম্না লৈবঙম্না অচুম্বগী ভাব য়াম্না লৈ। ঐংথোইগী Empirical existencc ( " ) তা Pragmatic (কাম্নবগী) ওইবা অচুম্বত্ন য়াম্না চৎনৈ। Empirical ( " ) অশেংবদা মতমপুম্বা ওইবা অচুম্বা ঙমথৈ নাইদবত্ন থঙদে। মসোমদগী য়েংলবদি অচুম্বত্ন অহোংবগা মরী লৈনৈ। তৌইগুম্বস্থং মতম হোংলকপা অনৌবা ফিবম লাকপদা ঙসি চুম্নম্বত্ন হয়েংদি লানবা য়াই। থেংনবদগী থঙবা অচুম্বা পুম্বা ফিবদা তাংই; ফিবমদা মশাগী ফিরেপ লৈবনস্থ উৎলি।

মতমপুম্বদা ফিবম হোংবনা অচুম্বস্থ হোংই। মিংকুপ খুদিংগী কনাঙম্বা অমগী অচুম্বত্ন process ( মওং চথবা ) কি থোদোক্না কক্ই। গ্যান communication ( থঙহনবা ) দা অচুম্বসি ন্যায়গী চান্নবা ( consistency) অমস্থং থাজহনবা ঙবা প্রমাণ চংই। Logical category (ন্যায়গী কাঙলুপ) গী মত্তেংনা কনাঙবনা মী খুদিংদা চুবদা মানীংবা নত্রগা মানীংম্নবা উৎলি।

মতমগী মনুংদা লৈবদি অচুম্বা হোংনবসু consciousness (গ্যান) তা খ্বাইপুম্বা চুমগদবা self-identical consciousness ( " ) লৈ। Spirit কি communication (পাউ থাবা থঙহনবা) না communal substance অমদা য়াউবা চংই। মহাক্না মচেং ওইহনা য়াউরিবা মপুম অচুগা মরী লৈননা spirit কি অর্থ লৈ। মশাগী অহিংবা অচুদা মেম্বর অমনা থঙহনবচু communication নি। Spirit খুদিং ফজনা অমগা অমগা থেম্নবসু মখোইবু থঙবগী মথং মনাও অচুদি মখোইপুম্বা য়ানৈ। মথং মনাউ নাইবা অদুদা খাইগী ওইনা হান্নবা থঙনবসিদা communication ( " ) লৈ। Spirit শিংগী অপুনবদা অচুম্বসি মপুংফাবা conviction (থাজবা) নি। Encompassing which-we-are ( " ) দা অচুম্বা শীজিন্নবা ভাবশিংদি Pragmatic meaning (কান্নবগী অর্থ) লোজিক্কী লৌশিং তাবা ওইবা অমসুং মপুং ফানা থাজবা অসিনি।

Reason (বুদ্ধি) অমসুং Existenz ( " ) অসি থঙহন্নীংবগী অনীংবসু লৈ। Encompassing which-we-are ( " ) গী-মওং-মতৌ অহুম অসি থঙহনবদগী Existenz থঙহনবনা তোঙান্দে। Empirical ( " ) ওইনা লৈবদা Existenz য়াউই; Consciousness না spirit ওইনা মনুংগী ওইবচু থঙহন্নবা loving struggle (নুংশিবগী থঙনবা) দা হেন্দোক্না চংলি। Existenz অসিগী থঙহনবদা মরী লৈনবা অমসুং অহোংবা অকক্নবগীদমক নত্তে। মহুং অমা শিনবা য়াদবা মীশিংদা মরী লৈনবচু Existential communication ( " ) নি। Existenz গী কাঙপুপ অসিগা spiritual community (অধ্যাত্মিকী কাঙবু) গসু চাংদনৈ। Spirit (থরায়) না অপাকপা Group substance (কাঙলুপকি মচং) অমদা চংজকম থী। Existenz না Being (হিংবা মতৌ) গী হোংবা য়াদ্রবা মচেং অচু থঙই, struggle (থংনবা) জোৎবী চংদবা য়াদবচু য়াই, অমসুং Transcendence (হেন্দোকপা) দা মশা চংশিন্নবা হোংনৈ। অসিগুম্বা

থোঙচংশিং অসিদা Existenz না মকম হোংবা য়াদবা অমস্থং অনীরক হন্দবা self hood ( মশাগী ওইবা ) অদু মশক থঙই অমস্থং চপমান্নবা মহুৎ-শিনবা য়াদবা determinant ( মশক লেপ্পা ) অদু শরুক য়াবা historical community of selves ( ইতিহাস ওইবা আত্মাগী কাঙবু ) তা মশা মথন্তা পুনশিনলি। Existential communication ( " ) self (আত্মা) না মশা মথন্তবু গ্যান তারকই; historicity (ইতিহাসকী ওইবা), তোপতোপ্পা মতৌ )। মনীংতম্বা অমস্থং কাঙলুপকি ওইবনা মগুণ হাপ্পা Being ( হীংবগী মতৌ ) নি খঙলকই।

Existential communication ( " ) দা Reason না অচৌবা থৌদাং লৌই। খঙহনবদা পুনশিনবা হোংনৈ। তৌইগুম্বস্থং মসিগী মথৌ অসি negative (ওইদবা) ওই। মওং মতৌ ( mode ) শিংদা খঙহনবগী ঙমথৈ ফোঙই অমস্থং অথম্নবা মওং মতৌ অমবু Being ( " ) গী মপুংফাবা শক্লোন ওইনা লেপ্পা থিংই। Empirical ( " ) ওইনা হিংবহু absolutize ( মপুং ফাহনবা ) তৌরবদি মীগী মচং ওইবহু মাঙই ; পোংশক অমস্থং হিংবগী পুন্সিদা ওম্ভোরক্তনা মাগী essence ( মচং ) অদু থঙবা ঙম্বা চাং নাইরশিংগা মান্নহনলি। Humanity ( মীওইবগী ওইবা ) গী মওংদা শকথঙনদনা অচম্বা শাগী মচত্তা থঙনরকই। গ্যানবু অস্থুম্না absolutize ( মপুং ফাহনবা ) তৌবসি অহাংবা intellectualism ( বুদ্ধিগী ওইবা মতৌ ) পুরকই। মীগী empirical Reality অদু মতমগী য়াংমদা নৈবা অচুম্বদা লুপশিনলি, অমস্থং spirit কি পুন্সি অদু শক থঙদে। Spirit অদু মশা মথন্তা চপচাবা মওং ওইবদা ( mode ) শেমগংপগী মওং অদু communal substance ( কাঙবুগী মচং ) তা মাঙথিদ্রনা উগী কলচর ওইরকই। Mode ( মওং ) অমতস্থ মথন্তনা মতিক চাদে। অমনা অমবু তাংই। Reason না মনুংগী পুনশিন্নবা পীহুনা অমনা অমদা তাংবহু থনচানা থমই।

Jaspers তদি বুদ্ধিগী অচুম্বতু philosophical logic নি। Exisienz গী অচুম্বতু Philosophical faith (দর্শনগী থাজবা) নি। অনীসিমক Reason গা Existenz গা মরী লৈনবগুম লৈনৈ। Logic না Existenz তগী থবক্তা ইনশিনবা মচাক লোই অমসুং মত্ত শেংদোকুবা হোংলৈ। Philosophical Logic ( ” ) না হান্নগী formal logic তা নত্রগা অচম্বা methodology (শীনবা মওং মতৌ) দা ঙমথৈ থমদে; মীবু অচম্বা empirical existence ( ” ) নত্রগা খ্বাইগী cons iousness তা ওস্থোকপা থিংই। অনৌবা মচাক শিন্দবনা Philosophical logic অসি negative (ওইদবা) ওই, ওইবা য়াবা মচাকী ফবম লিংখৎপনা মসি positive (অওইবা) সু ওই। Philosophical faith ( ” ), Fxistenz গী অচুম্বনা মীবু transcemdence (হেন্দোকপা) কা মায়োকুহনলি অমসুং নীংতম্বা ফোঙদোকই। দর্শনগী থাজবসি ধর্মগী থাজবগা থেন্নৈ মরমদি মসিনা মতমদা ফোঙদোকপা অমসুং absolute ওইবদা থাজদে। Transcendence ( ” ) না মীদা লেংদনা হাংদোকপা উত্তুনা মশাবু নীংতম্বগী থবক অমসুং মন্নুংগী থবক উৎলি। থাজবসি অহেনববু থঙবা অমসুং নীংতম্বগী হোৎকক্ষি। মীনা থেংনবদগী খ্বাইদগী য়াংবা নীংতম্বদি মশাগী য়াংমদগী হোৎকম ওইবদা ফিবম লৈবা নীংতম্বতুনি।

---

## ৯। ইন্ত্রদকসন টু মেথমেতিকেল ফিলোসোফি

অইবা : বরতান্দ রসেল (১৮৭২—১৯৭০)

লাইরিক্কি মওং : অঙ্কগী দর্শন

অহানবা ফোঙবা : ১৯১৯

Bertrand Russell না mathematical philosophy কোবা বিষয়দা লাইরিক অহুমথক ইরম্মী : Principles of Mathematics (১৯০৩), Principia Mathematica (A. N. Whitehead কা লোইননা

১৯১০—১৩) ; অমসুং Introdu-tion to Mathematical Philosophy.

অহুমশুবা লাইরিক অসি অনীশুবা য়াম্না চাউবা ভলম অহুমশুবা, (মরিশুবস্তু হোৎনরম্মী অতুবু ফোঙলমদ্রে) অচৌবা লাইরিক অতুগী লাই-খোকহনবা অমসুং তেনশনবা মওংনি। Mathematics হায়বসি Logic তা ওন্থোকপা য়াই হায়বসি উৎপা অথন্নবা পান্থৈগী symbol শিং অমসুং মওংচাবা প্রমাণ কয়া তাকই। অঙ্ক হৈতবা মীনা মাগী প্রমাণশিং অতু খঙলরোইদবা অমসুং অঙ্কগী অশম্বা symbolism (খুদমগী ওইবা) শিংগী তোঙানবা মপোক্কী হৈনরকপা থরা চংবনা Rus:ell না লাইরিক অসিদা অপাবশিংবু অহানবগী লাইরিক অচৌবদা অরুবা লোন্দাগী নৈনবদা ফংলকপত্ত থরা খঙহল্লি।

লাইরিক অসিগী থঙহনলিবা পোইন্তদি অঙ্কদা ঐখোইনা থরা লায়রবা শরুক্তগী হৌবা অসিনি—হায়বদি "২ গা ২ গা ৪ গা মান্নৈ।" অমসুং চৎথৎখিদুনা অরাংবা অঙ্ক য়ৌথৎখিবা অমসুং মচেৎ তাবা, অশেংবা মশিং, মপুম অমসুং differentiation (মান্নদবা, য়ান্নদবা ওইরকপা) নচিংবা য়ৌবা য়াই। নত্রগা হন্থবা অংকরোমদা চৎথিদুনা হেন্না মশক উদবা ভাব অমসুং হেন্না মেজিক্কী অচম্বা য়ৌথিবা য়াই। হৌজিক্কী অংকদা অকোনবগীসি য়াম্না চৎনরকপা নিয়ম্নি। অংকদা লায়বা অমসুং খাইদগী হেন্না লায়না থঙনবদি হৌগৎলকপদা ন্যায়গী ওইনা লাক্তে, তৌইগুম্বসুং ময়াইরাইদা ওই। য়াম্না লাইনা উবা ঙম্বা পোৎ অতু নকস্থ নকমন্দবা লাপস্থ লাপমন্দবা ওই তৌইগুম্বসুং ময়ায় ওইনা লাপ্পা পোৎশিং উবদা নুঙাই। অংকদা খাইদগী লাইবা ভাবশিং অতু য়াম্নমক চয়েৎনবা নত্রগা ন্যায়গী চম্মম্নবা, মশক উদবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং commonsense (ময়ামগী ওইবা ভাব) কী ভাবশিং মশিং মপুমশিংদা, য়াউবতু লাইনা থঙনগনল্লি।

মসিগুম্না নৈনবসি "Mathematical Philosophy" কৌবগী মরম অমুম্না পীরি—অসিগুম্না থিবদা চংলিবা ভাবশিং number (মশিং),

class (কাণ্ডলুপ), Relation (মরী লৈনবা), order (মথং-মনাও নাইবা), continuity (চথরকপা), Infinity (ওমথৈ লৈতবা) নচিংবসি (Russell গী মতুংইন্না) মমাংঙৈগী ফিলোসোফরশিংনা মায় পাক্লবস্ত চাংয়েং তৌখি। ভাবনা শাবা দর্শনিকশিংগী মেথোড অদু অংক অমসুং Logic গী মীওই-শিংনা চৎপা হেন্না ফজব: অমসুং অশম্বা মেথোড পানলবদি য়ায়া হেন্না মায় পাকপা অমসুং মুঙাইবা ফলশিং ফংগনি। পোইন্ত অসি হেন্না কনশিন্নবা Russell না কনশিন্না হায়রিবদি অনৌবা ভাবশিং অসিনা হায়া চৎনরকপা দর্শনগী সমস্যাশিং অদু কোকহন্দবা অমসুং অর্থ থোকহন্দবা ওইহনলি। (লাইরিক অসি অচোবা লাইরিক অমগী তেনসম্না উৎপনা য়াউরিবা পুম্বা কূপথনা নৈনবা ওইথোক্কে। অর্থ তাদবা definition (মশক তাকপা) অমসুং postulate (প্রমাণ চংদনা য়াবা) কয়াস্থ চংলকই। মথাদা পন্দুপ-শিংদা হোৎনরিবদি সমস্যা খরা লৌথোক্লগা Russell না মখোইবু থম্বা অমসুং কোকহনলম্বা অদু উৎপনি।) Natural Number (মহৌশাগী মশিং) গী মরমদা Giuseppe Peano গী মতুং ইন্দুনা কদাইবু কৌবগে উৎলম্বদু Russell গী অংকগী দর্শনদা থাইদগী ফবা খুদম্নি। ইচম চম্বা মী পুম্বা মথাগী পরেং অসিনা উৎশিবসি খঙনরে: ০, ১, ২, ৩, .... .... n, n+১ .... ... Peano না হায়রিবদি ভাব অসি তোয়না শম্নবস্থ খঙনদে। মসি অহৌবগী মহৌশাগী ওইবা ভাব অহুম অমসুং অহৌবগী মহৌশাগী ওইবা ভ্যায়গী য়াহৈপরেং মঙাদা ওস্থোকপা য়াই। "Primitive" (অহৌবা থাইনগী) হায়বসিদা পুরিবা ভাব অদু হায়না ব্যাখ্যা তৌসি।

Define (মশক তাকপা) তৌরিবা লোজিকি য়াহৈ পুম্বা অতৈ term (ভ্যায়গী য়াহৈ) শিংনা কদাইবু কৌই তাকপনা ঐথোক্লনা তাক্লবা হোৌকম বিন্দু ওইগনি হায়বা ঐথোইনা য়াগনি। ঐথোইনা থুনা তোক্না অকোনবদা লাকপা য়াহৈশিং কদাইবু কৌই তাকপা ঙম্মোই হায়বা নত্তে; থরগা চথরগা মথোইবু তাকপা ঙমগনি হায়বগী য়াম্ন নত্তে। অমরোমদা

লোজিক্কি ওইনা য়েংবদা অতোপ্পা রাহৈদা থুগাইবা য়াদ্রবা অসম্বা রাহৈ থরম্ন লৈরি। ওইবা য়াবা অনীগী মরক্তা লেপ্‌পদু লোজিক্কি ওইনা মরু ওইদে; অত্যান্দা থওগদৌরিবদি 'মীওইবগী' শক্তিনা মচেৎ ওইবনা, definition (মশক তাকপা) মথৈ তাকপা ঙমদবা তৌইগুম্বসুং পংকুই কুইব নত্রবস্থ ঙহাক্কী ও্না undefined ( মশক তাক্তবা ) ওইবা রাহৈনা মতম পুম্বদা হৌই অসিনি।

অহোবগী ন্যায়বাক্যশিং অসিগুম্বা চপ মান্নবা ফীবমদা লৈ। ন্যায়বাক্য অমা চুমই হায়না প্রমাণ তৌবা মতমদা মখোইবু ঐখোইনা অতোপ্‌পা ন্যায়বাক্যশিংদা ওহোকই। ইরোই লোইনা চুম্বত্তদি প্রমাণ তৌবা ঙমদে মরমদি করিগুম্বা ন্যায়বাক্য থর self evident ( মশা মথন্তা চুমজরবা ) নি হায়দ্রবদি চথবা য়াদে। তৌইগুম্বঃং অঙ্কগী মীশিংনা মশানা চুমজবা হায়বসি ন্যায়দা য়ুক্ষম ওইদবা মনবিগ্যান্দা ওইবা ওইনা লৌনদ্বনা থওই- নরক্তে। মখোইনা অচুম্বস মীগী মীগী মতুংইন্না খেন্নহল্লি। অদুবু মখোইনা Postulate ( প্রমাণ য়াউনা চুমজবা ) কৌবা ন্যায়বাক্য থর করিগুম্বা formal ( মওং নাইবা ) ওইবা নিয়মদা লৈ হায়বা য়াই। নিয়ম মনুংদা মখোইবু প্রমাণ তৌদে, নিয়মগী রাংমদা লৈবা basic postulate ( য়ুক্ষম ওইবা মশানা তাজবা ) থরদা চত্তুনা মখোইবু প্রমাণ তৌবা ঙমই।

Peano গী অহোবা ভাব অহুম অদুদি "০", "number" ( মশিং ), অমসুং "successor" ( মথংদা মহুৎ শিনহৌবা ) কৌই। ভাবশিং অসি natural ( মহোশাগী ) নম্বরশিংগী মতেংনা উত্তুনা তাকপা ঙমই। য়ুক্ষম ওইনা তুংদা মহুৎ শিনহৌবা হায়বসি মশিং ১ অমসুং ০ গী মরক্তা লৈনবা মরী অদু ১ না ০ গী মহুৎ শিনহোই, অমসুং ২ না ১ গী মহুৎ শিনহোই হায়বদু ১ গা ২ গগী লৈনবা মরীনি হায়রগা উংলি। Peano গী অহোবা ন্যায়বাক্য মঙা অদু অসিনি:

(১) ০ মশিং অমনি।

(২) মশিং অমগী মতুং শিনহোবদু মশিং অমনি।

(৩) মশিং অনীথক্কী চপ মাথবা মতুং শিনবা লৈরোই।

(৪) ০ হায়বসি করিগুম্বা মশিং অমগী তুংদা মতুং শিনহোদে।

(৫) ০ না মপু ওইবা মগুণ অমা, অমসুং গুণ লৈবা নম্বর খুদিংগী মতুং শিনহোবা পুম্বা মশিং পুম্নমক্কী মপু ওই।

"Number"( মশিং ) কদাইদু কোবগে হায়বগী মরমদা থম্বরগা হায়নবা কয়া মথং-মনাও ওইনা লৈ। ইহান হানবদা, অহোবা তর্ক বাক্য মঙাসিনা ঐখোইবু পরেং লেংথবসি অরেপ্পা লৈতনা চথহনলি, মরমদি (২) না মশিং অমগী মতুং শিনহোবা অমা মতম পুম্বদা লৈ উৎলি, অমসুং (৩) অনোবা ফংলকপা মতুং শিনবা অমনা অহোবগী মশিংশিংগী মরক্তা অমা ওইবা য়ারোই, অমসুং (৪) লেংথবা পরেংশিংগী অহানবা মেম্বরদি শূন্য ( Zero ) দনা ওইগনি। Postulate ( স্বতঃসিদ্ধ ) ৫ অসি Mathematical Induction (অংকগী ওইনা থরদগী থাইদা চৎপা অনুমান) গী থাইনা থঙনরবা নিয়মনি ; করিগুম্বা theorem (প্রমাণ তোগদবা ৱারোল) অমথক ০ দা চুম্লবা, অমসুং ১ দা চুম্লবা মতমদা, ( অমসুং অদুম্বা চথদুনা ) মশিং পুম্নমক্কী ওইনা চুমগদবনি হায়বা ওমহনলি।

অনৌগুরকপদা Peano গী নিয়ম অসি অহোবগী মশিংশিংনা খুদম উৎলবদু তোপতোপ্পা মখোইদা পান্দে। অওইবমক মাস abstract ( মশক উদবা ) ওই মরমদি মসিদা শব্দোক্ত হায়বা চংদে নত্রগা তোঙানবা মথন কয়া থোক্লা শব্দোক্তা হায়বা য়াই। খুদম ওইনা পরেং,

০, ২, ৪, ৬, ৮, .... .... ....

১, ½, ⅓, ¼ .... .... .... ....

না Peano গী axiom (মশানা তাজরবা) থঙহনলি। মমশিং আসদা "০," "মশিং" অমসুং "successor" ( মতুংশিনবা মী ) অসিনা তোঙানবা অর্থ থোকহনলি। অওইবমক বাইবলগী পরেংশিং আদম, কাইন, এনোক,

ইরাড না মাগী axiom শিং উৎলি তোৌবদদি successor ( " ) গী ভাব চপচানা থঙহনবা অমসুং মুপাগী মচাশিংদা মতম পূম্বদা পীথবা ঙম্বা পারী পুরীগী গুণশিং লৈবা তাই। Postulate না খঙনবা মংগণশিং লৈবা series ( পরেং লেংথবা ) হৃদিংমক "Progression" ( চংশিনবগী মওং ) কৌই, অমসুং জগৎসিদা progression গী খুদম য়ায়া লৈ।

অহুমশুরকপদা মহৌশাগী অশেংবা অংকশিং natural number ( মহৌশাগী মশিং ) গী মরমদা উৎপা তর্ক বাক্যদমক লৈ হায়বা য়াই। Peano না তোৌবা ঙমম্বশিংগী মরুওইনা কান্নবশিং অহু মসিনা উৎলি।

অরোইবদা Peano গী axiom না মখোইবু খুদম পীহুনা তাকপা জগত্তা করিগুম্বা থরা লৈ হায়বা guarantee ( শোয়দ্রে হায়বা ) পীদবনা অমসুং ঐখোইনা ঐখোইগী মশিংশিংবু common object ( ময়ামগী ওইবা পোংশক ) থীবদা শীজিন্নবা পাম্বনা Peano গী থবক অসি theory of Arithmetic ( অংকগী মত ) ওম্থোক্তুনা মতেং পাংশনগনি। মসি Gottlob নি Frege কৌবা অতোপ্পা অংকগী মী অমনা তৌথি। "class" কি ভাব হোৌদোকপা মসিনা চংই। "class" কাঙলুপ হায়বাস লম্বী অনীদা মশক তাকপা য়াই: মেম্বরশিং হায়বদি Brown, Jones, অমসুং Robinson হায়হুনা মশিং থীবা—নত্রগা defining property ( মশক তাক্কবা মগুণ ) অহু মশক উত্তুনা হায়বদি "London দা লৈবা মীশিং" হায়দুনা উৎপা ঙমই। মমাংগীনা Extensional (শাংদোকহনবা) অমসুং অকোনবগীনা Intensional ( মসুংগী কনশিনবা ) কৌই। অকোনবগীনা fundamental ( মরু ওইবা ) ওইবা হেনলি মরমদি অপাকপগী ওইবসি লুসনবদা ওম্থোকপা য়াই। লুসনবসি অপাকপরোমদা ওনবা য়াদে। মশিংশিংনা infinite collection ( ঙমথৈ নাইদনা খোমজনবা ) অমসুং থিবা ঙমদ্রবনা মশিং কদাইবু কৌবগে তাকপদা মসি য়াম্না মরু ওই। জগৎ অসিদা মশিং থিবা ঙমদ্রবা খোমজনবা লৈ হায়বসি তাকপা ঙমত্রবম্ব চুম্বা য়াই—

মরমদি জুরা অসি মশিং লাকঙমদনা লৈ। অরোইবদা ঐথোইনা number কদাইবু কৌই তাকপদা infinite ( পংথৈ লৈতবা ) অমসুং finite ( পংথৈ নাইবা ) লৈ হায়বা য়ানবা হোৎনগনি, অমসুং মেম্বরশিংনা য়াউবা অমসুং মথোইদা অঙকপা ওইবা মগুণশিংগী মক্তৈংনা বাহৈশিংবু infinite collection ( " ) দা কোঙদোকপা ঙমফম থোকই।

অসিগুম্না চথহুনা, Russell না উৎলি মতুদি class অনীথক্লা মশিং অমথক লৈরবা"—হায়বদি মথোইগী মশিং মশক তাকপা য়াবা মগুণ লৈরবা ওইরবদি থিন্দুনা তাকপা য়াই। Similarity ( মান্নবা ) হায়বসি অমগা অমগা one-to-one relation ( অমনা অমদা মরী লৈবা ) মশক তাকপদা ক্লাস অনী মান্নৈ হায়বা য়াই। থৃদম ওইনা পনলবদা polygamy ( নূপী নল্রগা নূপা অমদগী হেন্না পানবা ) সু লৈতবা polyandry ( নূপী অমগী নূপা য়াম্বা ) সু লৈতবা লমশিংদা মতু মরা হায়বসিনা মরী অমা উৎলি মতুদি লুহোংলবা নূপা কাঙলুপকা লুহোংলবী নূপী কাঙলুপকা মান্নৈ হায়বা উৎপা ঙম্বা অতুনি। ফিরেপসিনা class অনীগী মমুংদা অমা মশিংথিবা চংহন্দে, অমসুং নাকন অনীগী মশিং থঙদনা লুহোংলবা নূপা মশিংগা লুহোংলবা নূপী মশিংগা চপ মান্নৈ হায়বা থঙবা ঙমহনলি। মান্নবগী ভাবনা মশিং থিবগী ভাবতগী হেন্না চমই; হেন্না নকশিন্নবদি ওইদবা য়াই। জুড়া লৈবা চবুন, অহুম লৈবা চবুন, অমসুং মরি লৈবা চবুনশিং শেন্নবা, অমসুং কাঙলুপ থুদিংগী মমুংদা unit class ( মী নল্রগা পোং অমগী কাঙলুপ ) মেম্বর অমতমক লৈবা ক্লাস শন্দোক্লবা অমসু null class ( মেম্বর অমত্তা লৈতবা ক্লাস ) তা শন্দোকপদা, ঐথোইনা হায়বা ঙমই মতুদি—২ না জুড়া অনিদা common ( খ্বাইগী ওইবা ) ওইনা, অহুম চংশীদা ওইবনা ৩ অমসুং অসিগুম্না চথবা। অতুম ওইনমক মঙুম তৌবা Russell না পামদে মরমদি Nature ( মহৌশা ) দা twoness ( মশীং অনী ওইবা ) কৌবা গুণ অমা ঐথোইনা লৈ থক্লবদি ভাব তাদনা লৈ হায়বদা চিংনবা metaphysical

entity ( থমুং কাংলোনগী পোৎ ) অমা শেমহ্ মানা কি। মতৈ মনাউগী কাঙলুপ নৈ হায়বদা ঐথোইনা শোয়দবা ওই, তৌইগুম্বসুং metaphysical 2 ( থমুং কাংলোনগী মশিং অমী ) হায়বদুদি হায়বা ঙমদে। মরম অসিনা মশিং "২" অসিগ্ মানা জোরা নত্রগা মতু-মরাগী কাঙলুপ হায়না ইচম চন্না কোই ; মথোইনা নৈবা গুণ হায়দে। থর হেন্না থাইগী ওইবদা the number of a class is the class of all those classes which are similar to it. [কাঙলুপ অমগী মশিং হায়বসি মচুদা মান্নবা কাঙলুপশিংগী কাঙলুপ্ প্ল ]। মানা পীরিবা definition ( মশক্তা ) অসি মরিং মরাংলবস্থ শোয়দবনি অমসুং অতেনবনি অমসুং অক্ক ওইহনবা মানবা জগৎকি লম্বেল পুম্বদা উৎপা ঙমই।

Russell না পরীক্ষা পীরিবা ভাব অমনা "Relation" ( মরী নৈনবা ) অসিনি। মগুণ অমসুং শীজিন্নকম তোঙান তোঙান নৈবা Relation ( " ) মাম্না নৈ। খুদম ওইনা করিগুম্বা মরী থরদি symmetrical ওই। R হায়বা মরী অসি a অমসুং b অনীদা aRb ওইরগা মথংদা b R a ওইরবদি symmetrical হায়গনি। খুদম ওইনা spouse of ( ···· গী মতু মরা ) হায়বসি symmetrical নি তৌইগুম্বসুং "father of" ( ···· গী মপা) হায়বসি asymmetrical নি। করিগুম্বা মরী থরনা transitive নি। a R b অমসুং b R c মথংদা a R c হায়না নৈরবদি transitive কোই। খুদম ওইনা "ancestor of" "···· গী পারী পুরী" হায়বসি transtitive নি, তৌইগুম্বসুং "father of" (····গী মপা ) হায়বসি intransitive নি। Relation থরদি connected ( শন্নবা ) ওই। a, b, c, d, ... .... .. হায়বা পোৎশকশিংগী কাঙলুপ অসিদা মরী নৈবা R হায়বসি connected ওই হায়গনি হায়বদি কাঙলুপ অসিদগী a অমসুং c হান্নবা রাইহে অনী কোয়ে মসিদগী a R c নত্রগা c R a হায়না নৈ। অরিগুম্বা, ঐনা মপুম অনী লোবদা অমনা পিকথবা অতোপ্পনা চাউথংপদা থেংনৈ, তৌইগুম্বসুং মসি

complex (য়েংশিন্নবা) ওইবা মশিংদা চুমদে ; মতমগী খিংকুপ অনী লৌবদা অমনা হানলি, অমনা কোনলি, তৌইগুম্বসুং মতমদা থোকপা থোদোক অনীদা মসি ওইদে ; অনীমক মতম অমতদা থোকপা য়াই। [ ঐখোইনা পোম্বিরিবা সংস্কৃত অমসুং অতোপ্পা লোনশিংগী মত্র অসিদা মথক্কী Relation শিং য়াউহন্বা উবিগনি ]।

Relation ( মরী ) কি ভাব লৈনরকপদগী Russell না "order" ( মথং মনাউ নাইবা ) কদাইবু কোবগে হায়বচু উৎলি। ভাব অমদা "to order" ( হুকুম তৌবা ) কী অর্থদি "to arrange" ( মথং মনাউ থম্বা ) হায়বনি, অমসুং মথং মনাউ নাইবা পুম্বা শেমশাবগুম্না মনীং তমই। তৌইগুম্বসুং মহোশাগী মশিং পুম্বা ঐখোইনা মথং মনাউ নাইনা থম্বদা মখোই মনুংদা লৈবা করিগুম্বা মরী লৈনবা থরা ঐখোইনা য়েংই। মরীশিং অসিনা করিগুম্বা শেমশাবা থরা উৎলি। "থরানমিচাক লৈবা অতিয়াদগী হেন্না মহোশাগী মশিংশিং শেমশাবা ঙমদে ; তৌইগুম্বসুং লেংদনা লৈবা থরানমিচাকশিংদা মখোইগী লংবগী মথং মনাউ নত্রগা অতিয়াদ চাই-থোক্নুনা লৈবচু থঙবগুম্না মশিংশিংদা মথন মথাগা মরী লৈরি, অমসুং মশিংশিংদা মথল মথা কয়াগী মথং মনাউ থোকহনলি, মখোই পুম্বা মরম চাই। মেম্বরশিংদা মরী পুথোক্লবা অমসুং তোপতোপ্পা characteristic ( থঙনবা খুদম ) থরা পুথোকপা মতমদা কাঙলুপ অমদা থবক পাংথোকপচু ordering ( মথং মনাউ থম্বা ) কৌই। Progression ( চাওথংলকপা ) গী ভাব অসি কাঙলুপ অমগী অথম্বা মওংনি ; Asymmetrical ( " ) transitive ( অসুম্না পনবা য়াই ) Asymmetrical হায়বদি A গা B গা মরী চংনরবসু B গা A গদি মরী চংনদে। A না B গী মপানি, B না মপা থক ওইবা য়াদে। মসি থঙনৈ। Transitive হায়বদি x গা y গা মরী লৈনরে ; y গা z কসু লৈনরে অদুদি x কা z কসু মরী লৈনৈ হায়বা খাইনা থঙই। x কা y গা মাপৈ ; y গা z কা মাপৈ ; x কা z কা

মায়ৈ। অমসুং connected (শম্বা) ওইবা মরী অমদা মথং মনাউ ময়েক শেংনা লেমই।

Greek শিংগী মতমদগী দর্শনিকশিংবু মমহনলিবা Infinity গী ভাবসি ইরাই লাইনা তাকপা ঙমই। Infinite ওইবা মশিংশিং মথন তোঙানবা অমসুং থাক কয়া লৈ. অমসুং খ্বাইদগী চম্বা, Infinite cardinal number (পংথৈ নাইদবা মরু ওইবা মশিং) পরীক্ষা তৌই। Russell মহোশাগী মশিং কৌবতু "Inductive" (খাইগী নিয়ম পুথোকপা) মশিং কৌবা য়াই হায়না উৎখি, মসিগুম্বা শীজিন্নবসি ইচম চম্বা তাকলি মতুদি মশিংশিং অতু অতৈ অমগী নত্তনা Peano গী মঙাশুবা postulate (স্বতঃসিদ্ধ) তা মমিং থোনলি। Mathematical Induction (অঙ্কগী খাইগী নিয়ম পুথোকপা) গী নিয়মদি ময়েক শেংদবা মওংদা অসুম্না তাকপা য়াই, "থংনবা অমদগী থংনব: অমদা অনুমান তৌবা ঙমহু অহোবদগী ইরোই লোইবদা অনুমান তৌবা ঙমই।"

Inductive ( " ) মশিংশিংগী পুনসনবহু থনলে নীংলসি। মপুম অসিগী মশিং ওইনা Inductive ( " ) মশিং অমা লৈবা য়ারোই ময়মদি n হায়বসি inductive ( " ) মশিংনি হায়না লৌরবদি, অপুনবদা শুন্য য়াউহনলবদি অসিগুম্বা অপুনবগী মশিং n + ১ ওইরগনি। অতুনা inductive মশিংশিংগী মশিং অসি অনৌবা মশিংনি, মসি মথোইপুন্বদগী থেৈম্নে অমসুং Inductive ( " ) গুণশিং অপুম্বা অমসিদা লৈতে। মশিং অসিবু "Infinite cardinal number" (পংথৈ নাইদবা মরুওইবা মশিং) কৌই অমসুং মসিগী মহোশাগী ওইদবা মগুণদি মান্নবা অসিদা উৎলি, n গা n+১ গা মায়ৈ। অসিগুম্বা শকথঙ থুদম লৈবা কাংলুপ অতুবু "Reflexive" কাংলুপ (মশামকী চপচাবা মচেৎ অমগা মান্নবা অমা) কৌই অমসুং কাংলুপ অসিগুম্বা অমগী মশিং অমবু "Reflexive cardinal number" (মথন্তদা হল্লিনবা মরুওইবা মশিং) কৌই। Infinite cardinal মশিংগী হেন্না ঙকপা

মচেৎ অমনা মান্নবা অসিদা লৈ :— n গা 2n গা মান্নে। থুদম ওইনা, even inductive ( মান্নবা খ্বাইগী নিয়ম ) মশিংশিংগী মশিংগা Inductive মশিংশিং হায়বদি odd ( তুমা শুদবা ) অমসুং even ( মান্নবা ) গী মশিংগা মান্নে। Leibniz না থৌদোক অসি শীজিন্নহনা Infinite মশিংশিং অসি ওইথোক্তে হায়বা উৎখি, তৌইগুম্বসুং অনৌবা mathematical Logicians শিংনা মসি শীজিন্নহনা খ্বাইনা থাজনরম্বা মপুম্না মচেতগী হেন্না চাওই হায়বত্তু চুমদে উৎলি। থাজনরম্বসি রাহৈশিংগী উদবা ময়েক শেংদবা অমদা যুক্ম ওইথিখনলি। খ্বাইনা লৌবা ঙরদে।

Infinite ( পংথৈ লৈতবা ) মশিং লৈ হায়না লেপ্লবসু ( Russell না lower order infinites হায়বদি infinite cardinals দা পংথৈ থমই ) মাম্না তুঙাইবা মাহং অমা থোক্কই : মেম্বরশিংনা infinite ওইবা মশিংগী কাঙলুপ অমা জগৎসিদা লৈব্রা? অয়াবগী পাউখুম অমা উৎপা ঙম্না লৈম্নামলে। মীওইশিংগী মশিং ( মিৎকুপসিদা Individual হায়বসিগী অর্থ চপচাবা অমা থঙহন্দনা থমলে ) n কৌবা finite number অমা লৈ থমলে। হৌজিক ঐথোইদা থঙহনবা অঙ্কগী অচুম্বশিং লৈ, (১) N মেম্বরশিংগী কাঙলুপ অমা পীরে, মখোইদগী থরা খাম্নবা লম্বী $2^n$ লৈরে ( থমথেংবা কেশশিং হায়বদি ঐথোইনা লোইনমক্ক নত্রগা শক্তৌ তৌদবা মাউনা থনবা), অমসুং, অমীগুম্ব $2^n$ না n দগী মতম পুম্বদা চাউবা হেনলি। N মশিংগী কাঙলুপ্তা ঐথোইনা হৌরে, মথংদা n দগী শৈমগদবা class of classes ( কাঙলুপশিং কাঙলুপ ) হাপচিনলে। মথংদা $2^{2^n}$ দগী শেম্বা ঙম্বা class of classes of classes ( কাঙলুপশিংগী কাঙলুপ ) ডা হাপচিনলু, অমসুং মসুম্না চথম্বদি Infinite cardinal ( পংথৈ নাইদবা মরুওইবা ) না তিনশিন্নবগী ফল ওইবা মশিং অমা ঐথোইনা ফংগনি। মরম অসিনা জগৎসিদা লৈবা পোৎশকশিংগী মশিং অসি ঙমথৈ নাইদে।

মসি অচুম্বা প্রমাণনি হায়না অহানবদা মানা থাজরম্বী হায়না

Russell না হাইজে। তোইশুবসুং হৌজিক মানা মসি "confusion of types" ( মওংদা চময়বা ) কৌবা অরানবতুনি হায়রুনা ককত্রে। Fallacy (অশোয়বা) অসি "impure" ( শেংদবা ) কাণ্ডলুপ শেম্বদা লৈ। জগৎসিদা n হায়বা individual ( মশক নাইবা; মীশক ) অমসুং $2^n$ হায়বা individual কাণ্ডলুপ লৈরবদি ঐখোইনা মশিং n plus $2^n$ ( n গা $2^n$গা তিন্নবা ) ওইবা অনৌবা ক্লাস অমা শেম্বা ঙমদে। কাণ্ডলুপশিং খায়গী শাগৎপমি, পোৎশক নত্তে, অমসুং "types" অনীসি পুনসিনবা য়াদে। Plato না য়েংলি মতুংদি মশিং ১ অসিগী Being লৈ, তোইশুবং being গা মায়দে, অতুনা ১ অমসুং Being গা ২ গা মাইয়; মথংদা ১ অমসুং ২ গা পুল্লগা ৩ গা মাইয়; অমসুং চথবা য়াই; মরম অসিনা জগৎ অসি ঙমথৈ নাইদে। অঙ্ক হৈবা মী অনী, Bernard Bolzano অমসুং Richard Dedekind না য়েংলম্মী মতুংদি পোৎশকশিংগী ভাবশিং অসু "things" ( পোৎসিং ) নি, অমসুং পোৎ খুদিংগী ভাব লৈবনা, পোৎসিংগী কাণ্ডলুপসিং Reflexive class ( মথন্তদা হজিনবা ) নি অমসুং মসি মশিং ঙমথৈ নাইদবা ওইগনি। ( মসি মশামকী শরুক অমগা মায়বনা )। প্রমাণশিং অসি মখোইদা ইয়ান য়ানশিন্নবা য়াউবদা নত্তনা type ( মথন ) চময়বসি থিংহৌত্রবদি মথন্তা করুক্কা বাণ্ডাও কয়া প্রমাণ তৌবা ঙম্লগনি হায়বা Russell না উৎননবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা কাণ্ডলুপ অমা মশামক্কী মেম্বর ওইরবদি মশামক্কী মেম্বর নত্তে। লুচাইতবা ফাউবা অমসুং ওন্নতৈনবা ফংলিবসি লৌথোক্লবদি Individual ( মশক নাইবা অমা ) হায়বসি করিগুম্বা type (নমূনা, খুদম ) অমগী পোৎশক অমদা লৈবতু থিন্দুনা থঙহনবা, কাণ্ডলুপ হায়বসিসু চপচানা লৈবতু উৎপা Relation ( মরী লৈনবা ) হায়বসিসু অতোপ্পা মথলগী চপচানা লৈবদা উৎপা অসিনি।

Russell না শেম্লক্লিবা সমস্যা অসিনা হৌজিকি সাহিত্যদা Language ( লোন ) অমসুং metalanguage অনীগী খেন্নবা খোকহল্লকই।

Metalanguage হায়বদি লোন অমগী মরমদা ভাঙলিবা লোন্নি। কাঙলুপ অসি চময়দনবা য়াম্না মরু ওই মরমদি অঙকপা অমসুং ওয়তৈনবসি মসিদগী থোক্লকপা য়াই।

অয়োইবদা Russell না অঙ্কগী দর্শনগী মওং মতৌ অমসুং মসিগা লোজিক অমসুং থেংনবদগী লাকপা জ্ঞানগা মরী লৈনবতুগী মরমদা থ্বাইগী ওইবা বাহংদা হঙ্লিলকই। অচানবদা Mathematics of quantity (চাং, শঙ্ক) গী বিগ্যান কৌরম্বতু মতম্না কৌবা য়াদ্রে। Geometry গী মছা (branch) কয়া চাংগা মরী লৈনদ্রে; Arithmetic অসি হায়রবা মশিংগা মরী লৈননা থয়রয়বসু one to one relation (অমনা অমদা মরী থম্বা) অমসুং কাঙলুপ্তা মায়বগী যুক্ম ওইবা ভাবক। মরী লৈননা থয়রক্লে। মথং মনাউগী ভাব generalize (থ্বাইগী ওইবা) তৌবসিনা অর্থ পুরিবদি mathematics হায়বসি অথয়না nnmber series (মশীংগী পরেং) গা মরী লৈনদ্রে হায়বসিনি।

অতু ওইরবদি mathematics তগী হৌবা লোইশনবনা class (কাঙলুপ), Relation (মরী লৈনবা) অমসুং series (পরেং) নচিংবদা লোইশনবা অনৌবা লৈনরোল অসি করিনো? ইচম চম্না মসিদু logic" নত্রগা "mathematics" কৌবা য়াই; মমিং থনবসি অতুক হান্না মরু ওইদে। তৌইগুমসুং মসিগী শকথঙ খুদম অতু শেংদোক্না থঙবা চুমই।

অহানবমক্তদা মসিনা অথয়বা পোৎশিং নত্রগা অথয়বা গুণশিং তাক্লে। মসিনা উৎলি মতুদি ১ দা ১ তিনশিল্লগা ২ চাই তৌইগুমসুং Socrates না Plato গা তিন্নরগা অনীনি হায়দে। Individual (মী অমতা) লৈতবা জগৎ অতুস্ন অমদা অমা তিন্নরগা অনী ওইগনি হায়বা জগৎনি। মমাংদৈগী লোজিক্না মসি তম্বী—"মী পুম্নমক শিবা নাই অমসুং রাম মী অমনি" হায়বসিনা "রাম শিগনি হায়"। তৌইগুমসুং মশিনা মী পুম্না শিবা নাই নত্রগা রাম চপচাবা মীনি হায়দে। অতুনা syllogism (মেথর অহুম লৈবা

মরৈ ) অমগী অচুম্বসি রামাং য়ানবা রাইহে পরেংশিংগী অচুম-অরান্দগী মনীং তয়া লৈ। Syllogism গী মওং অসি থমতুনা ঐখোইনা ফোংদোক্লবা হোংবৈ মওং অসি মসিগী content ( মচাক ) তগী মনীং তমই। ঐখোইনা হায়, x অমসুং A অমসুং B না করি মমন লৈবা উদনা, A গী অপুম্বা B গীগা ওইরবদি অমসুং x অসি A অমা ওইরবদি x অসি B অমনি।" মী পুম্নমক্কী ওইনা মসি চুমই হায়বদু ঐখোইনা খঙলে। Socrates, Plato অমসুং অতোপ্পা মী কয়াগীদমক মসি তাক্কু বম্ব য়ারে অমসুং মসি হোদোং-শিং অমসুং মখোং মরি পানবা জীব পুম্বদম্ব চুয়ে। হোদোং থুদিংমক তাক্কু বম্ব য়ারে। ঐখোইনা খঙলে মতুদি তর্কবাক্যগী মওং মসিগী constituent ( শেম্নবা মচাক ) থুদিংমক অতোপ্পা মহুৎ শিনলবা ফাউবদা শুপহোং হোংদনা লৈ। তর্কবাক্য "Socrates না Aristotle দগী হানলি" হায়বসিগা "Napoleon না Wellington দগী হেম্রা চাওই" হায়বগা মওং মান্নে। লোন থুদিংমক্তা মখোঁ অদু মওং ( form ) অদু ইচম চম্না তাকপা রাইহে করিগুম্বা থরা লৈ। মখোইশিং অসিবু "logical constants" (ন্যায়গী হোংদবা) কৌ"। হদম লৌরগা "Socrates is human" ( Socrates মীনি ) হায়বদা is = ওই নি হায়বসি logical constant নি। অশেংবা অহুদা con tant মথক্তা ওইরিবসি logical constant অসিদনি। ভাব অসিদা লৌরবদি logic অমসুং অঙ্ক অমতনি।

তৌইগুম্বসুং অনীগুবদা অঙ্ক অমসু লোজিক্তা অওকপা মখনগী তর্কবাক্য লৈবৈ। মখোয়সিগা ঐখোইনা "Empirical" (খেংনবদগী কংবা) কৌবসিগা খীনা থেয়ে। Russell না রাইহে অসি করম থোনগদগে থওক্ল-বদু মখোইবু "tautologies" ( হক্লিন হক্লিন হায়বা ) কৌবা য়াই। (Russell গী ছাত্র Ludwig Wittgenstien কৌবা অমনা মবৈদা রাইহে অসি মপক তাকখি )। খেংনবা গান্দা রাকতনা ঐখোইনা খঙবা ভবা তর্কবাক্য তাকনি, থুদম ওইনা রামগী মরম অদু syllogism না পময়িবসি

মশক উদবা মওংদা য়েংলগা চুমই থগুই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা তর্কবাক্য শিংগী খণ্ডনবগী লম্বীদা মসি ইচম চম্বা থোদোক অমতনি; তর্কবাক্যশিংগী দমক্তি নত্তে। Logical truth (ন্যায়গী অচুম্বা) শিংগী অশম্বা কদাইবু কৌবগে তাকপা মানা গুমদ্রে অহুবু থুগাইহনা নৈনবনা অসিগুম্বা গ্যানগী সীমানাদা চংশিনলি হায়রি। অসিগুম্বা তর্কবাক্যশিং ভাব থম্বদা apriori (থেংনদ্রিবৈগী মমাং) ওই অমসুং বাহৈসিগী অনৌবা অর্থ ঐথোইদা পীবা analytic (থুগাইবগী ওইবা) ওই হায়বসু গুমই। তৌইগুম্বসুং মানা define (মশক তাকপা) তৌরিবা property (গুণ) গী মথন অহু মানা য়াম্না হৈনরবসু মথোইবু মানা মশক তাকপা গুমদে হায়না ফাউই। Technical (মরী লৈনবা হৈবগী মতৌ) ওইবা বাহৈ শীজিন্নদনা লাইরিক্তী হীরম অসি শেংহনবা গুমদে হায়বা অহু মশানা য়াজরগা মানা লোইশিনলি, তৌই-গুম্বসুং মহাক্না আছা ফোঙদোক্লি মতুদি অসিগুম্না খণ্ডবদা চংবা হৈশিংবগী মতৌ অহু তানশিনবদা অপাবশিংনা করিসু নীংহন্নয়োইদবনি।

---

# (৯০) ত্রেকতেতস লোজিকো ফিলোসোফিকস

অইবা: লডউইগ উত্তজেনস্তাইন (১৮৮৯—১৯৫১)

লাইরিকি মওং: লোজিক, ফিলোসোফিগী ফিলোসোফি

অহানবা ফোঙবা: ১৯২১

মরুওইবা ভাব পুথোক্লিবা জগৎ অসি atomic fact (অকুপ্পা অচুম্বা) না শাগৎলি; Atomic facts হায়বসি অমুকসু কুপথনা থুগাইবা য়াদরে। লোজিক্তী বাহৈ পরেং (ওইবা য়াবা) থোদোকশিংগী লোজিক্তী Picture (লাই) শিংনি; বাহৈ পরেং অমসুং মানা লাই ওইনা উৎপা থোদোক অহুদা য়াউবদি লোজিক্তী শাগৎ লোম্নী (logical structure) বাহৈ পরেং অমনা ওইবা য়াবা fact অমগী মওং কোংদোক্তে; মহু উৎপদনি।

প্রোপোজিসনগী চাওরাকপা মওং শীবসি শব্দোক্না তাকপগী মচং অমসুং জগৎকি মচং শীবনি; অরায়বা প্রোপোজিসনশিংগী চিংথোক্নবা অমসুং মথল কয়াগী Logical operation (খ্যাগী থবক থোকহনবা) শীজিন্নবা Proposition অমা হেক্তা শেম্বা ঙমই।

ফিলোসোফি হায়বসি clarification (শেংদোকপা) গী মওংনি; মহৌশাগী বিগ্যানশিংগী প্রোপোজিসনশিং অসু অর্থনা থনলি। তৌই-ঙম্বসুং ইথিক্স, মেতাফিজিক্স নত্রগা মেতাফিজিক্সতা অর্থ চেনলি হায়-বদি মায়পাক্তে, মরমদি মসিগুম্বা হোৎনবসি জগৎকি মরমদা মপান-লোমদগী বারি শারকপা ওইথোক্কবা থবক্নি।

লাইরিক অসি রাউরিবা হীরম অমসুং স্তাইল অনীমক্তা থাইগা মায়দে। নৈনরিবা হীরমদা মসি লোজিক্কি মরমদনি, ইরিবশিনা হীরম অসি নৈনবদা খুদমগী মত, গ্যানগী মত, থনুংগী গ্যান অমসুং দর্শন শাস্ত্রগী মরমদসু চাও-রাক্না হায়বগী তাঞ্জা ফংই। অসিগী মথক্তা লোজিক্কি মরমদা তাঙবদা Witt-genstien না মথোইনা লোজিক্কী মরমদা হায়বা ঙমদবা পোৎ যাম্না লৈরি তাকই, মসু ঐথোইনা খঙদে হায়বা নত্তে, মথোইবু শঙলবসু মথোইসু ফোঙদোক্কবা রাহৈশিং লৈতে; লোন অমতদা মথোইনা literal (চপচাবা রাহৈগী অর্থ) ওইনা ফোংদোকপ ঙমদে। মরম অসিনা মথোইগী মরমদা ঐথোইনা তুমিন্না লৈগদবনি।

Style (মওং মতৌ) দগী লাইরিক অসি ঙকই। রাহৈপরেংশিং (নত্রগা করিগুম্বা মতমদা রাহৈপরেংশিংগী কাংলুপশিং) অসু পুমবা মশিং চনলি; মসু চনবদা পাসৈ অমগী মথাদা তৌই। খুদম ওইনা করিগুম্বা রাহৈপরেং অমা নম্বর ৩ লৈ; মসিনা মহৌশাগী চৎনবগী মতুংইন্না নম্বর ১ অমসুং ২ গী মথাদা ইনলকই। তৌইগুম্বসুং নম্বর ২ অমসুং ৩ গী মরাক্তা খুদম ওইনা ২.০১২২ অমসুং ২.১৫১ থাবা ফংই। নম্বার ২.০১২২ থাবসি নম্বর ২ দা refer তৌবা রাহৈপরেংনি। নং ২.১৫২ না নম্বর ২.১ গী মতুংদা লাকপা অমসুং

মসিদা টিকা পীবনি। তোইগুম্বসুং নম্বর ২.১ অসি নম্বর ২ দা টিকা পীবনি অমসুং মতুংদা লাকই। তাক্লিব পুম্নমক দশমিকী Notation (২দমগী নিয়ম) দা তোপতোপ্পা, linear (পংতিগী ওইবা) ওইবাদা শেমই, অমসুং অপাবা মীশিংনা য়াহৈ পরেংদা নম্বিবা নম্বরগী মতেংনা খল্লবিবা general topic (খ্বাইগী হিরম) অদু লেপই, মতুগী করম্বা অথম্বা শক্তক য়াউরিবা অমসুং করি করি পনলিবগে হায়বদু পঙই। করি' খা specialisation (কুপথনা নৈনবা) গী থাক ৪ কাউবা য়োরকই।

লাইরিক অসি জর্মন লোন্দা অহানবা ই, মতু ইংরেজীদা parallel (নাকন নাকন চৎপা) ওইনা হন্দোকই। "Faet" "object", "meaning" অমসুং "truth" হাবসি য়ায়া মরাং কায়না য়াউই অমসুং চেনলিবা অর্থশু হায়া খণ্ডনরবদগী তোঙানলি। লাইরিকসি Bertrand Russell না ইবা কায়রবা বাহৌদোক অমদা তেম্ব অদু তেনশনহনবা অমসুং মরুওইবা পোইন্ত খল্লদাসমালোচনা তৌবসু য়াউই।

খুদোংচানবগীদমক মহাক্না নৈনরিবা প্রোপোজিসন ১ মতুদা টিকা পীরীবা, প্রোপোজিসন ২ অমসুং নম্বর ২.০ য়াউবা রিমার্ক পুম্বা নৈনবা কৈ। প্রোপোজিসন নম্বর ১ না জগৎ অসি পূমমকান হায়বনি; নম্বর ২ না case অদু Atomic fact (অচম্বা, অকুপ্পা অচুম্বা) না জগৎ শাগৎলি অমসুং শেমই হায়। মসিনা তাকপদি atomic fact ময়াম অদু থুগাইবা ঙমদে হায়বা নত্তে, তোইগুম্বসুং অতোপ্পা অটোমগী fact তা অমুক থুগাইবা ঙমদ্রে হায়বনি। Atomic fact মশামক ওবজেক্ত (entity, পোংশিং) ময়ায়া পুনশিনলি, খুদিংগী মচংদি Atomic fact অমগী শাগৎপা মচাক্নি। তোইগুম্বসুং Atomic fact ( " ) শিংগী মচাক ওইরিবা পোংশিং অদুদি থুগাইবা য়াদে মরমদি জগৎকি substance মথোইনা ওই। Atomic facts হায়বসি Russell না য়াম্না বাহৌদোক্না (Wittgenstien নদি মথোইগী ময়মদা খুদম পীদে) পীবদু লৌবৎলবাদি মশক্না নীরি—'Socrates

শিংই ( শিংবা ওই ) হায়বসিনি। Socrates অমসুং শিংবা হায়বা বাহৈ অনীসি তোপতোপ্‌পা লয়ীনি। Atomic fact ওইনা পুনশিনলি। মহোশাগী ফিলোসোফিদা পোংশক অনীসিবু "substance" অমসুং qualities ( মগুণশিং ) কৌই। Wittgenstien না উৎলি মতুদি ভাবনা শাবা জগৎ অসি অশেংবা জগৎকা মওং মান্নবা থরা নৈ। মওং অতু পোং-শকশিংনা পীবনা মহাক্না পুন্নিবদি ভাবনা শাবা জগৎ অতু অশেংবদগী থেম্নবতা snbstance ( দ্রব ) অমসুং মগুণশিং নৈগনি। জগৎ অসি Atomic fact শিংগী পুনশিন্নবনি : মথোই নৈতে হায়বস্থ লেপই, মরমদি atomic fact নৈতে হায়বসি থোদোক্নি। Reality ( অশেংবা মশক ) অসি Atomic fact শিংগী অপুনবা অতুগী মথক্তা মথোইশিং অসি Atomic fact ওাক্তনি হায়বসিনি।

বাহৈপরেং ২.১ দগী মরেক শেংনা নম্বর ৪ ফাউবদা অমসুং লেম-হৌরিবা লাইরিকি মশা পুম্বদা ফাউজিন্না Wittgenstien না Proposition হায়বসি থোদোক্কী লাই ( Picture of a fact ) নি উৎলি। লাই উৎপগি মরীসি তোঙান তোঙান্না "modelling" ( মওং শেম্বা ), "standing for" (কনাগুম্বগীদমক লেপ্‌পা), "representing" (মহুৎ শিনবা), "correspon-ding with" (চান্নবা). depicting" (য়েকথোকপা) অমসুং "Projecting" ( মাংদা লংবা, সিনেমা উৎপা ) হায়না উৎলি। Proposition মশান্নক থোদোক অমনি হায়বা ঐখোইনা থঙগদবনি। Wittgenstien না বাবি। মতুদি Proposition অসি ইন্দ্রিশিংদা ( Proposition গী senses ) উবা ফোঙদোকপা ওম্নবস্থ থোদোক ফোঙবা Propositional sign (তর্কবাক্যগী খুদম) অতুদি মথকীসিনা পীদে। পোইন্তদি অওইবরক Proposition হায়বদি থোদোক অমগী logical picture নি, মশক উবা নত্রগা ভাবা মাবা নত্তে। লাইরিক অসিগী মফম খুদিংবা fact হায়বদি "Logical space" ( ন্নায়গী মফম ) হায়বা metaphor (মান্নবা উৎপা) শীজৈ। মহৎ

শিনবগী মওং অদু শাগৎলিবা লাইগী মচাকশিং অমসুং fact তা লৈবা পোৎশিং তিনশনৈ অমসুং লাইগা থোদোকনা উৎপা Logical form অদু য়াই। অদুনা রাইহেপরেং "Socrates শিংই হায়বসিনা Socrates গী অশিংবা থোদোক অদু picture উৎলি মরমদি Socrates না মাবু মহুৎ শিনলি, অমসুং অশিংবনা অশিংবগী মহুৎ শিনলি অমসুং প্রোপোজিশনগী মরী উৎপা form অদু থোদোক্তা Socrates অমসুং Wisdom ( লৌশিং ) না উৎপদুগা অমতনি। মসি Logical form নি, spatial form (মফমগী মওং) নত্তে হায়বসি মসিদগী খঙই—Socrates শিংই হায়বা রাইহে পরেং অসি মচাংকশিং অদু মফম মথং-মনাউ নাই। রাইহে পরেংগী অর্থ নত্রগা রাইহে পরেংনা উৎলিবা থোদোক অদু spatial নত্তে; অর্থ অমসুং থোদোক্তা য়াউবদি লোজিক্কী শাগৎলোননি।

শমজিন্না হায়রবদা রাইহে পরেংনা থোদোকি মহুৎ শিন্দে, তৌইগুম্বসুং থোদোক অদুগী ওইবা য়াবা. Atometic fact কি লৈবদু ওইবা য়াব নত্রগা লৈতবদু মহুৎ শিনলি। রাইহে পরেং অমনা ফোঙদোকপদা চমম্নবা উংলবদি nonesense (অর্থ লৈতবা) নি; চমম্নবা অদুনা লৈতদুনা চম্না মীনম্বা ওইরবদি কায়দে। রাইহে পরেং অমা ভাবকী through ( পাম্বৈনা ) দা মানা তাকপা অদুগী অচুম-অরানগী রাংমদা মনীংতম্না মহুৎশিনশি। অসিগী মথক্তা থোদোক কয়াদা চৎপা মওং মায়বগী মত্তেংনা লাই অহনা অশেংবা মশক উৎলি। 'Socrates শিংই হায়বসিনা Plato অদু মীনুংশি নত্রগা মীওই হায়বা থোদোক অদু picture তৌই।

"থোদোকশিংগী logical picture ( লাই ) দি রাথননি" ( প্রোপো-জিসন ৩ )। য়াম্না কূপ্পা থোদোক অমা থনবা ঙমই হায়বদি ঐথোইনা ভাবনা শাবা য়াই হায়বনি। করিগুম্বা অমা থনবা য়ারবদি মদু Logical ( " ) ওইগদবনি মরমদি হ্যায়গী ওইবত্র ফোঙদোকপা ঙমদে। লোজিক্কা ওয়্নতৈনবদু লোয়্না ফোঙদোকপা ঙমদে। মফমদা উৎপা অয়েকপনা space গী আইন থ,গাইবা য়াদে।

রাথনশিং কোঙদোক্লিবা খুদম অসি Propositional sign (তর্কবাক্যগী চিনহ) নি। তর্কবাকা অমসুং তর্কবাক্যগী খুদম অসি fact (থৌদোক) ওাক্তনি। তর্কবাক্যগী খুদমদা মচাকশিং (য়াহৈশিং) অসি অকক্লবা মওংদা পুনশিল্লগা রাথনশিংগী পোৎসকসিংগা তর্কবাক্যগী খুদমসিংগা চানৈ। তর্কবাক্যগী খুদমদা শীজিন্নরিবা অচম্বা খুদমসিং অসি "name" (মমিং) কৌই। Object (পোৎশক) শিংদমক মিং থোনবা অমসুং ওাওবা য়াবা ওই; মথোইবু কন্না হায়বা য়াদে। মিংশিং অসি অমুক্তা হেন্না থুগাইবা য়াদে; মথোইশিং অসি মমাংঙৈগী খুদমনি। তর্কবাক্যগী য়াউফমদা মথোইগী অর্থ লৈ।

তর্কবাক্যগী ফোঙদোকপনা তর্কবাক্যগী ফোঙদোকপগী মওং পুম্বা হায়া থনলি অমসুং অসুনা মসিগী মওং অমসুং মচাক উৎলি; মওং অসুদি লেংদনা লৈ, অমসুং অতৈ অতোপ্পদি হোংই। তর্কবাক্য অমগী য়াউরিবা শরুক খুদিংমক variable (চর = হোংবা) দা ওনথোক্লবদি, লোজিক্কী মওং (লোজিক্কী নমুনা) অসু লৈরে। অসুনা Russell না খুদম পীরম্বা অসু য়েংশি "Socrates না হু চেনবা পাম্বী থকথি হায়রবসি Coleridge না কানি চাখি হায়বা তর্কবাক্যদা ওনবদা তর্কবাক্যগী মওং "ARB," লেংদনা লৈ মসিবু Propositional variable (তর্কবাক্যগী চর = হোংবা) কৌই। সুংতিগী পুলিদা বাহৈ চপমান্নবা অমনা তোঙানবা লম্বেল উৎলি। অমসুং তোঙানবা বাহৈশিংনা চপমান্নবা লম্বী উৎলি। খুদম ওইনা 'ওইবা' (to be অসি করিগুম্বা মান্নবা, করিগুম্বদা পোৎ অমা লৈবা, করিগুম্বদা Intransitive verb (কর্ম লৈতবা ক্রিয়া/ভার্ব) অমসুং করিগুম্বদা মান্নবগী খুদম ওইনা থমই। অসিগুম্বা মথনগী বাহৈশিং অসি ঐথোই রাথন্দা মরুওইবা দর্শনগী রাথন্দা চন্নরবা থোকহনলি। মসি কোকহন্নবদি অথন্নবা Symbolism (খুদমগী মশক), Logical syntax (ক্লাসগী বাহৈশেম্বগী মওং) অমসুং লোজিক্কি গ্রামারগী নিয়মশিং ইনবনি। করম্না খুদম খুদিংনা তাকপগে হায়রবসু ঐথোইনা থঙনবদি নিয়মশিং অসু

মথন্তুনা চংই। Bertrand Russell অমসুং অক্কা হৈবা, Gottlob Frege না মসিগুম্বা Logical symbolism শিং (ন্যায়গী খুদমশিং) পুথোকখি তোইগুম্বসুং মসি ফাউবদা অরানবা থোকহনবগী ওইরকপদু পুরকোক কোকহনদে।

Logical Language অমগী খুদোংচাবদি পোংশকশিং অমসুং থোদো-শিংগী formel (চৎনবীকায়দবা) ওইবা ম নশিংদা ঐথোইগী পুক্কিং থিংজন লি। লোজিকি রাইহ পরেংশিংনা থোদোকশিংগী মওং কোওদোকপনা নত্তে। তোইগুম্বসুং মথোইনা মদু উৎলি অমসুং মদু ভাক্তে। Representation মহুৎ শিনবা) অসি উৎপা ওমদে, মরমদি ওইথোক্তবা থবা চংলে কোটো অদু Represent তৌরিবা মওংদুগী রাংমদা মফম লৈতে। "Proposition না মদু চুম্লবদি পোংশিং করম্না লেপ্লগে তাকই। ওইবা য়াবা থবক্তা Structure (শাগংলোন) লৈবসি Proposition (থবকী মওং উৎপা) না কোও-দোক্তে, Proposition না structure গী মতেংনা উৎলি। Proposition না উৎপা অমসুং থোদোক্লা উৎপা মওং মায়বদুনা fact অদু Proposition না Represent তৌই, তোইগুম্বসুং Proposition অদুবু থোদোক অদু মহুৎশিনবগী মওংগী গুণ (formal property) পীদে। Proposition অমদা মগুণ অসি হাপচিনবগা হাপচিন্দবগা অর্থ চপ মান্ননা থোক্তে। মওং অমনা মগুণ অমা লৈ অমসুং অতোপ্পা মওংনা অতোপ্‌পা মগুণ অমা লৈ হায়রবা কম্না ভাওবসি অর্থ লৈতে। মওংশিংদা গুণশিং ঐথোইনা পীদে নত্রগা তর্কবাক্যশিং নত্রগা থবকী মফমশিংদা মওং পীদে। মী হায়বসিগী চপচাবা ভাব Propositional function ( তর্কবাক্যগী মথৌ ) অসিনা চপ চানা কোওদোকই, খুদম ওইনা, "x মুপা অমনি।" তোইগুম্বসুং মওংগী ভাব "ওবজেক্ট" অদুদি "x অসি ওবজেক্ট অমনি হায়রবদুনা কোওদোকপা ওমদে। "x হায়বসি শাখিরবা object কী খুদম অমনি অমসুং আতরগুম্প অমা হায়বসি পোৎশক অমনি হায়বসি কায়দবা হায়বনি। মসিমক অহিগুম্বা

রাইহেশিং complex (য়ানশিন্নবা), fact (থবক), function (মথৌ) অমসুং number (মশিং) হায়বদা লোইনা চুমই; মরমদি symbolism (খুদম) দা মথোইসি variable (খেন্নবা ওয়া) না মশক উৎলি; চপচাবা ভাবনা উত্তে। মথোইসিবু variable ওইনা শক খঙবদা অসিগুম্বা রাঙাঙ-শিংগী অঙকপা তাকই –"পোৎশকশিং লৈ" (লাইরিকশিং লৈ হায়বগী মওংদা থনবা) নত্রগা ঐ হায়বা অমতমক লৈ"—Wittgenstien গী মতুংইন্না মথক্কী রাইহ পরেংশিং অসি পুং ৩ তাবদা ২ গা ২ গা তিন্নরগা ৪ হায়বগুম্বা অর্থ থোক্তে। তেন্না হায়রবদা Logical symbolism (স্থায়গী খুদম) গী অচৌবা খুদোংচাবদি কায়দবা ঙাঙবত্র মসিনা থিংই। Symbol শিংগী চুম্না শীজিন্নবদি sign খুদিংমক্কা করি উৎপগে খঙলবদি খুদক্তা লাকচবনি। Object হায়বসি শাশিন্নবা ভাবনি হায়বগী মথা তারকপা ফল অমনা পোৎশিংনা থাইগী ওইনা লৈবা মগুণ ফংবা ঙমদবশিনি। মথক্তা উত্রে মতুদি atomic fact হায়বসি য়ানশিন্নবা অমসুং করিগুম্বা শাগৎলোন অমগী মচাক ওইবা পোৎশক য়াউই। পোৎশকশিং অসি থুগায়বা য়াদে। করিগুম্বা Atomic fact মিংথোনবসি করিগুম্বা atomic proposition অমগী অচুম্বত্র হান্না থনবনি, (মতুদি তর্কবাক্যনা য়ানশিন্নবগী মচাক মন্নী লৈনবা উৎপা) অমসুং মসিমক শাগৎলিবশিং অত্রমক মিং থোনবনি। Wittgens-tien গী মতুংইন্না object হায়বসি শাসিন্নবা ভাব ওইবনা পোৎশকশিংগী totality অত্র মিং থোনবা ঙমদে। জগৎসিদা মপুমগী মরমদা ঐখোইনা করিস্ব হায়বা ঙমদে। পোৎ পুম্নমক্কী মপু ওইবা self-identity (মশা চপ মান্নবগী মতৌ) হায়বা গুণ লৈতে। পোৎ পুম্নমক ইমান মাইন্নে হায়বদি মথোই মশা অমতনি হায়বগুম্বনি, অমসুং জগৎ অসিদা পোৎশক অমতমক লৈ হায়বসি স্থায়গী অচুম্বা নত্তে, জগৎকি কায়দবা মওংনি। মরম অসিনা পোৎশক অমা পুথোকপা ঙম্বা মগুণ self-identity ( " ) হায়বসি ঐখোইনা শীজিন্নবা ঙমদে। মতুগী মহুত্তা মরেকশিংগী মতেংনা অমসুং তোঙানবা মরেকশিংগী মতেংনা তোঙানবা পোৎশকশিংগী অর্থ হায়বা ঙমই।

ইচম চম্বা তর্কবাক্য অহনা atomic fact (অকুপ্পগী থৌদোক) লৈবগী অকনবা ফোঙদোকই। অসিগুম্বা তর্কবাক্য অমা মিংশিং শমজিনলি অমসুং অমুক্তা তর্কবাক্য অমদা থুগাইবা য়াদে। তর্কবাক্য অপুম্বা অরাইবা তর্কবাক্যশিংগী truth-function (অচুম্বা মথৌ) নি অমসুং মথোইদগী শাগৎলি হায়রবসি Wittgenstien গী অচৌবা thesis ( " ) নি। অরাইবা (elementary) তর্কবাক্য অমা হায়বসি মশামক্কী truth-function নি। Truth-function ( " ) অসিগুম্না ফংই: অরাইবা তর্কবাক্য পুম্বা পিরে। মথোই খুদিংমক চুম্বা নত্রগা লানবা য়াই। অহুনা PQR হায়বা অরাইবা তর্কবাক্য অসুম য়াউবা তর্কবাক্য অমা truth-function T, T, F নত্রগা T, F, T হায়বা লৈবা য়াই, অমসুং অসিগুম্বা ওইবা য়াবা truth-function ( " ) তন্না তরুক থোকপা য়াই। অরাইবা তর্কবাক্যগী কাঙলুপ অমদগী হৌরগা মথোইদগী শেম্বা truth function শিং অহু series (পরেং) ওইনা শেম্বা য়াই। তর্কবাক্যশিংদা মথন অনিথক অথমনা মরু ওই। অমনা tautology কৌই; অরাইবা তর্কবাক্যশিংগী অচুম্বা ওইবা য়াবদা লোইনমক চুম্বা তর্কবাক্যনি। অতোপ্পা contradiction কৌবদনা অরাইবা তর্ক-বাক্যসিংগী অচুম্বা ওইবা য়াবা (truth-possibility) পুম্বা লাননি। Tautology গী অচুম্বা অহু শোয়দ্রে; contradiction গীনা ওইথোক্তে। অতৈ অতোপ্পগীনা ওইবা য়াই। মসিদা ওইবা য়াবা তর্কবাক্যশিংগী য়ুক্তম ওইবা মথংমনাও নাইবা অমা লৈরে। Tautology (অনৌবা পীদনা হক্লিনবা) গী খুদমদি "নোংতাবা নত্রগা তাদবা অনীগী মরক্তা অমা তৌরে; মসিদা p অমসুং not-p অসি চুম্নবসু লাল্লবসু য়াফম অসি মতম পুম্বদা চুম্নে। Tautology অসি ওইবা য়াবগি অচুম্বা উৎপদনি; জগৎকি মরমদা হায়দে। Contradiction (য়ান্নদবা উক্তু্না থেম্বা উৎপা) গীনা "নোং তাবা অমসুং তাদবা অনীমক তৌরি"; মসিনা য়াউরিবা P নত্রগা not p অহু চুম্নবসু লাল্লবসু করিসু থওইদনা তর্কবাক্য অসি লাল্লি। ওইবা য়াবা

থবক্কী মওং পুৱদা লাক্লে ; জগৎকি মরমদা করিস্ম হায়ব্রে। Tautology অমসুং contradiction অনীমক ভাব য়াউদে। "Contradiction না তর্কবাক্যশিংগী মপান্থংবা limit (পংথৈ) নি, tautology ( " ) না মচাক য়াউদবাময়ায়নি।"

তর্কবাক্য অতৈদগী তর্কবাক্য থম্বা থোকহনবহ্ Logical operation (থ্যারগী থবক চথবা) কৌই। খুদম ওইনা, 'য়াদবা' (not), "লোজিক্কী হাপচিনবা 'either-or' (অনীগী মরক্তা অমা), "লোজিক্কী পুরিনবা (and = অমসুং), হায়বসি logical operation নি। মরম অসিনা operation শিংনা করিগুম্বা অমতা কম্না হায়দে ; operation অমগী ফল ওইবা তর্কবাক্য অমনা করিগুম্বা অমা কম্না হায় ; মসিনা কম্না হায়বহ্ মুক্ষম ওইবা অরাইকা তর্কবাক্য অহ্‌দা ভাংই। ঐথোইনা তর্কবাক্য পুম্বগী general form (থ্বাইগী ওইবা মওং) অহ্ ফোঙদোকপা ঙমই, হায়বদি proposition variable গী মমল অহ্ ওইবা য়াবা তর্কবাক্য শিংগীনি। Wittgenstien না মওং অসি মশক উদবা খুদমদা তাকই ; Introduction (রাহোদোক) দা Russell না অসুম উৎথিবহ্‌নি, "whatever can be obtained by taking any selection of atomic propositions, negating them all, then taking any selection of the set of propositions now obtained, together with any of the originals and so on indefinitely" [কুপ্পবা তর্কবাক্যশিংদগী করিগুম্বা খর খনলবা, লোইনমক লোথোক্লগা কংবা ঙম্বশিং, মথংদা অসুম্না কংবা তর্কবাক্য কাংলুপ অহ্ খনগংলব অহ্‌গা লোইননা হোকমগী ওইবশিংগা লোবা অমসুং অকরুবা লৈতনা চথবা— ]"

লোজিক্কা চায়দবহ্ লোয়্না ফোঙদোকপা ঙমদে। Wittgenstien না উৎলি মহ্‌দি ঐথোইনা থনবা ঙমদবহ্ হায়বা ঙমদে। জগৎসিদা য়সি লৈ তোইঙসুং মহ্‌দি লৈতে হায়বা ঐথোইনা ঙমদে, মসুম হায়রবদি

লোজিক্না জগৎসিদগী ওইবা য়াবা খরা exclude (মনুংচন্দবা) তৌরে; লোজিক্না জগৎসিগী ওমথৈ লাপ্পোকনে: হায়রবদি ওমথৈশিং অদু জগৎকি মনুং অমসুং মপাল অনীদগী খনবা তারে। মশাগী পংথৈদগী লোজিক্না চৎপা ওমদে! "Logic fills the World: the limits of the world are also its limits." (লোজিক্না জগৎ অসি খনলি: জগৎকি পংথৈনা মসিগীসু পংথৈনি)। নিয়ম অসিনা solipsism (মথন্তা তোঙান লৈবা) য়োইহনকই। স্কুল অসি চুমই তৌইগুমসুং কন্না হায়বা য়াদে; উৎপদমক ওমই। খঙলিবা থৌবু অদু জগৎকি পংথৈ খঙই; মদুগী মনুংদা মা চন্দে; থিউরিসিগী অকবা খুদমদি field of vision (উনবগী মফম) নি: উবগী লবুক্তা মসি মীৎ অমনা উই হায়বা য়াবা করিস্ত লৈতে।

Wittgenstienগী মতা Reality অসি চেৎশিনবা ওইদে। Atomic fact অমনা অমবু কক্তে; অমসুং অমদগী অমদা অনুমান তৌবা য়াদে। Nature (মহোশা) দা causal nexus (কারনগী মরী লৈনবা) লৈ। মসি লৈ হায়বদু পঙনা থাজবনি। মহোশাগীদা মওং কায়দবদু তাক্লবগী অরাইবা আইন অদু Induction (খুদমদগী নিয়ম পুথোকপা) নি। Process (চথবগী মওং) অসি necessity (দরকার) লৈতে। চংদবা য়াদবা অমতংদ Logical Necessity ( " ) নি, অমসুং ওইথোক্তবা অমতংদি Logical Impossibility (ন্যায়গী ওইথোক্তবা) নি; অমসুং জগৎসিদা মথোইসি লৈতে খঙনগনি।

জগৎকি ভাব অসি জগৎকি বাংমদা লৈ। Value লৈরবদি মসি থোদোক থোক্লিবা পুম্বা অমসুং being-so (অং মা ওইবা) গী বাংমদা লৈরে। থোক্লিবা পুম্বা অমসুং being-so ( " ) খঙহোদবা ওই। মসিগী কন ওইনা ethics (নীতি শাস্ত্র) অমসুং Aesthetics (ফজবগী লৈনবা) অসি কোঙদোকপা ওমদে, অমসুং হেন্দোকখিবা ওই।

Philosophy (দর্শন) করিনো? মসিগী খবক অনীখক লৈ। অমনা

তর্কবাক্য পুম্বা fact অমগী picture (অয়েকপা) নি। তর্কবাক্য অমতনা মশাগী মরমদা হায়বা ঙমদবনা মসি হায়বা য়াদে। তর্কবাক্য অমগী subject-predicate (থোর্-থোবুগী মরমদা হায়বা) মওং লৈ হায়বসি তর্কবাক্যদা ফোঙদোকপা ঙমদে, অমসুং তর্কবাক্যগী মওং "p নত্রগা q" লৈ হায়বসি তর্কবাক্য অমদা হায়বা ঙমদে। তর্কবাক্য অমনা Reality (অশেংবা মশক) অদু করম্না পিকচর পীরিবনো হায়বসু ঙমদে। রাহৈপরেং অমগী pictorial (মায়বগী ওইবা) ওইবা মওং লৈতমানলি। তৌইগুম্বসুং ঈশৈগী মরম, নত্রগা গ্রামফোনগী রেকোর্ড; অমসুং sound wave (খোঞ্জেল ঈথক) গী নমুনাশিংনা খোঞ্জেলগী মরমদা পিকচর পীবা ঙমদে। অদুম ওইনমক মথোইগী fact শিংগীদা লৈবা শাগংলোন মায়বদা উবা মরীদা মশক উৎপদুদা মথোইপুম্বা লৈ। Picture (লাই) অমা fact তা ওন্থোকপা ঙমহনবা "Law of Projection" (থোরাং উৎপগী আইন) লৈ; আইন অসি তাকপা ঙমদে, অমসুং আইন অসি তাকপা ঙমদবনা মদু তৌনবা হোৎনরোইদবনি। তর্কবাক্য ৭ তা Wittgenstien না রারোই তারি—"কনাগুম্বনা হায়বা ঙমদরবদি তুমিন লৈফম থোকই।"

তৌইগুম্বসুং Philosophy গী অতোপ্পা থবক অমা লৈরি। Philosophy অসি মহৌশাগী বিজ্ঞানশিংগুম্না theory নত্তে। Philosophy গী রারোই কৌবা পরেং অমা পীবা চুমদে। চময়বা অমসুং মরোক শেংদবা রাথনশিং হন্থহনবা শেংদোকপগী মওং, থবক মতৌ অমা পাংথোকপনি। দর্শনদা রাহংশিংগী পাউখুম ফোঙদোকপা ঙমদ্রবদি, রাহংশিং অদু চপচানা ফোঙদোকত্রে হায়বা খঙগনি। "রাহং অমা হংলবদি মদু পাউখুম পীবা ঙমগদবনি।" রাহং লৈত্রবা মতমদা চীংনবদি অঙকপনি। পুন্সিগী সমস্যা অসি সাইন্সশিংনা লোক্তে হায়না কম্না হায়বা, অদুগা মরেক শেংনা লোন্দা ফোঙদোকপগী সমস্যা অদু শেম্বা ঙমদবদি সমস্যা লৈত্তে অমসুং রাহং পুথোকপা রাহন্দে হায়বনি। ইশম শম্না মসিমক Wittgenstien না হায়রি

—"The solution of the problem of life is seen in the vanishing of this problem." (পুন্সিগী সমস্যাগী কোংবদি সমস্যা অদু মাঙহনবনা নৈ।) Philosophy গী অচুম্বা লম্বীদি scientist শিংনা পীবা ওয়মথৈ পীথোক্তনা মথোইদু হায়হনবনি, অমসুং মথংদা থম্মুং কাংলোনগী ওইবা ৱাহং হংলবদি হংলিবা মীত্রদা ৱাহং অদু কায়দে হায়বসিনি। মতুদগীদি Philosophy না "জগৎ অসি চুম্না উগনি।"

---

# (১১) ফিলোসোফিকেল ইনভেস্তিগেসনস

অইবা: লডউইগ উত্‌জেনস্তাইন (১৮৮৯—১৯৫১)

লাইরিক্কি মওং: দশনগী দর্শন, লোনগী দর্শন

অহানবা ফোঙবা: ১৯৫৩

Wittgenstien গী অকোনবা ফোঙলকপা লাইরিকশি হায়না ফোঙখ্রবা Tractatus Logico-Philosophicus কা চাংদম্নবদা নীংবা কায়নীঙাইনি। লাইরিক অসি লোইশিনদ্রে; অহানবগীদি ফজনা লোইশিনলি। শয়দনা পুন্নপ থরজনবা মুঙাইনবা পংকোই কোইবগা মান্নে; Tractatus তি চেংশিনবা চেকশিন্না পরীক্ষা তৌরগা মথন্তা ফোঙদোকচবা থেংনৈ। অপিকপা সমস্যাদা নৈহনা চৎপা ফংই; Tractatus তি দর্শন শাস্ত্রগী সমস্যা পুম্বা শোকই। কুপথনা থম্বদা লাইরিক অসিনা য়াম্না মরুওইবা ফিলোসোফিগী ইস্যুশিং, ঐখোইগী পুক্নিংগী থবকশিং অমসুং চাওথৎপা, মখোইগা মপানগী থবকশিংগা করি মরী লৈনবা, ৱাহৈশিংদা মখোইনা ফোঙদোকপা, মখোইনা পোৎশিংদা থিন্দুনা তাকপা অমসুং ঐখোইনা খঙনবা মখোইনা নৈনরি। হীরমশিং অসিদা পীবা মাগী মত অদু অতৈনা ইরদগী খঙনরক্লবদি মখোইগী মাগী মশাগীনি।

লাইরিক অসি সেকসন য়াম্না শাংনা চথরি ; হেন্না শাংবা অমসুং য়ুক্ত নত্তবা ওই ; Tractatus তা উংথ্রবা চপমান্নবা পোইন্তশিং অদু তোঙানবা মায়কৈদগী য়েংতুনা দর্শনগী landscape (য়েংবদা উবা ফংবা লম) তা অনৌবা focus (পুক্রিং থিংজনবা) পী। থবক অসি চথবদগী অঙম লুরকই। অহানবগী সেকসন ১৫০ সি থরা তেনশনলি অমসুং পাবদা লুই। মাগী ফোঙদবা লেকচরশিংদা ময়েক শেংনা উংথিব মত কয়া তেনশিন্না পীরি। লাইরিকি থম্মোইদি সেকসন ১৩৮ দগী ৬৯৩ ফাউবনি। Philosophical psychology (দর্শনগী মনবিজ্ঞান) গী সমস্যা কয়াদা ফাউজিন্না নৈনৈ। লাইরিক অসিগী অরোইবদা মশিং চন্দবা সেকসন থরা লৈ। মথোইসি Miss Anscombe না খৃঃ ১৯৪৫ দগী ইখিবনি অমসুং লাইরিকি মওংদা হাপ্লবা চপচানা শেমশাত্রি হায়। লাইরিক অসিগী অহানবা হংথ্রবা সমস্যা কয়া অনৌবা approach তা হোৗগংপদু সেকসন থরদা উংলি। মাগী রাথন অসি অরোইবা ফাউবা চাওথংলকই অমসুং মানা থরগা শাংনা নৈরম্নবদি থরগা হেন্না খঙহনলম্বা য়াই।

লাইরিক অসিগী অহৌবগী শরুক থরসি ময়ামদা পোইন্ত য়াউদবা অমসুং ময়েক শেংদবা ওইনা উই, মসিগী মরমদি Tractatus Logico-philosophicus তা পিথিবা থরদনা খঙনবা, মশিং য়ামদনা য়ানবা মত অদু শেংদোকপনি ফিবমদি জগৎ অসি মশিং লাকঙমদবা মচু নৈতবা simple (অচম্বা) শিংনা তিনশিন্দুনা শেমই। মথোইগী মশাগী ওইবা মওংদি পুনশিনবা ভম্বা, অমসুং লোনগী মথৌদি পুনশিনবা মওংসি উংপা, simple লেপ্লবা মশিং পীবা, অমসুং মান্নবা মিংশিংদা মান্নবা চংপা লুহোংবা শেমই। মথোইসি কয়ামুক পেন্দবগে হায়বদু Wittgenstien না উংলি। ঐথোইগী লোনগী অর্থ নৈদবা রাহৈশিংগা চান্নবা shadowy correlate (মশিগী চানবা) মহোশাগী ওইবা picture অদু য়াদে। অরোইবা simple correlate (অচম্বা ১গা ১গা মরী নৈনবা) কি ভাবনা শাবদুতা লোন অদুগী analysis থুগাইবা) রাংপা রাহৈশিংদা চান্নশনু (৯ – ৫১)। 'Meaning' (অর্থ) হায়বা রাহৈগী meaning

অমগী কান্নবা একাউন্ত অমা পীরি। মসিনা বাহৈ অমগী অর্থনি হায়না দাবী তৌদে বাহৈ অমগী অর্থদি লোন্দা মতু শীজিন্নবদা লৈরে, মথা চথনা হায়রি ঐথোইগী লোনগী তোঙানবা বাহৈশিং অসি উশূবা মীগী খুৎলাই হাপ্পবা উপুদা য়াউবা শীজিন্নবা খুৎলাই ময়ামগুম্বনি; অচম্বা ফোরমুলা অমদা পুরকপদা য়াম্না পাকমননি। ঐথোইগী লোন্দা বাহৈশিংগী হোংদবা, শয়দবা, পোৎশক মানবা শরূক অতূনা ঐথোইবু তাং তৌঙনা মথোইগি হোংদবা শয়দব অমসুং পোৎশক মানবা করিগুম্বগী entity নি খঙহনলে।

Wittgenstien না উৎনবা পাম্বে, লোনগী নমূনা শীজিন্নবগী অচম্বা 'Language games' (লোনগী শান্নবা) হায়না খঙনবা অমা শেমই। মথোইশিদা অচম্বা খুদমশিং উই: ঐথোইগী চপচাবা লোনগী চময়বা working অতু চাংদম্নরগা খঙবা ঙমই। লোনগী শান্নবা অমা দোকান ফম্বা মী অমনা মশিং মঙা হায়বসি হৈতুপ অমদগী মথং মথং থীদুনা মঙা ফাউবা থিতুনা অমসুং থিবা থুদিংগী Drawer দগী অমমম চিংথোকলগা উৎলি। লাইরিকসিদা লোনগী শান্নবসি খজিক্তুং অমসুং চময়না মসক উৎলি: ফোঙদবা লেকচরশিংদা মপুংফানা উৎলি। মথোইনা পারাসিবু ময়েক শেংহনগনি। শরুকসিদা Wittgenstien বু চৈনীঙাই লৈতে, অইবসি হায়ফেৎ ফজনা উৎলি। (খুদম ওইনা ঐথোইগী লোনগা থায়নগী সহর অচৌবা অমা ওইনা ফজনা সেক্সন ১৮ দা চাংদম্নরি। লম্বেলশিং অতু চাং নাইবা অমসুং য়ুমশিং অতু চাং মান্নবা ওইরবস্ত থেকচিন্নরবা অমসুং য়েৎশিন্নরবা সড়কশিং অমসুং Building হাপচিনলকপশিংদা চিদাইনা কোয়শিনবা উৎলি)।

সেক্সন ১০৯—৩৩ দা Wittgenstien না মমিং চৎলবা দর্শনগী চময়বা হায়বসিগী ফজরবা ফোঙদোক বাহৈ কয়া পীরি। ঐথোইগী দর্শনগী থুদোংথীবসি লোনগী মওং অমসুং রুলশিং খঙদবদগী থোকলকই খঙদবসি লুসননি ময়মদি মসিনা misinterpret (লান্না লৌবা) তৌরিবা মওং অতু য়াম্না পাকপা অমসুং য়ুমফম ওইবনি। (Wittgenstien না Verbal ঙাওবগী) গা কামদবগা

মায়হনদে)। মানা দর্শন অসি পুক শেংদোকপা নত্রগা নাম শোন্দুনা কওহৌদি তাম্মোকপা ডিসিপ্লিন অমনি, ঐখোইগী লোনগী খুৎলায়না খঙলিবা অদু মমহনবদু লান তৌনবা হোৎনবনি। লোন্দা য়েংশিন্নবা লৈবা, য়াম্না লৌশিন্নবদু synoptic oversight গী মতেংনা থোকহনবনি (১৩২)। Wittgenstien না পোইন্তশিংসিদা ঙাওথোকপীরম্বশিং অদু সূত্র ওইনা ফজনা লেংথোকখ্রে।

Wittgenstien না সেক্সনশিং অসিদা ফিলোসোফিগী পুক শেং-দোকপা অমসুং পুনশন্না য়েংবা নত্রগা শেমগৎপগী ওইবা থবক অদু থাগৎলি, তোইগুম্বসুং মসিনা ইনৌ নৌনা শেমগৎপনি হায়বদি য়াত্রি। লোন চপচানা শীজিন্নবদা ফিলোসোফিনা করিস্থ মরক থংলোই; মমৈদা মসিনা describe (শন্দোকনা তাকপা) অসিনি। মুংতিগী য়া ঙাওনবদা শীজিন্নবা য়াহৈশিং অসি ভাব অমসুং মশিজিন্না লৈবনা, য়াহৈ পরেং খুদিংমক চংনবদা মানা ওইরিবদু মথং মনাউ কাইরোই। মথং মনাউ পুথোকপদু ফিলোসোফিগী মথৌনি। Metaphysics গী ওইনা লায়া শীজিন্নরুবদু মুংতিগী শীজিন্নবদা পুরকপা অসিনি (সেঃ ১১৬)। মথোই অপুম্বসি dogmatic (পঙনা থাজবা) অমসুং মতম য়াঙহনবগী হুমদোকপা মওং অমনি। ঐখোইনা চম্না ফোঙ-দোকপশিং অসিগী ভাব অমসুং শীজিন্নফম লৈ হায়তুনস্থ অমসুং মতু ফাউবা মথোইনা লৈবগী মথং মনাউ নাইরবস্থ য়াহৈগী alternative (অনৌ নত্রগা মতুদগী হেনবদগী থনবা) ওইবা মওং অমসুং অচম্বা য়াহৈদগী হেন্না পেনবা পুনসিনবা শরুক মচেৎ থয়া শেমগৎপদা থিংদে। অতোপ্পা লাইরিক্তা Wittgenstien না পোইন্ত অসি য়াই। পোৎশিংবু উৎপদা লুশিনবা অসি মানা য়ানিংদবসি হায়না structure of fact (থৌদোক্কী শাগৎলোন) চপচানা উৎপা ফিদম্নফম ওইবা লোন শেম্বা য়াথিদবগী ফলনি। তোইগুম্বসুং ফিলো-সোফি ওইনা ঙাওবনা মসিনা ultimate simple (অয়োইবা অচম্বা) গী মরীশিংগা চায়বদগী হেন্না পাম্নিঙাইগী অতোপ্পা মরম কয়া লৈ।

সেক্সন ১৩৮ দগী হৌনা Wittgenstien না পুক্লিংগী মওংশিংগী নখর কয়া থুগাইখ্রে, পোংশকশিংগা মথোইগা মরি লৈনবা, মথোইগী verbal (চীনগী থবক) অমসুং মচৎকি ফোঙদোকপশিং চাওথংহনলকই। মহাক্না Epistemological (চীনগী নৈনফম) অমসুং semantic (ৱাহৈগী অর্থ) সমস্যা কয়া তাকই। মথোইনা ঐথোইনা ৱারি শাবগি ভাব অমসুং অতোপ্পা মীশিংগী ৱেংনবা জ্ঞানশিংগা মরী লৈনৈ। মহাক্না য়াম্না complex (চম্মনবা) ওইবা অমসুং মথন মথনগী treatment (নৈনবা ৱা) মওংসি fundamental theses (মরুওইব ভাবশিং) কয়াদা কবচ পাননি (কনাগুম্বনা thesesগী মরমদা ঙাঙবসি য়াম্না ঙাহাক্না ওইবা অমসুং পুক্লিং চংনা রুনশিনহনবা ফংই।)

অহানবা থেসিসতি অশেংবা ইশাগীদা ওইবা লোন, হায়বদি কনাগুম্বনা মশাগী মসুংগী গুণ নত্রগা মশানা থেংনবগী make up (শীনবগী মতৌ) অতৈগা মরী শম্নদবসু ওইথোক্তে হায়বনি। private (ইশাগী ওইবা) ওইবা লোন অদু মানা য়াত্রিবদি মসিনা য়ানবা অদুম্বা অমা ৱাৎপননি। ঐগী পুন্সি ডাইরিদা মরেক E হায়বসি মফম থুদিংদা ইবা য়াই, মদু ইবদা ইশাগী (private) sensation গা মরী লৈনৈ। পুক্লিংগী ফোঙদোকপা অদু মহুৎ শিনলি। মী ময়ামগা লোনগী মরি লৈনবদা মসুংগী গুণনা শরুক য়াদে। মসি মীতুনা মশাগী উপুদা থমজবগুম্বনি। অথুপপা ওই। মী খুদিংনা চপ মান্নবা থোক্লেল "Beetle" হায়বসি অথুপপা পোংশক্না শমবা পান্নবসু খোঞ্জেলসিনা অশেংবা মমিং ওইনা থবক তৌদে। মানা লেপ্লীবা অদু লৈবগী মশক মান্নবা, লেংদবা লৈতে।

মত অসিদা অনীগুবা theses অদু মুক্তম ওই। পুক্লিংগী ফিবমগা মরী পনবা য়াবা ফোঙদোক ৱাহৈ অদুগী শীজিন্নবা য়াবা লৈবনা শীজিন্নবা অদু উৎপা ঙম্বা করিগুম্বা হায়বদি behavioural criteria (লমচৎকি মওং লেপপা) গা পুনশিনগনি। অহিংবা মী অমনা নত্রগা অহিংবগুম্না মচৎ চৎপনা হায়বা ঙমই : মসি অইং অশা থঙই; উই নত্রগা উদে, তাই, তাদে জ্ঞান তাই,

তাদে অসিনচিংবা। ফাগী ওইনা ভাবনা শাবা অমসুং বারীগী ওইবা পোংশক কয়াশিংদা হায়বদি পাত্র, থাঙ অমসুং শানবা মচাকশিং (furniture) দা রাথন অমসুং পুক্লিংগী ফাউরিবশিং হাপচিনলি। মসি গুম্না বারী ময়েক শেংবা ভাব রাংলি নত্রগা পোংশিংগী মওং নত্রগা মচংশিং অদু মীগী হক-চাংদা চুপশিনবদা চাংই (সেঃ ৩৬১)। মশা লৈতবা মহিংদি ঐথোইনা মমি নত্রগা লাইশিং মথন শেম্বা ঙমই, অশেংবা নত্রগা অর্থ থোক্না reference (মরী তাকপা) পীবা নত্তে।

থেসিস অনীসিগী মথক্তা মহাক্না অমসু হাপচিনলি : পুক্লিংগী ফিরেপসি থবক অমতদা নত্রগা মতম অমতদা লাউথোকপা য়াদে। চংনবদা নত্রগা পাউখুম পীবদা থবক ময়াম নত্রগা মতম পরেংদা উংলি। মতম অমতদা থোকপদু ঐথোইনা থনলবদি করি থোকলকপা য়াবা নত্রগা অতোপপা মতমদা করি থোকলক্কনি হায়বদু থস্থবা তাই। মহুমনা ভাবনা শাবসি চুমথোকপা চুমই। পুক্লিংগী ফিরেপ থরবু ফোঙদোকপা নত্রগা থবকী মপূমশিংগী মওং মতৌ অদু মাংজোননা bound (পুনবা) থম্বা ওইথোক্তে। পরে' অসিদা ঐথোইনা expectation (আশা তৌবা) তৌবসু য়াদে। মতম তৌবসি ঐথোইগী মিংরেং ময়েক শেংদবা মতমদা ওইরকই। অকনবা নিয়ম অমা ঐথোইনা ইনবদসু তৌই। Interpretation (ব্যাখ্যা পীবা) মথন মথেন কয়া য়াউদনবা নিয়ম অমা খুদম উংপা নত্রগা ফোঙদোকপা ঙমদে। ফোঙদোকপত্থনা য়ান্না ফরবসু অহেনবা ওইনা চথনবগী ওইথোকপা য়াবা কয়া মতম পূম্বদা লৈ।

মথোইসিগী মথক্তা মরিশুবা হাপচিনলি। ঐথোইগী লোনগী মওং-শিংনা ঐথোইদা অরাবা মায়া থোকহনলি। মথন্তা ঙকচবা পোং অদু হাকথেংননা থেংনবগী পোং ওইরকই। মপুং ফাদবা পোং অদুনা লোইবা নাইদবা ফিবম (endless series of situations) দা মশক লেপকদবদু ইচম চম্বা experience অমদা থুক লাউনা লৈবা য়াই, মহুম্না লৈবদা মহুৎগী

চোংথোকপা ওমথৈনাইদবা application (শীজিন্নবা) অমসুং expression (ফোঙদোকপা) থোকথি। নিয়ম থঙবদা অসিগুম্বা মায়াসি ঐথোইনা তৌই মথোইবু ঐথোইনা থুনা থঙবা ঙমই থনলি, অমসুং থঙলিবসি লোইবা নাইদবা ব্যাখ্যা পীবদা শন্দোকই। মহুম্না থনবসি ঐথোইনা থঙই মরমদি ঐথোইনা থঙলে হায়বগা মান্নৈ। (সে ১৫৪,১৮৮)। ফোঙদোকপাগী অর্থদসু ঐথোইনা মিত্রং ফাউই মথোইগী শীজিন্নবহু থঙবগী নোং থাং কুপপগুম্না ঙাক্কোকনি থনলি, অমসুং মতুংদা atmosphere নীতি অমসুং পুক্কিংগী ফিভম) গুম্না য়ান্দুনা লৈ। (১৭৭,১৯৫)। Tune ( " ) অমা ঐথোইনা থঙবহনা মহুনা পূমলোই লোইরবোই থনবদা মায়া অসি লাকই (১৪৪)। পাবদা ঐথোইনা পারিবা রাহৈগী থোঞ্জেল অহু গ্যান্দা 'in some special manner' (অখন্নবা মওং খরদা) লাকনি থনবদা মিত্রংসি ফাউই। অউবা রাহৈগী লমজিং অমসুং শাফু অহু Rote repetition (ভাব তাদনা হন্না হন্না হায়বা) ওইদনা উবদা ঙমই। পাবা হায়বসি খুদম অমগা অমগা শন্নবনা Experience নত্রগা পাংথোকপা অমদা শুপচনবা য়ারোই। থনবসু মায়াসি ফাউই ; থনববু incorporeal process (হকচাংগী ওইদবা মওং) নি অমসুং ঐথোইগী রা ঙাঙবদা মমাংথাবা অমসু ঈনশিনবনি থনল (৪২৫)। নীংবা, থনবা, থাজবা, ভাবনা শাবা অমসুং তুক্কচবদসু থবক অমদা Proceeding (চত্থরকপা মওং) লোইনা থমই। মহুগী থবক অহুগী পোংশক অহু encapsulate (পুনশন্দবা মতুম তাদবা পোং) কৌই। মসি, Project (থোরাং তৌবা), Proposition (ন্যায়গী রাহৈ পরেং) অমসুং লেমহৌবা ভাবগী মচাক কয়াশি পুক্কিংগী ফোঙদোক রা কয়া শেমশাবা জগংনি।

Wittgenstein না থনলি, পুক্কিংগী মিংয়েং (attitude) অমা থঙহনবদা শোইদনা লোইনবা অঙকপা feeling লৈ থনলবসু মহুগা attitude সিগা মরী লৈনবহু empirical (থেংনবা গ্যান) অমসুং দরকার ওইদে : মী

পুন্নমক্তা মসি ফংগনি হায়বা আইন লৈতে। মাগী য়াওঙ অসি Titchener গী 'existential' programme গা থোইনা থেরদে। Titchener দসু পুক্লিংগী মওংশিং অসি মথোইনা ওইবনা অমসুং মথোইনা অর্থ পীবনা থনলোই হায়গনি। Wittgenstein না ফজনা পুথোকপা পুক্লিংগী ফিরেপকা চান্নবা setting (থমফম), চানবা পুম্বা Titchener গী ছাত্রশিং না Cornell দা তৌথিবা অফবা থবকশিংগা চপচানৈ। মথোইশিংদগী থঙবদি অপীবা attitude (মিৎয়েং) নত্রগা পাংথোকপা অমগী মওংদি অমত্তা নত্তে তৌইশুমসুং alternative Experience (মহুৎ ওইবা থেংনবা) য়াম্না লৈ হায়ব চুমজবা অসিনি।

Wittgenstein গী শেংফাত্তনা ঙাঙবশিং অসিদগী লৌথোকপা থেসিসশিং অসি য়াহৈ অমা অনীদা অফ ফত্ত লেপসি। Private language ওইবা য়াবা অসি মানা য়ানীংদাবসিনা উৎপাসি লোনগী চপচাবদা য়ুক্ষম ওই: মাগী মত অসি Linguistic decision লোনগী ওইনা লেপপা) নি। থ্বাইগী ওইনা অচুম্বগী ফিরেপ য়াৎপহু মানা language কৌনীংদে। মসিগী ওন্ন-তৈনবা মওংদা ওইথোকপা য়াবগী মরমসু লৈ। মী মশা অমদা অমগা অমগা চেৎশিনবা tendency (য়ানীংবা) ময়ামদা তাংবা (করিগুম্বা ফিবমদা করিগুম্বা মওং থরা ঙাঙহনবগা) অচুম্বগী ফিরেপকা tendency শিং অসি মী ময়ামদা য়েন্থোকপগী অচুম্বা ফিরেপকা করিসু থেন্নদে। Wittgenstein না Experience অসি পুল্লপ্পা ইশাগী ওইনা নত্রগা মসিগুম্বা experience অসিগী মহুৎগী মগুণ অহ ইশাগী ওইনা হায়বদা গ্রামারগী ওইবা য়ুক্ষমনা থোদোক্কী ওইবা য়ুক্ষমদগী হেলনি হায়। ঐথোইনা নীংলবদি অতোপ্পা মী অমগী অনাবা নত্রগা অতোপপা মী অমগী experience (১) খুদম সেকশন ২৫১,২৫৩, ২৭৫) তা ভাব অমা পীবা ঙমই। মথোইশিংনা তাকপদি Experience কি মহুৎগী মগুণশিং অসি মী অতৈদা লোনগী মরী চৎনবদা চৎনবগী অমসুং modifiable (শেমদোকপা য়াবা) ওইবনা থিংজননি।

Wittgenstein গী অনীশুবা থেসিসতা পুক্সিংগী vocabulary (লোনগৈ) ফোঙদোকপছু উবা ঙম্বা অমসুং তরুং তরুংনা উৎপা মচংকা শমনৈ হায়বসি চুমই। মসুংগী পুন্সি হায়বসি মপানগী পুন্সিদা তাংই : ময়ায়া কাউগনবা থোদাং খ্বাইদা থঙহনবদা মানা অচোবা থোদাং লোই।

মাগী অহুমশুবা থেসিসতা রুলশিং নত্রগা মওংশিং হায়া লেপপা ঙমদে তৌইগুম্বসুং লোইবা নাইদবা মপুংফাদবশিংদা থবক ওইরবা কালদা ফোঙদোকই হায়বশিসু য়ায়া মরু ওইবা রাথন থনবা মীদনা হায়বা ঙমগনি।

Wittgenstein গী মরিশুবা থেসিস-পুক্সিংগী Process তা থবক্তা তৌরকদবা পুম্বা তেনশনবসু য়াউই হায়বসিদা ঐথোই পুম্বা লাননি হায়বা মত অসিদা ঐথোইগী ফিরেপসি critical (অফ ফত্ত নৈনবা) ওইরি। মহাক্না ঐথোইবু Wurz burg psychologist শিংনা পুথোকপা Non imaginal awareness (ভাব শাদনা থঙবা) অদুগী মরমদা ঙাঙদনব পাও-তাক পীরি। মথোই নৈবদা মহাক্না Titchener অমসুং মাগী Cornell school গী Sensionalistic reduction (ইন্দ্রিনা ফংবগী ওস্থোকপা) অদু পানন্নিনলি। Wittgenstein মশামক্না য়াজবা, তৌইগুম্বসুং থবক ওস্থোক-পদা অয়াম্বনা ঙমদবা অদুদি ঐথোইগী সমস্যা অসি অরুবা নত্রগা যাদুগী ওইবা ফিভম অদু শন্দোক্না তাকপা নত্তে, তৌইগুম্বসুং ঐথোইগী পুক্সিং অদু শেম শাদুনা থেংনবা মসুংগী মগুণশিং অদু ঙাঙগদগে অসিনি। নিয়মদা তৌবা ঐথোইনা য়াদবা য়াই, তৌইগুম্বসুং ঐথোইনা enterprise (থৌনা-ফবগী থবক) অসিদা তৌগে লেপ্লবা (Wittgenstein না তৌবগুম্বা) অদু ওইরবদি লেপ্পনা নত্রগা ঐথোইগী ওইনা লেপ্লবা অদুদগী হেন্না অচুম্বগী standard লৈত্রে। Nutshell containment (অশম্বা মসুংদা য়াউবা) দা বারী শাবনা মীয়ামদা পামরবা অমসুং alternative manner of speaking (মহৎ ওইবা য়াবা বাঙাঙ) না থম্না চিথহনলি হায়বসি ফাউদবা ঙম্বদি nutshell containment (অশম্বা মসুংদা য়াউবা) অমসুং বা হৈশিদা শেমজিবা

statement অপুম্বা মতম পুম্বগী চুমগনি ।

Wittgenstein গী recommendation (লৌনবা থাগৎপা) অসিনা Ache নত্রগা Kupe নত্রগা Watl নত্রগা অরুবা Wurzburg স্কুলগী 'systematic Introspection (নিয়ম নাইবা মনুংগী থনবা) দা নৈনরবা মীদা য়াহনগনি হায়বা ওমদে। Material object (মশকউবা পোৎশক) তা তাক্লিবা পুম্বা sensory content (ইন্দ্রিনা ফংবগী মচাক) তা ওয়্যোকপগী খুত্তাক অদু অরানবা থেংনৈ। পাত্র অমা নত্রগা থাও অমা মতম অমদা "all at once" (খুদক্তা ্মওই ওইবা) তা নৈ হায়বা চুম্নবদি মথোইদু ঐথোইগী situation (ফিবম) অমদা ফাজিন্না উবগী নত্রগা নিয়ম নত্রগা মওং অমগী ফাউদুনা থওবা নত্রগা থবক অমগী লমজিংদা তুক্কচবগী felt surge (ফাউরকপা ঊথক) নত্রগা অফাউবা decision অদু হায়বসু চুমগনি । Experience ( " ) শিং অসিদা য়াউরিবশিং অদু মথোইদু কিশি থোকপগী অয়াবদা লায়না থওগনি, তৌইগুম্বসুং মথোইদগী চিংথোকপদু মথোইদা মতম পুম্বদা য়াউগনি হায়বসু লানদে। করিগুম্বা ফীবমদা ঐথোইনা ভাওবদা চুমই থনবদু মসিমকনি।

ঐথোইগী বাহৈশিংনা মথোইগা লোইননা "a corona of lightly indicated uses' (য়াওম্নবা তাকপা মওংগী মশেক মঙান) গী ফিবম পুই নত্রগা পন্দুপ থরনা ঐথোইদা ' a quite special feeling ' (মপুংগী অথন্নবা পুক্লিংদা ফাউবা) অমা Wittgenstein না য়ানিংদবা তৌদে। য়ায়া চুম্না মানা কনশিন্না হায়রিবদি অথন্নবা feeling (পুক্লিংদা ফাউবা) নত্রগা atmosphere (পুক্লিংগী ফিবম) শিং অসি পোৎশক্তা ঐথোইনা refer তৌবদা মতম পুম্বগী ওইনা নত্রগা দরকার ওইনা য়াউদে হায়বনি। মথোইনা পোৎশকশিংবু ব্যাথা পীবদু তৌদে। ফিবম অমা চাওথংলকপা অমদা চান্নবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মদু মথোইগী হৌরকফমনি হায়বদু য়াদে।

মসিগী মথক্তা Wittgenstein না চুম্না শীজিন্নবা থাইগী বাহৈ অদু য়ায়া

তোয়না পুক্নিংগী ফাউরকপদা পুশিনলি। অচম্বা অর্থদগী থেম্বা অনিশুবা বাহৈগী অর্থদা পুথোরকই। থৃদম ওইনা ময়াং ক'বা অমসুং অনোইবা হায়বা বাহৈসি মহাত্মা গান্ধী অমসুং মার্শেল টিটো। অনিদা Primary ওইনা শীজিন্নবহ্ন বাহৈশিংগী ফিবম লৈবাকপোকপা অমসুং য়ুমশকৈশ হায়বদা শীজিন্নৈ। কোঙদোকপগী অনিশুবা অর্থদা metaphorical (মায়বা বাঙাং) ওইবা কয়িমতা লৈত্তে মহাক্না তাকই। মসিদি পুক্নিংদা ফাউবা অমসুং ফিবম অহ্ন verbally (চীয়া ভাঙবা) ফোঙদোকপনি অমসুং অহ্নবা straight forward (চুম্না চৎপ) নত্রগা unmetaphorical (মায়দবা) বাঙাঙগা করুবা ঙমদে। Gestalt Psychologist শিংনা তমলিবা Perceptual grouping (খণ্ডবগী পুনসনবা) গী মরমদস্থ মহাক্না নুঙাইয়বা থম্না পুথোকলি।

Wittgenstein গী নিয়ম অসি Philosophical film Negative (দর্শনগী ফিলম নিগেটিভ) হায়না খঙনৈ, মসিনা traditional philosophizing (মহৌশাগী দর্শন নৈনবা) অফবা ওইররবনি। Piedpiper of Homelin গুম্না (হোমলিনগী পিড পিপর) উচিগী প্লেগ তাহ্নোরুবা কনাগুম্বা অমগী নুংশিরবা মচাশিং মাঙবংহনি। কনাগুম্বনা অঙাংশিং অহ্ন অমুক হন্না ফংনিংলবদি মথোইহ অতোপপা লম অমদা য়েংবা তাই।

Wittgenstein গী লাইরিক্কী মগুণদি লাইরিক অসি নৈননবা য়ুক্কম ওইনা থম্বনি। বাথন থোকহনবা অমসুং ঈথিন পীবদা মসিগী মগুন লৈ। অথম্নবা ফল নত্তে। Miss Anscombe না ইংরেজীদা হন্দোকপসি মতিক চাবা অমমুং পুকচেন শেংবা ওই। নীংশিংবা য়াবা, মমিং চৎপা Rhythmic passage [ছন্দগী মরম উৎপা পন্দুপ, লম্বী] থরদা মসিনা অচুম্বা তৌদবদি থেংনৈ। (মতুংদা থরস্থ তৌনরকপা য়াই।]



অনৌশুবা শরুক

# [১] লোজিকেল পোজিতিভিজম

Logical Positivism (দর্শনগী স্কুল অমা) গা মরী নরুবা দর্শনগী স্কুলশিংদি Positivist (ভশেংলবা) অমসুং Empirical (থেংনবদগী জ্ঞান লাকপা) ওইনা চংনরকপদগী লৌরকপনি। ২০শুবা শতাব্দীদা Aristotle গী নত্তবা লোজিক্তা চাওথংহনখি। মরী লৈনবা কাঙলুপকি স্কুলনি হায়বগী মরম ২ লৈ। (১) ঈহৌনি — জগংকি। জর্মনি, অস্ত্রিয়া, হোলাণ্ড, ইংলণ্ড অমসুং আমেরিকাগী দর্শনিকশিংনা চাওথংহনলি। খৃঃ ১৯২২-৩০ দা মসি চাওথংহনবগী থোদাং ‘Veinna Circle’ অমসুং ‘Cambridge school’ ননি। মশানা লোজিকেল পোজিটিভিজম কৌজব্রবসু থুগাইনবা মশুং মায়বা প্রোফেসর অমসুং দশনিক কয়া লৈরি। মথোইগী অঙকপা, বাহৈ, বাতা অমসুং পম্বুং তোঙান তোঙান লৈনৈ। Bertrand Russell না ‘Logical Atomism’, A.J. Ayer না ‘Logical Empiricism কৌনীই, Rudolf Carnap অমসুং Otto Neurath না Physicalism থোনলি। অপাকপা অর্থদা মরী অসি Logical Positivism কৌই। Cambridge University গী G. E. Moore অসি ঈহৌসিদা য়াওব্রবসু Logical Positivist কৌবা য়াই। মাগী নিয়ম অমসুং তারকপা ফল অদু chool অসি লিংথংপা Ludwig Wittgenstein গীপা চপমাহৈ। খ্বাইনা চংনবা নিয়ম অমা (ism) গী দর্শন নত্তে। Natural অমসুং social science (সমাজ বিজ্ঞান) তা Logico-linguistic (ন্যায়-লোনগী) ওইবা পানশিনবনি। বাহৈ শীজিন্নবা পুম্নমক অইবা অমসুং ঙাক্নবদা Specification (ময়েক শেংবা) ‘ব্যাখ্যা পীবা অমসুং থুগাইবা পায়ই। Apriori (প্রাগনুভব) ওইবদা থিউরি পীবা নত্রগা wardy windy duel (বাহৈগী অকনবা থংনবা) তৌবা পায়দে শয়া হায়রবদা জ্ঞান অসি Communication (খ্বাইদা থঙহনবা) দা শক্তোকপা পায়ই। মথোইনা তৌবহ মতভা ওনবা পায়দে। ‘And whenever they

write or speak in the way of theorizing what they are likely to do is to focus their enquiry on a particular subject, seek to unravel . Some tanged issues chisel a particular problem into details or illuminate some facts of it, drawsubtly put important distinctions between the differenl meanings of a word or a phrase, bring out the meaning of some obscure statements, or elucidate the po<sup>s</sup>sible meanings of some elliptical propositions " (মথোইনা থিউরিগী ওইনা ইবা নত্রগা ঙাঙবদা পাম্বদি অথম্নবা হীরমদা পুক্লিং থিংজনবা, মচু কিশি থোকপনি। খুৎপাইকম ওইবা সমস্যাশিংনা সমস্যা অথম্নবা অমা ইংলি, থোঁদোক কয়া ঙানথোকই, য়াহৈ নত্রগা য়াহৈ কয়ামরুমগী লোঙানবা অর্থগী ফজবা অমসুং মরুওইনা থেম্নবা অহু পুথোকই, ময়েক ৎংদনবা উৎপত্তুগী অর্থ পুথোকই নত্রগা থঙবা য়াবা য়হৈ হন্দোকপা লোজিকী য়াহৈ পরেংশিংগী ওইবা য়াবা অর্থ পুথোকই)। হায়গী লাইরিক য়ায়া পূথোকপা দর্শনিকশিংগা মসিগীগা থেয়ে। Logical Positivist তি Paper, article, monograph (লাইরিক মচা); য়াহং, মত করুবা, ব্যাখ্যা অমসুং শেমদোকপদা লাকই। মহাক অসি ইৈশ শকপা মীগা মাৈয় তৌইগুম্বসুং ঈশৈগী ময়মদা লাইরিক লেংবা নত্রগা য়ুম শাগৎপা নত্তে। ইঞ্জিনিয়ারদোনা থেসিস শাগংতে। ভাব অসিদা মথোইসি technique consconscious (নিয়মদা গ্যান চংবা) অমসুং Action minded (থবক্তা পুক্লিং চংবা) নি। অশিকপা ভাবসিদা মথোইবু দর্শনিক অমা কৌবা চুমই।

Logical Positivism অসি Positivism অমসুং Empiricism (থেংনবগী গ্যান) চৎনরকপদগী লোরকই। Socrates কি Definition (কদাইবু কৌই তাকপা) পাম্বা অমসুং শেংনা থঙবা, Comte গী Empirical ( " ) ওইনা থিবা অমসু, বৈগ্যানিক ওইনা পুথোকপদগী চপচাবদা থাজবহ য়াই।

Berkeley গী Empiricism ( " ) অসু পূক্লিং থম্বা নত্তনা য়াই। Hume গী প্রভাবনা থ্বাইদগী হেন্না তাই। মাগী approach অসু হীরম কয়াদা ইনলি। Kant না Metaphysics থাজরমদবা মখোইনা য়াম্রবসু মরম থেম্মে। Category তুগী মতে'দা অশেংবা মশক থগুলোই হায়বা Kant না উৎথি, তৌইগুম্বসুং মখোইদদি Ethics ( নীতি শাস্ত্র ), metaphysics ( থনুং কাংলোন ) জগৎকি বাংমদা লৈরিবা থিবিক কান্নদবা য়াহা'নি হায়তুনা মম্নোন থদংলি। হায়বা য়াবা নত্রগা ফোঙদোকপা য়াবতুনা পোংকি মরমদা চপচানা হায়বদগী হেন মরু ওই।

ঈহৌ অসিনা এরিষ্টোলগী নত্তবা লোজিক শীজিম্নৈ। পুমংন হুনদোকপদি নত্তে। মাগী মেথোডনা কান্নবা, মাগী empirical temper ( " কনশিনহনবা ), সাম্যান্য গ্যানবু ইকাইংম্নবা অসু লৌশিনলি। মখোইদি লাইরতুনা থ্বাইপুম্বা Logical Consistency (ন্যায়গী চানবা) দা মাগী নিয়ম হুন্দোকপা ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মখোইনা মাগী ন্যায় অতুতনা অরোইবা য়ানি হায়দে। ওম্বোক্লবা য়াবা নিয়মদা মমন থমই। খুদম ওইনা B. Russell না চংনরকপা লোজিক্কগী হেন্না কান্নবা logic of types নত্রগা Relation হায়বতু পুথোকই। Whitehead অমসুং Russell না পুথোকপা (১৯১০ - '১৫) The Principia Mathematica হায়বা লাইরিক্কা লোজিক, অঙ্ক, দর্শন অসিদা নত্তনা মহৌশাগী অমসুং সমাজগী বিগ্যান কয়াদা লালহৌপাথ। মরু ওইবা থেসিসতি লোজিক অমসুং অঙ্ক অসি মচং ওইনা অমতনি। Logic অসি অঙ্কগী অঙাং ওইরিবৈঙগীনি, অঙ্কনা লোজিক্কী অহন ওইরকপা মশকনি। অতুনা রসেলগী লোজিক্কা এরিষ্টোলদগী হেন্না চাউখৎলি। Principia Mathematica দা অঙ্ক নত্তনা মাগী লালহৌ অসি অতৈ লাইরিকশিং Our Knowledge of the External world (১৯১৪) Analysis of Mind (১৯২১) অমসুং Whitehead কি Concept of Nature (১৯২০) অমসুং Principles of Natural knowledgge (১৯১৯) দা তাকই। Mathematical Logic শীজিন্নরগা হায়গী চংনবা লোজিক্কা 'Subject

Predicate [কী মরী অদু Spinoza Liebniz, Hegel, Bradley অমসুং অতৈনা কনবা ঙমদবসু ঙমই হায়। Fxistence (লৈবা) অসি পোং অমগী মচৎ ওইবা মগুণনি হায়বসু থনবগী অয়ানবগী নাম্বোকপা ঙমই।· লোজিকী লালহৌ অসি Boole না (Laws of Thougt, ১৮৫৪) দা হৌদোকই। অমসুং Peano অমসুং Frege না ইনথি। মথোইগী মায়পাকপসি Russell অমসুং Whitehead কিগা চপ মাটে। হায়গী লোজিকগী মওং (Hegel) গী চময়বা হায়বদি Socrates is mortal (Socrates শি হায়বগা All men are mortal (মী পুম্বা শি) হায়বগা মওং থেয়রবস মায়না থম্বি উৎলি। Foundations of Mathematics (১৯৫৭) কী রিমার্ক উৎপদা Wittgenstein না Logical argument (ন্যায়গী মরৈ) প্রমানগী মওং, অনুমান অমসুং অতৈগী ইনসনবা মওং অদু মরু ওইবা মত পী। Knowledge গী সমস্যাদা য়াম্না চাওথংপা লোজিক অদু Logical Positivist শিনা পুথোকই। অদুনা Aristotle না হৌদোকপা থুগাইবা অমসুং ব্যাখ্যা তৌবদু মথোইনা য়াম্না শীজিন্নৈ। তৌইগুম্বসুং মথোইনা মতুদা পেনদে, অহেনবা পাঙ্গন ওইবা থুৎলাই অমসুং alternative (অনীগী মরক্তা অমা ওইবা) ওইবদা য়েংই।

য়াম্না মরু ওইবনা মথোইগী Linguistic approach (লোনগী নকশিনবা) নি। হায়না মসিগুম্বা মহৌসাগী অমসুং Social cience তা অমাংবা ফল পীথিত্রি। লোন শীজিন্নবা মথোইদনা অহানবা নত্তে। লোন অসি তোয়না অমসুং হীরম কয়াদগী iology (জীববিদ্যা), Psychology (মনবিগ্যান), Anthropology (মীওইবগী মরমগী বিগ্যান), Sociology (সমাজ বিদ্যা), Philology (লোনগী বিগ্যান), অমসুং গ্রামার-দগী লৈনৈ। মথোইগী মথুক্তা ফংবা অর্থওমদি মরু ওইথিদে। মরু ওইনা মথোইনা তানবদি Anything to be knowable one must be sure of its being expressible. (থওবা ঙম্বা পোৎ খুদিংমা কনাগুম্বা অমা কোওদোকপা ঙমগী শোয়দবা ওইগনি।) অর্থ লৈনমা হায়দোকপা নত্রগা

ফোঙদোকপা ঙমদবতু মহৈ য়াম্না থঙবা নত্ত্রগা তম্বা ঙমদে। Approach (চংশিনবা) অসি ইন্দুনা সমস্যা খরা মপুং ওইনা লৌথোকই (মথোইদু Pseudo-problem) নি হায়রি। লেমহৌরিবা সমস্যাশিং অদু থুগাইরগা নৈনৈ। মথক্তা নৈনবগীদি থঙলে মতুদি অমরোমদা লোন অসি য়াম্না মচা পোকপা অমসুং muddle ( লৈথোম থোকহনবা ) অমসুং সমস্যা কয়াগী হোৎকক্ষম ওইনা, অমরোমদনা মতু চুম্না শীজন্নরগা সমস্যা কয়া কোক্লবগী মরম ওইনা লেপই।

Logico-linguistic approach অসি সমস্যা কয়া লৌথোক্লবা নত্ত্রগা সমস্যা কয়া লোন চুম্না (শেংনা অমসুং ফজনা) শীজিন্নরগা কোকহনবসি য়াম্না মরু ওইবা ফল অনী পীরি। (১) মথোইগী থৃৎচৎ অসি হান্না থঙনরম্বা দর্শন, মেতাফিজিক্স অমসুং নীতি শাস্ত্রদা মাঙহনবা ভাবপী। তম্বদা মথোইসি কান্নদে হায়। Ayer না unverifiable (চুমই হায়না প্রমান তৌবা) কৌই অমসুং Wittgenstein না meaningless (অর্থ লৈতবা) কৌই। Value-judgment ( মমনগী বিচার ) কৌবসি লোজিকী রারন্ত য়াউদবা factual ( অচুম্বগী ওইবা ) নত্ত্রগা Postulational ( চুমই হায়না লৌবা ) judgment তগী লৌবনি। রাফম অসি Hume না হায়রম্বগা অমতা ওইনা তৌই। Ethics অসি Emotive Proposition (ইথক ইপোমগী স্থায় বাক্য ) নি; নীতিগী অপাম্বা, য়ানীংদবা উৎলি। মেতাফিজিক্স অমসুং এসটেতিকস্তু অর্থ য়াউদবা রাহৈ পরেং উৎলি, লোজিকেল ওইনা পীদে। মসিদা হোৎনরিবা দর্শনক অপুম্বা লোনগী Dupe ( লৌনম তৌবা ) তা কান্নদবা অর্থদা লৈরে হায়। অর্থ লৈবা রাহৈ পরেং নৈনবস্তু দর্শনগী মথৌনি। অর্থ য়াউদ্রবদি নৈনরোইদবনি।

মথক্তী নৈনবদগী থঙবদি মথোইগী মতুংইন্না অশেংবা দর্শনিক অমগী মথৌদি বিগ্যানগী Proposition ( " ) অদু থুগাইবা, অর্থ তাকপা অমসুং লোন শীজিন্নবদা economy অমসুং Effectiveness ( " ) ওইহনবনি।

পন্থুং অসি য়োবদা Logical Positivist শিংনা অকুপ্পদা খেন্নবসু থাইগী ওইবদি যাদ্রে। থুদম ওইনা Carnap না Proposition অপুম্বা মাগী Protocol statement, (অহানবা য়ানবগি তাকপা) দা ওস্থোকপগী চাংয়েংদা মায় পাক্লবদি চুমই হায়বা য়াই। Ayer না মথোই অসি (হাকথেংননা নত্রগা লাকোইননা, কন্না নত্রগা শোন্না) verify (চুমই হায়বা প্রমান) তৌবা য়ারবদি চুমই হায়। Wittgenstein না মথোই অসি meaning-giving-situation (অর্থ পীবা ফিবম) ওইরবদি চুমই হায়। Logical Positivist শিংনা রাহৈ পয়েং অপুম্বা শেংনা তাকপা অমসুং ময়েক শেংবদা ফিলোসোফিগী থাইদগী চাউবা থবক্তি হায়। দর্শন অসি definition (শন্দোক্না তাকপা) শিংদা হৌরকই।

মথোইনা দর্শনগী মথৌ অসি লাইরহনবা অমসুং ওইদবদা ওৎপা তৌহনলি। তৌইগুম্বসুং কুপথনা নৈনবদা মথৌ অসি মাঙতাক্লবা অমসুং লাইরবদি ওইদে। হিংনবগী থবক (অহিংবা পুন্সি) দা চংবা তাকপগী অমসুং Predictive (তুংগী হায়বা) ওইবগী সেনটেন্স অসি নেচরেল অমসুং Social Science শিংনা তাকই। ন্যায়গী রাহৈ পয়েংশিং অসি পুথোকপা অমসুং শীজিন্নবদা deductive (থরদা চথরকপা) অমসুং Inductive (ময়ামদা চংখৎপা) অনীমক শীজিন্নগনি। Deductive গী মওং অসি অহানবদা উৎপা general Proposition (Inductive গী মচাক) অদু নত্তনা অতৈদি analytical ওই। Inductive গী মওংদা থুগাইবা য়াওই। অদুনা মহৌশাগী অমসুং সমাজগী ওইবা বিগ্যানশিংদা থুগাইবনা মপুং ওইবা থৌদাং উৎলি। Analysis অদু লমজিংবা, কান্নহন্নবা থুংলাই থৌহনবা অসি দর্শনগী মথৌনি। Wittgenstein গী মত্তা দর্শন অসি a grammar of science (সাইন্সগী গ্রামার) নত্রগা Carnap না Logic of Science (সাইন্সগী ন্যায়) থোনলি। হায়বদি দর্শননা নিয়ম শেম্বা, বিগ্যানগী থৌদাং অদু ফজহন্নবা চংহনবনি। পুন্সি অসি চথহন্নবা

descriptive অমসুং Predictive Proposition ( তুংগী হায়বা ওয়া হায়বাকা ) উৎপনি। মরাইঁ অমদা দর্শনগী অচৌবা শেমগৎপগী ওইবা মথৌদাং লৈ।

অতোপ্পা মশক অমনা চপচাবা বিগ্যানদি দর্শনগা লাপ্পগদবনি। হায়রা শওনবদা সাইন্স হায়বসি দর্শনগী ময়েক অমা ওইনা থৈ ; দর্শনিকপু বিগ্যানগী নিংথৌ ওইনা লৌই। মথোইগী মত্তা অশংবা সাইন্সতি Apologetic ( ভাকশিনবা হায়জবা ) ওইরোই। মশাগী কিবমদা ঈকাই খুম্মৈ। অতুনা বিগ্যান অমসুং থোরক্রিবা বিষয় অতৈনা দর্শনগী তোঙানফম থোকই।

মসিদগী তাকপদি হায়রা চৎলম্বা দর্শনগী মথৌ অতু করিসু লৈত্রে। মথোই অয়াম্বা অর্থ লৈতবা মরাইঁ পরেংদা লৈনরে। হায়রা দর্শনগী মসুং চনলম্বা ইকোনোমিক্স, সোসিওলোজি, সাইকোলোজি, Statistics ( চাং নাইনা শেম্বা হীরম ) হৌজিক্তি ওইদ্রে। অনৌবা হীরম কয়া চোংথোরক্রে। ফিলোসোফিগী মথৌ করি লৈহৌরি? মথোইগী মত্তা দর্শন অসি মথৌ তৌবদা মতিক চাদবদা নত্তনা তৌনিংঙাই লৈত্তে থনলি। মসিনা থরদং তৌনীংবহু বিগ্যানশিংনা ঈকোম কোম্না তৌখ্রে।

মথোইগী মত্তা সমস্যা পুম্বা Logico-Linguistic approach ( " চংশিনবা ) তা কোকহনবা ওমই। Logic-chopping (ককপা) অমসুং utopia শাগৎপতু হস্থহনবা নত্রগা তোকহনবা য়াই। বিগ্যানশিংনা হেম্না চেৎলি। মথোইগী নিয়ম ইনবনা বিগ্যান অয়াম্বা quantitative operation অমসুং statistical treatment ( অঙ্কগী লৈনবা ) দা য়াই। মসি য়াদ্রিবহু মীগী causation ( ময়ামগী লৈনবা ) দা শেংদবা অমসুং চময়বা মচাক কয়া লৈবননি। চময়বনা থিউরীদা চৎহনবা ময়েক শেংদবা অমসুং সমস্যা কয়া থোকহনলকই। Logical Positivist গী নিয়ম অসি Social Science শিংগী method, সমস্যা অমসুং পুথোকপা কয়াগী মচেৎ অমসুং মশক্তা প্রভাব তাহনলি।

স্কুল অসিদা কাওলুপ কয়া লৈরবসু মথাগী থরসিদা মাম্মৈ।

(১) জ্ঞান পুম্বা Expressible ওইরিবমথৈ থঙগনি। গ্যান অসি

খণ্ডিবসি লোজিকি অয়ানবা, লোনগী চময়বা অমস্নং অশেংবা বাহংবা শাসিন্নবা বাহংগা থেন্নবা ঙমদবননি।

(২) Logico-Linguistic approach অমস্নং নিয়ম ইন্দুনা মহো-শাগী অমস্নং সমাজগী বিগ্যান কয়া তম্বা ঙমই। লোনগী থোঙচংনা মচু খঙবা ঙম্বগী নৈনদ্রিইঙৈদা ফোংদোকহনলি। Logical Method না মাগী পুথোকপা অমস্নং পানশিল্পবদা non Aristotlian ( Aristotle গী নত্তবা ) মত ওই।

(৩) Hume না থনম্বি মখোইনা য়াই অমস্নং পুথোকই। অশেংবা Metaphysics, Epistemology, Ethics, Psychology অমস্নং Causa-tion অমস্নং Induction ফংদে হায়বহু য়াই।

(৪) Logico-Linguistic approach অমস্নং Hume না থনম্বহু চংপনা হান্না ঈকাই খুম্নরম্বা দর্শনগী শরক অয়াম্বা অর্থ লৈতবনি অমস্নং তম্বদা কাম্নদে হায়।

(৫) দর্শনবু অহেনবা বিগ্যান ওইবহু তোকহন্দুনা থুগাইবা অমস্নং লোন তাকপা; গ্যান অসি Communic tion ( থ্বাইদা থঙহনবা ) হেন-হনবদা কান্নবা থুংলাই ওইহনলি।

---

# [২] Wittgenstein গী লোজিকেল পোজিতিভিজম

অতৈ School দগী Wittgenstein গীনা পাকপা হেনলি। মহাক্না Metaphysics অমস্নং Ethics তা চথবা মওং অহু থিংদ্রেং পাকপা, খঙবা ওইবা অমস্নং থম্বনিঙাই ওইবা ফংই। মাগী মত নৈনবদা দরকার লৈন্নিব-মথৈ অতৈ School গীস্থ য়াউগনি।

Wittgenstein না Philosophy হায়বসি লোনগী সমালোচনা

অমসুং দর্শনিক্না মংগী নৈনবা মীনি। হায়রিদি মসি অঙ্ক, Physics, Chemistry, Biology, Psychology, Sociology নচিংবা লোইনা য়াউই হায়বতু য়াদে। দর্শন শাস্ত্রবু থাক্সবগী মওং, নিয়মশিংগী Set, পুশিংগী লম্বী নত্রগা মিংয়েং কৌবস্থ য়াদে। মতোন্দদি দর্শন অসি বিগ্যানগী গ্রামার (নত্রগা লোজিক্কী) নি অমসুং দর্শন শাস্ত্রগী মথোদি লোন অসি অর্থ লৈনা শীজিন্নবনি। Communication অসি হেনহন্দুনা বিগ্যান চাওথং-হনবনি। লোন চুম্না শীজিন্নবনি। মতোন্দদি দর্শনগী সমস্যা পুম্বা লোনগী চময়বা ( তৌশিন্নবা সমস্যা ) ডাক্তনি। মরমদি লোন হায়বসি Communication ( থওহনবা ) গী মপূং ফাদবা পাম্বৈ অমসুং দর্শনিকশিংনা লোনগী Dupe ( মীনম্বা ) নি। লোন মশাগী মওং, শেমগৎলোন অত্থ অর্থ য়ান্না লৈবা নত্রগা শোয়ব্রা নত্রগা দর্শনিকশিংনা শীজিন্নবদা কায়ব্রা হায়বতু নৈনবা কান্নদ্রে। অশোয়বা অমসুং অর্থ য়ান্না থোকপনা থাদোকপদা অপনবা পীরি। মাগী মতুংইন্না কান্নদবা (অর্থ লৈতবা) অসি দর্শনগী ওইনা থোক্লকপসি মীনা শাসিন্নবা রাহংশিংগী শাসিন্নবা পাউথ্ম পীবা অমসুং ভাবনা শাবা ( শাসিন্নবা ) থৎনবত্থ বিচার তৌবননি। মসিগুম্বা শাসিন্নবা রাহংশিং, য়েৎনবশিং অমসুং চীংনবশিং অত্থ কোকহন্দুনা সাইন্সতা কান্নহনগে হায়রবদি অর্থচেনবা রাহংশিং অমসুং পাউথ্মশিং ফংবনি। অর্থ চেনবসি মাগী School দা কান্নবদা নত্তনা সাইন্স মরেক শেংনা নত্রগা পোৎপনা অর্থ অত্থ চংবমথৈ দরকার ওই। মসি হায়মনবা থোক্লোই। বিগ্যানগী Definition অত্থনা ময়ামবু য়াহল্লবদি শাসিন্নবা বিগ্যান ওইদ্রে। খুদিংমক Definition ( ওমথৈ তাকপা ) দা ওনলকই; য়ানত্রিবা অপূম্বা য়ানত্রিবা পার্টি অনীমক্না রাহৈশিংগী Definition অমসুং মথোইনা শীজিন্নবা অত্থ য়ানরবদি য়ানদবা লৈরম্বা মাওথি।

অত্থনা Wittgenstein না অর্থগী রাহং অমসুং মত্থ মপূংফানা থুম্বদা পূক্লিং চংই। মাগী মত্তা meaning of meaning ( অর্থগী অর্থ ) হংবা

অসি অর্থগী criterion ( অচুম চুমদা লেপ্পা ) হংবনি। ঐখোইনা নংনা হায়রিবা নত্রগা তৌরিবতুগী অর্থ করিনো হংলবদি নংনা হায়রিবা নত্রগা তৌরিবতুগী criterion ( চাংয়েংনবা খুদম ) হংবনি। অর্থবু Demand (দাবী তৌরিবা) তৌবগা Definition ( ” ) গী demand গা মান্নৈ অমসুং Definition অদু Demand তৌবগা criterion ( চাংয়েং খুদম ) তানবগা অমতনি। অচম্বা বাহৈদা অর্থনা criterion নত্রগা criteria গী বাংমদা করিসু নৈনদে। অর্থ অসি criteria দা লেমহৌবা য়াউদনা ওস্থোকপা অসিনা Wittgenstein গী Positivism অসিগী ক্রিতিক পূম্বা ওইহন্দে।

Meaning গী Criteria ( চাংয়েং খুদমশিং ) থনবগী বাহংদা Wittgenstein না হংলি, “অর্থ অসি define ( মশক তাকপা ) তৌনবগী খাইদগী অফবা criterion ( „ ) করিনো? বাহং অসি পাউখুম পীনবা মানা হায়বদি common sense ( খাইগী ভাব ) গী শিজিন্নবগী criterion ( ” ) না খাইদগী ফৈ হায়রি। করিগুম্ব criterion থম্বা শুপনম ওইনা কনাগুম্বনা থনলে অমসুং মতু লোন্দা নমশিনলে। মসিগুম্বা criteria থনবা মওং অসি শুপনম ওইবদা নত্তনা মসি থনলিবা মথোইতুদা দরকার নৈবা অমসুং কান্নবা পী। মী থম্বনা মীওইববু define তৌবদা মী অমনা মীওইবদি ফুট ৭ বাংই হায়রগা পেনলি, অদু ওইরবদি অনেম্বা মী কয়া মী ওইদবা তারে, তৌইগুম্বসুং criterion (চাংয়েং খুদম) মওং অসিনা মসিদা লেপপা মীদদি অথন্নবা কান্নবা পী।

(১) Wittgenstein গী মতুং ইন্না মীনা শীজিন্নবা ( scientist য়াউনা চুম্নগী criterion অদু ঐখোইনা থনগনি। মসিগুম্বা criterion অদু মশা মথন্তদা কান্নবা য়াই। হায়বদি ফোঙদোক বাহৈ অমা নত্রগা ন্যায়গী বাহৈ পরেং অমা ( Statement ) শীজিন্নবা য়ারবদি কান্নৈ। শীজিন্নবা য়াদ্রবদি কায়দে। Proposition ( ন্যায় বাক্য ) অমা অর্থ নৈনবা শীজিন্নবা য়াগনি। ঐখোইনা চেকশিনগদবনা শীজিন্নবা হায়বসি চুম্না শীজিন্নবনি—সুংতিগী,

থাইগী অমসুং বৈজ্ঞানিক ওইবা মীগী ওইনা শীজিন্নবনি। থোইদোক হেন্দোক্না নত্রগা exclusive ( মনুং চনবা ) ওইনা শীজিন্নবা নত্তে।

(২) শীজিন্নবা হায়বসি Pragmatic ( কান্নবা ) শীজিন্নবা মওং নত্তে। হায়বদি ৱাহৈশিং অসি হায়গী অর্থ অদু উৎনবা, লোৎনবা, মশক থীহন্নবদা অকবা নত্রগা ফত্তবা পন্থুংগী দমক শীজিন্নবা য়াই। মসিগুম্বা মশীজিন্না অসি কূটনীতিগী মীওই, উকিলশিং, Sophist অমসুং rhetorician ( অলংকার হৈবা ) শিংনা অর্থ কয়া থোক্নবা শীজিন্নবা য়াই। মসিগুম্না শীজিন্নবসি Wittgen tein না পামদে।

(৩) Meaning ( অর্থ ) অসি criterion ( চাংয়েং খুদম ) গী ভাবতা শীজিন্নবা মরম অমা লৈরি। মরমদি অর্থ হায়বসি noun নত্তে ( গ্রামার স্কুলগী মত্তা ) তৌইগুমসুং adjective ( মগুণ ফোঙবা ) নি। অদুনা Meaning হায়বসি meaning লৈত্তে। অর্থনা অসি লোজিকী ৱাহৈ পরেং নত্রগা চুমগী ৱাহৈ পরেং থরগী অর্থ চেনবা কালদা অর্থ লৈ। মাগী অরুম্বা করিনো নত্রগা লংগণগা বোম্মেগা কয়াম লাপ্পে হায়বদি খুম্বা লাই মরমদি value adjective ( মমনগী মগুণ তাকপা ) অমসুং value judgment (মথল বিচার) ফোংদোকই। Meaning ( অর্থ ) গী Meaning (অর্থ) করিনো হায়বদি চুম্না থুম্বা ওমদে। অরুম্বা অমসুং অরাপপা ওনবগুম্না meaning ওনবা ওমদে। Meaning of meaning ( অর্থগী অর্থ ) হায়রগা ফজবা, অকবা করিনো হায়বগা চপমাৈ। Criterion গী ৱাহংনি। ৱাহৈ পরেং অদু অর্থ লৈ, করৈ অমসুং কাৈ হায়বসিনা criteria তানলি। মতৌ অসিগুম্না ঐথোই অমুক হন্না শীজিন্নবগী সমস্যাদা হায়বদি ৱাহৈশিং অসি অচম্বা মীওই অমসুং বৈজ্ঞানিকশিংনা কয়ম্না শীজিন্নবগে হায়বদা য়োরকই। মসি কুপনা নৈনগনি।

(৪) Wittgenstein না লোজিকি ৱাহৈ পরেং অমা নত্রগা ফোংদোকবা অমগী অর্থ অদু ৱাহৈ অদু তম্বা চপচাবা লম্বীদা শীজিন্নবগী লম্বীনা

Define তৌগনি হায়। অঙাংদা রাহৈ তম্বীবসি পোৎ উৎলগা রাহৈনা তাকপঙ্-গী মতেংনি। লাইরিক অমা উহল্লগা মতু লাইরিক কৌই উৎকনি। মচু কয়াগী মথুম কয়াগী লাইরিক উহনগনি। মমৈদা লাইরিক হায়বতু করিনো খঙলকই। অচম্বা অমসুং ময়াম্না শীজিন্নবা রাহৈদা লাইরিক করিনো হায়বতু মানা থঙই। থোইদোক হেন্দোকপা অমসুং exclusive (মসুং চন্দবা) ওইনা শীজিন্নবদা থ্বাইনা থঙলোই। লাইরিক হায়বসি কনাগুম্বা অমনা য়েংশিনবগী অর্থদা শীজিন্নবদা অঙাংনা থঙলোই। Code language ( আইনগী লোন ) গুম্বা মতৌন্দা অথুপপা ওইরকনি।

Wittgenstein গী মতুংইন্না লোন্দা রাহৈ শীজিন্নবসি লম্বী অহুমথক্তা তম্বীবা থেংনৈ: (i) Verbal definition (মীনা শন্দোক্লা তাকপা (মী হায়বসি লৌশিং নৈবা জীবনি)। (ii) Descriptive Ostentation (শন্দোকপগী উৎপা পাম্বা)—উনগী মী হায়বসি উন্দা নৈবা মীনি, লাইনা উদে অমসুং abominable (তুক্কচনবা ওইবা) ওই অসিনচিংবা। (iii) Demonstrative Ostentation (তাক্লবগী উৎথোকপা) (মী অমদা থীনহ্ননা তাকপা অমসুং হায়বা, মসি মী অমনি)।

মেথোড অহুম অসি অঙাং অমগী গ্যান চাওখৎলকপগা চান্নবা শীজিন্নবা নৈ। Verbal definition (চীম্না শন্দোকপা) অসি কলেজ ছাত্রশিংগীদা কান্নি নম্বর (ii) না School গী অঙাংশিংদা অমসুং নম্বর (iii) না Kindergarten class তা চংলি।

(৫) অমুকহন্না শীজিন্নবদা Wittgenstein না ইচম চম্বা ব্যাকরণগী চপচাবা নত্রগা Syntactical (রাহৈ পরেং শেম্বগী মওং) চাশিন্নবা উত্তে। থ্বাইদগী মরুওইবা পোইন্তদি লোনগী system দা মসিনা অচৌবা থোদাং লৌই। মানা শীজিন্নবা রাহৈদা Language game (লোমগী শান্নবা) দা রাহৈশিং নত্রগা শীজিন্নবশিংগী মকম চাউনা নৈ। অমরোমদা গ্রামারগী আইনশিং অমসুং syntax (রাহৈ পরেং শেম্বগী মওং) অতোপ্পদা লোনগী

আইনশিং খুৎশয়না চংমিন্নবা অহানবগীদি য়াম্না কৈ; তোইগুম্বসুং অকোনবগীগা খুৎশয়না চংমিন্নবা ঙমজ্রবদি অহানবগীসি থাংদগী ফংলক্কবা ওই। হায়বদি পাদৈ য়াম্না শীজিন্নরেনা কনাগুম্বনা গ্রামারগী আইনশিং অমসুং Syntax অং লোনগী আইন ওইনা থমগনি। অকোনবগীসিগী মাময়োক্তা থয়োই। গ্রামারগী রুলশিং অমসুং Syntax কা অতোপপদা লোনগী নিয়মগী আইনগা করুরবদি অকোনবগী না মথক থোংগনি। মরমদি Language System গী আইন অদু ঙাক্তবদি ৱাহৈ পরেং পুন্নমক গ্রামার গী আইন অমসুং Syntax থন্নবস্থ অর্থ লৈতে। অসিগুম্বা ফীবমদা, অর্থ চেনবা ৱাহৈ পরেংশিং লৈবনা গ্রামারগী আইন অমসুং syntax তগী লাপথোক্লবস্থ হেনলকই। 'Brutus না Caesar' হাংলি, হায়বসি গ্রামার গী আইন, syntax অমসুং লোনগী নিয়মদা চুমই Meaningful ওই। তোইগুম্বসুং Eternity killed Caesar (মতমপুন্বগী ওইবনা সিজার হাংলম্মী।) হায়বসি grammar অমসুং syntax চুন্নবস্থ লোনগী নিয়ম কাইবনা অর্থ থোক্তে। অমরোমদা বিঃএ পাস তৌদ্রবা অনীনা চাকলেন চাই হায়বসি গ্রামারগী আইন থুগাইন্নবস্থ চুমই, অর্থ থোকই লোনগী মওং থমই। (৬) Use=শীজিন্নবা হায়বসি শব্দোক্না হায়বা তাই। ৱাহৈ অমা শীজিন্না হায়বদি মতু describable situation (শব্দোকপগী ফিবম) দা refer তৌই। Wittgenstein না situation (ফিবম) হায়বসি পোৎশকশিং, থোদোকশিং থবকশিং, অমসুং মথোইগী মরী লৈনবা কাঙলুপ অমনি হায়। শব্দোক্না তাকপা য়াবা ফিবম হায়বসি অম্না ব্যাখ্যা তৌই। (১) Situation হায়সি মথন অমগী Situation (ফিবম) নত্তে। অর্থ পীবা ফিবম লৈরবদি ফীবম কয়া অমা লৈবা য়াই। (২) অনীদা situation হায়বসি মন্নুং মপাল নত্রগা থুদমগী ওইবা (Symbolic) য়াই। ইন্দ্রিগী খৎলাইশিং নত্রগা পুক্লিংগী ফিবমনা নত্রগা পুক্লিং মন্নুংদা য়েংবনা উবা ঙম্বা থেংনবা গ্যানগী ফিবম কয়া লৈবা য়াই। Wittgenstein না য়েংনবা গ্যানগী ফিবমগা থুদম উংপা

ফিবমদা অমীগী থেরবা থমই। Symbolic situation (খুদম্না উংপা ফিবম) দি geometrical theorem (জ্যামিত্রিগী প্রমান তৌগদবা বারোল মত্রগা Algebracal equation (অলজেবরাগী মাররা) হায়বদি ক²—খ² হায়বদি (ক+খ) (ক—খ) মাহৈ হায়বগুম্বনি। মথোইনা ইস্ত্রিনা থেংনবা নত্রগা introspection (পুক্নুংদা থনবা) গী থৌদোক অনীমক্তা উত্তে। মথোইনা অকগী :নিয়ম অমদা থিনলি। (iii) দা— ফিবম অমা চপচানা ওইবা নত্রগা ওইবা য়াবা হায়রি। চপচানা ওইবগীদি মরেক শেংলে। চপচাবা ফিবমদি মসুংগী, মপানগী নত্রগা তশেংনা ংদমগী ওইবা য়াই। ওইবা য়াবা ফিবমনা Wittgenstein না ইস্ত্রিনা ফংবা গ্যানগী ফিবমদা নত্তনা Logically possible situation (ন্যায়গী ওইবা ঙম্বা ফিবম ওইবা য়াই। ইস্ত্রিনা ফংবা গ্যানগী ফিবমদি মহৌশাগী empirical আইননা চানবা অমসুং তুংদগী চপচানা থোক্লকদবনি। লোজিকী ওইবা য়াবা ফিবমদি মতমগী খতুংদা শুপথোক থোক্তবা য়াই। ন্যায়গী ওইবা য়াবা ফিবমদি কলপনাদা থনবা ঙম্বা, কলপনাদা শেমগংপা ঙম্বনি। ফিবম অদু ভাবনা শাবা অমসুং তাকপা ঙম্বনি। তাকপা ঙম্বদি acid test বাহংনা লেপই : "বাহৈ পরেং অমা (হংনরিবা) অর্থ লৈ হায়বসি করিনো?" "Fractions attacked me in the bathroom (মচেৎ মকায়শিংনা ঐবু ইরুনবা কাদা লাকশিন্নী) নত্রগা Equations attend race meetings (মায়বনা লমজেনগী মীকম য়াউই।) অসি অর্থ লৈ হায়রবদি Wittgenstein না হংলি, মথকী বাহৈ পরেংশিং অসি অর্থ লৈনা তাকপা ঙমদে। "What is it like ···· ? (মসিবু করি মানলী?) শন্দোক্লা তাকপগী criterion (চাংরেং বারোল) তাকপা ঙমদে। য়াগী মত্তা তাকপা ঙম্বা হায়বসি বাহৈ পরেং অমগী শাগংলিবা মচাকশিংদা নত্তনা মথোইগী মরী লৈনবদু উংলি। মথকী খুদমশিং অসিদা শাগংলিবা মচাকশিং অদুগী মরী লৈনবা ঐথোইনা খঙনবা গ্যানদা তাকপা ঙমদে। অদুনা ফোঙদোক বাহৈ নত্রগা লোজিক্কি বাহৈ পরেং অমা অদু শন্দোক্লা

তাকপা মাবা ফিবমদা refer তৌরবদি অর্থ লৈ। কোড়দোকপা মাংখ নত্রগা লোজিকি বাহৈ পরেং অদু 'শব্দোক্না তাকপা ওবা ফিবমদা উৎলবদি অর্থ লৈ। অতোপ্পা বাহৈদা অর্থ হায়বসি 'Putatively meaningful Proposition's ability to refer to a describable situation. (অতুম্বা ওইবা মাবা অর্থ লৈবা হায়বগী বাহৈ পরেংশিংগী তৌবা ওবনা তাকপা ওবা ফিবমদা উৎপা) কৌই।

অর্থ অমসুং অচুম্বা Wittgenstein গী মত্তা লোজিকি বাহৈ পরেংশিংগী অচুম্বা অমসুং অরানবা চাংদমনগা লায়না পণ্ডবা ওমই। Wittgenstein Correspondence theory of truth (অচুম্বগী চারবা মত) তা থাজবা নী। মসিনা উৎপদি লোজিকি বাহৈ পরেং অমা থোৌদোক্না চায়রবদি চুমই নত্রবদি লানলি হায়। লোজিক বাহৈ পরেং অমা লালবসু অর্থ চেনবা য়াই। অর্থ লৈতবা বাহৈ পরেং অদু চুমই হায়বসু য়াদে, লানলি হায়বসু য়াদে। দরকার লৈতে। অচুম অরানগী নৈনফমগী বাফমদা লৈ। মত অসিদা অর্থ চেনবা হায়বসিনা অচুম্বগী হেনলি। অমীবা বাহৈপরেংগী truth value হায়না থনসি। Wittgenstein গী মত্তা অর্থ অমসুং অচুম্বা হায়বসি Proposition অমগী মনিঙ ওম্বা লন অনিনি। লোজিকি বাহৈ পরেং অমগী Truth value না মদু অর্থ লৈ হায়বাস মখানা থনলে।

Wittgenstein দদি লোজিকি বাহৈ পরেং অমগী অর্থ অসি 'শব্দোক্না তাকপা ওম্বা ফিবমদা refer তৌই। Ayer দদি অর্থ অদু verify (চুমই হায়বা প্রমান) তৌব ওম্বা (কন্না নত্রগা তপ্পা, হাকথেংননা নত্রগা কোয়থোক্না) অসিনি। Wittgenstein না তৌবগুম্বা চপমান্নবা বাহৈগী set শীজিন্নদে। বাখোই তারকপদি চপ মান্নৈ। তৌইগুমসুং কুপথবদ থেন্নবসু থেংনৈ। (১) Ayer গী মত্তা ফিলোসোফিগী থুগাইবনা তানজিবসি ওইব য়াবা লোজিকি বাহৈপরেং শেম্বনি। Wittgenstein গীনা থুগাইবগী পদুংদগী অহানবদা অর্থ লৈবা বাহৈ পরেং মথংদা অচুম্বা বাহৈপরেং শেম্বনি।

Ayer না অর্থনা অতুক হাক্না থওইদে। অচুবা মেংনবা পীবা য়াইদ্রে পরেংশিং অদু অর্থ মথম মথেল করা লৈবা য়াই। অদৈগী meaning গী অর্থ খেৎনবা ওইনা মহাক্না Literal meaning (চপচাবা অর্থ) কায়বশি পীজিরে। হ্গাইনা verify তৌবা য়াবদা মানা factual meaning থোকশি। মশি Wittgenstein না হুৎনগী ওইবা থোকশি। অমুনা literal (বাইহেগী অর্থ) ওইনা অর্থ চেনবা বাহৈ পরে' অদু verify তৌরগা চুপ্পা নত্রগা লানথা য় ই। কুপথনা লৈনবদা অর্থ কয়িরো হায়বদা মানা Sidetrack (নাকনগী খোঙলম) নত্রগা dodge (নাহোকপা) তৌরে। মাবা Language, Truth and Logic (Yollancz, London, Second Edition, 1946) দা পীবা মত অদু চৎপনি। মানা হায়বা "there was at least one proper use of the word, 'meaning' in which it would be incorrect to say that a statement was meaningful unless it satisfied the principle of verification" (অর্থগী চপচাবা য়ামত্রবদা পীজিরকশি থমই হায়বগী প্রমাণ পেনহত্রবদি কয়িগুম্বা অমা অর্থ লৈ হায়বা লাবজি।) হায়বদি অর্থ তাকপদা positive ওইবা খোঙথাং লৌদে। Define তৌদনা হন্দোক্লম্বনি। Haystack (মতোনবুথ্রা য়ুংনবা) তা য়েংতুম লৈ হায়রগা মদু লৌ থাগুবগুম্বনি। Meaning গী তোঙান তোঙানবা অর্থগী মচুংদা verify তৌগদৌরিবা বাহৈ পদেং অদু অর্থ অমদি লৈগনি হায়বদু তাকলো লৈতে, মসি মাগী অশোয়বনি।

২। অরাংপসি মেনথংলবদি লেমহৌরিবা মাগী মত পুম্বা য়ারে। অর্থগী বাহং লেপ্পবদি Meaningful (অর্থ য়াউবা) ওইবা বাহৈ পদেং অদু verify তৌবদু লাইরে। নিয়ম অমা verify (চুম্বগী প্রমাণ) তৌবসি হাকথেংননা নত্রগা নাকোইননা অর্থ থোকই হায়না verify তৌবনি। হাকথেংননা verify তৌবা হায়বসি অসুম্না পনবনি—"directly verifiable if it is either or itself an observation statement, or is such

at in conjunction with one or more observation statements it entails at least one observation statement which is not ded cible from these other premises alone." ( হাকথেংনবা প্রমাণ পীবসি মসু মখন্তনা observation তাক্লবা নত্রগা অনী নত্রগা হেনবা য়েংনবগী কোঙদোকপন্থগা পুন্না বামত্রবা য়েংনবগী কোঙদোক্লকই মাগনি। য়েংনবগী কোঙদোকপন্থ অতোপ্পা premise তদগী ( বামাংদা উৎপা বাহৈ পরেংদগী লোথোকপা ওইরোই )। নাকোইননা verify তৌবসি ফিবম থরসি পেলহনগদবনি "first, that in conjunction with certain other premises it entails one or more directly verifiable statements which are not deducib'e from these other premises alone, secondly, that these premises do not include only statement that is not either ana ytic, or directly verifiable, or capable of being independently estab ished as indirectly verifiable" অহানবদা করিগুম্বা অতোপ্পা পীথোকপা বামাংগী বাহৈ পরেংশিংগা লোয়নना মসিনা অতোপ্পা premise শিংদগী যুক্তিনা ফংবা নত্তবা verify তৌবা ঙম্বা statement ( ইহনা কোঙদোকপা ) অমা নত্রগা মতুদগী হেনবদা মতুং চলহনলি। অনীশুরকপদা মমাংদা হায়রিবা পীথোকপা বাহৈ পরেংশিংনা থুগাইবা য়াদবা নত্রগা হাকথেংননা প্রমাণ উৎপা নত্রগা হাকথেংনত্রবস্থ নাকোইননা প্রমাণ উৎপা ঙম্বা নত্রবদি মতুং চলহনদে। Ayer না অকনবা verification অমসুং অশোনবা verification ( চুমত্রা য়েংবা ) অনী পনখ্র। মাগী অচুম্বা অহু থেংনবা জ্ঞানদা বারোই ওইনা লিংথংলবদি কন্না verify তৌবা কোরে। অচুম্বা অহু ওইবা য়ানা লিংলগা শোম্না প্রমাণ তৌই। মানা পীরিবা অকনবা verification অসিনা মাগী ফিবম শোইহল্লকই। মানা পনবদি লোজিকী বাহৈ পরেং অপুম্বা ( basic নত্রগা synthetic ) emperical hypothesis

( খেংনবগী ভাবনা শাবা ) নি হায়বদি পুরকোই লোইনা প্রমাণ তৌবা য়াদে। Experience না তৌরকপনা লেপ্পনা verification তৌরকই। থয়োই ওথাই অমদা থয়া reserve তৌনা হায়রি—Basic ওইবা statement পুম্বা কয়া verify তৌবা য়াই ; মথোইনা statement পুম্বা empirical hypothesis নি হায়বস্থ তাক্লে। হায়বদি কয়া verify তৌবগী Degree নত্রগা extent য়াউই। অকনবা verification হায়বসিনা non-basic statement পু verify তৌবগী rule out ত্তা কনদি তৌই-শুবমুং basic statement কিদি verification দা rule out (য়াউহন্দবা) তৌবদা পংকন কন্দে। মসিনা মাগী বাঙাঙ হায়বদি statement পুম্বা ( basic ) য়াউনা empirical hypothesis ( ভাবনা শাবা ) নি হায়বত্থ কনখিনবা বাঙাঙনি।

৩। মথক্কী নৈনবদগী ময়েক শেংলে (i) Wittgenstein না তৌবগুম্বা Ayer না 'correspondence theory of truth' ( অচুম্বগী চাম্বা মত ) শেংনা য়াদে।

(ii) লোজিক্কী বাহৈ পরে'গী অর্থ অমসুং অচুম্বা অত্থ মানা শেংনা তাক্লে। অর্থগী মওং ভাবনা লৌরে, মথংদা verify ( " ) তৌবা য়াবগী অচুম-অরান্দা নৈনরে।

(iii) Ayer না verify ( " ) তৌনবগী চপচাবা মওং অত্থ চেংনা অমসুং থাজবা ওইদ্রে। চপচানা verify ( " ) তৌবসি মানা হায়বা observation statement ( কুপ্পা য়ে'বগী মওং ) গী মতেংনা চপচানা নত্রগা ওইবা য়াবা observation ( কুপ্পা য়েংবা ) অত্থ থমগনি। য়েংবা য়াবা statement দা যুক্কম ওইরিবা sense content ( ইন্দ্রিয়গী কংবগী মচাক ) অত্থ চপচানা লোক্তে, শন্দোক্না তাকপা, মওং লেপ্পা ওইদে। থোক্লিবা sense content অত্থ কদাইবু কৌবগে থনবা ওমত্রবা নত্রগা মওং অত্থ ককপা ওমত্রবদি statement অত্থ represent তৌই হায়বা ওবদে।

Ayer গী মত্তা observation statement alternative কয়া কংহনা sense content ( " ) অহু চপচানা দাবী তৌবা য়াই। "And this means that there is never any set of observation statement of which it can truly be said that precisely they are entailed by any given statement about a material thing " ( "অমসুং মসিনা ভাকপদি পোংশক উবা ঙম্বা অমগী মরমদা অপীবা বাহোয়া ফল ওইনা মমুং চংহবা মরেক শেংনা উৎপা observation statement কয়িমত্তা লৈতে হায়বনি।") চাংদমবনা Wittgenstein গী মতনা লেপ্পনা থাজবা য়াবা অমসুং ফজবা হেনলি।

(iv) Wittgenstein না লেপ্পা 'ভাকপা ঙম্বা ফিবম' ( logical situation ) হেপ্পা পাকপা অমসুং য়াউবা হেনলি। Ayer না চংলিবা verify তৌনবা থেংনবা ফিবমদগী ভাকপা ঙম্বা ফিবম হেপ্পা য়াউই। ভাকপা ঙম্বা ফিবমদা ইন্দ্রিনা থেংনবদা নত্তনা মচুদগী হেন্দোকপস্থ য়াউই। মথন্তা ককপা য়াবা Ayer গী নিয়ম ( statement পুম্বা basic য়াউনা Empirical hypothesis ) হায়বস্তুনা থাজহনবা ঙমদে।

ঐখোইনা Richard অমসুং Ogden, অমসুং Karl Popper গী মত পনবা য়াই। Richard অমসুং Ogden না মখোইগী মমি' চংলবা লাইরিক "Meaning of Meaning" ( ১৯৫৬, তরাশুবা ইদিসন ) গী লামাই ১৫৮-২০৮ দা 'meaning of meaning' নৈনৈ। মখোইনা হায়রিবদি বাহৈশিং নত্রগা খুদমশিংনা পোংশকশিংদা refer ( উৎপা ) তৌরিবস্থ অর্থ নৈতে। কয়ম্বা খুদমনা কয়ম্বা পোত্তা refer ( " ) হায়বস্থ পুক্রিংনা লেপই। খুদমগা পোংশকা লাপ্পবস্থ পুক্রিংনা মেনশিনলি। মখোইনা পোং ( thing ) হায়রিবসিগা Wittgenstein না situation ( ফিবম ) হায়রিবসিগা মাররা, মখোইনা পুক্রিংনা লেপপা ( করি খুদমনা করি পোত্তা refer তৌবা হায়বসিগা Wittgenstein না শীজিয়বা লোনগী আইন খঙবা ( ভাকপা ঙম্বা মকমদা refer তৌনবা রাহৈ শীজিয়বা ) অসিগা মাররা হায়বস্থ শেংদে।

লাইরিক লেংবা অনীসিগা Wittgenst in গা শুদম হায়রবসি apriori (থেংনব্রিটৈগী মমাং) অর্থ লৈতে হায়রবসিদা মাইগ্নে। (Richard অমসুং Ogd n না পুক্লিংনা মেনত্রিবমথৈ অমসুং Wittgenstein না লোনগী system গী আইন থগত্রিবমথৈ।)

Karl Popper না খৃঃ ১৯৬০ দা Logic of Scientific Discovery ফোঙদুনা theory of falsibility (লালহনবগী মত) পুথোকখি। মত অসিগী মতুংইন্না অচৎপা মত অমনা মতু valid (চুম্বা) ওই হায়নবা Potentially false (লাল্লকবা মনুংদা য়াউবা) ওইবা থুদম নত্রগা ইচমচম্না লানবা য়াবা ষাহৈ পরেংশিংগী চুমদবা উৎকদবনি। তোইগুমমসুং মত অসি মশোয়বা কয়া লৈরি। মসিনা ঐথোইবু 'Infinite existential' (ভমথৈ নাইদবা হিংবগী মওং) গী ষাহৈ পরেং অহ্ য়াহন্দে ; মতু affirm তোইন্দবনা মসি negative (ওইদবা) ওইহনলি। There are no abominable snowmen in the Himalayas (হীমালয়দা হঙ্গোইনিঙাই ওইবা উনগী উনগী মী লৈতে) থনহন্দরে মরমদি ঐথোইনা থনবতু Snowmen (উনগী মী) লৈবনা চুমহন্ত্রে। তোইগুমসুং There are abominable snow-men in the Himalayas (হীমালয়দা হঙ্গোইনিঙাই ওইবা উনগী মী লৈ।) হায়বদি affirm তোইনলি মরমদি উনগী মীশিং পুথোকপনা ঐথোইগী থাজবতু লালহন্দে। মতুনা মসি presume (ভাবনা শাবা) তোই। Ayer দদি মসি metaphysics য়াউরক্লে।

(৩) Metaphysics অমসুং Ethics (থমুং কাংলোন অমসুং নীতিশাস্ত্র) তা Wittgenstein

মেতাফিজিক্স অমসুং মরী লৈনবা শাইসন্দিংদা Wittgenstein গী অর্থ লেপ্পা মওং অসি প্রভাব কয়া থোকহনলি তোইগুমসুং Ayer গী verification (চুমই হায়বা প্রমাণ) গী মওংদগী থরা হত্বা অমসুং তাইশিন্নবা য়াদবা উই। মেতাফিজিক্সকা অনীগুম্নকপদা লেপপা (খৃঃ ১৯৩৭) কীবরগা

চাবৈ। খৃ: ১৯২২ দা মাগী লাইরিক Logico-Philosophicus Tractatus তা লেপথিবতু খৃ: ১৯৩৬-৩৭ ফাউবা চৎখি। মতু য়াম্না নীতি কনবা অমসুং তিন্নবা য়াদবা ওই। মাগী অহানবা লেপপা মতুং ইন্না metaphysics অসি অর্থ য়াউদে অমসুং মসি nonsense ( অর্থ লৈতবা ) নি অসিনি। ঈশ্বর, অশেংবা মশক, মপুম, করিগুম ওইদবা, Being, অসিনচিংবদা নৈনবগী মখোই লৈতে। হায়বা য়াবা নত্রগা ফোঙদোকপা, য়াবগী মওংদা মখোই লৈতে। অর্থ লৈনা হায়বতু মহৈ য়ান্না তমই। তৌরোইদবদা চৎশিনবতু চময়বা হেনলি। খৃ: ১৯৫৩ দা ফোঙবা মাগী Philosophical Investigation দগী মানা য়াহৌদোক্তা হান্না লেপপতু চুমদে হায়। অনীশুবা লেপপদা মেতাফিজিক্সগী য়াইহ পরেং পুম্বা verbal ( চীন্না হায়বা ) ওইরবসু মখোই খরদি verbal ( ” ) ওই নত্রগা Notational recommendation ( শব্দমগী নিয়ম্না য়ানবা থাগৎপা ) লৈ ; মখোইগী অৎকপা ভাস্তোক্লবা অমসুং ফাউজিনবগী মগুণ লৈ। মাগী মরোম্দা Commendable quality of ‘linguistic penetration? (লোনগী ফাউজিনবগী থাগৎনবা গুণ) হায়। হান্নগী দর্শনিক অতু লোনগী Dupe ( মীনম্বা ) ওইবদা নত্তনা লোন মরক মরক্তা শেংদোকপা উই।

মহাক্না metaphysics পু চেক্লিবতু থন্নলিদৈ মমাংদা মানা metaphysics পু করি কৌবগে থঙসি। হান্না মথন্তা মথুনফুনবা দর্শনশাস্ত্র অসি ভাবনা শাবা অমসুং থুগাইবা অনীমক য়াউই। ভাবনা শাবা অমসুং থুগাইবা হায়না থায়বসি হৌদোং চানবা তৌবনি। Plato, Aristotle, Spinoza, Leibnitz, Kant, Locke, Berkeley, Hume অমসুং অতৈদা ভাবনা শাবা অমসুং থুগায়বা হায়না খায়দোকপা য়াই। অনীমক য়ানশিনলি মখোই লোইনা লানলি।

অহনা মী অমনা হায়বা ওন্নদি Plato, Spinoza অমসুং Leibnitz মচিংবা Rationalist শিংদা ভাবনা শাবনা হেনলি, অতৈগা Empiricist

শিং Locke, Berkeley অমসুং Hume দি থুগাইবনা হেনলি। Deduction অমসুং Induction অনীমক ইয়াউ য়াউশিনলি। কল্পনাগী হেঞ্জিনবা Wittgnestein না আক্রমন তৌই।

অনীশুবকপদা ভাবনা শাবা হেনমনবনা মওং অদু ৱাক্লো লৈতে, মানা কোকহনগনি হায়বা মেথোড মওং অদু লৌবা ওমদে। চথবদা মতিক চাদবা মথী অদু মেতাফিজিসিয়াননা তৌই। অর্থ লৈতবা ৱাহং তৌই। জগৎ অসিগী মমা দা করি লৈরমই। Cheese (ঘী) অদু তেবল মথক্তা লৈ হায়বা ঐনা করম্না থঙই? ৱাহংশিং অসি genuine ওইদবদা নত্তনা sound (") ওইদে। মথোইনা Rational (বুদ্ধিগী ওইবা), Empirical অমসুং Critical (অফ-ফত্ত য়েংবা) মেথোড পানথি। মথন্তা মায়থীবগী মতৌদি মেথোডশিং অসি শেংদবা ৱাহং মমবা হোংলৈ। আশা লৈত্রবা কোকপা ওমলরোইদবা ৱাহং মমবা হোংলৈ। অশেংবা মশক অসি থিফম থোকই হায়দুনা স্কুল কয়ানা থিনরি। 'isms' (মতশিং) শিং অসি অশেংবা মশক্তা য়ুক্ষম ওইবা ভাবনা থোকহনবা ৱাক্তি। ৱাহং অদু Logical Positivist গী অর্থদদি সাইন্স ওইদ্রে।

অর্থ লৈতবা ৱাহৈ পরেংশিংনি মেতাফিজিয়ান অদু লোনগী Dupe (লোনম) ওইরে। মেতাফিজিক্স হৌরকপদ লোন চুমদনা শীজিন্নবদা লৈরে। লোন শীজিন্নবা লানবদগী দর্শনিকনা তোয়না লাল্লম্বাশিং মথাদা ম্নাগী মতশিং শীরি।

(১) Syntactical (ৱাহৈ পরেং শেম্বগী মওং) মায়বদু Logical মায়বনি নীংবা—

তোয়না লানগনবা য়াম্না ফজবা মওংনি। ৱাহংশিং অসি গ্রামার অমসুং Syntactical (") মওংদা অচম্বা ৱাহৈ পরেংগা মাইরে। লোজিক্তা য়েংলবদি মায়দে অমসুং অর্থ থোক্তে। There is nothing (করিসু লৈতে) হায়বা অর্থ লৈতবা ৱাহৈ পরেং অসি 'There is a house (য়ুম

Existential proposition ( লৈবগী তর্কবাক্য অমসুং ) attributive (মরম নম্রগা মরী লীবা ) ওইবা বাহৈপরেংশিং অসি Syntax দা মায়বদা দর্শনিকশিংনা চমন্না লৈহনলি। খুদমওইনা ' মরৈবাক নীংবা মী লৈ" অমসুং "মরৈবাক নীংবা মীশিংনা অরাবা নংই।" অকোনবগীসিনা হায়বসি অরাবা হায়বসি মরৈবাক নীংবগী গুণনি। মায়বা মায়দবগী 'existence' ( লৈবা ) অসি গুণনি হায়নরে। মসি মগুণ নত্তে। লোজিকী text book শিংদা J. S. Mill না Fallacy পুথোক্তনা লোন চেকশিন্না শীজিন্নবা হৌদোকখি। Audible হায়বদি তাবা ঙম্বনি। visible হায়বদি উবা ঙম্বনি, অদু desirable ( পাম্বা য়াবা ) হায়বদি পাম্বা ঙম্বনি হায়না লায়া লেংপঙম্বনি।

২. Nounগী বাহৈ পুম্বা মথৌ চপমাহৈ হায়না লায়া তৌবা মতম, মপুম, অশেংবা মশক, Metaphysics, পংথৈ নাইবা অসিনচিংবসি য়ুম মী, উ, সহর অসিনচিংবগা মথৌ চপমায়না তৌই হায়না লৌবসি চুমদে। মথোই অসি Noun গী বাহৈশিংনি, মথোই পুম্বা মথৌ চপমায়না তৌই, হায়না লায়া থনখি। Hegel না 'Whole' ( মপুম ) বু organism ( লেংই পাজিবা জীব ) ওইনা লৌই। তৌইগুম্বসুং মেতাফিজিকস্তা first class Nounশিংগা 2nd class Nounশিংগা মথৌ থেহৈ হায়বা থওইদে। মায়বা মানবচুনা Logicতা মায়না শীজিন্নবা মতিক চাদে; চপমায়বা Logical use নম্রবদি লোনগী মওংদা চপমায়বা থোদাং পাংথোকপা য়াদে। Noun গী class অনীসি মথৌ তোঙানবনি।

(ক) Subjectকী মফমদা লৈবা বাহৈ পুম্বা entity ওইনা লায়া থনবা: Metaphysician শিংনা হায় 'The Absolute is engaged in a ceaseless march for self realisation" (অমত্তা ওইবচুনা লেপ্তনা মথাগী মশক থওনবা তৌই), Realityhood dwells all things (অশেংবা লোংনা পোং য়ুশিংদা লৈ।) Absolute অমসুং Reality হায়বসি John

নত্রগা য়ুম ওইনা লৌরে। লোনগী মওংদা মখোইনা তৌবসি মথক্কা শনখিবহুমডাই। মখোইগী থৌদাং তোঙানদি।

(৪) মমিং অমতনা পোং ময়াম কোবগী অয়ানবা:

মসি অয়ানবা ময়াম হৌরকফমগী মরুনি। Wittgensteinগী মত্তা মমিং অমতনা থবক য়ারা তৌহনবা নত্রগা পোং ময়াম থওনরবদি পুক্নিং য়ায়া চংহুনসু মানা উৎলিবহু করম্বা পোংনো হায়বা অশেংবা থডরে। লোনগী মওংদা য়াহৈ থদি'না মথো অমতমক তৌরবা অমসুং অতৈগী থবক শিন্দুবা তৌরবদি চময়বা নত্রগা অর্থ ময়ামগী চঙৎনবা শুপলাক লাকলোই। তৌইগুম্বং লোন শীজিন্নবদা য়াহৈ অমনা থবক অমগক তৌবদি ফংদে। য়াহৈশিংনা শীজিন্নবগী মথৌশিং অহ্ ফজনা থেন্নবা অসি ফিলোসোফরশিং অমসুং মেতাফিসিয়ানশিংনা ফজনা তৌগদবনি। Matter অমসুং Mind (পোং অমসুং পুক্নিং) গী সমস্যা অসি Descartes, Hegel, Marx তা থেনবা সমস্যা থোকহনদি। হায়গী দর্শন হায়বদি Plato অমসুং Aristotleদগী থরবু লাইরে। মথক মথাগী পোংশিংবু উৎনবা omnibus ওইনা শীজিন্নরে। মপানগী পোংচাকশিং (material objects) নত্রগা পুক্নিংগী ফিবম (Mental phenomena) না পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা পোংশিং অমসুং পুক্নিংগী ফিবমশিংগী Blanket (কমবোর) ওইনা তাকপনি। পুক্নিং করিনো? পোং করিনো? পুক্নিংগা পোংথোক্কা করি মরী লৈনবা হংলবাদ অশেংবা অমসুং মহৈ য়ানবা পাউথুম পীবা ঙমলোই। মতম অয়াম্বদা মসিগুম্বা য়াহৈংশিং অমসুং পাউহৎশিং চময়নৈ: অর্থ থোক্তে। থ্বাংগী ওইনা শীজিন্নবা মমিংশিং অসিগুম্বা থবক ময়াম তৌবসিনা মাঙতাকৃবা অমসুং ভাব শেরায়বগী হৌরকফমনি। শেংনা য়াথন থনবা পাম্বা অমসুং Communication (থ্বাইদা থঙহনবা) হেনগৎহনবা পাম্বা মীওইশিংনা শীংনবনি। মথেক-শেংবা অমসুং ককথৎনবদবা, economy (শেন চেকশিন্না শিনবা)

ওইবা অমসুং লোন শীজিন্নবদা মহৈ য়ানবসি য়েংনবা অমসুং নৈনবদা পাঙ্বা মীশিংনা ঙাওবা অমসুং ইবা মতমদা য়াহৈ অমতনা পোং অমতা থওমবা হোৎনগদবনি। মসি Aristotle না মমাংদৈদা কনশিন্না ককুদনা দাবী তৌখিবনি।

(৫) অর্থ লৈতবা নত্রগা অয়ানবা অনৌবা য়াহৈশিং নত্রগা লোনশিং শীজিন্নবগী অয়ানবা —

মসি চিংনবা অমসুং শাসিন্নবা য়াহংশিগী থোরককমনি। করিগুম্বদা মেতাফিজিসিয়ানা অর্থ লৈতবা য়াহৈশিং হংই মরমদি মহাক্না অর্থ চেনবা য়াহৈশিং শীজিন্নবা চেকশিনদে। খুদম ওইনা মহাক্না হংই, "জগৎ অসিগী হৌরকফম করিনো?" মরম য়াউদ্রবা জগৎকি মরম হংবাসি অর্থ লৈতে। মনীং-তথা মরম ( Free Cause ) হায়না হংবগী অর্থ থোক্তে। মরম অসি Precedent Condition ( মাঙ থাবা ফিবম ) ওইরবদি করম্না মনীং তমগদবনো? করিদগী অমসুং কনাদগী মনীং তমলকপনো? করিগুম্বা মতমদা মহাক্না অনৌবা ( তৌইগুম্বসুং ) অয়ামবা য়াহৈ অমসুং লোনশিং শীজৈ। লোনগী মমুনাদা য়ামবা থোদাংশিংগী মথৌদাংদা য়াহৈশিং শীজিন্নবা মহাক্না চেকশিনদে। মহাক্না হায়, "কনাগুম্বা অমগী পূক্নিংদা করি ওইরিবা ঐ থওদে।" হৌজিক মহাক কায়দবদা ময়াম য়াজবা করি অমসুং ( য়ামা হেন্না লাংবা ) ওইবা কংই। মী অমগী পূক্নিংদা করি ওইরিবা থওদবদা ঙক্লিংঙাই লৈতে। থওবগী মরালস্থ নত্তে। থওবা হায়বসিগী অচম্বা অর্থগী মথৌ অহ্ লোনগী য়ায়েন্দা শীজিনদ্রে। ঐগী পূক্নিংদা থোকলিবহ্ থওবগুম্বা মাগী পূক্নিংদা ওইরিবহ্ ঐনা থওবা ঙমগদ্রা? মসি থওবা হায়বসিগী অনৌবা শীজিন্নবনি। লোনগী য়াহৈগী য়ানবা নিয়ম ঙাক্তবনি।

Metaphysics কি Substantial ( থাহৈ শেংবা ) শরীকা মেতাফিজিক্সকি শীজিন্নবদা অয়ানবা কয়া লাকপহ্ মথক্তা শনথে। মেতাফিজিক্সকি

হৌরম 'Substance' ( মচাক, মরু ওইবা ) কি নৈনবত্রু চাংবেংলি। মখোইগী মরমসারি ভাবনা লাইরা মুক্ষম অমা থরগা মচুনগী কবি চিংবা থরা চিংখোরকই। Rationalist কাম্বু Descartes, Spinoza অমসুং Liebnitz না Deductive (মরামদগী অমতদা পুরকপা প্রমাণ) অমুক্লা Empiricist শিং Locke, Berkeley অমসুং Hume খোইনা ভাবনা লাবা লাক্লিবা Inductive মেথোড শীজিনৈ। অশেংবা মশক অমু শীবা হোৎনখিবনা মখোইগী নিয়মশিংনা অর্থ লেবা রাটেহ পুরেং নৈনদে। Rationalist শিংনা মখোইগী নিয়ম অমি 'Definition' অমসুং Deduction' না শাগংলি। নিয়ম অমা মনদোকই, define তৌই অমসুং চেকশিনা-মহ অনুমান মরা পুথোরকই। Spinoza না অত্রু Substance তৌই, Liebnitz না monad তৌই। Descartes না পূরমক চিংনখি। মহাগী Reality (অশেংবা মশক) অদু 'clearness' and distinctness (শেংবা অমসুং মরেক শেংবা) define তৌখি। Substance গী মহুদি Comprehensivness (মপুংফাবা য়াউবা) অমসুং indeterminateness (লেপ্পা ভয়দবা) নি হায়। Liebnitzগী monad অহুদি মনীংতবা অমসুং খোংনাউ নৈতবনি হায়।

Hegel গী মতুং ইনবা Bradley Mctaggart অমসুং Taylor নচিংবশু মথক্কী অসমঙই তৌইগুমসু: মখোইনা Empirical analysis (থেংনবা জ্ঞানগী থুগাইবা) য়াউহনলি। Bradley না Consistency অমসুং Harmony অসিনা Reality গী Criterion নি হায় অমসুং পৃথিবীগী পোৎশিংনা তোঙানবা চাং কয়া ফোঙদোকই হায়। অশেংবা মশক অসি মথক্কী অদম তৌই হায়রগা Taylor না মতম অমসুং মফম অসি পেংদে মরমদি অহোং পোং (চাংদবা অমসুং করবা) অদু অশেংবা মশকা থেংনৈ হায়বা উৎলি।

## Ethics তা Wittgenstein গী মত

Ethics তা মাগী মত অসি নৈনবদা মশক অনী লৈবা তাই অমরোমদা Ethics অসি দর্শনগী মচেৎ অমা ওইনা অমসুং অনীশুবদা মথক্তা মনাৎ মথাতপদা বিষয় অমত্তা লৌগনি। নীতি শাস্ত্র অসি মসিং তশা বিবরনি হায়বদা মহাক্না vocal ( চানবী ) ওইদে ; হেন্না Outs-poken ( হেন্না ডাঙথোকপা ) সু ওইদে। অহানবগী অসোমদা থনলবদি Ethics অসি অর্থ লৈতবা বাহৈ পরেং ওইনা ককথৎলে। মসিং চৎপা Logical Po itivist Philosopher শিং Ayer অমসুং Carnap থোইগী খুৎহৈ য়েংবদা ফিবমসিদা লেপই হায়বা থঙই। মথোইগী মতুং ইন্না মেতাফিজিক্স অসি ফত্তে হায়চনা ককপবগুম্না Ethics অসিসু বাহৈপোক লৈতবা বাহৈপরেংমা ককথৎলে। মরমদি মাসি Philosophy গী শক্তক অমনি। অতুনা তশদা কাররে।

নীতি শাস্ত্র অসি মনাৎ তশা বিষয় ওইনা লৌরবদি ভাকলো পৎলৈ লৈতে। Ethics কি Positive ( অয়াবগী ) নত্রগা descriptive ( মশক তাকপা ) ওইবত্তু বৈগ্যানিক ওই মরমদি মী অতুগী তোঙান তোঙানবা ফিবমদা ওইবা থবকশিং অমসুং পূকনিংশিং অদু খুগাইদুনা অমসুং অদুগী মশক্তা পুথোকই। তোঙান তোঙানবা মীশিংগী থবকশিং অমসুং পূকচেনশিং অদুগা মরী লৈনবা মথন মথনগী মনবিগ্যানগী সমাজ বিগ্যানগী statistical ( মশিংনা প্রমান তৌবা ) অমসুং ইতিহাসকী ওইবা সমস্যা অদু কুপথনা থিজিনলি। শরুক অসিদা অথুম্না হাউদে। নীতিগী ফিবমদা চংলিবা মীশিংগী পুক্নিং অমসুং সমস্যা অমসুং তারক্রিপা কন পুখা বিগ্যানগী থুংং তেকনিক পুখা পুশনবা নাই। Natural ( মহৌশাগী ) সমাজগী বিগ্যানদা শরুক অসি চলইনবা নাই অওইবমক utilitarians ( খ্বাইগী নুঙাইবনা শস্পুংনি হায়বা ) শিংনা মাবকৈ অসোমদা কজনা হংশিনলবই। Bentham গী মত ওইনা Pleasure ( নুঙাই

সুডাইবা ) পুখোকপা, মথাল নৈবা মীওইশিংবু নতি পীনবা যাগী বাপন লেংবদা হায়রী সমস্যা নৈবা মতম বু যানা অকনা ওন্থোকপা কয়াম পুক্রিং চংবা হায়বদু থওগনি। অচৌবা অপেনবা ১৪ অমসুং অচৌবা pain (অবাবা) ৭২ থক চপ চানা লীরমী।

কিদমগী ওইবা নত্রগা মমল লেপপা নীতিগী শরুক অদু বৈগ্যানিক নাই। থোমোক থাউনে, সমস্যা নৈতে, থ,শাইবা, কদাইবু কোবগে তাকপা, কুপথনা লেংবা, ব্যাখ্যা অমসু কল্পনাগী শরুক ইবৈ নৈতে। Normative ( কিদমগী বিগ্যান। ওইবা শরুক অদু নমফু অমসুং feeling (ইশাগা কাউবা) তাকপা ওইনা তোই। বারোই অদু অশীবা রামাংদগী লপচানা চিংবা অমসুং বৈগ্যানিক ওইবা data দগী লৌবা ফংদে। নীতিগী কিদমগা মংদা লেপপা বিচারগা মরী নৈনদে। মরী নৈনবা নত্রগা চথরকপা নৈতনা থওচোক চোংবা উই। Descriptive ( মশক তাকপা) ওইবা বাহৈপরেংদগী Prescriptive ( ইনবা তাকপা ) ওইবা বাহৈপরেং লোইথ। হুরানবদগী 'হুরানবদি ফত্তে হায়না শরূপা চোংলে'। হুরানবগা ফত্তে হায়বগা অনীদা হু চারগা শি নত্রগা Demand ( তানবা ) গা Supply ( পীবা ) গা মরী নৈনবগুম্না ফংদে হু যানবা ফত্তে হায়বসি চুমবসু থাইনা যানরোই। হুরানবা ফত্তে হায়বসি ডাকু কাংবুদদি কৈ। হু চারগা মী শি হায়বদি পুম্নমক্তা চুমই। হুরানবা ওইরবসু ওইত্রবসু শিগনি। মশানা যাত্রবসু চারুরবদি মোয়নবা শিগনি। তোইগুমসুং Ethics কী বাহৈ পরেংশি মতুমনা চুমদে। মথোইনা operat: তোবদু লাপ্তোকপা যাই। নীতি শাস্ত্রগী অচুম অয়াম্বা মী পুম্নমক্তা অচুম্বা লাওগদবনি হায়। মসি ইনত্রবসু চৈথাক লাকলোই। মরৈশিং অমিনা প্রমান তোবদি বিচার তৌবা নীতিগী বাহৈ পরেংশিং নত্রগা নীতিগী কিদমদা নৈবা মীওইশিং অদু বৈগ্যানিক ওইদে। 'লোজিক বাংমন, নৈবনা চুমই লানলি হায়বা ঙমদে, কৈ ফত্তে হায়বা ঙমদে। Ethics

তা চৎনরিবা য়াথংশিং অসি করম্না পাংথোক্কে, পুক্নিং চংনৈ অমসুং ইকাই-খুম্নৈ হায়না হংনৈ? পাউথুমদি মথোইসি বিজ্ঞানগী হেন্দোকপা অমসুং লোজিক্কী হেন্দোকপা মরমদা য়াবৈ অমসুং পাংথোক্কে। নীতি শাস্ত্রগি হুকুমশিং অসি অথরিতি অমসুং চৎনলোনগী যুক্ষমনা ঙাকলো পী। মসিগী তৌ নত্রগা তৌগনু হায়বনু য়াই নত্রগা য়াদে হায়বনু মচাকশিং অসিদগী হোরকই অমসুং লোজিক নত্রগা বিজ্ঞানগী লাক্তে। অসিগী মথক্তা মথোইবু অর্থ থোক্তে নত্রগা বৈগ্যানিক ওইদে হায়বদি মথোই অসি স্নপকান কায়দ্রে হায়বা নত্তে। অওইবমক মথোই কাদৈ। তৌইগুমসুং তর্ক বাক্যশিং নত্রগা বাহৈ পরেংশিংগীদি কায়বনা মশক অমনি, বৈগ্যানিক ওইবা নত্রগা অর্থ থোকপনা অমনি। ইচম চম্বা মরমদি বৈগ্যানিক ওইবা তর্কবাক্য পুম্বা হাকথেংননা নত্রগা নাকোইননা কায়রবসু কায়রিবা তর্কবাক্য পুম্বা বৈগ্যানিক থরদমক নত্রগা শুপওই ওইদবসু য়াই।

লোজিকেল পোজিতিভিস্তশিংনা য়েংলিবদি Syntactical ( বাহৈ পরেং শেম্বগী মওং ) ওইবা থবক্তা অর্থ থোকই নত্রগা বৈগ্যানিক ওই হায়রিবা তর্কবাক্যশিং অসিনা বিগ্যানগী আইনশিং নত্রগা অর্থ থোকপা বাহৈ পরেংশিং মানলি হায়বা দাবীনি। “পাপকি তলবতি শিবনি” হায়বসি “পেন্দবনা বিপ্লব থোকহল্লি” হায়বগা য়াম্না মান্নৈ।” তৌইগুমসুং অহান-বগীমা শাস্ত্রদা পাপকি ময়ম থীনা চৈবনি, অকোনবগীনা Aristotle না তাকপা রাজনীতিগী আইননি। নীতিগী মওং উৎপা বিচারগী বাহৈ পরেংশিং ( য়ানিংবা, য়ানৌংদবা নত্রগা নুংশিবা, তুকচবা নত্রগা কিবা কিদবা অসিনচিংবা ফোংদোকই ), তৌইগুমসুং মথোইনা থোদোক নত্রগা বৈগ্যানিক ওইবা আইনশিংগী মহুৎ শিন্দে। মরম অহুনা মথোইশিং কসি লোজিক নত্রগা সাইনসকি আইনশিংনা করিসু তৌবা ঙমদে। নীতি শাস্ত্রগী পোইন্ত অসি Wittgenstein নগী হেম্না Ayer অমসুং Carnap তনা চুশিনৈ।

লোজিকেল পোজিতিভিজমনা Aesthetics ( ফজবগী নৈনরোল ) দা মত অমসু Ethics কা নৈন্নিবসিগা থোইনা থেরদে। লাইরিক চাওমনগনি হায়রুনা লাইরিকসিদা নৈনজরে। মতাং চানা অতোপ্পা লাইরিক অমদা য়াউনা নৈনজগে।

# (৪) Wittgenstein গী Logical Positivism কে ফত্তে নৈনবা

(ক) মথাদা Wittgenstein গী Logical Positivism দা অফ ফত্ত খরদং পীজরি।

১। Wittgenstein গী ময়াম ওইবা অমসুং অচেৎপা ফিরেপতি গ্যান ( ফোঙদোকপা ঙম্বা নত্রগা হায়বা ঙম্বগী পাংথৈদা ) মহৌশাগী অমসুং সমাজগী বিগ্যানশিংদা ওস্থোকপা য়াই। খুদোং চাবগী মতুংইন্না বিগ্যানশিং অসি Natural ( মহৌশাগী ওইবা ) অমসুং moral ( নীতি শাস্ত্রগী ওইবা ) হায়না খায়দোকই; অতোপ্পা খায়দোকপশিংদা Natural ( " ), নীতি শাস্ত্রগী, মঙগী ওইবা, পূরিংগী ওইবা, থরাইগী ওইবা অমসুং Bihavioural [ মচৎকি ওইবা ] অমম্বা খায়বসু য়াই। গ্যান অসি হায়বা ঙম্বা নত্রগা ফোঙদোকপা ঙমদা নৈরে।

২। করিঙম্বা অমা খঙবা ঙম্বগী চাংয়েংদি মী অহুনা নত্রগা ভম্লিবতুনা Confident understanding ( থাজনা খঙবা ) খম্বনি। খঙবা ঙম্বগী শক্তি অমসুং খঙবা ঙম্বা হায়বসি মতিক চানা নৈবা অমসুং Logico linguestic ( " ) হৈশিংবদা ইতৎতত্তনা তোৗগনবা মীনি। তাকপা ঙম্বা নকমদা লোম Logico-linguistic [ স্থায় লোনগী ] নি অমসুং metaphysics ভা পরীক্ষা লৌবা য়াদে হায়বা মত অহু ককই ]। খঙবদা Psychological process [ মনবিগ্যানগী নিয়ম ] য়াউবা নত্রগা metaphysics গী বাহংশিং দরকার ওইদে নত্রগা মহৈ য়ানদে কায়না নীংই ( মাদনা পাউখুম

পীবা নত্রগা ককপা তৌই) জ্ঞানগী সমস্যা অসি হায়না চৎনরকপদোৌরা অরৈবনথে চাঃশরুরবদি Wittgenstein গী approach অসি মায়া পিকননখিগুনা সমস্যা কোকহনবা ঙমদে। মাবু লাললি হায়বসি হায়া খঙনরমা অহু চুমই পনলগদদনি। মথক্তা হায়খিবহুঙগুম্না মাগী সমস্যা অসি মনবিগ্যান, মেতাফিজিক্স অমসুং থিউলোজিনচিংবা য়াউদে।

৩। হায়া লৈরম্বতুদগী অনৌবা দর্শন হাপচিনবা নত্রগা য়াহৈ পরেং হাপচিনবা তৌদে। ভাব শেংহনবা অমসুং গ্যান হেনহনবনি। পনথুং অসি য়ৌনবা Wittgenstein না logico-linguestic মেথোড পানখি। সাইন্স নৈনবদা তেম্না quantification (মশিংগী ওইনা পাবা) অমসুং তায়া হায়দোকপা ঙম্নবা খোংথাং খরা লৌখৎখি। পনথুং অসি ফংনবা মাগী মেথোড অসিগী কান্নবা অমসুং দরকার লৈবা ফংই। চুম্না শীজিন্নবনি। লোনগী হৈশিংবা হায়বসি য়াহৈ অমসুং লোনগী আইনশিংগী নিয়ম অহু খঙলিবহুনা শম্নবদা লৈরে। লোজিক্কি হৈশিংদবা হায়বসি খঙলিবা মীহুনা 'মাই পাক্না খঙনবা' লানদবনা য়াহৈশিং অমসুং আইনশিং হৈশিংনা শীজিন্নবনি। Consistency (করদব) অসি (লোজিক্কি থমোই অমসুং থরায়নি অমসুং গ্যান খুদিং নত্রগা লোজিক্কি চংদবা য়াত্রবা ময়ায় ওইবা শরকনি।) মসি লৈত্রবদি থনবা য়াদ্রে।

মসিগা মরী লৈননা পনগদবদি খঙবা নত্রগা করিগুম্বা অমা হায়া খঙত্রবা হায়বসি মচক্তা লোজিক অমসুং লোনগী ওই; metaphysics তা তাংজবা নত্রগা Epistemology [গ্যানগী মরম নৈনবা] গী overstone [হেম্না কনবা] নত্তে। Wittgenstein গী মক্তা গ্যানগী সমস্যা অসি খঙলিবা মীহুগী শক্তিনা য়াহৈ শীজিন্নবগী পাংথে লোহুনা তাকপা ঙম্বা ফিবমদা য়াহৈ পরেং শীজিন্নবনি। গ্যানগী সমস্যাগা মরী লৈনবা metaphysics, গ্যানগী হীরম, মনবিগ্যানগী শরুক্তগী লাকপা চিংনবা নত্রগা হংলকপশিং অহু খুম্বদা দায় পুদে। [A Critique of Logical

Positivism দা Joad না সমালোচনা তৌবদা Wittgenstein গী Problem of knowledge মাগী approach [ চংশিনবা ] অসিগী অচুবদু Pragmatic [ কাননবা চুমই হায়বা ] ওই অমসুং logical [ ন্যায়গী ওইবা] নত্তে। অথবা approach অমা পুথোকপসি কারনবা তৌবনি। Purposive [ পনথুংগী ওইবা ] অমসুং মতাং চাবা রাকমগা মরী লৈনৈ। Wittgenstein গী লোজিক অসি মেথোড সমালোচনা তৌরবদি মসু মাঙই। Wittgenstein গী Logical Positivism গী মেথোড অসি চুমহনবা য়াই। মহাক মশানা পোইন্তশিং অসিদা মমেক শেংদে।

৪। অসিগী মথক্তা থঙবদা লাইবা ( চুমস্ত চুবা ) অমসুং Wittgenstein না মমেক শেংলক্তবদি বুদ্ধি ( Reason ) গী মতিক চাবা অমসুং খেংনবা গ্যানগী চংপা য়াবদু Log co linguistic ( " ) মেথোডতা কয়া মইহ় য়াবগে হায়বদা মাগী য়ারমনি। Logico Positivism গুমবা দর্শনদা মমেক শেংলবস্ত নত্রগা শেংদ্রবস্থ বুদ্ধি করামুক চংদবা য়াদবগে হায়বদু ময়ামা থঙনরে। Bergson গুমবা দর্শনিস্তদি বুদ্ধি অসি অশেংবা মশক পীবা ঙমদে কয়া শস্নোকখি। Logical Positivism না বুদ্ধি থাজদবা নত্রগা Intuition [ অথুবা গ্যান ] থাজবা অসি মসিগী মওংগা খেটৈ। Experience ( খেংনবগী গ্যান ) তা থাজবা অসি [ Ayer না মাগী দর্শনবু Logical Empiricism খোনখি ] খোক্লেল হোৌরমত্রবস্থ চংবমথৈদগী য়াথিষমী। হায়গী চংলকপা Empiricist শিংগুমা পাকহনবা, পঙনা থাজবা অমসুং Exclusive [ য়াউদবা ] ওইবদু তৌরমদে।

৫। Wittgenstein না metaphysics, Ethics অমসুং মমাইঙগী হীরম কয়া য়াথিদবা অমুকস্থ Uniformity of nature [মহৌশাগী লেংদনা লৈবা] অমসুং Causality [ মরমগী নিয়ম ] গী সমস্যাদা চিংনবা লোবা ফিরেপ অসিনা বিগ্যান পুরমক মাঙহনলে। বিগ্যানগী Induction [ মরামদগী থবদা চংপা অনুমান ] তৌনবা থংলাই অদু মহাক্না থংগাইখি।

তুংগী আশা শিবা (Predictibility) অহ্ নৈহদে। Induction গী মুক্ষ মাওথিদোরে চুমদবা অমসুং লোজিকি মাংমদা লৈরে। মমাংদৈওদগী কত্নদবা থেংনবা গ্যান (uncontradicted experience) না অথোই অহেন লাইনা মুক্ষ ওইরি। মাংদা থেংনখিবনা তুংদা অমুক থোকনি হায়বা ওমত্রে। অমুক হল্লদবা য়ারে। মমাংদৈওগী থেংনরকপা শোইদবা অহ্ হৌজিক চুম্নবদি accidental (দরকার অহুক হাক্লা ওইদবা) ওইরে। তুংদস্ত্ নুমিৎ থোক্লকখিত্রা হংবদা ঐথোই পূবনা থোকনি খুমই। হয়েং নুমিৎ থোগোই হায়বসি থনবদা অমম্বা ওই। মাগী মতা বিজ্ঞানগী মুক্ষ অসি তাঞ্জা চাহুনা তিম্ববা অমসুং hypothetical (ভাবনা শাজিনবা) অসিনি। মসিদা মশানা উৎলিবদি বিজ্ঞানগী approach দি মথক্তা ব্যাখ্যা তৌবা অমসুং চাংয়েং য়াবা, পূকচেল পাকপা অমসুং ভাবনা শাদবনি।

৬। মাগী approach (চংশিনবা) অহ্ চথবা ওইদুনা Wittgenstein মশাপূৱনা মাগী মত চাওথংপদা ব্যাখ্যা তৌবা ফংই।

Metaphysics অমসুং মরী লৈবা হীরম কয়া করুবা অহ্ মমৈবা হোংলকতুনা mellowed [থোংলবা] ওইদুনা অতৈ থরস্ত্ লৈকম পীত্রে। মাগী স্কুল অতৈ কনাস্ত্ পীদে। মপূংফাবা অমসুং মওং লিংবা হীরমনি। Wittgenstein গী Logical Positivism দা পীরিবা মত অসি চাংয়েং তৌদুনা web [মপ্রাম] লংনাইবা অমসুং loose end [ম্যাকোম্বা মতোন] য়ায়া য়াউবা, পাথোংগী মীংয়েং য়াউবা, suggestion য়ায়া য়াউবা, ফাউ-জিনবা মীংয়েং অমসুং মপূং ফাত্রিবা implication [থওহনবা] য়ায়া থরনি। মসিগী মথক্তা শংনা শংবা শাজবা ওইদে। Technique ফজে। মত অহ্ theory ওইবদগী থবক তৌবনা হেনলি। চপচানা শীজিমবা অমসুং থুগাইবত্ উৎপা, তাকপা শামই। মথোইদুদা ইথোকপা অমসুং theory [মত] পীবা তৌদে। অদুনা মাগী দর্শন অসি মপূংফাবা, ময়েক শেংবা অমসুং ফজনা চাওথংপা ওইদে। মাগী নিয়ম অসি বিগ্যান অমাখদা

পানশিনবা ইথেং থেংনখ্রি। ভাব শেংবা হায়বসি মাগী মেথোডনি। হৌরম অতৈদা Logical Positivism অসি পানশিল্লবদি মরুওইবা অপুনবা structural (শাগংলোনগী ওইবা) অমসুং functional (থবকী ওইবা) অপুনবা লৈ হায়গনি। Physicalism হায়বসি Logical Positivism গী মথন অমনি; মসিনা সাইন্স পুম্বগী অপুনবগী য়ুক্মদা থাজৈ; মতুংদা কিরেপ লোই। Rudolph Carnap না Psychology অসি Physical Science গী লোন্দা তম্বা য়াই হায়খি। Otto Neurath না Sociology অসি Logical Positivist গী লম্বীদা তম্বা য়াই উৎখি। C. L. Stevension, R M. Hare, Ph. Novel Smith অমসুং অতৈনা নীতি শাস্ত্র অসি Social Science গী লম্বীদা ওন্থোকই। মসিগী Logico-linguistic approach অসি রাজনীতি, অর্থনীতি, সমাজবিগ্যান, Anthropology অমসুং হৌরম কয়াদা পানশিনবদা মহৈ য়ানগনি। মথোইগী শাগংলোম অমসুং সমস্যাশিং লোজিক্কী বাংমদা লৈ। Logico-linguistic কি অরাংপা কয়া মরুওইবা concept কয়াদা য়াংলবসু য়ারিমথৈ ময়েক শেংহনবা ঙমহনগনি।

(খ) Wittgenstein গী পোজিতিভিজম অহু চাংদম্বা অমসুং অক্ষ ফন্ত নৈনহুনা য়েংবা।

অহানবা ইথিবা ফাউরবা মাগী লাইরিক্তা Wittgenstein না অসুম্না ফোংদোকখি:—"The limits of my language mean the limits of my world." [লোনগী পংথৈনা ঐগী জগৎকি পংথৈনি।] Linguistic solipsism [লোনগী ওইনা ময়ামগা তিন্নদবা] গী মচংনি। Solipsism অসি থরা হেন্না চথরগা অশেংবা Realism [বাস্তববাদ] গা তিন্নৈস্ত মানা হায়খি। ঐহাক নত্রগা Ego (ইশাগীদা ওইবা) হায়রক্কু মানা মুথংলগা ওইথিবনি। "Subject [থৌরু] অসি জগৎসিগী ওইদ্রে তৌইঙমসুং জগৎসিগী পংথৈ ওইরে।" য়াম্না কনশিনবা Empiricist তদি থেংনবকী

জগৎ অসি ( Experience মসুং ) ঐখোইনা তোরনা থেংনবা জগৎনি। মসিদা I=ঐ হায়বসি অতৈঙুরা থেংনবা অমনি। লেংদনা চথবা আত্মা ( self ) হায়বদি থোদোকশিংগী পরেংদা অমা ওই।

ঐ হায়বসি নং নত্রগা মা নত্রগা চৌকি হায়বগা চপ মান্নরে। কনাগী Experience ( থেংনবা ) নো হ'বা অর্থ লৈত্রে। Wittgenstein না হায় "The thinking presenting subject, there is no such thing" নত্রগা I in solipsim shrinks to an extensionless point " [থৈনজিবা অপীবা থৌরু হায়বা লৈত্রে" নত্রগা soliprism দা ঐ হায়বদি করিম্ব শন্দোকত্রবা বিন্দু ওইনা চিংশনলক্লে। ]

য়েংবগী হীরমদা য়েংনবা মিং লৈ হায়বা কনামতনা হায়বা কায়দে মরমদি য়েংবগী field ( নৈনফম ) দা মিত্তু দি উদে। থেংনবগী জগত্তা subject অত থেংনদে। মান্নবা অসি মানা তাকখি। Personality [ মীওইবগী শক্তম ] দ depersonalise [ মীওইদবা ] তৌবসি মাগী হৈশিং-বগী ওদমনি। Yogacara বুদ্ধিজমদা আত্মা অসি চেস্থবা মিংকুপগী থোদোক ওইহনবা থেংনৈ। হিউমগী থিউরি অদুম্ব মাগী মতসিদা মপুং ফানা চৎথংলকই। লেংদবা আত্মা য়াউদনা পোকপা শিবগী লৈবা [ চক্র ] অমসুং লেংদবা আত্মা কমদোনা লাকপা হায়ববু প্রমাণ তৌবা ঙমদে।

Meaning ( অর্থ ) গী সমস্যা অসি ভারতকী দর্শন শাস্ত্র অমসুং সাহিত্যদা য়াম্না মণুং তানা নৈনরম্মী। পদার্থ ( রাহৈগী বাহন্দোক ), রাহৈ পরেংগী রাহন্দোক, অহানবা অমসুং অনীশুবগী রাহন্দোক থেমবা অমসুং লক্ষন ( suggested meaning ) অসি হাকথেননা নত্রগা নাকোইননা নৈনরম্বা থেংনৈ। রাহৈগী অর্থদা বেদান্তগা মীমাংসাগা য়ান্না নকশিল্লে। ন্যায়গা মীমাংসাগা খেন্নবতু দর্শনগী শাস্ত্রশিংনা কুপ্না নৈনফম থোকই।

উপনিষদকি রাহৈ পরেংশিং অসি ব্রহ্মনগী মরম নৈনবদা ওন্নতৈনবা কয়া থেংনৈ। বেদান্তগী দর্শনিকশিংনা উপনিষদশিংনা ব্রহ্মন অমসুং মাগা

জগৎ অমসুং জীবশিংগা মরী লৈনবতু coherent [ চায়বা ] নি হায়না থম্জনা ককবা বাহৈ পরেংশিং অতু অমগা অমগা চাশিনহনা ব্যাখা পীনৈ। মতাং অসিদা বাহৈগী অর্থশিং লৈনবসি বেদান্তদা য়াম্না মরু ওই।

উপনিষদকি ফাউরবা বাহৈ পরেং "তত্ত্ব মসি" হায়বসি তোঙান তোঙানবা স্কুলশিংনা অর্থ তোঙান্না লৌনৈ। অদ্বৈতনা জীবগা ব্রহ্মনগা মাপ্নৈ হায়রি। Dualist ( নিয়ম অনী লৈবা ) শিংনা তত্ত্বম হায়বসি তস্য ত্বম হায়বদি "মাগী নংহাক" হায়না লৌহনা নহাক অসি মাগীনি হায়না বাহন্দোক পীরি। অদ্বৈতনা তত্ত্ব অমসুং ত্বম হায়না লৌহনা ব্রহ্মনগা জগৎকা মাপ্নৈ হায়বসি লৌই। তত্তনা পুম্নমক থঙলবা অমসুং ওমথৈ নাইত্ৰবা ঈশ্বর ওইরবা অমসুং ত্বমনা মপুং ফাদবা অমসুং হন্থবা জীব ওইর বদি অনীসি করম্না মাম্নগনি ? মসি লক্ষনাগী মতেংনা উংলি।

দর্শনগী অতৈ স্কুলশিংগুম্না বেদান্তনা বাহৈগী বাচ্যার্থ ( Primary ) অমসুং লক্ষার্থ ( Secondary ) ওইবা বাহন্দোকপী থেম্নবা থমই। গঙ্গা হায়রগা তুরেলগী ঈশিংবু হায়না থঙনৈ। শব্লেমহাশিংনা গঙ্গাদা লৈ হায়রবদি ঈশিং ঈচেল থঙনদনা তুরেল মপালবু থঙনগনি। মসি অনীশুবা অর্থ লক্ষার্থনি। অলঙ্কার স্কুলদা ব্যাঙগ্যার্থ কৌবা suggestion [ ?দম ] না উৎপা অর্থ অমা তোঙান্না থমই। কবিশিংগী বাহৈ পরেংদা অসিগুম্বা কম্না পীজিনৈ। ন্যায়, মীমাংসাবচিংবা স্কুলশিংবা অসিগুম্বা অর্থসি চপঃাবা অর্থ নত্রগা অনীশুবা অর্থদগী অতুম লাকচৈ হায়না লৌই। বেদান্তনা লক্ষার্থ মথল অহুমথক হায়বদি Jahallaksna, A-jahallaksana অমসুং Jahada jahallaksana হায়না থমই। জহত হায়বগী অর্থদি থাদোকপা নত্রগা হন্দোকপা হায়বনি। জহল্লক্ষন হায়বদি অহানবগী বাহন্দোক পুম্বা থাদগা অনীশুবা অমা লৌবনি। খুদম ওইনা শব্লেনহাশিংনা গঙ্গা মপান্দা লৈ হায়বসি ঈশিং হন্দোক্লগা তুরেল মপান ওইনা লৌরে। অ-জহাল্লক্ষনদা বাহৈগী হান্না থঙনবতু অনীশুবা অর্থদা অতুম থমই। খুদম ওইনা মনচাহ

ক্রো শাক্তি ( Plateform ) অসি শাউরে হায়রবসি Plateform গী মীয়ামা শাউবনি। হায়রগী বাহৈ মনচাহ হায়রহ খঙহনদে। অনীগুবা অর্থগী অছমগুবা মখল্দি বাহৈসিনা তাকই "সো' যাঙ দেবদত্তহ"। মসিদা মহ হায়রবদি কনাগুম্বা অমদা হায়রগীনা মশক ফোঙদোকপা অমসুং "অমঙ" হায়রবনা কনাগ্নুবু হৌজিক্কীনা মশক ফোঙদোকপনি। মৈতৈলোনগী বাহৈদা মহ অমসুং মসি হায়রনা হনবা য়াই। অনীমক্কা দেবদত্তগী মগুণ ফোঙদোকই। হায়রগী দেবদত্ত অহ হৌজিক্কী দেবদত্তনি হায়রনা ঐখোইনা কয়দৌনা মশক লেপ্পা ওয়লিবনো ? করুয়িবা এড্জেকটিভ অহ হন্দোক্লুবা বাহৈ পরেংনা উৎপা দেবদত্ত অহ শেংনা থঙই। মসিবু Jahad a jahallaksana কৌই মরমদি দেবদত্ত অসি অমসুং দেবদত্ত অহ হায়রবহ থাদোক্লগা মচেৎ অমথক থমহৌই। নত্রবদি বাহৈ পরেং অহ ভাব তাদে।

লক্ষনগী ভাব অমসুং জহদজহল্লাক্ষন মরুওইবা ভাবনা বেদান্তগী "তত-ত্বম-অসি" হায়রবসি জীবগা ব্রহ্মগা মান্নে হায়রবা উৎলি। ততনা ওমথৈ নাইত্রবা ঈশ্বরনি, ত্বমনা জ্ঞান অমসুং শক্তি হহবা জীবনি। কক্কবা শক্তক অহ লোথোক্লগা অশেংবা জ্ঞান অহ অর্থ ওইনা থমই। অহুমা জীবগা ব্রহ্মগা মান্নে। অর্থ অসি বাহৈ পরেংদগী হাকথেংননা নত্রগা literal ( অচাবা অর্থ ) ওইনা লাক্তবনা লক্ষনগী মতেং লৌদবা য়াদে। বেদান্তনা লক্ষনগী মতনা অচৌবা থৌদাং লৌই।

লোনগী পংথৈনা জগৎকি পংথৈ হায়রবসিদি ভারতকী শব্দদা কুপ্পা নৈনরম্বা ভর্তৃহরিগী মত নীংশিংহনলি। শব্দ দর্শন [ বাহৈগী দর্শননা ] অমসুং খাইদা থংহনবগী থবক অসিদগী য়েংলবদি শ্রীকৃষ্ণন। আর্জ্জুন্দা গীতা তম্বীরমহ য়েংলবদি মাবু খাইদগী হেনবা অমসুং ময়েক শেংনা commu-nicate [ শন্দোকপা ] হৈবা মী কৌবা য়াই। Wittgenstein গী মত্তা Metaphysics মুখৎলবমু Advaita Idealism দদি শৌগৎলি। Person অহ অভাউবা উফুল মরক্তা যাঙহনবগী মহুত্তা All abiding conscious-

ness [ মফম পুম্বদা লৈবা গ্যান ] তা থাউহন্না পুনশিনলি। Metaphysics কি মতেংনা depersonalise [ শক্তম মাঙহনবা ] তৌবা য়াই।

থরা হেনবা সমালোচনা self ( আত্মা ) লৈত্রে। পুক্লিংগী ওইবা থৌদোক পুম্বা Experience গী Atom ওইরে। Physical world ( পোৎশক্কী জগৎ ) অসি স্থায়ীগী শাজিনবা ওইরে। জগৎ অসি চাং নাইদবা মশিং লাকঙমল্লবা মচোই তাবা Experience ময়ায়া শাগৎলে; মথোইগী মরীশু নকল্লে। মশুম তৌরবদি লোন অসি Communication ( পাউ থাবা ) গী পাম্বৈ ওইল্লে। পাউ চৎনবা নত্রগা থঙহনবা হায়বদি Inter subjective ( থৌবু ময়াম ) ওইবা খ্বাইগী ওইবা অর্থনি। থৌবু ওই ঐ, নং, মা হায়বা লৈত্রবা বাগনলোন অসিদা তরংদা তাউবা Its [ মসিগী ] হায়বদমক লৈরে। মিংকুপকি ওইনা মথন্তা থিংজনবা monad [আধ্যাত্মিক অকুপ্পা] নি। মসিবু neutral atomic event ( নাকল অমত্তদা য়াউদবা অকুপ্পগী থৌদোক ) নত্রগা মিংকুপকি ওইবা Person কৌবা য়াই। মসিগী মথন্তা ওইবসি ময়ামদা থঙহনবা য়াদে। তানবা মী কনাশু লৈত্রে; ভাঙনবশু লৈত্রে, তানিঙাই অমসুং ভাংনিঙাইশু লৈত্রে। মরী শম্নদবা তাবা নত্রগা ভাঙবা কৌবা atomic fact ( খ্বাইদগী কুপ্পা ) তমক লৈরে। Causal Relation ( মরমগী মরী লৈনবা ) হায়বসি পঙনা থাজবা ওইহনলে। ( Hence গা চাংদম্নৌ )

মুঙাইতবা মফম অসি নাম্বোক্লবদি তরহুহরিনা Communication গী মরমদা শন্দোকখিবহু থন্থসি—থঙহনবা হায়বসি মতমপুম্বগী মফম অমদগী অমদা থম্বা fiction [ ভাবনা শাবা ] নি। [ অধ্যাওহ সমবন্ধহ ]।

Wittgenstein গী Empiricism গা অর্থগী মতকা ককনৈ হায়বসি মথাদা উৎলি। Proposition ( তর্কগী বাহৈ পরেং ) হায়বসি fact কী picture ( লাই ) নি। অমুকশু পিকচর অসি fact নি ( ২.১৪১ ); প্রোপো-সিজনগী থৃদম অসি fact, নি। Proposition অসি হায়দোকপদা তশেং

ডশেংই" (৩ ১৪,৩.১৪১)। মসিনা উৎপদি fact অমনা fact অমা ওইবে অমসুং meaning relation [ অর্থ মরী লৈনবা ] অসি থোদোক অনীগী pictorial relation [ অয়েকপগী মরী লৈনবা ] নি। হৌজিক থোদোক অমা ওইনা proposition হায়বসি তাবগী experience নি। উবগী বাঙাঙ, উপাল তাবগী বাঙাঙ, "মসি উপালনি" হায়বসি মনীঙতম্বা থোদোক অনীনি, তেবল অমসুং থা হায়বগুম্বা মনীং তমই। অনীসিদা pictorial relation লৈ হায়বা কমদোনা ওইরিবনো? [ তাবগী experience অমা নত্তে, তৌইগুম্বসুং পরেংনি হায়বসি ঐথোইনা থাদোক্লে। Experience তগী তোপ্পা fact লৈতে, অমসুং থোদোক অমনা অমদগী মনীং তমলে। অহনা Experience অমনা অমগী picture কমদোনা ওইরিবনো থনবা ঙমদে।

Unspeakable structural commonness [ হায়বা ঙমদবা শাগৎলোনগী ময়ামগী ওইবা ]—Wittgenstein গী মতুং ইন্না Proposition গা থোদোক অমা শাগৎলোনগী মায়বা লৈ। অনীসিদা common ওইবত্ Proposition অমদা ফোঙদোকপা ঙমদে; মতুম তৌরবদি Infinite Regress (য়েৎনবগী লোইবা নাইদবা) কি অয়ানবা ওইরকই। Common (ময়ামগী ওইবা) ওইবত্ উৎপা ঙমই (২.১৬, ২.১৬১, ৪,০২২, ৪ ১২১)। ময়ামগী ওইবা শাগৎলোন (common structure) হায়বদি Proposition অমসুং fact কি logical form য়াম্না থুনা থঙবসিন্ experience ওইবনিনা থোদোক থাদকমদা হাপচিনলি। Propositional fact (হায়গী বাহৈ পরেংগী থোদোক) অসি a কৌরসি, Proposition অসিনা picture তৌরিবা fact না b অমসুং ময়ামগী শাগৎলোন উরিবসিনা c কৌরসি। হৌজিক a, b অমসুং c অসি তোঙানবা মচোই মচোই তাবা অমসুং মনিংতম্বা থোদোকশিংনি। অহনা c লৈরগা a অমসুং b গী common structure লৈরে হায়বা ঙমদে, মরমদি atomic fact অমা লৈবা নত্রগা লৈতবদগী

অতোপ্পা অমা নৈ নত্রগা নৈত্রে হায়বা য়াদে। (২·০৬২)। বাহৈ অমরোমদা ময়ামগী ওইবা অহ্ থুনা থওবগী fact নৈ; মহুনা Experience অনীতুগী মরমদা করিস্থ হায়বা ঙমদে। মসিগী মথক্তা Intuitive Experience কি বাংমদা commonness (ময়ামগী ওইবা মতৌ) অমা নৈরবদি Empiricism অহ্ লাক্লে হায়বনি।

অমুক্তা হেম্না ফংচিনলক্তবনা মহাক্না হায়রি—"the representing relation which makes it a picture also belongs to the picture" (২.১৫১৩). (picture) ওইহনলিবা মহুৎশিনবা ময়ী অহুস্থ picture—লাই; মন্দোক্না হায়বদা য়াউই।" Proposition অমসুং fact অনীগী লাপৎলোন মায়বা নত্তনা মহুৎশিনবা ময়ী অহ্ করি ওইগনি। অনীদা করিগুম্বা অমা common ওইরে তৌইগুম্বসুং commonness অহ্ অমদা য়াউই হায়বসি তাবদা ঙক্না থোকই। নত্রগা অস্থম্না নীংবরা Representing Relation (মহুৎশিনবগী ময়ী নৈনবা) অমা নৈবগুম্না "Relation of being represented" (মহুৎ শিনবা ওইবগী ময়ী নৈনবা) নৈগনি। মসি ঙক্না থোকই অমসুং মহাক্না মহ্ নীঙথিদে মরমদি মানা উৎখি—"The representing relation consists of the co-ordination of the elements of the picture and the things." (২.১৫১৪) [মহুৎ শিনলিবা ময়ী অহ্ পিকচরগী মচাকশিং co-ordination=থাক্ত মায়বা তোবগা পোৎশকশিংগীদা নৈ।

মথাদা Wittgenstein না হায়রিবসি নাতৈ চাদে হায়বা উৎলি—"In order to discover whether the picture is true or false we must compare it with reality." (২ ২২৩) [picture অমা চুমই নত্রগা নানলি হায়বহ্ পুথোক্নবা মহ্ ঐথোইনা Reality গা চাংদম্নগনি" (২.২২৩)। (মাগী Picture theory অসি নৈনসি)

থমথেৎলবা Expiricism গী জগত্তা অচুম অয়ানগী বাকম অমসুং

অশেংবা মশকা চাংদমবগী বাকম চংদরে। চাংদমবগী Experience অহু verifying Experience (চুমই হায়বা উৎনবা থেংনবা) নি। অহানবা Experience অসী হায়বদি Propositional fact (ন্যায়বাক্যগী থৌদোক) অমসুং Proposition অতুনা লাই উৎলিবা fact অতুগা অনীগী মথক্তা লৈবা অহুমশুবনি। ঐখোইনা অচুম চুমদা থিগৎপগী প্রমাণ কয়াদা থেংনরবসু Verifying Experience ( " ) অসি হায়গীগা মরী ইরে লৈনদ্রে। Prop sition (ন্যায় বাহৈ পরেং), মসিনা লাই উৎপা থৌদোক অমসুং অচুম চুমদগী experience লোইনমক হায়নবা য়াদবা থৌদোক ভাক্তুনি অমসুং থেংনরিবা জগৎসিগী মচননি। অচুম চুমদগী experience না মশা মথন্তা নত্তনা অতৈ কয়িসু অচুম অয়ান পীদ্রে। অনুমানগী মফম লৈতবনা চাংদমনিঙাই অমসুং মতুদা বিচার তৌবগী কায়দ্রে।

Experience কী মচেৎ অপুম্বা মসাগী অচিকপা মিংচত্তা চপমায়না চুম্বা নত্রগা লানবা ওই। লাই অমসুং হায়গী পোৎশক অহু নত্রগা চাংদমবগী থেংনবা জ্ঞান পুম্বা চপমায়বা মিংতাংবগী মিংয়েংদা লৈরে। Empiricism গী জগৎতা অচুম চুমদা য়েংবা হায়বসি পায়দ্রবা বার্ত্তন তৌদ্রবা অতিথিনি। অচুম্বা অমসুং অয়ানবা হায়বসি অশেংবা empiricism দা চপমায়বা ওইবা থওহৌদনা শোকপা নত্রগা থুদোংথীবা ওইরে।

ভারতকী বাথন থল্লবা ধর্মকীর্ত্তি অমসুং প্রাগ্যাকরনচিংবনা মথোইগী মতংগী লাকপা থুদোংথীবশিং মায়য়োক্তুথি অমসুং Categories of Relation [মরী লৈননগী কাঙলুপ] হায়বদি অচুম্বা, অয়ানবা, করুবা, causality অমসুং চাংদমবা হায়বসি মমৈদা মশক উদবা শাজিনবা ভাক্তুনি হায়। পুক্নিংগী পোথোকনি।

Prof Weinberg না ব্যাখ্যা অমদা Proposition হায়বসি sound event [খোক্লেলগী থৌদোক] পরেং, নত্রগা ছাপা তৌবা পংতি ওইনা sign [খুদম] অমনি, তৌইগুবসুং অর্থ লৈবা symbol [খুদম] ওইনা

মসি মচল অমা ওইনা fact অমা ওইনা থনগনি। মসি ওইরবদি Propo-
sition মশা মথন্তনদি fact ওইরে; abstraction (মশক উবা),
logical unit (ন্যায়গী মচল) অমসুং শেমগংপা concept (ভাব) ওইরে। ৯,
মসিগ্রবদি ঐখোইনা ভরতৃহরিগী Logic of Symbolism নৈনহনা
Tractatus অসি অচাবা বারোই তাহনবা ঙমই।

Russell না Wittgenstein গী অহানবগী বাথন অসি ব্যাখ্যা পীবদা
কাম্নদবা থেনৈ। মহাক্না অসুম্না হায়তুনা হৌই—"A না B বু চিংনৈ"
A না P বু পামই হায়বা বাহৈশিং অসিদা ঐখোইনা মী অমগা Propo-
sition (") অমগা মরী লৈনবা তাকপগ্রই। মসিনা অরোইবা
analysis ওইবদি বাদে, "মীশিং অসিঙ শাজিনবনি অমসুং Proposition
শিংসু শাজিনবনি, মশাগী ওইবা account তা fact ওইদ্রিবমখৈ মখোই
শাজিনবনি—মশা মথন্তগী ওইবা [fact] Proposition হায়বদি মী
অমনা মথন্তদা ভাঙজবা চপচাবা বাহৈশিং অদু লোজিক্তা দরকার ওইদে।"
মসি পৃঃ চহি চা ৬ কি মমাংদা ভরতৃহরিনা উংথিবগী অংক চেংসনহনবনি।

তৌইগ্রসুং Russell না লামাই অনীতদা মাগী ফিরেপ হোংদোকখি
অমসুং ঙক্না ওন্নতৈনবা বাহৈ ফোঙদোকই:—"সমস্যা অসি ইচম চম্না
থোদোক অনীগী মরীনি, হায়বদি থাজরিবা মীহুনা শীজম্নবা বাহৈ পরেং
লেংথবা অমসুং বাহৈশিং অদু চুমহনবা নত্রগা লালহনবা অনীগী মরীনি।
অশেংবা পোইন্তদি থাজবা নত্রগা অপাম্বদা logically fundamental
(ন্যায়গী মরু ওইবা) ওইবদি fact ওইবা Proposition অমসুং মদু
চুমহনবা নত্রগা লালহনবা fact অদুগা মরী লৈনবা অদুনি। অপাবশিংনা
fact ওইনা থনবা Proposition অমা (খুদম ওইনা হায়রবদা খোঞ্জেল
ঈথক পরেং ওইনা) চুমব্রা লানব্রা হায়বদু লেপকনি। Fact হায়বসি
fact নি। অরানবা fact নত্রগা অচুম্বা fact হায়না হায়বা ঙকই।
চুমদবা খুদোংথীবগী পাউ হায়বসি চুমদে মরমদি খোঞ্জেল অসি চুমদবা
থোদোকনি, তৌইগ্রসুং ফিবমসিনা লাংহনবগী ওইরকপা পীদে।

Russell না Wittgenstein গী মরুওইবা thesis হায়বসি Propositional picture ( ত্থায়গী বাহৈ পরেংগী মায়বা মওং ) অমসুং লাই উৎলিবা fact অনীনা উৎপা common structure ( থাইগী ওইবা শাগৎলোন ) অদু Proposition ওইনা থবা য়াদে হায়বদুদা অকনবা পীরি। Wittgenstein না অসুম্না থনম্মী :–

"Propositions ( ত্থায়গী বাহং পরেং ) না logical form ( ত্থায়গী মও ) মশক তাকপা ( মহুং শিনবা ) ঙমদে : Proposition শিংদা মসিনা মমি তাই :

লোন্দা ম'ামক মসি তাবদু, লোয়না মহুং শিনবা ঙমদে। Proposition শি'না অশেংবা মশক্কি logical form ( ত্থায়গী মওং ) উৎলি। মশোইনা মদু মশক শেংনা উৎলি।" ( ৪ : ১২১ )

Common structure [ থাইগী ওইবা শাগৎলোন ] হায়বসি Proposition [ ত্থায়গী বাহৈ পরে ] অমসুং fact গী মরী লৈনবা logical form নি। পোইন্তু অসিমক ভরতুহৱি অমসুং ধর্ম'কীর্তিনা ময়েক শেংনা অমসুং চুম্না উৎলমই। "মরী লৈনবা ( লোন অমসুং অর্থ ) অসি অতোপ্পা লোন অমনা চপচানা কোঙদোকপা ঙমদে মরী লৈনবসি মপুংফানা dependence ( মরী লৈনবা বাহৈশিংগী লৈনবা, তাংনবা ); অমসুং অনৌবা বাহৈনা নীংতম্ন কোঙদোকপা ঙমদে।

ধর্ম'কীর্ত্তি অমসুং করনা কাগোমিন অমসুং হেলারাজনা ফজনা ব্যাখ্যা তৌরমই। তৌইগুবসুং Wittgenstein না proposition অমসুং fact অনীগী মরীগী মওং অদু অনৌবা proposition না করম তৌনা কোঙদোকত্রিবনো হায়বদুগী মরম পীবা ঙমদে। সমস্যা অসি Wittgenstein না উৎপদা অশোইবা অমা চাওনা লৈ হায়বসি Russell না অসুম্না থনমদুনা কোকহয়বা হোৎনথিরবদা ময়েক শেংই :—"Every language has as Wittgenstein says, a structure concerning which

nothing can be said in the language, but .... . there may be another language dealing with the structure of the first language ... .... and to this hierarchey of language there may be no limit." [ Wittgenstein না হায়বগুম্না, লোন অমদগী শাগৎলোন অমা লৈ, মতু লোন হায়বা কয়িস্থ মাদে, তৌইগ মসুং .... .... অহানবা লোনগী শাগৎলোন তাকপা অনোবা লোন অমা লৈবা যাই অমসুং লোনশিংগী মকোক মথং লেংথনবগী মওংদদি ঙমথৈ লৈতে । ]

ভারতকি ভরতৃহরি অমসুং ধর্মকৃর্তিনচিংবদি লোনগী দর্শন ফজনা নৈনরবস্থ চেৎসল্লবা Metaphysician নি। Wittgenstein গী metaphysics য়াদবা কনশিনলবা Empiricism অসি ফিবম চেৎলবা অর্থগী মতকা ককনৈ। ভারতদদি লোনগী দর্শন নৈনবদা আধ্যাত্মিকী ৱাকম ছন্দোক্তবনা মী পুম্বগী পুন্সিদা অফবা প্রভাব তাহনলি। অশেংবা অহুনা অরাবা তারবা মতমদা অহিংবা পী হায় না ঈশ্বরগী নাম শোনলি। অর্থ নৈনবসি Real Existence (চপচানা লৈবা) নৈনবনি। লোন অসি পুন্সিদা তাক্কদবা অমতা ওইবা Reality নি। [ মসিগুম্না ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পরেং থুগাইবসি China দা মতম অমদা ফংলম্বা Sophist অমসুং মরৈ পাম্বগনবা School শিংদস্থ থেংনৈ। মথোইনা হায়রম্বগা নোংচুপলোমগী Symbolic Logician অমসুং Logical Positivist শিংগা মেথোভ মওং মানৈ। স্কুল অসি য়াম্না পাম্বা অমসুং মায় পাকপদি নত্তে।]

## Carnap কী Logical Positivism অফ ফত্ত নৈনবা

"The Logic of Science," as Carnap calls the analysis of the linguistic expressions of science, is divided into logical syntax and semantics. [ Carnap না "বিজ্ঞানগী ন্যায়" অহুম

থোননি—বিজ্ঞানগী লোন্দা ফোঙদোকপত্ থুগাইবা অসি ন্যায়গী ৱাহৈ পরেং শেম্বগী মওং অমসুং খুদম অমসুং মরী লৈনবনা করি তাকই নৈনবা হায়না থায়দোকই। ]

Logical symtax না complex ( য়েংশিন্নবা ) অমসুং compound ( পুনশিনবা ) ৱাহৈ পরেংশিংবু অচম্বশিংদা ওস্থোকই, অমসুং ৱাহৈ ময়াম পুনশিল্লগা অর্থ থোকপা ৱাহৈ পরেং শেম্বগী আইনশিং পুথোকই। তোঙান তোঙানবা সাইন্সশিংগী য়ুক্তম ওইবা assertion ( হায়বা ) কয়া অমসুং মথোইগী ন্যায়গা্দা মরী লৈনবত্ থঙহনলি। Semantics ( খুদম অমসুং মরী লৈনবনা তাকপত্ নৈনবা ) না লোনগী ফোঙদোকপগা মথোইনা তাকপা পোৎশকশিংগা মরী লৈনবা থঙহনলি। ৱাহৈ অনী নত্রগা মতুংদগী হেনবত্ Synonymous ( অর্থ মান্নবা ৱাহৈ ) ওইবা য়াই ফোঙদোকই অমসুং ফোঙলিবা অমা অর্থ চপমান্নবদগী অমদা ওস্থোকপা য়াই।

মরু ওইনা Logical Positivist শিংনা দর্শনগী মথৌদি Logical analysis তৌয়গা সাইন্সগী ফলশিং অত্ শেংদোকপা, ব্যাখ্যা পীবা অমসুং তাইশিন্নবনি। দর্শনদা চয়য়বা কয়া থোকপত্ Logical analysis না খুংলায় ওইনা কোকহনলি। তৌইগুম্বসুং Experience গী অচেৎপা য়ুক্তম অত্ হুন্দোকখিবনা মসিনা অচম্বা মশক উদবা ময়াদা পুশিনলি। থেংনরিবা context (য়াউফম) অত্ য়াউদ্রবদি, মশক উবা মচাক য়াউদ্রবদি ভাব অত্ Concrete Reality ( মশক উবা অশেংবা মশক ) গী অচুম্বা মশক উৎপা ঙমদে। Logical method তমক দর্শনগী মত ওইরবদি Metaphysics পুম্বা অর্থ য়াউদ্রে। অতুম ওইনমক Metaphysics অসি Nature ( মহৌশা ) নত্রগা knowledge ( গ্যান ) গী নত্তনা thing-in-itself ( মথন্তদা ওইবা পোৎ ) গী ওইবা য়াই। দর্শনগী মথৌ খিবত্ তৌথোকপদি logical ( ন্যায়গী ) সু ওইদে, Positive [ অয়াবা ] সু ওইদে। মথোইনা উৎলিবা Meaning of Meaning [ অর্থগী অর্থ ] অত্

মরেক শোংদে। Experience কি থিগদবা অডু শিকশনহনলি অমসুং verification [ চুমই হায়বা প্রমান ] গী থবক অডু অর্থ তোঙান তোঙান থোকহনলি। বুদ্ধিদগী হেন্দোকখিবডু মথোইনা থওইদ্রে। অশেংবা মশক থওনিংবসি Phenomena [ মশক্কী ওইবা ] থওবগুম্বনি। Metaphysics পু য়াদবদি বৈগ্যানিক ওইদবা অমসুং ন্যায় নত্তবা Positive ওইদবনি। মেতাফিজিক্সগী অচুম্বডু মায়বগী integral experience না লেপ্পা ঙমই। শ্রীঅরবিন্দগী মত্তা verification তৌবা দরকার ওই; তৌইগুম্বসুং subjective [ থোবুগী ওইবা ] অমসুং physics তগী হেন্দোকপনা অহেনবা অচুম চুমদা য়েংনবগী মেথোড অমনি।

Introduction to Semantics তা Carnap না ইচম চম্না formal [ মওং নাইবা ] ওইনা লোন থুগাইবা অডুগী অরাংপা ফাউথি অমসুং লোনগী মর্থো অডু নৈননবা অর্থ অমসুং ব্যক্তিগী দর্শন চংলে হায়থি। অর্থ নৈতবা Syntax তগী থোঙথাঙ অমা চংশিনলে হায়বসি statement [ থওহনবা ] অমগী অচুম্বা নত্রগা অরানবা অডু লোনগী communicative basis [ থওহনবগী য়ুম্ফম ] নত্রগা referential function [ মরী উৎপগী মর্থো ] দগী লাক্কে হায়বদগী থওই।

Carnap গী জগৎ অসিদা individual [ মশক নাইবা, অমত্তা ], property [ মগুন ], relation [ মরী ] অমসুং proposition কৌবা মানা entities থোনবা ময়াম লৈরে। Entity হায়বসি মেতাফিজিক্সগী মসুং ওইরবডু মাগী লাইরিক্তা য়াম্না তোইনা শীজিন্নৈ। মপানগী জগত্তা মথোইসি ইচম চম্বা মীনা থনবগুম্না লৈতে। তৌইগুম্বসুং মসুং নত্রগা মপান্দা লৈতবা জগৎকি reduced residue [ওহ্নোক্লবা মথাক] ওইনা লৈ। লোম্না উৎপা referents [ মরী উৎলিবা ] কি জগৎ ওইনা করম তৌবনো some how করিগুম্বা মফমদা লৈ। অমোংপা য়াউদবা ন্যায়গী লোনগা মরী লৈনবা referent [ ছোকম তাক্লিবা, মরী উৎলিবা ] দগী তোঙাম্না

লৈতবা শাগৎলোন অদু জগৎ অসিনি হায়না Carnap না হাকথেংননা হায়বা য়াবনি।

Atomic [ অকুপ্পা পোৎ ] য়াহৈ পরেং অমগী অচুম্বা—Individual [ মশক নাইবা ], property [ মগুন ] অমসুং relation [ মরী উৎপা ] শিং অসি করিগুম্বা মওংদা পুনশিন্দুনা য়াহৈ পরেংগী শাগৎলোন লৈবা খুদমশিং পুনবগা চানৈ। খুদমশিংগী ইচম চম্বা পুনশিনবসি atomic sentence [ অকুপ্পা য়াহৈ পরেং লোজিকেল ওপরেটর য়াউদবা ] কৌই; মসি primary proposition [ মরুওইবা হ্যায়গী য়াহৈ পরেং ] গা চানৈ। Proposition অসি অমূক entity অমনি। মসিগী logical position য়াম্না চিংননিঙাইনি। মসি লোনগী খুদমশিং অমসুং চপচাবা designata [ " ] গী মরক্তা হঙ্গং হন্দা চৎপা ভাবনা শাবনি। Atomic sentence ( " ) অমা মঃদা য়াউবা খুদমশিংগা চানবা entity শিংগা মাগী মাগী জাগীদা মায়না পুনলবদি চুমই। চম্না হায়রবদা John মকোক তাংই হায়বসি য়ানা তাংলবদি চুমই। মকোক তাংবতু John নি হায়রবদি শানবা মানদি। মসিনা দর্শনদা বিপ্লব থোকহনদে। Designated entity ( নমনাগী লৈবা ) শিং অদু মপানগী জগৎকী নত্রগা পুক্নিংগী জগৎকী নাগরিক নত্তে, হ্যায়গী জগৎকি মওংনি। তৌইগুমসুং positivist শিংনা মমেক শেংনা মসি হায়বগী শক্তি লৈতে। Revolution (বিপ্লব থোকপা ) মতৌ অসি মথায়থংবা মতমগী ভারত্তা লোনগী দর্শনিক কয়ানা উৎথ্রে। Metaphysics কি মহুত্তা given ( অপীবা ), sense data ( " ) পরেং পীরে। মথোইতু শমতৎপা য়াদ্রে।

Semantics তা অচুম্বগী ভাব- ভাবনা শাবদা ওইবা য়াখা atomic sentence অপূম্বা চানবগী মতুংইন্না মওং কয়াদা পুনশিনদুনা তোঙানবা কাঙলুপ কয়া ফংই; মথোইবু sets of atomic sentence ( অকুপপা য়াহৈ পরেংশিংগী কাঙবু, লোজিক্তা চম্বা ) কৌই। Set শিংবু state description

(ফিবম, ফোঙদোকপহ্ন তাকপা) কৌই। State description (") খুদিংমক্তা universe of individuals [মীশিংগী জগৎ] গী ওইবা য়াবা মওং মপুং ফানা গী। চাং নাইবা মওংদা য়াউহ্নবা মশকশিং অমসুং relation মথৈ থঙহল্লিন State description [ " ] শিং অসি Leibnitz গী ওইবা য়াবা জগৎশিং নত্রগা Wittgenstein গী possible states of affairs [থবক্কী ওইবা য়াবা মওং] গী মহুৎ শিল্লি। তৌইদ্বসুং জগৎসিগী চপচাবা মও তাকপা state description অমথক্তমক নৈ; অচুম্বা atomic sentence অপুম্বা মসিদা য়াউই ...... অচুম্বা state description [ " ] দা লৈরবদি মওং অমগী বাহৈ পরেং অহ চুমগনি। মকহম্না "A sentence is logically true if it holds in all state descriptions" ["ফিবম নত্রগা ফোঙদোকপহ্ন শেংনা তাকপদু ওইরবদি বাহৈ পরে অমা হায়গী ওইনা চুমই।"] মসি Leibntiz গী ভাব হায়বদি "দরকার লৈনা চুম্বা (necessary truth) অহ্ন ওইবা য়াবা জগৎ পুম্বদা লৈগনি" হায়বগা চাৈন।

জগৎসিগী ওইবা য়াবা মওং পুমবগী মনুংদা অচুমবা statement (থঙহনবা) শিংনা চানবা চপচাবা মওং অমতমক লৈ হায়রে। মসিগুম্না লাওথোকখিবগী ফলদি অ'সংগ মবা জগৎ অসি ঐথোইনা থনবা ঙমবা অমসুং ঙাঙবা ঙমবগী বাংমদা লৈ। Carnap না semantics তা ওন-শিল্লকপদা হায়া 'Logical Syntax' কি মতমদা লৈরমবা মত হায়বদি Physical world অসি চুমবহ্ন নত্তে লানবনু নত্তে, কায়দবনি হায়বা য়াফমদগী হোংদোক্তে। অপাবশিংগী অপাযবা অমসুং থাজনরমবা পুমবা অরেমবদা মাংই। বাহং অদ য়াত্রগা সমস্যা কোকহনবগী মওং অসি Carnap গী English ছাত্র Prof. A. J. Ayer নহ্ন উংথি।

Prof Ayer না মাগী Language, Truth and Logic কৌবা লাইরিক অমসুং Foundation of Empirical Knowledge কৌবদা Subjectivist (ইশাগীদা ওইনা লৌবা) মহাউ চংবা লোন শীজিনৈ।

মহাক্কী Problem of knowledge ( জ্ঞানগী সমস্যা ) দা মপানগী জগত্তা থাজদবা Phenomenalist ( উবা ওয়্.না জ্ঞানগী পোৎশক্কী হায়বা মত পীবা ) কা ওবুদা মানা থৎনরি। মপানগী জগত্তা থাজবা চুমই হায়বা কয়া হোৎনরি। অদুদি মহাক Realist ( ভৌতিক বাদ ) ওইরবরা ? নত্তে, মহাক্না মিচং চংদনা হোৎনরিবদি Idealism ( আদর্শ বাদ ) অমসুং Reali m ( " ) অনীগী মরক্তা লৈবনি। অমুকসু হায়রি—থাজবা অমা Justify ( চুমহনবা ) তৌরগা true ( অচুম্বা ) নি হায়বা য়াদে। Physical world ( পোৎশক্কী জগৎ ) অসি লৈবা নত্রগা লৈতবা হায়বসি ঐথোইনা sense-data ( থুনমক পীবা ) গী মরমদা হায়বগী মরমনি।

পোৎশক্কী জগৎ অসি লৈবগী মরমদা Logical Positivist অসি কীন-ওয়া মপুক নানবা কীবওমই। Subjective Idealist ( ইশাগী ওইবা আদর্শবাদ মথন অমা ) গী য়দগী হেনবা ওমদে। Sense data গী মরমদা মথোই ময়েক শেংই। মসিদগী হেন্দোকপা ওমদে। Physical world ( পোৎকক্কী জগৎ ) গী বাফম অসি metaphysics কি ওইবনা মমিং উইশিল্লগা তোক্লে। Subjective Idealism গী থাইদগী কত্রবা ইকাইবা থওত্রবা মওংনি। Engels গী মমিং চৎলবা বিচার মতৌ হায়বদি চীংন-গনবা মী অমদি ইকাইবা মায় পানবা Idealist নত্রগা ইকাইবা মায় পানবা materialist অদুনি হায়বদু নীংশিংকনলি।

Carnap কি অচুম্বা st te-description ( " ) অমসুং জগৎকি চপ-চাবা ফিবমদা লৈননি। Experience (থেংনবদগী কংবা গ্যান) গী বাংমদা চপচাবা জগৎ অমা লৈ হায়বসি স্কুল অসিনা য়াহন্দে। অদুনা চপচাবা জগৎ অসি sense-data [ " ] গী জগত্তা ওন্থোকলে। অচুম্বা state description [ " ] গী চপচাবা জগৎ [ universe ] অসিগা correspon-dence [ চায়বা ] লৈবৈ হায়বা কয়া হায়বা ওমলিবনো। থুদম ওইনা হায়রবদা অঙাং অমনা অমম্বদা হুই অমা উরে অমসুং মাইকৈ অদোমদা

হৌদোংঙৱা অমনা থোঙবা তারে [ মফমতুদা হৌদোং মানবা অমনা কুপ্পুনা লৈবতু জগৎকি মরমদা থঙজ্রিবা অমসুং উদবা ওইরে ]; অমসুং মসি হুইনি অমসুং হৌদোংদোনা থোঙই হায়না লৌরে। মসি লাক্সি হায়বতু নংনা করম্না লেপকনি ? sense-data [ " ] ওইনদি হুই অমসুং হৌদোং মানবা অনীমক চপচাবা empirical [ " ] জগৎকি মপং ওইবা পোৎশক্সি অমসুং sense-data গী মাংমদা লৈবগ অর্থ লৈতবা metaphysics নি। অঙাং অসিনা থেংনরকপা অমসুং empirical [ " ] ওইনা উৎপদা হুই অমসুং হৌদোং মানবা অনীনমক হুইদোনা পুনশিনৈ অমসুং চাওখৎলক্লিবা মীদা হুইনা থোঙবগী পুনশিন্নকই। অচুম্বা true-description [ অচুম্বা মশক তাকপা ] অমসুং চপচাবা জগত্তা হুইদদি হৌদোংনা থোঙবগা মায়দে ; হুইনা থোঙবতু চুমই, হুইনা হৌদোংদোনা থোঙবতু লাললি হায়বতু করম হায়গনি ? তুংদা অঙাং অতুনা হুইনা থোঙবসি হৌদোংনা থোঙবদগী থেরৈ থঙলবস্থ মানা হান্না পুনশিন্নখিবা হুইদা হৌদোংনা থোঙহনবতু পানশিনবা চপচাবা জগত্তদি solid fact of Experience [ থেংনবগী অচেৎপা থৌদোক ] ওইবনা লানজে। Experience অমুক্তং থোকপ্রবদি empirical [ " ] জগত্তা অতুনা মেম্বর ওইনা লৈবদি পুন্সিসিমগী ওইরে। থেংনরিবা জগৎকি মচল ওইনা যুক্ষম পুল্লপ থগাইজ্রবদি মতু তাম্বোকখিবা য়াজ্রে। অশেংবা sense-datum [ " ] ওইনা শুপথোক থোক্তবস্থ চপচাবা পুন্সিদা থোকখিবগুম্বা চেৎলি ; হান্না থেংনখিবা datum [ অপীবা ] অহ তুংদা থেংনরকপনা লালহনদে। Positivism অসি Empiricism দগী খায়দোকত্রবদি state-description [ " ] গী অচুম্বা লেম্না ওমদে ; খায়দোক্রবসি ওইথোক্তে মরমদি empiricism অসি positivism গী যুক্ষমনি। অনীসি য়াম্না নক্কে।

মথক্তা য়েংশ্লিবসিনা state-description গী মত শোকপা ওমদে হায়না নীংলসি। থেংনরিবা থৌদোক অপুম্বা, লাম্না থোকখিবা, সুপথোক

থোক্লবা ভাবনা শাজিনবা অমসুং মহৌশাদা থেংনখিবা পুম্বা চপচাবা জগৎকি অশেংবা মেথর ওইহনলসি অমসুং ওইবা যাবা থেংনবা খুদিংগা চানবা atomic sentence [ অকুপ্পা বাহৈ পরেং ] লৈহল্লসি। অসিগুম্বা অকুপ্পা বাহৈ পরেংশিং পুনশিনবহুনা অচুম্বা state description গী মমুংদা লৈরে ; চপচাবা জগৎ শাগৎলিবা empirical fact শিং পুনশিন্নবগা অচুম্বা state-description [ " ] অসিগা চান্নরে হায়না থনলসি। অসিগুম্বা থৌনা ফনা ভাবনা শাবসি থিউরিগী ওইনা ওইথোক্লবা লৈতে।

খুদোং চানদবা বাহং অনী—কোরবা পাহৈ পুথোকপা ঙমদবা বাহং কয়া থোক্লকই। অপুনবা state-description [ " ] গা থেংনরিবা অপুনবা জগৎকা চানবা অসিমক ঐথোইনা থেংনরব্রা ' নত্তে, মাং, হৌজিক অমসুং তুং অসি অমুক থেংনবদা থঙবা ঙম্বা Ommiscient Being ( পুম্নমক খঙলবা মপু ) অমা লৈ থল্লবাদ ওইদে। অদুকসু চানরিবসি theory দা শাগৎপা, logical fiction ( ন্যায়গী শাজনবা ) দমক ওইরে। চানবা অসিদমক চপচানা থেংনরবসু atomic sentence অমগা অনৌবা থেংনবগা correlate ( চামিন্নবা ) তৌনবা চংই অমসুং Infinite Regress [ লোইবা নাইদনা মেংৎপগী চথবা ] অসি থাদোকপা যাদ্রে। অদুনা চানরিবসি logical fiction [ ন্যায়গী শাজনবা ] নি। থোঙথাং অমগা অমুক চথরবদা atomic sentence [ অকুপপা বাহৈ পরেং ] অপুনবগা experience অপুনবগা অসি theoritical [থবক্তা যুক্ষম ওইদবা] শাগৎপনি হায়গনি। Atomic sentence অমগা অমগা অমসুং experience অমগা অমগা অশেংবা মরী লৈনদে, ইচম চম্না হায়রবদা অসিগুম্বা মরী অসি অতোপপা অহেনবা experience অমগী sense-datum ওইদে। চাহৈ থনলিবা total মহৈদা numerical ( মশিংগী ওইনা শাগৎপা ওইরে। শাজিনবা state-description ( " ) গা শাজিনবা state of universe ( জগৎ ) গা ভাবনা শাজিন্দুনা মরী লৈনহনলে। অচুম্বা state-description গা অশেংবা জগৎকা শাগৎনবা হোৎনবগী ফলনি।

অনীশুবরকপদা অশেংবা state-description গী নমুনাসি নৈ হায়না শনলবশু মসি চপচাবা জগৎকি মচেৎলা হায়বশু হংসি। মচেৎ ওইরবদি super state-description ( থ্বাইদগী হেনবা " ) অমনা শরক নকন লৌবা actuality ( চপচাবা ওইবা ) গী মহুৎ শিনলি অমসুং Infinite Regress [ লোইদনা মনীংলোমদা হজিনবা মরৈ ] লাকই। মচেৎ ওইরবদি fiction [ শাজিনবা ] না অশেংবগী মহুৎ শিনলি, অমসুং অশেংবা মশক অমু অমুক হন্নকপদা representative fiction [ bain না শেমথিবা বাহৈনি। হাকথেংননা প্রমান তৌগমদবা ভাবনা শাবা থর, ফিবম অমু ফোঙদোকপা ঙম্বা ] ওইরকই। জগৎকি চপচাবা মওং অসি courtesy [ তৌবিমল ] গী মতেংনা 'actual' [চপচাবা] কৌবা যাই, অসিগুম্বা মওং অসি চপচানা থবক্তা ওনবা ঙমদে ; হৌথিবা, হৌজিক অমসুং তুংগী হায়বসি লোজিক্কি কল্পনাদা নত্তনা পুল্লপ পুনশিনবা যাদে। অসিগুম্বা মওংদা চপচাবা জগৎ অসি state-description [ " ] গী শরক অমা ওইরকই, মরমদি মসিগী মচল ওইবা অমসুং being [ " ] ওইবা state-description [ " ] মশামক্কী থ্বায়গী অর্থদা নৈ। অপাকপা অর্থদা মহুৎশিনলিবা মী অমসুং Represented ( শিনগদৌরিবা মী অং ) অনীমক লুপশিনলে। চপচাবা জগৎ অদু Representative fiction ( ভাবনা শাবদু হাকথেংননা প্রমাণ তৌবা য়াদবা, ফিবমদুদি ফোঙদোকপগা চায়বা ) ওইরা হায়বদু লেপ্পবা পাহৈ নৈতে।

Non-metaphysical ওইবা দর্শনগী অফবা মগুণ করিনো ? অসিগুম্বা ওইবা যাই,—পোংশকস্ত নৈত্রে, পুক্রিংস্থ নৈত্রে. অনীসি হেন্দোকপা principle [ নিয়ম ] অমতা নৈত্রে, অহাংবদা তাউবা মরী অমতা নৈনদবা মতম পুম্বদা পুনশিনবা sense-data [ থেংনবনা পীবা মচাক ] মথৈদা মঙাইরে। নত্রগা sense-data নত্রবদি atomic sentence ( লোজিকেল ওপরেতর য়াউদবা ) গী পুনশনবা চপচাবা জগৎকি পুনশিনবা নৈ থনলসি,

অনীসিহ পুক্রিংশীহ ওইদে, পোংশক্রীস্ন ওইদে, অনীগী মরক্তস্ন লৈতে। মেতাফিজিক্স ওইত্রবদি মহুৎগী হেন্না করে। অশেংবা মশক্না মুংশিবিবা কল্পনা হেনগংনি, অচুবগী চুপী উন্না অঙকপনি।

Carnap তা fact অমথক লৈ,— মাং, হৌজিক অমসুং তুং অসি পুনশিন্নবা চপচাবা জগৎ অমথক লৈ হায়বা ভাব তৌই। মাগী চপচাবা জগৎ অহু অর্থ চেনজবদি ফিবম অসি ওইফম থোকই। মসুম তৌরবদি শাজিনবগা অশেংবা মশক্তা অনীশ্নী ভমথৈ অহু মুথংলে। অসিগুম্বা অপুনবা অত্র লোজিক্তী কল্পনাগী শাগংপা ওইরে। Courtesy গী মতুংইন্না চপচাবা জগৎ কৌবা য়ারে। Totality (খ্বাইগী অপুনবা) অহু fact অমা ওইনা লৌরবদি অশেংবা মশক অহু করি ওইবা তারে? শমজিব্রবা লোইবা নাইদবা পরেংগী মতেক ভাক্তনা মশিং থিবগী ভাবতস্ন মথন্তা মৌজদরে, অমসুং অসিগুম্বা মপুমদগী totality ( " ) অমতা শেম্বা ভমন্ত্রে। Hegel গী Absolute (পংথৈ নাইদবা) মশা মথন্তা শম্নোকপা তৌইগুমসুং পুনশিনবা total ( " ) দি নত্তে। শঙ্করগী ব্রাহ্মন অহু মতমপুম্বদা লৈবা substratum (পুম্নমক্তী ভাকলো) নি, মসিদা করিস্ন লৈতে। ঐথোইনা মসিবু য়াত্রবস্ন মহুদা থাজবস্ন থিংবা ভমদে। লাঙ্গি চুমই ককপস্ন ভমদে। Metaphysics পু মাঙহন্দুনা ময়েক শেংদবা অঙকপনা মহুৎ শিনজনবসি মশাগী মচু লোংতুনা কল্পনাবু অচুম্বা ওইনা পুশিনবনি।

Semantics (খুদম, অমসুং মরী লৈনবনা করি তাকই লৈনবা) অমসুং লোনগী দর্শনদা ভারতকি দর্শনিকশিংনা অঙকপা ফংনা চাউথংলগী হায়বসি Carnap না শোয়বা থরসিদগী থম্বনিঙাই ওই। হৌজিক্তি Positivist শিংনা Metaphysics অসিগী মায়মোক্তা চথবদা অনৌবা অঙকপা Metaphysics অমদা চথরকই। লোনগী দর্শনদা হৈ-শিংলবা ভারতকি দর্শনিকশিংনা Metaphysics তা থাজনা Semantics ( " ) অমসুং ন্যায়গী থুগাইবদা অপাবশিংবু নীংবা কায়হল্লে। মসিং চংলবা দর্শনিক A. C.

Mukherjee গী Carnap গী মেথোড অসিসু Transcendental dis-location হায়না খোনথি। মীওইবগী শক্তমবু চাংয়েং তৌরগা থঙবা ওবই হাযবা Naturalistic method অপুম্বা মথক্তী অশোইবা অমি নৈ। হৌজিক্কি দর্শনিক অমসুং মনবিজ্ঞানগী মী পুম্বা ( Locke, Berkeley, Humes, Bradley নচিংবদা ) মসুম তৌই। Carnap না Law of Contradiction বু world of discourse ( নৈনফমগী জগৎ ) তা লোই-হনলে ; থমুং কাংলোনগী ( অশেংবা মশক ) কায়বা নৈহল্লে। Logical principle গী চংলিবা অমসুং apriori ( থেংনজিৱৈঙ মমাং ) ওইরিবতুগা নৈরিবা পোংকি মরমদা ফংবা Experimentalism গা তাইশিন্নবা হোংনৈ Consistency ( চানবা ) হায়বা নিয়ম অসি discourse ( নৈনবা হীরম ) কি মফমদা চংনবা, মচেৎ ওইবা নিয়মনি হায়। বাহৈ অমদা ন্যায়গী নিয়ম অসি particular ( থরগী, অথয়বা ) অমসুং universal ( খ্বাইগী ওইবা ) অনীমক ওইনা লোই।

লোজিকেল পোজিতিভিজমদা নীতি শাস্ত্রগী মফম পীরিবসি তেনলপ্পা অসুম্বা পঞ্জরি। নীতিগী বাঙাও, মমন লেপ্পগী বাহৈ পরেং অমসুং হুকুম তৌবা বাঙাও পুম্বা অর্থ থোকত্রে। মথোই মশানা শীজিন্নবা criterion of meaning (অর্থ লেপ্পবা প্রমাণ) অদুসু অর্থ থোকত্রে মরমদি বিজ্ঞানগী general proposition অদু য়াথং পীবা ওমই ; Existential import ( নৈবগী অর্থ পুম্বা ) নৈতে। বাহৈ পংশি শীজিন্নবা অমসুং মথক্তা ককচ-বদগী ঈহৌ অসি অপাঙ্গল শোম্বজরকই অমসুং মথোইবু য়ারম্বা মীওই কয়াসু অথীবদা তাহনলে। Waismann কৌবা মতম অমদা নীতিসি পামলম্বহনা হায়থি : "Metaphysics" প্‌ অর্থ নৈতবা পোংনি হায়বা বাহৈশিমক অর্থ নৈতবনি।"

লোজিকেল পোজিভিজম নৈনবদা মপুং ওইনা Wittgenstein অমসুং Carnap তমক পনলে। মরক মরক্তা অতৈবুসু থেংচিনলৈ। Cambridge

দা কয়া শন্দোক্লকপত্ন Oxford তা Gilbert Ryle অমসুং মাগী লোইনব-শিংনা কয়া শন্দোকই। চেগী মমল হেনগংলকপা অমসুং য়ায়া শাংথখিগদবা লৈবদগী Gilbert Ryle নৈনত্রে। Wittgenstein গী লোন্দা পুরিবা ভাব ( শাম্নবা ওইনা ), অচম্বা লোন্দা মানা কনশিনবা পীবা অমসুং দর্শনগী ৱাহং কয়াবু ৱাহৈ শীজিন্নবগী style না মুথৎপসি ময়ান্না থাগৎনৈ।

অতনবা ভাবনা শাবত্ন কোক্লবগী পাষ্বৈদি থবক্লা উৎপনি হায়বসি Hume অমসুং Wittgenstein না উৎলম্মী। অত্নবু ঙক্লিবদি মথোই অনীমক থবক তৌদনা speculation ( ৱাখন তৌবা ) দা মতম লেনথি। Investigations ( মথক্কী শরূক অমদা সমালোচনাগা কোম্নবা নৈনখ্রে ) আস কুপ্না পাবগা ইৱিবসিনা problem words ( সমস্যাগী ৱাহৈশিং ) অত্ন গ্রামারগী মওংদা মতম চুপ্পদা উত্তে, তৌইংম্বসুং ৱাহৈগী অর্থ অমসুং মতশিংগী অচুম্বত্ন Empirical fact ( থেংনবগী থৌদোক ) গী মত্তেংনা য়ায়া তোয়না নৈনৈ। লোনগী পংথৈদগী হেক হেক হেন্দোকই।

Ryle অমসুং Oxford group না ফিলোসোফিগী মিংম্নেং হায়দগী পাকথোকহনলি। P. F. Strawson না Revolution in Philosophy কৌবা লাইরিক্তা মথুগাই অসিনা কয়ামুক হোংহনলকপগে হায়বত্ন পেপর অমদা নৈনৈ। G. J. Warnock না থুগাইবা অমসুং imagination ( ভাবনা শাবা ) না দর্শন অমসুং থসুং কাংলোন্দা অচৌবা থৌদাং লাক্লপত্ন পমলি। মহাক্লা হায়থিবা অমা লৌথংলগা নৈনবসি লোইশনসি : "ঐ ইশামক নত্রগা ঐগা লোয়নবা দর্শনিক কনা... পোজি-ভিজম চৎপা নত্তে।"

লোইরবা



# হীরম লামাই

## অহানবা শরুক



## অনীশুবা শরুক



---

চুমথোক্লবা বানান থর—রামানুজগী ভিসিষ্ট (লা: ৩৮), Sir Is ( " ), Pure (লা: ৫০), Hypothetical (লা: ৫১), Hume (৩১,১৫ Wittgenstein (১০৩,১২০), empirical (লা: ১৪৩), Leibniz (লা: ১ ১৫৩), Syntax (লা: ১৭৩), Hypothatical (লা: ৫১), Comprehensi (লা: ৫১)। মসি তাদবগীদি ভাবনা লৌবিয়ু।

N. B. ছাত্রশিং অমসুং মপান লমদা লৈবা মণিপুরীশিংগীদমক্তি থবা তাকগনি।

—অই

# ডাক্তর এন্‌ঃ কীর্তি সিংহগী কোঙলকদবা লাইরিকশিং

## In English ( ইংরেজী )

1. Religion and culture of Manipur in the 20th century.
2. Folk Manipur ( collection of papers on folk themes of Manipur in English and Manipuri ).
3. Studies and research in the history and culture of Manipur ( collection of research papers presented at state/ regional / National / International levels on Indology, Science and culture ).
4. Political History of Manipur.

## In Manipuri ( মৈতৈলোন )

5. ফিলোসোফিগী ডিক্সনরী পরেংশিং
6. বাতক অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্ম শন্দোকপা বারীশিং
7. মৈতৈগী লিকচংলোন ( সম্পাদন তৌবা )
8. খুহুংলোন মৈতৈগী গীতা ”
9. মোইরাং কংলৈরোল ”
10. লুবাংলোন খোঙ্গুল ”

“মপান্দা ফজথোকতুনা পুন্সিগী তৌরম থোক্লবা থোদাং করা মেথোক-তুনা মশক লোৎপাদ ইশাগী শত্তম মপুং ফাহন্দবনি। মুপা অমসুং নুপী ওইবগী মতৌ শেংনা উৎকে হায়রবদি পুন্সিগী তাক্কক পুম্বা মহাও তংহুনা, থোক্লিবা সমস্যা কয়া ভাওশিন্দনা মাইয়োক য়াবা অমসুং হীরম কয়াদা থনচানা চাওথংহনবনি। মথোং হুক্ত বা মপাঙ্গোংগী কেবা মোবদনা ভেজবা পুন্সিবু হমদোকহন্দুনা পংথবা চুমদে।”

অহৈবা মশামক

লাইরিক ফংফম—এনঃ অঙোবা সিংহ, উচেকোন, ইম্ফাল।

---

Printed at :—Nimai & Sons Printing Works
Paona Bazar, Imph.